এ. সি. নেত্রজিৎ পুন্সি অমদি সমাজগী মশকপু ৱাহং অমদি ৱাকৎ কয়াগা লোইননা থি থিদুনা মণিপুরী সাহিত্যদা নৌনা খোংদারক্লিবা অইবা অমনি। লাইরিক অসিদা অইবনা শৈরেংগী অমদি ঈশৈগী পাম্বৈনা লমদমসিগী ৱারী লীরি ...

মতাং চানা সিম্বোল শীজিন্নদুনা ফোংদোকপা ফজবা শৈরেংশিংসু য়াওরি, অদুবু মপুং ওইনা য়েংবদা অচম্বা মওংদা ইবা শৈরেংনা অয়াম্বনি। মসিনা অইবগী চুনজবা খুৎই ওইনা লৈরি। হৌজিক্কী মতমসিদা লমদমসিগী ৱারী করি করম্বা হীরমদা মপুং ওইরিবগে? অইবনা তোঙান তোঙানবা থিম খরদা লমদমসিগী মপাও তমলি।

**সি. আর. কেতন**

**ইরমদম, জুলাই ১৩-১৯, ২০০৩ ইং**

শৈরেং, ঈশৈ য়াওনা পুম্না পুথোকপা লাইরিক অসিদা য়াওরিবশিং অয়াম্বা নেত্রজিৎকী পুন্সিদা থেংনরকপা থৌদোক ৱাথোকশিং অমদি অরিবা থৌদোক কয়াগী ৱারী পরিংদা এক্সপরিমেন্টেল রাইটিং অমগী খুত্থানি হায়বসু য়াই। মসিদসু নত্তনা খুনাই অমগী মনুংদা খুনাই অদুবু শেমগৎ শাগৎপদা চঙলিবা ইলিমেন্ট কয়াশিং অদুদা য়ুম্ফম ওইরগা ৱাহৈগী লৈচল অমদি পুনশিনফম য়েংলগা মতাং চানা লৈ পরেং অমগী ফজবা মগুণ শেমগৎপগুম্বনি।

**কে. বি. ইন্তারেম্বা**

**মতমগী য়াকাইরোল,**

**২০/১২/২০০২**

**MEETYENG AMA SHAKTAM KHARA**
***(A Collection of Essays on life, Society, Film and Theatre)***

Written by : **A. C. Netrajit**
Published by : **Wahengbam Shakhi, on behalf of Ashangba Communication, Wangkhei Ashangbam Leikai, Imphal**

Price : **Rs. 120/-**
First Edition : **2005 (February)**



মীৎয়েং অমা শক্তম খরা
(খোমজিনবা ৱাবেংশিং)

অইবা ঃ এ. সি. নেত্রজিৎ

অফোঙবী ঃ **ৱাহেংবম শখি**
**অশাংবা কমিউনিকেসন**
**ৱাংখৈ অশাংবম লৈকাইগীদমক পুথোকচবা**

মমল ঃ **লুপা ১২০/-**
অহানবা ফোঙবা ঃ **ফেব্রুয়ারী, ২০০৫**

---

নম্ফম - **লময়ানবা প্রিন্টর্স**, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।



বুঙ,

অপঙনি নঙদি, কয়াম্নবু শিংলুনি নবানবু, চৎকেশু তাক্রমদে, চৎখ্রে অদুগা নঙদি। নঙগীনি হায়দুনা করিশু পীহৌদে, পীখিদে। করিবু তৌবীখিবগে, চৈনবা ঙাঙনবা নত্তনা। পুক্লিং লৈতানা মোনখাংননা হিপচখিদে, নোংমতা নঙগীনি হায়বা য়ুমশিদা চনিং তানা থক চাজখিদে, নঙগী অপং য়ুম্ফমশিদা। মসিমক্নি নঙনা চৎনিংখ্রিবা, ঙাইঙমদনা ঐ খঙঙি হৌজিক্তা, পুম্নমক খঙই, চায়োক নায়োক য়ুম্বাললোন শোইনাইরবা পুন্সি ঐ, ঐগী ইরালনি, কনাদা তাইননি, ঐ নঙবু উন্ননির্ংখি, বারী শান্ননীংখি, অদুবু নঙনা হানখ্রে। নঙবু, নঙগী বোবোক নীংশিংদ্রব্রা? মানদি ঙসিশু নীংশিংলি। ফরে, **মীথয়েং অমা শক্তম খরা** কৌবা লাইরিকসি নঙোন্দা পীরবনি লৌশিল্লুসে।

**নহাক্কী**

**তোন**

# ৱাহৈ খরা

টাইমস ওফ ইন্দিয়াগী **"দি ইল্লস্ত্রেটেদ ৱীকলি ওফ ইন্দিয়া"** গী মশক-মমীং নাইনা কলমনিষ্ট অমদি এসিষ্টেন্ট ইদিটর ওইরম্বা আর. জি. কে (আর. গোপাল কৃষ্ণ) না চাং নাইনা ইরম্বা কলম — **"এক্যুট এন্দ ওবট্যুজ"** মক্কী মমীং থোনবা এসে লাইবিক্কী ৱাহৌদোক্তা ভেটরান জর্নেলিষ্ট অমদি ৱীকলিগী ইদিটর ওইবম্বা এম. ভি কমথ না ইরি — *"By definition an essay has to be a short, literary composition .."*

এ সি নেত্রজিৎকী **"মীৎয়েং অমা শক্তম খরা"** হায়বা এসেগী লাইরিক অসি এম. ভি কমথকী শক্তাক অসিগী চপচাবী শক্তমনি, খুৎহোৎনা অমনি। মহাক নহা ওইরিবা কলমনিষ্ট, ক্রিটিক, শৈরেং ইবা অমনি। সাহিত্য, থিয়েটর, সিনেমাগী সংস্থান কয়াগসু নক্‌শিন্না তিন্ন-তোৎনৈ। মহাক্কী ৱাখল-মীৎয়েং থৌই, কাচিন-কোযা যৌবমখে কুপশিন্না য়েংই। সমাজগী ওইবা থৌদোক-ৱাথোক্, থিযেটব. সিনেমাগী বিষয়শিংদা মীৎয়েং য়েংলগা শক্তম খরা শাগৎপনি — সাহিত্যগী পোথোক অমা ওইবগী পান্দম থমলি। অযাম্বদি লমদম অসিগী মরু ওইবা পাউজেল চেশিংদা ইথ্রবা ওইনা তৌই. খোমজিল্লগা লাইরিক ওইনা ফোঙলকপনি। অসিগুম্বা থৌওং অসি অনৌবমক্তি নত্তে, খরগী মখে থোকখ্রে। মমীং পনবা য়াই — ওঝা নীলকান্তগী **"অচাইবা লৈ"**, বাসি (ডাক্তর আই. আর. বাবু) গী **"কৃষ্ণচুড়াগী অঙাংবা মপাল"**, প্রো এলাংবম দীনমনিগী **"মণিপুরী অমদি মণিপুরী ঃ ৱাখল মতেক-মতেক"**।

ঙসিগী মণিপুরী সাহিত্যদা শৈরেং ফনা ফজনা মরাং কায়রে, ৱারী মচাসু থোকই অদুবু উপন্যাস অমদি নৈনবা লাইরিক - এসে (বচনা) মখলগী লাইরিক্তি ইথোক-থোবক্তে, খুৎ ইথা থানদবমাল্লে। অৱাৎপা অসি মেনখৎতনদি মণিপুরী সাহিত্যগী কায়াৎ-শক্তম মপুং ফারে হায়বা য়াবোই। মেনখৎপা তঙাইফদে। এ. সি. নেত্রজিৎকী চুন্না, "চেকশিন্না" পুথোরকলিবা এসেগী লাইরিক অসি সাহিত্যগী পূক্কৈদা পোৎহাপ্ অমদি শোয়দনা ওইবগনি। বিষয়-হীরম মখল

অহুমদা উবা য়াই— সমাজিক্, সিনেমা, থিয়েটর। "মৈতে নুপী অমদি হোংলক্লিবা ফিজেৎ", "মহৈ তম্বদা ইনাৎকী ওইবা মচাক্শিং য়াওহনবা", "খুনাই অমা শেমগৎ-শাগৎপদা নহারেলগী থৌদাং", "মীৎয়েং অমা ওদিও কেসেত লৈকায় পল্লানবী" নচিংবা ইরিবশিংসিদা ঙসি ঙসিমক মৈতে সমাজদা ফোঙ-ফোঙ শারিবা, মীয়াম্না ঙাঙন-শক্নরিবা ৱাফম ইরি-নৈনরি। নুংঙাইনা থোক্লিবা অমদি — মণিপুরী থিয়েটরদা ট্রেদিসনেল লীলাগী মফম কন্দুনা থল্লি খন্ন-লৌনরিবা এম. দি. ইউ., রুপমহল অমদি এরিয়ান হোলশিংনা অনৌবা থিয়েটরগী য়াওলদা চঙশিন্দুনা "অনৌবা লীলা" শান্নরকপগী পাওদম অমা পীরিবা অসিনি। অনৌবা থিয়েটরগী কাঙলুপ — রোয়েল থিয়েত্রিকেল ক্লব, বানিয়ান থিয়েটর, পাম্বোইবী নাট্য মন্দির, দি থিয়েটর মিরর, মণিপুরী এন্সেম্বল, ইলিট গ্রুপ ওফ পার্ফোর্মিং আর্টনচিংবনা অনৌবা থিয়েটরগী লেঙ্গুএজদা চাংয়েং লীলা পুথোক্নরকপসু পাউদম্বগা লোয়ননা নৈন-ৱারোল থমলি। মরক-মরক্তসু শুমাঙ লীলা অমদি শুমাঙ লীলা ফেষ্টিবেলগী ৱারোল থেৎচিল্লি। নহারোল খোঙথাং আর্টিষ্ট ইউনিয়নগী ৩৫০ রক শান্নখ্রবা "কৈশামথোং থোইবী" মরু ওইনা পল্লি, কৃপথবা মীৎয়েংনা য়েংই; শুমাঙ লীলাগী মগুণ-মপাঙ্গল তাকই।

মণিপুরী ফিল্মগী মরমদসু মরীক চুম্বা ৱারোল পীরি। হিন্দী ফিল্মনা মণিপুর তম্পাক্ শীন থুংনা ফিল্ম কৈথেল শন্দোক্লম্বদু হিন্দী ফিল্ম থিংখ্রবা মতুংদা মণিপুরী ফিল্ম পুথোক্নরক্তুনা মণিপুরী সিনেমাগী জগৎতা ওল্লক-হোংলকলিবা মশক তাকই। অনৌবা ফিল্ম ডাইরেক্তরশিংগী অনৌবা ফিল্মনা মণিপুরী ভাবোক্তা পীবা মহাও উৎনবা হোৎনবদু পুথোক্তুনা ইরি।

তশেংনমক এ. সি. নেত্রজিৎকী "মীৎয়েং অমা শক্তম খরা" য়াম্না ক্রিটিকেল ওইনবা মওংদা থাবা খৃথানি, খৃৎইনি। মীয়ামদা পূক্লিং-লৌশিং ওইনগদবা অমদি সাহিত্যগী পোখোক ওইনসু শীংথানগদবা এসে লাইরিক অমা ওইগনি।

ফেব্রুয়্যারী ১৩, ২০০৫ — আর. কে. বিদুর

ফাইরেন, পঞ্চমি। — প্রসিদেন্ট,

মণিপুর ফিল্ম জর্নেলিষ্ট এন্দ ক্রিটিক্স এসোসিয়েসন।

# ইশাগী ওইবা ৱাফম

ঐ থোইনা লাইরিক ইনিংলুবগী ৱাখল লৈতে। করিগুম্বা মতমদা পুক্নিংদা ফাওরকপা থেংনরুবা খরদা ইখি, মসি মতম মতমগী চেফোং অমদি পাউ-চেশিংদা হাপখি। ঐনা ইরুরিবশিং অসি মীয়াম অসিনা কদায় ফাওবা পাবিরিবগে হায়বসি খনলুবদা ইকায়বা পোকই। য়াওরকপা উরগা ঐ ইশাখক্তনি নুংঙাইজরিবা। ঙসিদি হিংবগী কোলুনা নোংম-নোংমগী অসুম চপশিল্লক্লবা মতমসিদি ঐনা ইরিবসিনা করিবু কানদোইনো, হৌজিক্তা দরকার ওইরিবসি অসিবুরা খনলুরগা করিগুম্বা মতমদা নুং-পাল ফাওনা মুক্লরকপা কয়াসুনি। পুন্নমকশিং অসিনা ইরুরিবা খরসি ৱাই চিনন্নবনী মাংহনখ্রসিরা, মখা ইনিংবা, ইরক্তবা, ইবা ঙম্লকক্তবশু য়াই খনবফাওবা লাকই। অদুবু মসিনা হেক য়ারগদ্রা মসিনা হিংবসিদা প্রোব্লেম লৈহন্দবা ঙম্লগদ্রা, ইশা ইতোতা খনলুবনি, খনবমখৈ খনলুরগা লৈরিবা খরসিমদি লাইরিক অমা ওইনা শেমজিনখ্রগে খনলুবদগী লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনরুবনি।

পাউ-চেশিং অমদি চেফোংশিং কয়াদা ফোংঙখ্রবা ৱারেংশিং খোমজিল্লগা লাইরিক ওইনা অমুক ফোংবা হায়বসি অৱাংবা থাক্কী লাইরিক নত্তে হায়দুনা ঐগী মরুপ মপাংশিং খবনা য়াম্না কন্না ফোংদোকপী। মসি ঐগী ৱারেংশিং অসি পারুবগা য়েংলুরগা ওনবা পাদম ওইবা য়াই। লাইরিক অসি নত্তবা পাউ-চেশিংদা ফোংঙনখ্রবা ৱাবেংশিংগী অপুনবা অফবা লাইরিক কয়া মপানগী অমদি লমদমসিগী ওইবা খরদি থেংনখ্রে, মসি মাগী মাগী ৱাখল্লোন হায়দুনি।

ঐ ইশাগী পান্দমদি অশোমদা নত্তে। ফোংঙখ্রবা ৱারেংশিং অসি মচোই মচোই লৈখিবগী মহুৎতা অপুনবা লাইরিক অমা ওইনা লৈহৌবনা হেন্না ফগনি হায়বা পান্দম অসিনা মাঙদা থমলগা লাইরিক ওইনা পুথোক্লবা পায়খৎচবনি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা বারেংশিং অসি একাদমিক ওইবা ৱারেং নত্তে। ইচম চম্বা পুক্নি মহিং অমদা হিংলিবা মীওই অমদা ফাওরকপা থেংনরকপশিংগী ৱাখল মীৎয়েং খরা মতম মতমগী ওইনা ফোংদোকচখিবশিংদুনি হায়না লৌবীয়ু। মতম মতমগী পাউ-চেশিং অমদি চেফোংশিং কয়াদা ফোংনবা ইখিবা ওইবনা ঙসি

পাবদা চানদবা, চুশিনদবা কয়া থেংনবীগনি। মসি ঐনা মতম মতমদুদা পুক্লিংদা ফাওখিবা থেংনখিবা কয়াশিং অদু মাঙহন্নিংদবদগী অমুক নৌনা শেমদোক শাদোক্লুদ্রে, মসিগীদমক ঙাকপীগনি।

বারেংশিং অসি লাইরিক অমা ওইনা পুথোরুবা হোৎনবদা অয়াবা পীবিরক্লিবা পাউ-চেশিং অমদি চেফোঙশিংগী এডিটরশিং, অমদি মতেং পীবিরক্লিবশিংবু তৌবীমল খঙবা উৎচরী। লাইরিকশিগী মরমদা ৱাহৈ খরা ইবিনবা হায়জরুবদা অচিনবা কয়া কায়থোকপীদুনা ইবিরক্লিবা য়াম্বুং আর. কে. বিদুর, প্রসিদেন্ট, মণিপুর ফিল্ম জর্নেলিষ্ট এন্দ ক্রিটিক্স এসোসিয়েসন, লাইরিকশিগী মমীং করি থোনশিগে হায়না অশুম তান্নবদা অসি থোনলসি হায়দুনা লাইরিক্কী মমীং থোনবিরক্লিবা ঐগী মরুপ রাজমণি অয়েকপম, অচিনবা কয়া থাদোক্তুনা লাইরিক অমা ওইনা ওইহনবিরক্লিবা লময়ানবা প্রিন্টর্সকী মরুপ-মপাংশিংবু কাওজরোই।

তাং ২১-২-২০০৫ এ. সি. নেত্রজিৎ

## য়াওফম তাকপা

# মৈতৈ নুপী অমদি হোংলক্লিবা ফিজেৎ

মালেমদা লেপ্তুনা চেঙ্গুরক্লিবা মতমগী ঈচেলগা ইরোয়ননা খুনাই অমগী পুন্সিরোলদা অহোংবা কয়া পুবকই হায়বসি ঐখোয়না য়ানরবা ৱাফন্নি। ঐখোয়গী খুনাই অসিদগু অসিগুম্বা অহোংবা কয়া অসি তোঙান তোঙানবা পুন্সিগা তৎনা থানবা য়াদনা শাগোন্নবিবা লাইনিং, লাইশোল, চৎন-লোনচৎ ফিজেৎ চাকচা কয়াদা মতমগী য়াওল মতুংইন্না ঐখোয় ইশাশিফাও ভাব ইতা তাজদনা লাকখিবা ঙাক্তনি। মীওইবনা চাওখৎপগী থাক লেপ্নরকপসি খুনাইদুগী লাইনিং লীচৎ, ফিজেৎ চাকচেৎ অমদি শেল-থুমগী ফীভমদগী য়েংই। খুনাই অমদা মশা মশাগী ফিজেৎ-চাকচেৎপু ঙাক্না থম্বা হায়বসিনা মাঙথরক্কদৌরবা খুনাই অমা কন্নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌরক্লি। ফিজেৎ চাকচেৎ হায়বসিগী ৱাফম লাকপদা খুনাই অমদা য়েংনবসি নুপাশিংদগী নুপীদা মীৎয়েং হেন্না থম্নবনা খুনাইদুগী শক্তম্নী হায়না ঐখোয়না লৌনরী। মরমসিনা নুপীদি খুনাইদুগী শকয়েন মীংশেলনি। খুনাইমগী শক্তমবু ঙাক্নবা হোৎনবা হায়বসি নুপী ওইবীশিংগী অচৌবা থৌদাংনি হায়না লৌনৈ।

মীওইবগী পুন্সি মরেল কয়াদা নোংমদা শীজিন্নরিবা ফিজেৎতা তোঙান তোঙানবা মখল কয়া খায়দোক্তুনা শীজিন্নরকই। মৈতৈশিংনা ধর্ম্মগী ওইবা থৌদোকশিং, অশি-অনা লাইনিং লাইশোল অমদি হরাও কুমহৈ কয়াদা শীজিন্ননবা ফিজেৎশিং তোঙান্না থম্নবা চৎনরকই। ঙল্লিগৈ মতমদা মৈতৈ নুপীশিংনা ফনেক, নুপাশিংনা ফৈজোম, খুদৈ কয়া শীজিন্নদুনা লাকখি। অদুবু বৃটিশকী মখুত্তা নীংতম্বা মাঙলুরবা মণিপুরীশিংনা নোংচুপ লমগী মহৈ মশিংগী মঙাল ফংলকপা কয়াদগী নুপাশিংনা শীজিন্নরম্বা খুদৈ, ফৈজোমগী মরক্তা খোংগ্রাও শীজিন্নরকপা খরা-খরা য়াওনরকখি। মসিমক্লা লমদমশিগী চাওথোকচনিংঙাই ওইরিবী মৈতৈ নুপীশিংগী ফিজেৎপুদি মতমদুগী য়াওল অদুনা পাক হেক হোংহনবা ঙমখিদে। অদুবু কবিগুম্বা মীওই কাঙলুপ অমবু শক তাকপদা অচৌবা মচাক অমা ওইরিবা

মৈতৈ নুপীশিংগী ফিজেৎশিং অসিদশু খুনাইসিগী হোংলক্লিবা য়াওলগা ইরোইননা ওল্লকখিবশিং ঙসিদি ঐখোয়না অমুক থেংনররী। মসিনা মৈতৈ নুপীশিংগী ৱাখল্লোন্দশু অওনবা কয়া লাকখিবা ঐখোয়গী ইরকসিদা থেংনরি। অসিগুম্বা হোংলক্লিবা মৈতৈ নুপীশিংগী ফিজেৎ অসিমদি মহৈ মশিং তম্লুবগী ঙাকশু নৎলকত্রি। মরমদি লাইরিক তমদুনা লৈরিবী নত্রগা মহৈ মশিংগী মঙাল ফংলবী নুপীশিংনা ইং ১৯৬৯-৭০ অমদি থংনবা চহি খরদফাও মখোয়গী ফনেক অমদি ফি মইল খাওন ওনদুনা অমদি লেংবান অনিদা ফিজিন অনিমক লেংজুম তাননা হাইগৎতুনা ইন্নরম্বা মওংশিং হোংনরমদে। মসিমক্তশু মতমদুগী মৈতৈ নুপীশিংগী ৱাখল পুক্লিং তশেং তশেংলম্মী হায়বা য়াই। অদুবু মপালদা মহৈ মশিংগী মঙাল ফংলুরবী মৈতৈশিংনা অতোপ্পা খুনাই অমগী ফিজেৎ চাকচেৎশিং শীজিন্নবনা হেন্না নুংঙাইবা অমদি চাউখৎপা লেম্নবা ওইনা খন্নরকপগী মমি তপ্পা তপ্পা তারকপা হৌরকখি। হায়রিবশিগা ইরোইননা লমদমশিদা উৎলরিবা মপাল লমগী ফিলমশিং অসিদা শীজিন্নরিবা ফিজেৎ চাকচেৎশিংগী মতৌ তম্নীংলকপা কয়া অমনশু মৈতৈ নুপীশিংগী ৱাখলদা চংশিলকখি। মৈতৈ নুপীশিংনা লাইরিক তম্বা চৎপদা ফি ইনবগী মহুত্তা ফুরিৎ ওইনা লীৎলগদং চৎনরকপা থেংনরকখি। ঙসিদি অমুক তোঙান-তোঙানবা লমদমশিগী নত্তবা ফিজেৎশিং কয়া শীজিন্নরক্তুনা ঐখোয়গী ওইবা ফিজেৎশিং অসিদা তিনলরি। মসিনা মীওইবগী চৎন লোনচৎ কয়াদশু হোংহলকই। য়ুমপাল্লবী নুপীশিংনা ফনেক ফিদোল চিংখৎতুনা শেৎনরম্বা ফিজেৎ খাদোক্লরক্তুনা খোইখা শেৎনরকপগী চৎনবী কয়া অমনা লাকশিলকলি। মীয়াম তিনবা মফমদা নত্তনা ইমুং মনুংগী অহল লমনগী মমাংদা ফিজি ফিম্না খুম্না চৎনরম্বা নুপীশিংগী ফিদম মাঙলক্তুনা লমচৎতা শাজৎতা অহোংবা কয়া লাকতুনা ইমুং মনুংগী লৈনরম্বা মরিগী থকশি খাশি মাঙশিলকপগী মচাক অমসু ওইরকই।

ঙসি ঙসিমক খোংজেল য়াংনা চেনশিলক্লিবা চাউখৎপগী মমিনি হায়নশু লৌনরিবা ফিলমশিং কেবল টি. ভি. প্রোগ্রামনচিংবা কয়াদা থারক্লিবা, উৎলক্লিবা কয়াদা, মীওইবগী হকচাং কয়াৎশিংবু কুপশিনবা ফিজেৎ কয়াশিংদা মচেৎ মরাং ওইনা শীজিন্নরকপা অমদি ফিজেৎ কোম্নরকপা থেংনরী। মসিনা ফিজেৎ চাকচেৎকী লমদা ৱাখল মপুং ফাদ্রিবা লমদমশিগী নুপীমচাশিংগী ফিজেৎতা অমুক হোংহনবদা অকন্নবা শাফু পীবতা নত্তনা লমচৎ শাজৎ কয়াদা ফাও অকন্নবা চৈথেং পীররী। অসিগুম্বা ফিজেৎ কয়াশিংতনা থল্লবা মতমশিদা পোক্লকপা

লমদমশিগী নহাবোল কযাদদি মখোযগী মমীৎতা হাযবিবা কযাশিংশি হান্না থেংনৰুবা হাযবশি ট্রেদিসনেল কলচব অমা ওইনা লৌখিবা যাবগী অকিবা কযা লৈতবা নত্তে। মসিদগী হেন্না শাথিবা কিনিংঙাই ওইবা ফিজেৎ চাকচেৎ কযা অমসুং থেংনববা যাবশু লৈতবা নত্তে। ফিজেৎ হোংলকপা হাযবশিগা মীওইবগী ৱাখলগা যান্না মবি লৈনৈ। শেৎতোক চাথোবক্লিবা ফিজেৎ অদুদা মী মীগী ৱাখলগী মমী তাই। হোংদুনা শেৎনবিবা ফিজেৎশিং অসিদা তিন্নবিবা মৰুপ মপাং কযাগী মবক্তা ঐনা মহেল্লি ফজৈ হাযহন্নিংবগী ৱাখল অমদি শেল থুমগী বাৎত্ত-পাদবা কযানা মপাল লমগী ফিজেৎ কযা শীজিন্নদুনা পুক্লিংগী ইহুল কযা উৎথোক্তবসু নত্তে। অসিগুম্বা ফিজেৎ কযামা মশাগী হকচাং কযাৎপু চেকশিন্না কুপ্লম্বা ফিশিংদা কোম্নবকপা হৌবকই। মখোযনা ফজবা হকচাংগী কযাৎশিং উৎথোক্লিংবা কুচুগী ফজবা উর্থনিংবগী মতৌ ফি মতেক কযা কযাগী ফিজেৎশিং অসি শীজিন্নদুনা চৎনবী ওইনা পুশিন্নবা হোৎনবকই। লমদমশিগী ওইনা মীওইবগী লমচৎত শোক্লিংঙাই ওইবা অকোম্বা ফিজেৎশিং অসিনা ইনখৎলক্লিবা নুপীমচাশিংগী ৱাখলদশু তাবকপা হাযবসি যান্না লাইবক থীবনি। অসিগুম্বা কযা অসি অয ফত্ত যেংনা চেৰ শিলহৌবা চুম্মী।

অদুগ ঐখোযনা ঐখোযগী ফুৰুপকী শকওং শাদা লৈবাকসিগী ঈশিং নুংশিৎ অমদি ওল্লকলিবা খুন্নাইগী যাওল অসিদা মথৌ তাবা ফিজেৎ অদু কবিনো হাযবদুসু খঙদোকপা তঙাইফদে। ঐখোযগী নাৎ (কলচব) হাযর্বসি হোংবা নাইবা পোৎশৰু অমা ওইবনিনা ঐখোযগী নাৎকী ফিজেৎ হাযবসিসু মতমগী মতুংইন্না হোংলকপা মশানা তাবনি। চনাদা কলচবেল বিভোলুসন পাঙথোকত্রিঙৈ মমাংদা চাইনিজ নুপীশিংবু যোৎকী খোঙ্ভুপ তোংহনবা অমদি শেৎ ইনবদা যান্না খুবৌ থাংবা ফিজেৎ শেৎহনবা অদু ফিউদেল খনাই অমগী নুপানা লেপ্পা নুপীগী ফিজেৎনি। মদু মতমদুগী নার্থনি হাযনা শন্দোক্লম্বনি। অদুবু মাওগী কলচবেল বিভোলুসন মতুংগী হোংলকখিবা চাইনিজ নুপীশিংগী ফিজেৎ অদুদদি যাওল্লোই নুপী কযা পুথোবকখিবা অনৌবা বিভোলুসনবি কলচব অমনি। ফিভমসি অতৈ বিভোলুসন থোকখিবা লৈবাকশিংদসু উবা ফংগনি।

হৌজিক মৈতৈ নুপীনা ফনেক নৎত্রগা অতৈ অবিবা মৈতৈগী ফিজেৎ শেৎপা অসিনা ফুৰুপসিগী শক্তম অমদি নাৎকী শক্তম ঙাক্লবগীদমক অমদি

মোরেল ফগৎনবগীদমক তঙাইফদে হায়বা অমরোমদনা খুন্নায়গী য়াওল অসিদা মপুং ফানা শরুক য়ারক্লবা মোরেলিতি অমদি ডিসেঙ্গি ঙাক্লা মোঙ্গোলোইদ নুপীশিংনা শেৎনবা ফিজেৎশিং লমদমসিগী নুপীশিংনা শেৎপদা মরিং মরাংনা লৌবা চুমদে হায়বা ৰাখল্লোন অনি অসি থোরকপা উরে। ইন্দিয়ানাইজেসন অমদি রেষ্টর্ণাইজেসনগী লমদমসিগা চুনদবা ফিজেৎ অমদি মোরেল কাইবা ফিজেৎপুদি কনানসু শৌগৎনিংলোই। লমদমসিগী চেষ্ট্রক্লিবা ট্রেডিসনেল ড্রেসকী মফমসু ঙাকপা অমদি অনৌবা খুনাই অমগীদমক মথৌতাবা মোর্ডন ড্রেস অমসু মফম মতম চানা শীজিন্ননবা লম্বী অমা পুথোকপা অমদি চঙই। ❑

# মহৈ তম্বদা ইনাৎকী ওইবা মচাকশিং য়াওহনবা

মীওইবনা পোক্লকপদগী শাগোন্নরক্লবা থোইদোকপা মচাকশিং কয়াবু খুন্দা লৈতারুগদৌরিবা খুনাইদুগী চৎন-লিচত্তা শেমগৎপিদুনা হেন্না ফবা মীওই অমা ওইহন্নবা হোৎনবদা মহৈ মশিং তম্বীবা হায়বসি য়াম্না মথৌ তাই। লোইলম শন্দোকপা বৃটিশকী মখুত্তগী মনীং তমহৌরবা ইন্দিয়াগী, ঈচেলসিদা তিনর্শিনখ্রবা চহি কয়াগী মতুংশি ফাওবসিদা মহৈ-মশিং তম্বীবগী লমদা পিরিবা পান্দম কয়া অসিনা মপূং ফাদবা ময়েক শেংদবা কয়া অমা থোকহনবতা নত্তনা চৎনরিবা নিয়ম অসিদগী লানথোক্লবকান্দা ঐখোয়না শেন্নীংলিবা, পীনিংলিবা, ওইহন্নিংলিবসি করিনো হায়বসি ঐখোয় ইশাদা লৈজদবগুম তৌরি। অদুবু মতম মতমগী শেন্নক শারক্লিবা মহৈ মশিং তম্বীবগী নিয়ম কয়াগী মরক্তা নাৎ (কলচর) কী ওইবা মচাকশিং য়াওহন্দুনা ইনাৎপু য়োকখৎপগী মথৌ তারকই। মালেমদা চাওখৎকে তান্নরিবা মীওই কাংলুপ খুদিং মশাগী মনাৎপু হান্না শকখংনবা হোৎনখিবা অমদি মনাৎপু য়োকখৎলিবা কাঙলুপ ঙাক্তনি হায়বসিশু ঐখোয়না খঙই। ইনাৎ হায়রগা করিবু খঙনগদগে হায়বগী মতাঙদদি তোঙান তোঙানবা ৱাখলোন্দা তোঙানবা ৱাহঙ্খোক কয়া পীনরি, অমদি খৃঃ ১৯৮২ দা য়ুনেসকোনা শীন্দুনা ফমখিবা মীফমদা লৌখিবা নাৎ (কলচর) কী ৱাহঙ্খোক অদু য়েংবা য়াই। "........ the whole complex of distinctive, spiritual, material intellectual and emotional features that characterize a society or social group. It includes not only the arts and letters, but also modes of life, the fundamental rights of the human being, value system, traditions and beliefs." (The World Conference on Cultural Policies: Mexico City: 1982 UNESCO) ইনাৎ হায়বসি খুন্নাই অমগী শক্তম্নী। খুনাই অমগী মীওই কাঙলুপ অমগী শকতাক্লবা হোৎনবদা ইনাৎনা অচৌবা মতেং পাংলকই। খুনাইসিগী শক্তমসি মাঙখিদনবা হোৎনবদা পুৱারীগী তাঙ্কক কয়াদা খুনাইসিগী অথৌবা কয়ানা মথৱাই

কৎখিবগী থৌদোক কয়াবু ঐখোয়না ঙসি নীংশিংনরী। মালেমপুম্বগী থাক্তা ইনাৎপু খঙহন্নবা হোৎনবদা খুনাইসিগী ইনাৎপু মহৈ মশিং তম্বগী মনুংদা হাপচিনবনা ইনাৎপু ইকাই খুম্নবা উৎপা অমদি মাঙথরক্লিবা ইনাৎপু কন্নবা হোৎনবদা অচৌবা মতেং অমা ওইগনি। অসিদশু নত্তনা লমদমসিগী মশাগী ওইবা নাৎকী পোলিসি অমা লৈহনবশু মথৌ তাই। অদুবু হায়রিবা ঝাফমসিমদি মতম মতমগী ওইবা লৈঙাক থৌপুরিবশিং অমত্তনশু পুক্লিং চংশিন্দুনা লৈহন্নবা হোৎনবা উদ্রি। ইনাৎকী মপাল তাংনা থাক ঝাংনা লৈজরিবা পীক্রবা খুনাইসিগীদমক্তদি ইনাৎপু মীরাইবা হায়বসি চুমদে। ইনাৎপু মপুং ওইনা অঝাংবা থাক্তা খঙহন্নবা হোৎনরিবা, থিজিল্লিবা খুনাইচাশিংদা ইনাৎকা ইরোইননা মহৈ মশীং তম্বীবগী অচৌবা মথৌশু তাই, অমদি মহৈ মশিং তম্লিবা খুনাইচা কয়াদশু ইনাৎপু মশক খঙনা চৎহনখিনবা লমদমসিগী মহৈ লোয়শংশিঙদা ইনাৎগী ওইবা তোঙান-তোঙানবা হীরম কয়া হাংদোক্তুনা খঙহনফম থোকই। তম্নগদবা লাইরিকশিংদা য়াওহনগদবা হীরম কয়া শেম্বদা চীংমী তম্মীগী ওইবনা অপুনবা নাৎকী ওইবা মচাকশিং য়াওহন্নবা তোঙান-তোঙানবা ইনাৎকী লমদা খঙ-হৈরবা মীওইশিংদা শেমহনবা, অমদি হায়রিবা হীবমশিং অসি তাকপী তম্বীনবগীদমক ইনাৎপু মশক খঙবা মীওইশিং স্কুলশিংদা হাপ্পশু মথৌ তাই। অসিদসু নত্তনা খুনাইসিগী ঙল্লিঙৈ মতমদগী লৈরক্রবা ইনাৎকী লাইনিং লাইশোল চৎন-লোনচৎ, জগোই, থাং-তা, শান্নবগী মখলশিংদা শগোল কাংজৈ শান্নবা অসিনচিংবা কয়াগী তম্নবা অমদি থিজিন খোৎচিনবগী লমদা খুমাং চাওশিনবা য়াগদবা ইউনিভরসিটিদা তোঙানবা ডিপার্টমেন্ত হাংবগীশু মথৌ তাই। National Policy on Education 1986 কী মতুং ইন্না হৌজিক্কী লৈরিবা লাইরিক তম্বীবগী চৎলিবা নিয়ম-নিতি অসিগা খুনাই অসিদা লৈজরল্লিবা ইনাৎকা শম্নহন্দ্রে অদুনা মসি হৌজিক্কী মহৈ মশিং তম্বীবা হায়বসিদা খুনাই অমগী লৈরিবা ইনাৎকা পুলহন্দুনা অমত্তা ওইনা পুনশিলহনগদবনি হায়না পল্লদুনা তম্নগদবা লাইরিকশিংদশু ইনাৎকী ওইবা মচাকশিং মতিক চানা য়াওহনগদবনি হায়না হায়বিবা পান্দমশিগী মখাদা লমদমসিগী গভর্ণমেন্টকী মহৈ তম্ফমশিংদা তম্নরিবা লাইরিকশিংদা টেন ফাওবগী থাক্তদি, ইনাৎকী ওইবা শক্তম খর-খরা য়াওহনবশু ঐখোয়না থেংনরক্লি। মখোয়শিং অসি চীংমী-তম্মী অনিমক্কী ওইবনা অপুনবা মচাকশিং শুনা য়াওরব্রা হায়বসিশু য়েংবা মথৌ তারি। খুনাইসিগী ইনাৎকী ওইবা পুরারী অমা শাগৎনবা হোৎনবদা মৈতৈশিংনা তম্পাক্তা অমদি চীংমীশিংনা

চীংদা খুন্দাদুনা তোপ-তোপ্পা খুনাই অমগী শক্তম শেম্বা হৌনখি। কাঙলুপ অনি অসিনা ওল্লিগুঁ মতমদগী পুন্না হিংমীন্নদুনা অরৈ-লৈত খাইনদুনা চামীন্নবগী চৎনবী অমা লাকখি অমদি কাঙলুপশিংসি করম্না হৌরকখিবা হায়বগী ৱারী কয়া অদুগা অমুক চীংমীশিংগী খুনাইদা খৃষ্টান ধর্ম্ম চংশিলক্লুনা হান্না লৈজরম্বা চীংমীশিংগী ওইজবা ঈশৈ-নোংমাই, লাইনিং- লাইশোল, ইরাৎ-থৌনি, কুম্মৈ-ফিয়োং কয়া মাঙহন তাকহল্লক্লুনা হান্নগী খুনাইমগী মওং কয়া হোংলকখি। তস্পাক লমদনা হিন্দু রামান্দি ধর্ম্ম চংশিল্লক্লুনা অমদি লমসিগী লৈজরম্বা চৎন-লিচৎ, লাইনিং-লাইশোল, কয়া মাঙখিদুনা অহোংবা কয়া অকনবা শাফুগা লোইননা অমাং-অশেং, অনেম-অৱাং খায়বগী চৎনবী কয়া লাকখি। হায়রিবশিংসি লমসিগী তম্নরীবা লাইরিকশিংদা হাপচিন্দুনা য়াওহনফম থোকই। অদুবু নাকল অমরোমদা মিসন স্কুল লিংখক্লুনা লল্লোনবগী থবক তৌরিবা কাঙবুনা মখোয়গী স্কুলশিংদা লমদমশিগী ওইবা মৈতৈলোনবু থওইনা তম্বীদে। লমশিগী ওইবা লোলবু থওইদবা হায়বশে ঐখোয়গী ইনাৎপু শীংনবনি। ইনাৎ হায়বশি খুনাইদুগী শক্তন্নি। খুনাই অমগী শক্তমবু খঙনবা হোৎনবদা লমদুগী লোলদগী হৌগদবনি হায়বশিগু স্কুল লিংখৎতুনা ললোল্লিবা কাঙবুশিংদা তম্বীবসু মথৌ তারি। শক-চু, লোল অমদি ধর্ম্ম মান্নদবা কয়া পুনশিল্লগা শেম্বা ইন্দিয়াগুম্বা লৈপাক অমগীদি মশাগী ওইবা অপুনবা নাৎ (কলচর) অমা লৈজদে। মতাঙসিদা ইন্দিয়াগী অপুনবা ইনাৎতি হিন্দুগী লাইনিং-লাইশোল চৎন-লোনচৎনি হায়না খঞ্জবা কাংলুপশু লৈরমগনি। মদুমক্লদি অচুম্বা নওে হায়বসিদি মীয়াম্না খঙনরি। অসিগুম্বা লমদম অমগী তোঙান-তোঙানবা ইনাৎকী ওইবা মশক কয়া তম্নগদবা লাইরিকশিংদা য়াওবনশু নেস্যনেল আইডেনটিটি অমা শাগৎপা ঙমগনি।

খুনাই অমগী হোংলক্লিবা চৎন-লোনচৎ চীনথাং য়ৈনা লাকখিবা কয়াবু লাইরিক ওইনা শেমদুনা অমুক খুনাইচাশিংদা ফংহন্নবা পুথোকপা হায়বসিশু মপুং ফাবা মীওই অমা শেম্নবা হোৎনবদা অচৌবা মতেং ওইহল্লী। অদুগা অমুকশু মপুংফাবা মী অমা ওইনবা হোৎনবদা লাইরিক্তা য়াওরিবা অদুখক্তনা মপুংফাবা হায়বদু ওইগদৌরিব্রা হায়বসিশু ওইথোকলোই। মরমসিনা লমদমসিগী লৈজরক্লিবা অহন-লমন্দা থমগদবা থৌগনলোল হৌন-লোনচৎ কয়ামশু কায়হন্দনা চৎনবা হোৎনহনবা অমদি দরকার ওই। মণিপুরগুম্বা অপীকপা লমদম অসিদদি ইনাৎপু ঙাক্লুনা য়োকখৎতুনা থম্নবা হোৎনরীবসি লৈঙাক থৌপুরিবশিংসিনা নত্তে।

তোঙান-তোঙানবা লনাইগী অপুনবা মীওই কাংলুপশিংনা চেনজবা হোৎনজবা ঙাক্তনি। মসিমক্তশু লমদমসিগী ইনাৎপু মালেম শীন-থুংনা চৎতুনা লমদমশিবু শক তাকলুবা ঙম্লিবনি। পুম্নমকসি খঙনা-খঙনা মতম-মতমগী লৈঙাক থৌপুরিবশিংনশু অচৌবা শেনফম কয়া ইনাৎপু ঙাক্লিবা, য়োকখৎলিবা কাঙলুপশিংদা পীথদুনা ইনাৎপু হিংহন্নবা হোৎনবশু ফৈ। মরিল লৈনা নিয়ম চুম্না থবক তৌথোরকপদি লৈঙাক থৌপুরিবশিং অসিদগীদি লনাই মীওই কাঙলুপশিংনা তৌথোবকপনা ইচু তাজবা হেল্লি হায়বসিশু মীপুম খুদিংমক্না খঙনৈ। মসি লৈঙাক থৌপুরিবশিংনশু খঙফম থোকই। ঐখোয় মীওইবনা হিংবশিদা প্রোব্লেম লৈতনা ঈংনা শান্তি লৈনা হিংনবগীদমক ঐখোয়না ইনাৎপু হান্না মযেক শেংহন্নবা হোৎনবা অমগী মথৌ তাই। ❑

# মণিপুরী খুনাইদা নুপীগী অউনপোৎ

## (মমাংঙৈ অমদি হৌজিক্কী তুংদা ওইরকপা য়াবা)

খুনাই অমা লিংবা হায়বসি খুনাই অসিদা লৈরিবা মীওইবা হায়বা কাঙলুপ অসিনা তুংগী মীরোল অমদগী মীরোল নাইনা লৈহৌননবগীদম খুনাই অসিগী চৎনবী ঙাক্তুনা নুপা নুপী লুহোংদুনা য়ুম পানমিন্নবা হায়বসি তৌদবা য়াদ্রবা মথৌ অমা ওইনা চৎনরক্লি। মণিপুরী খুনাইশিদা চৎনরকপগী মতুং ইন্না মমা-মপাগী লন-থুমসি নুপাতনা ফংবা ওইনা চৎনরকই। অদুগা নুপীগীনা লুহোংবদা অওং অউন তম্বা (অউনপোৎ) হায়দুনা খরা তম্নরকই। খুনাই অসিনা ঙল্লিঙৈ মতমদা নুপীশিংগী মমল থমলমদুনা নুপীশিংসি য়ামনা ইকাই খুমনবগী থাক্তা থমনরকই। মদুগী ময়েক লারবা খুদমদি খুনাই অসিগী লুহোংবগী চৎনবীদা নুপা অদুনা নুপী অদুবু লৌশিনবগী মমল ওইনা শেল নৎত্রগা সনা ওইনা নুপী ময়ুমদা পীবা অসি চৎনৈ। মসিবু মংকৎ কৌই, হায়বদি ব্রাইদ প্রাইস (নুপীগী মমল) হায়না খংনৈ। চৎনবী অসি হৌজিক্লা কাগোক হানবা থাংজ ফিয়েল ঙম্বা অমদি কুজবা হায়দুনা চৎনরে। কাগোক হানবা হায়বসি নিংথৌগী মচা মশুদতা তৌনৈ। থাংজ ফিয়েল ঙম্বা হায়বসিনা নুপা ময়ুমনা নুপীগী অহল-লমনশিংগীদমক ফিরোল লৈদুনা পীববু কৌই। হায়রিবা অসি তৌনদ্রবদি লুহোংবা অসি য়ানরমদে। অসিগুম্বা চৎনবী অসি চীংগী লমশিংদসু অদুমক তৌনৈ। কবুই জাতিনা মংকৎকীদমক ষণ লাবা অমোম অনি নুপা ময়ুমনা নুপীগীদা পীবা চৎনৈ। মসি পীদ্রগা নুপীগীদমক খুৎজেং য়েৎওই, পাম্বোম য়েৎওইদা শিনবা খুজি মরৈ মরৈ তাবা পিৃথাইগী অনি অনিনা খুজিং ওইদুনা পীনৈ মসিবু কবুইগীদা 'তদু' কৌই। হৌজিক্তি মংকৎকী ৱা থোইদোক্লা লৈনদ্রবগুম তৌরক্লে।

মণিপুরী খুনাইদা লুহোংবদা নুপীগী অউনপোৎ পীবা হায়বসি নুপীশিংগী ওইনা তৌফম থোকই, অমদি নুপীশিংনসু ফংফম থোকপা অধিকারনি খন্নরম্মী। মমা-মপা ওইবশিংনা মচানুপী লুহোংবদা মচাগীদমক মখোয়না ঙমজবা ইমুং

অমদা চংবা পোৎচংশিংদু অউনপোৎ ওইনা পী। লুহোংলবা মতুংদা নুপা নুপী অনিনা মমা-মপাগা পুন্না লৈমিন্নরম্বদগী তোঙানবা অনৌবা ইমুং অমা শেম্নরক্লুনা লুহোংখ্রিবা নুপা নুপীদুনা ইমুং অমগী মকোক অমুক ওইরকপা হায়বসি চৎনবীনি। অসিগুম্বা অপীকপা ইমুং অমা হৌদোক্লবা হোৎনবদা চঙবা পোৎচংশিং খরা মমা-মপা ওইবশিংনা অউনপোৎ ওইনা হাপ্পী। মমাংঙৈগী মতমদা য়ুম পান্দ্রিবী লৈশাবীশিংনা মমা-মপাগী মনাক্তা লৈরিঙৈদা নুপীশিংগী ওইবা শিনফমদি ফি-শাবা, লোনবা অমদি ইমুং মনুংগী চাকথোং ফৌশু তৌবনা ওইরম্মী। লৈশারিঙৈ মতমদা মখোয়না শাজরকপা ফিশিং লুহোংবদা হাপ্পরম্মী। ইমুং অমগী থোং-থাকপদা চংবা পুখম, তেঙ্গোৎ, উপু, কাংথোল লোয়ননা মশানা শিনফম অমা পায়জবা য়ানবা ফিশা-লোনশাগী তরেং, কপত্রেং, তেম, য়োংখম্নচিংবশিং উল্লি। চীংগী লমদা লৈশারিবি নুপীশিংনা ময়ুমদা ওক, য়েন লোইবা, লৌ-উবা চৎপা, অমদি পামদা চৎনৈ। মসিনা চীংমীশিংগী লুহোংবদা ওক, য়েন, লৌ উনবা, য়োৎ, নুপীগী সম, নুপাগী ওইনা পোলাং সমগুম্বা নুপাগী থাং-তা, কবুই জাতিগী ওইবা কম্বোং (মৈতৈগী ফীরুককুম্বা) পোৎ-চৈ অরুবা হাপ্পবা, খৌজাই (মৈতৈদা লুবাককুম্বা) ফিরোল হাপ্পবা, ঙবোং, ফৈঙাও কুম্মে ফিয়োংদা ইন্নবা ফি, লংমু ফৈশোই (নুপীনা জগোই শাবদা শেৎপা ফি) লুশেক (নুপীনা শেৎনবা অখন্নবা ফি, লুহোংগদৌরিবা নুপা অদুগী নিংঙোলশিং অদুগী খ্বাইদগী অহল ওইবদুগীদমক) অদুগা মনেমদুগী শেৎনবা ফি অমা, মক্কদুগী শেৎনবা ফী অমা মখোয়শিংসি চীংগী লমদা অউনপোৎ ওইনা হাপ্পী। মথক্তা পনখ্রিবা মণিপুরী খুনাই অসিগী লুহোংবদা পীনরম্বা অউনপোৎশিং অসি মপান লমদগী পুশিল্লক্তনা ঙল্লিঙৈ মতমদা লমদমসিদা থোকচবা পোৎনা শেম-শাদুনা পীনরম্বা ঙাক্তনি। করিগুম্বা লৌয়াম চাবা নৎত্রগা শেল-থুম নীংথিনা পায়বা ইমুং খরগী ওইনদি মচানুপী লুহোংবদা 'লৈরুম ফি' হাপতুনা লেম্নরম্মী। অদুবু মখোয়শিংসিদি মতমদুগী অখন্নবা মীওই খরদগী ওইনরম্মী। অঙম্বা মীনা য়াম্না উনজবা ঙমদবা মীনা খজিক্তং উন্নবগী চৎনবীশি মমাংঙৈগী মতমদা অদুম্মক তৌনরম্মী, মসিনা থোইনা হেন্না নাকল অনিগী মরক্তা চয়েৎনবা অমত্তা থোক্লমদে।

লুহোংবদা অউনপোৎ পীবগী চৎনবিশি মণিপুরগীদা নত্তনা ভারতকী মফম খুদিংদা অদুমক চৎনরকই। অদুবু চৎনবী অসিনা হৌজিক্তি অসুম-অসুম চাওখৎলক্লুনা মসিনা খুনাইসিদা নুংঙাইতবা থৌদোক কয়া থোকহল্লে হায়বদা

হায়মনবা থোক্তে। চৎনবীনি হায়দুনা লুহোংবগী অউনপোৎতা কা-হেন্না উন্নদুনা অহেনবা শেল চঙহনবগী লমজেল অমা লাক্লি। অসিগুম্বা কয়া অসিদগী ভারতকী মফম অয়াম্বদা অউনপোৎ য়াম্না উনবা ঙমজদবা হায়বা অমদি অউনপোৎ য়াম্না হেন্না উনবা ঙম্বা মীওই কাঙলুপশিং থোক্লক্লুনা অউনপোৎ য়াম্বা ঙমজদবা নুপী কয়াদা ফত্তবা থৌদোক কয়া থোক্লকপগী পাও কয়া তানরক্লি। নীংশিংবা য়াই অউনপোৎকীদমক লুহোংদুনা য়ুম্বালমীনরিবা নুপীবু অউনপোৎ য়াম্না য়াওরক্তে হায়বগীদমক নুপাদুনা খাইননিংবা মতমদা খাইনবিবা, অসিদসু নত্তনা অউনপোৎ য়ামলক্কবগীদমক নুপীবু মচানুপী পোক্লিবা মনেম মকু য়াওনা কেরোশিন হৈজিন্দুনা মৈ থাবা, হু পীথকপীবা, অউনপোৎকীদমক নুপী মশেল ওইনরিবী মনম্মবু মচল নুপী য়াওনা লৌতুনদুনা মী অমগী পুম্বিবু হাক্তোকপীবগী থৌদোক কয়া ভারতকী তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা থোক্লক্লি। অসিগুম্বা থৌদোকশিং অসিদগী নুপীশিংগী খোঙদাফম খুনাইশিদা লৈরক্তনবগী মচাক অমা ওইহল্লকই। অসুক য়াম্না চাওখৎলক্লবা খুনাই অসিদা য়াম্না শাথীবা থৌদোকশিং থোক্লক্তুনা নুপীগী মমলসি করিসু লৈতনা খন্নরক্লবা অমদি অউনপোৎনা নুপী লুহোংবগী চৎনবী অমা তুংগী মীরোলশিংদা লৈহৌবা তারবদি খুনাই অসিগী নুপীশিংসি হিংনিংলক্কবা অমদি হিংন-হিংনা মশামক শক-চু থোক্লক্কবতা নত্তনা অউনপোৎ য়াম্না পুরকপা ঙল্লোইদবা নুপীশিংদা মীশি-মীনা, খৎনা-চৈনবা নৎত্রগা য়ুম পাননিংলক্কবগী মওং অমা লাকপসু য়াই।

মণিপুরীশিংদদি ইমুং অমগী শেল-থুমগী ফীভম্না লাইব-ইনাকখুনবা লেপনবগী মওং লৈ। মদুদি লুহোংবা, শোরাৎ নৎত্রগা করিগুম্বা থৌদোক অমদা ইমুং অমগী ওইরিবা শেল-থুমগী ফিভমশিং হেক্তা খংবা ঙম্মী। মসিদগী লাইরবা-ইনাকখুনবা হায়বা অমা থোক্লকই। খুনাই অসিদা ঙল্লিঙৈ মতমদা লুহোংবা অমদি অউনপোৎ পীবা অসি ইমুংদুগী শেল-থুমগী ফীভম মতুংইন্না মানা-মানা ঙমজ-ঙমজবা উন্নরম্মী। লৌয়াম চাবা নৎত্রগা কোনুং মনুংগী মীওইশিংনা মতমদুদা উন্নরম্বা অহেনবা অউনপোৎশিংদি চাম্ম-চাম্মনা খুজিং ওইদুনা লৌ-উনবা, ষণ-পীবা অমদি মীনাই য়াওনা উনবা অসি চৎনৈ। মতমদুগী লাইরিক লাইশু থোইনা হৈবা য়াম্না লৈত্রিঙৈদুদদি অসিগুম্বা অহেনবা অউনপোৎশিং অসি অঙম্বা শেল থুম পায়বা খরগীদমক ওইরম্মী। শেল থোইদোক্লা পায়জদবা মতমদুগী মীয়ামশিংদদি অসিগুম্বা অহেনবা পোৎশিং অসি শেল পায়বা নৎত্রগা কোনুং

মনুংগী মতৌ তমদুনা উল্লক্তবা য়াদে নৎত্রগা য়াওরক্তবা য়াদে হায়বসি তৌনরমদে। অদুবু খুনাই অসিদা লাইরিক লাইশু হৈবগী চাং নীংথিনা হেনগৎলক্রবা মপান লমগী জ্ঞান ফজনা ফংনরবা মতমসিদদি লুহোংবগী অউনপোৎশিং অসি লাইর-ইনাকখুনবা পুন্না লমজেল তান্নদুনা চৎমিন্নবা হোৎনরকই। মণিপুরী খুনাইশিদা মৈতৈশিং অসিদি মহৌশানা চফু উয়াল মিরাং থুরবসু মীয়াম মমাংদদি কলেজা পুথোক্তুনা অহেনবা পুথোক্তুনা উৎননবা হোৎন্ননবা ওইবনিনা অউনপোৎ য়াম্বা উৎন্নবা অমদি মসিগী য়াম্বা তান্নবগী মওং অসিদি থোইনা হেন্না চুশিল্লক্রে। নুপী অমা লুহোংনবা হায়নশিংনবদা নৎত্রগা চেল্লক্তুনা লুহোংগদবা লৈরবদা নুপাগী ময়ুমগী মায়কৈদগী নুপীদুগী অউনপোৎসি থোইনা হেন্না মশীং হেনগৎহন্নিংবগী ব্বা হান্না হায়নবসু য়াওরক্লি। মদুনা শেনথোক লৈখিদ্রবা লায়র ইনাকখুনবগী খেন্নবা থাক ব্বাংনা লৈখ্রবা মণিপুরী খুনাইসিদা মসিদগী শেনথোক লৈহনবা য়াবা পোৎসু নত্তবা অরং অরাক কয়াদা লুপা লিশিং লিশিং থাদবগী চৎনবী অমা চঙশিন্নরক্লি। মসিমক্লা থোইদোক হেন্দোক্লা শেল পায়বা ইমুংদা থোক্লুদুনা মতীক চানা লেম পানা উনখিবা কয়া য়াওরবসু লমদমসিগী মীওইশিংদদি শূরগা হিংবা ওইবনা অঙম্বশিংদুনা পীনরিবা অউনপোৎকী থাক অদু য়ৌবা ঙমদদুনা নুপীশিংশি খুনাই অদুগী মমাংদা অউনপোৎ য়াম্লক্তে হায়বগী ইকায়জবনা মরাল লৈরবা মীওইগুম য়াম্না তোনথনা হিংবগী চৎনবী অমা লাক্লবা। অদুগা অসিগুম্বা কয়াশিদগীসু অউনপোৎকা মরি লৈনবা খুদোংথিবা থৌদোক কয়া থোক্লকই। নিংশিংবা য়াই ভারতকী মফম খরদা থোক্লিবা অউনপোৎ য়াম্না উল্লক্তবগীদমক মনেম-মকু, মপুরোইবনা লুহোংলক্রবি নুপীবু খাইনবিদুনা হাৎপা ঙম্বগী থাক্তুমক মণিপুরী খুনাইশিদা লৈত্রগসু মদুগী মমি (হাৎপা শিবা থোক্ত্রগসু) অমদি মৌ অনি-অহুম লৈবা ইমুংদা সনাতনা য়োমলকপী, লিক-লৈ খুদোপ, শেৎন-ইন্নবা ফিরোলদা মঙা-তরানা খুজিং ওইরকপা টি. ভি., রেডিও য়াওরকপা অদুগুম্বা মৌশিংদুনা অব্বাংবা মীৎয়েং অমদা লৌদুনা খুনাইশিনা য়েংনরি। অদুগা মখোয়শিং অসিগী মতুং ইনবা ঙমদবী মৌশিংবু য়াম্না হম্ববা মীৎয়েং অমদা থম্নরক্লি। অসিগুম্বা ইমুং অমদা লন-থুম খরা পুরকপী মৌদুনসু মঙোন্দা লুনা তৌবিবা নৎত্রগা খুনাই অসিনা থোইদোকপা মীৎয়েং অমদা থম্বিবদগী মানা অমুকসু মঙক হায়গৎলক্তুনা অউনপোৎ য়াম্না পুরকপা ঙমদবী খুনাই অসিগী নুপীশিংগী মফমদা হম্ববা মীৎয়েংনা য়েংলকই। হৌজিক্কী ওইরিবা মতমশিদা অউনপোৎ কা হেন্না উন্নবগী

থাকশি লাক্লবনিনা ঙসিদগী চহি খরগী মতুংদগীদি স্কুতর, ভি. সি. পি., ভি. সি. আব , গ্যাস, রেফ্রিজরেটর, সনা, লিক্তা অহেনবা, শেৎনা-ইন্নবা ফি-রোলদা তরা-তবানা খুজিং ওইনরকপগী ফিভমসু শোয়দনা য়ৌরক্লগনি হায়বদা হায়মনবা থোক্তে। মতমদুদা মণিপুরী খুনাইশিগী নুপীশিংগী ওইগদবা ফিভমদুনি অমদি মচানুপী পোকপা মমা-মপাদা তাগদৌরিবা দশা হৌজিক্তগী খন্নহৌবা চুস্লে। অউনপোৎ কা হেন্না পাম্বী মনেম-মকু, মপুরোইবা কয়া হৌজিক মণিপুরী খুনাইশিদা খুদোম্বী থিন্দুনা তাকপা ৰারগসু মসিগী ৰাখল্লোন ফজনা লৈনবকপা নুপীশিংনা কা হেন্না পান্নবকপদগী অউনপোৎ কা হেন্না উনবগী মওং অসি লাকপনি। মসিগী খুদমদি অউনপোৎতমক য়েংলগা মচানুপাগী নুপী থিবা চৎপা. নুপীগী উল্লকপা লন থুমদুনা কাযদুনা চারগা নুংঙাইগনি খঞ্জবা নৎত্রগা অউনপোৎ যাম্না উল্লকই হায়বগী লেম্নবা কাংবুনা নুপী যেংলগা থিবা মনেম-মকু যাওনরকই। অউনপোৎ যাম্না উল্লক্তবি নুপীশিংদা মনেম-মকু মপুরোইবশিংগী ওইবা মীৎযেং ইমুং অদুগী থবক থৌবম কযাদা অনিশুবা থাক্তা তম্নকপা নুপীগী পুজবকপা লন-থুম থুগাইদুনা চানবা হোৎনবিবা অমদি লুহোংবদা পীখিবা মংকৎকী মমলগা উল্লকইবা অউনপোৎকী মমলগা চাংদম্নদুনা নুপীবু ইকাইবা পীবগী খোঙথাং অমা লাকই। মসিদগী নুপীগী মমলশি নোংমা নোংমগী হৃষ্বকই। অউনপোৎ চাওনা উনবগী চৎনবী তৌদ যাদবা, যাওদবা যাদবা হায়বসি হেক লৈবিবমখৈ অউনপোৎ মশীং হৃষ্ঠনবা ঙম্লোই। লমদমসিগী নুপীশিংদা ফিশা-লোনশাগী লমদা মতিক চারবী নৎত্রগা লাইবিক লাইশু হৈরবী নুপী কয়া ইমুংগী ফিভম্না ফৎলক্তবগী অউনপোৎ মতৌক চানা পুবা ঙম্লোই খনবদগী য়ুম পান্নরক্তবগী ফিভমসু লাকপা যাই। অমবোমদা অমুকসু মমা-মপানা শেল-থুম মতীক চানা পাযহৌদবদগী মচাশিংগী মফমদা তৌফম থোকপা থবক অমা তোনশিনবদা তাবকই।

অউনপোৎ উনবা হায়বসি নুপা নুপী অনিগী কাঙবুনা যানবা অমসুং নুপীগী মমা-মপাগী অঙম্বা খবদুনা মচা নুপীগীদমক উনবিবা অসিনা অচুম্বা খোংথাং ওইগনি। ঈজ্জৎনি নৎত্রগা খুনাইসিগী মীৎয়েংদা ফজনবনি হাযদুনা লৌ-ইশ্বোল যোন্দুনা নৎত্রগা শিংবা ঙম্লোইদবা শেল পুশিন্দুনা অউনপোৎ তম্বা তাববদি লুহোংখ্রবা মতুংদা লৈহৌরিরা ইমুংদুগী ফিভমসি নোংমা নোংমগী শোকচল্লকনি। লুহোংগদবা ইমুং অদুনা লংথোকচবা পোৎয়েং অমসুং মকুপ-মপাং খরনা পাংনরকপা অদুদগী অহেনবা পংপাম পামদবা ফৈ। মণিপুবী খুনাইদা মকুপ

মপাংশিংনা শেল ওইনা নৎত্রগা পোৎপাং অমা পাংনবা অমসুং শাগৈগী মরি মতাশিংনা কৈন্যাদান তৌবদা করিগুম্বা খরা পাংনবসি লমদমসিগী চৎনবিনি। ময়াম্না অচম্বা মওংদা পাংনরকপা অরাকপা অদুদগী অহেনবা চাদিং লাক্লবদি শেল পুখবা অমদি অৱাবা ওইগনি।

মতৌ তম্নরকপা নৎত্রগা চৎনবী ইহ্ন হায়বসি খুনাইসিবু লৈখা তাহন্নবগী মচাক অমা ওইহল্লি। তৌদবা য়াদবা ঈশ্বরগী অমদি ঙমজবা খরদনা হোৎনদুনা হোংগদবা লুহোংবদা শরুক চাম্ম-চাম্মনা খুজিং ওইদুনা হেঙ্গৎনরকপা অমদি অরেম্বদা চাদিং তৌনরকপা হায়বসি তুংদা মাঙনবগী মচাকনি। মীওইবগী অপাম্বা হায়বসিনা হেনগৎলিমখৈ থৌদোক থোকপসি শুক্রোই লোইরোই। ধর্ম্মগী মীংদা ঈশ্বর পেন্নবা অশেংবা থবক অমা ওইনা লৌদুনা মীওইবগী মগুনবু মপানগী ওইবা শেল অমদি অরং অরাক্না চেনথহনবা হায়বসি ফত্তবনি। ❑

# মণিপুরী লোল চাওখৎহনবদা ঐখোয়গী থৌদাং

মণিপুরী লোল লমদমশিগী লৈহাওগা চুশিন্ননা মীরোল কয়া কয়া চংনা ঐখোয়গী ইপা ইপু লাই ওইখ্রবশিংদুনা শেমগৎপীরকপনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। মখোযনা হোৎনবিরম্বগী মপালনা ঙসি মণিপুরীশিংনা তোপ-তোপ্পা শক্তম অমা ঙাকচবগা লোইননা হিংজবা ঙম্লিবনি। ঐখোয়গী লোল অসি তিবেতো বরমন কাঙলুপকী মনুং চনবা মশাগী ময়েক লৈজবা ইতিহাস লৈবা সাহিত্যগী পুক্কৈ চোন্না লৈজবা তোঙান-তোঙানবা খুনাইচা কয়াগী ফাওনলোন ওইবা ভারতকী লোনশিংগী মনুংদা অমনি। অসিদশু নত্তনা লোলসিবু ঙাংলিবা মীওইশিং অসি মণিপুরগী ৱাংমদা মপুং ওইনা আসাম, ত্রিপুরানচিংবদা চহি কয়াগী মমাংদগী খুন্দাদুনা লৈরক্লবা মণিপুরী লাক্ষ-লাক্ষ কয়াগী মমাংদগী মমালোন ওইবতা নত্তনা বঙ্গলাদেশ, ম্যেনমার, ফিলিপিন্দনচিংবদা লোলশিনা মমালোল ওইজবা মীওই কয়া খুন্দাদুনা লৈখ্রি।

ঙসিদগী চহি ৪০ হেন্না মণিপুরীশিংনা মশাগী শক্তম কনজবা ঙম্নবগীদমক ইশাগী লোল অসিবু ভারত লৈঙাক পথাপকী ৮ শুবা সেদ্যুলদা চলহনবীয়ু হায়না মীয়াম হুপ্না তাল্লকপা পান্দম অমদি হৌখিবা চহি ১৯৯২ দা ফংখ্রে। অদুবু লুরিবদি লোল অসিনা ৮ শুবা সেদ্যুলদা চল্লবা মতুংদা লৈগদবা অমদি মণিপুরীশিংনা পাঙথোক্তবা য়াদবা থৌদাংশিং অদুনি। লৈবাক খুনাইগী লোল তম্লগা, পারগা নৈনরগা লোল অদুবু লোল্লিবা কাঙলুপ অদুগী মশক খঙবা ঙম্লিবনি। মরমশিং অসিদগীনি ঐখোয়না মতম লৈবখিবিক্তা নীংশিংগদবদি মশাগী মমালোনবু অতোপ্পা মীওই কাঙলুপ অমগী লোন্না মহুৎ শিনহনখিবা তারবদি ফুরুপ অদু মশাগী শক্তম ঙাক্লা মালেমদা হিংবা ঙমজদনা মালেমগী লৈমাইদগী মুৎখিবা তারকই। মসিমক্লি ঙসি সিকিমদা সিকিমিজশিং, ত্রিপুরাদা ত্রিপুরিশিংগী মমালোলগী মহুৎ মীরোলনা শিনখিদুনা ওইরিবা হিংনবগী লম্বী অমদি মশাগী শক্তম মুৎশিনখিবা মরমশিং অসিনা ঐখোয় মণিপুরীশিংনা য়ুমথংনরিবা

খুনাইচাশিংগী থৌওং থৌদোকশিং অসিদগী মীৎ-নাকোং ওইহৌবা তঙাই ফদবা লৈ। মরম কয়ামুকশি লৈবনা ঐখোয়না ঐখোয়গী লোলশি ঙল্লিবঙে মতমদগী করম্বা থাক্তা লৈরম্বগে হায়বসি খঙবা তঙাইফদে, অদুনা ঐখোয়না ঐখোয়গী ইতিহাসতগী খঙবা ঙম্মি, মদুদি ইং ১৮৯১ গী মমাং মণিপুরনা মনীংতম্বা নিংথৌ পানবা লৈপাক অমা ওইরিঙৈদা মণিপুর অমদি মসিগী অকোয়বদা লৈরিবা মীওই কাঙলুপশিংগী মরক্তা শীজিন্নবা অমত্তা ঙাইরবা লোলদি মণিপুরী লোলনি অমদি মতমদুগী লৈঙাক লোল ওইবশু মণিপুরী লোল ওইরম্মী। ইং ১৮৯১ দা মণিপুরগী লৈঙাক ৱায়েলগী নীংতম্বা বৃটিশকী মখুত্তা লৈখ্রফাও লৈঙাক লোলগী ঈজ্জৎতি মাংহন্দনা মণিপুরী লোলবু লৈঙাক লোল ওইনা থম্বতা নৎতনা বৃটিশশিংদা হকথেংননা ৱা ঙাংনবা য়াবগী খুদোংচাবফাও লৈরম্মী। ইং ১৯৪৭ বৃটিশনা মণিপুর থাদোকখ্রফাও মণিপুর মশাগী মণিপুর ষ্টেট কন্সটিট্যুসন এক্ত ১৯৪৬ শেমদুনা লোল অসিনা লৈঙাকলোন ওইখি। ইং ১৯৫৭ ভারতকী ইউনিয়ন টেরিতোরি অমা ওইরফাও মণিপুরগী লোলনা লৈঙাকলোন অদুমক ওইখিরম্মী। অদুবু হৌজিক্তি ইতিহাসকী ঈচেলদা নীংতম্লবা ভারতকী ঈচেলদা তিল্লবা মণিপুরনা ইংলিস লোলনা অমত্তা ঙায়রবা লৈঙাক্লোল ওইরক্লিবা অমদি ঈচেলসিদা তাওথখ্রবা মীয়ামসিনা মণিপুরী লোলসি মণিপুরগী অমত্তা ঙায়রবা লৈঙাক্লোন ওইরম্মী হায়বা কাওথোকখিদুনা ১৯৭৯ দা মণিপুর ওফিসিয়েল লেঙ্গোইজ এক্ট হায়বা অমা শেমদুনা পাস তৌখি। লোল অসিবু ঙসি ফাওবা লৈঙাক থৌপুবশিং অসিনা চৎনহন্দনা লৈরকপতা নত্তনা কনাশু লোল অসিবু মপুং ফানা ইকায় খুম্নখিদ্রি।

ঙসিদি মণিপুরী লোল ভারতকী লৈঙাক পথাপকী ৮ শুবা সেদ্যুলদা চল্লে। অদুবু মসিদা ঐখোয় অদুম পেনথোক্তুনা লৈরগদ্রা? হংবা য়াবা ৱাহংনি। ঙসিদি অমুকশু মণিপুরী লোল অসি ওফিসিয়েল ওইনা চৎনহন্নবা হোৎনবা হায়বসিমক্তবু লমদমসিগী মীওইশিংনা থিন্দুনা তাকপা দরকার ওইরি। মণিপুরগী অচৌবা ওফিসারশিং মণিপুরীলোল খঙগদবনি হায়বা সবকারগী নিয়ম লৈদুনশু মপুং ফানা সরকারনা চৎনহন্দ্রিবা অসি চৎনহল্লু হায়দুনা লাওবগী মথৌ অমুকশু তারি। ৮ শুবা সেদ্যুলদা চল্লবা লোলশিংগী ফংফম থোকপশিং লৌনবা হোৎনবদা মণিপুরীশিংগীদি অমুক লাওনবা তারক্লি। মসিনি মণিপুরীশিংগী লাইব্বক, ঐখোয়না অমুক হোৎনবা তারি। অকাশবাণি দিল্লি অমদি দুরদর্সনগী থৌরমদা মণিপুরী

লোল ব্রোড কাষ্ট তৌবা ভারত সরকারনা শীনবা পরিক্ষা, থবক্কী ইন্টরভিয়ুনচিংবদা মণিপুরী লোলদা পীবা য়াহনবা পার্লিয়ান্টেকী ওফিসিয়েল লেঙ্গুয়েজ কমিসন কমিটিদা মীঙ্গৎ য়াওবা, বিজনেল লেঙ্গুয়েজ সেন্টরশিংদা লোল অসিবু তম্বা হায়বিবশিং অসি ঐখোয়গী লোল অসিনা ৮ শুবা সেদ্যুলদা চল্লবা মতুংফাও ঐখোযগী ইমীৎনা উদ্রি, ইনানা তাদ্রিবনিনা ঐখোয অমুক লাওবা তারি নৎত্রগনা ঐখোয়গী লৈঙাক থৌপুরিবশিংগী হৈথোই শিংথোইবদা লৈরে। মখোয়শিং অসিনা থবক ওইনা পাঙথোক্লবতদা মণিপুবী লোল চাওখৎহনবগী অচৌবা খোংথাং অমা ওইগদৌরিবনি।

অসিদশু নত্তনা ঐখোযনা লোল চাওখৎহনবগীদমক মণিপুরী সাহিত্য মপা লৈতনা য়োকখৎপা দবকার ওই। মণিপুরী সাহিত্য অমদি লোলদা ফোঙলকপা মণিপুরী লাইরিকশিংগী ওইবা সরকারগী ওইবা ষ্টেট এর্ব্বাদ লিংখৎহনবা মথৌ তাই। মণিপুরী লোলগী তোঙানবা ডিরেক্তরেত অমসু হাংহনবা মথৌ তায় মশিগীদমক নহারোল অহল্লোল পুন্না হোৎনমীন্নবা মথৌ তাই, মরি লৈনবা সরকারগী লোয়শং কয়াদগী শেলগী মতেং লৌদুনা মণিপুরী কলচর অমদি সাহিত্যগা মরী লৈনবা হিবম কয়াদা সেমিনার, সিম্পোজিয়ম, ৱার্কশোপ কয়া তৌদুনা খন্ন-নৈনবা দরকার ওই। অমদি পুন্নমকশিং অসি মরীক চুন্না খোমজিন্দুনা ফোঙদোকপগী মথৌশু তাই। অসিদা নত্তনা লোল অমা চাওখৎহনবা হায়বসি ময়েকশিংশু নীংথিজনা চৎনহন্নবা হোৎনবা মথৌ তাই। হায়নরিবনি লোলনা ইমানি ময়েক্না ইপানি। মণিপুরীশিংগী ময়েক খোষ্ঠোক ফজনা লৈজে। ইতিহাসকী তাঙ্কক অমদা ঐখোয়গী ময়েকশিং মুথৎলুবদগী ওসি ফাওবা হিংগৎপদা ৱানা লৈরি। অদুবু লুরিবদি বিষ্ণুপ্রিয়া কৌবা মীওই কাঙলুপ অমনা মখোয়বু মণিপুরীনি হায়জিন্দুনা মণিপুরীশিংগী ফংফম থোকপশিং মুন্নবা হোৎনবতা নত্তনা মণিপুরীশিংগী শক্তমদসু শীনরক্লি। পুন্নমক অসি মণিপুরীশিংনা মায়োক্নবা তাবনি। পুন্নমক মণিপুরীশিংগী হোৎনবগী মখা পোল্লি। নীংহন্নদুনা হোৎনরবতদা মণিপুরী লোলনা চাওখৎপা হায়বদো ওইরক্লনি। ☐



# খুনাই অমা শেমগৎ-শাগৎপদা নহারোলগী থৌদাং

লোইলম শন্দোকপা বৃটিশকী মখুত্তগী নীংতম্বা ফংলবা চহি ৪০ হেল্লফাওবসিদা মণিপুরনা ঙসি ফাওবদা হীরম অমত্তদবু ওইরবশু চাওখৎপা ঙমদ্রি। পুন্নমকশি শেল থুমগী ফীভমদা হেন্না শোৎথরুবনা ওইরবশু নৎত্রগা মতম মতমগী লৈঙাক থৌপুরিবশিংগী থৌশিল থৌওং শোয়বদগী ওইরবশু ঙসি কুনমাথোইশুবা চহিচানা মাঙদা লেপ্লরবা মতমসিদদি খুনাইশিংগী নহারোলশিংনা করি তৌবা য়াবগে হায়না খন্নবা মতম ওইরক্লবনি। হায়নবা লৈ, নহারোল হায়বসিদি খুনাই অসিগী য়ুম্বীনি। খুনাই অমগী য়ুম্বী ওইরিবা নহারোলশিংনা খুনাইদুগী মশীং য়াম্বা অচৌবা কাঙলুপ অমসু ওইরক্লি। নাকল অমদা নহারোলগী পুন্সি হায়বসি য়াম্না শাংলবা খোঙচৎনি। ঐখোয়না খোঙদাফম ওইরিবা খুনাই অমগী অৱাৎপা অশোয়বা খুদিংমক শেমদোক্তুনা হেন্না ফবা পুন্সি খুৎহিং অমদা হিংবা ঙম্নবা অমদি চাউখৎপগী লমজেলদা চংশিনবা ঙম্নবা হোৎনবদা নহারোলশিংনা অচৌবা থৌদাং লৌফম থোকই। ৱাখল অসিনা মাঙদা থল্লগনি বীজ্ঞানগী চাওখৎপনা খম থেংনা য়ৌরক্লবা, চাউখৎপা মতমগী পোৎথোক কয়ানা খুনাইদুগী মাঙনবা মচাক অমশু ওইরক্লিবা নিশা অমদি উংখৎনবগী ৱাখল্লোল কয়া মাঙখিনবগী অচেৎপা থাজবদা য়ুম্ফম ওইরগা অচুম্বা থৌনা ফবা অমদি খাঙবা কন্নবা লিংজেল লৈবা পুকচেল শেংবা মীনুংশি খঙবা তুংগী খুনাই অমগী য়ুম্বীরেল হায়বদো মাঙখিদনবা য়ুনাইটেদ নেসন্স জেনেরেল এসেম্ব্লিনা ইং ১৯৮৫ বু ইন্টরনেসনেল য়ুথ ইয়ার হায়না লাওথোকখিবা অমদি খুনাইসিদা নহারোলশিংনা তোঙান তোঙানবা থৌরম কয়া পাঙথোকপা ঐখোয়না থেংনম্রে।

খুনাই অমা চাউখৎপা হায়বসিদা নাম্থোকপা য়াদ্রবা হকচাং অমগী লেঙফদ্রবা শরু পোলাং ওইরিবদি ইদুকেসন অসিনি। ইদুকেসন্না খুনাইশিদা লৈরিবা খুনাইচা কয়াগী পুন্সিগী থাকশু লেপ্লী। ইদুকেসন হায়বসিনা শোয়থরক্লবা কায়থরক্লবা

হায়বশি খুনাই অদু নোংমা নোংমগী লৈখা তারক্লবনি হায়না লৌবা য়াই। অসি য়ৌনা খুদোংথিবা ফীভমদা লৈরে হায়দ্রবশু খুনাইসিগী ইদুকেসনদি ঙসি ফাওবা চুমথোকপা ঙমদবমখৈ অৱাবা কয়া মায়োক্লরি। স্কুল কলেজদা ওজাশিংনা মহৈরোইশিংদা নীংথিজনা তাকপী তম্বীববুদি য়ুমদা প্রাইভেট তম্বীদুনা শেল তানশিনবনা ঈমুংগী অমদি লনাইগী শেল থুমগী ফীভমদা হেন্না কান্নহল্লী হায়না খনবা ওজা খরগী থৌওংনা নীংথিজনা মমুৎতানা তাকপী তম্বীনিংলিবা ওজা কয়াগী ইথিকসতা শোকহল্লী। মহৈরোইশিংশু খঙদবা কয়া হংদুনা খঙনবা হোৎনবগী মহুত্তা লন্নাই ওইনা প্রাইভেট তমদুনা পরীক্ষা ময়াদা সজেসন লৈদুনা নোট তৌদুনা পাস তৌনবা হোৎনবা ৱানা পাদুনা পরীক্ষা থাবদগী লায়না অমদি নুংঙাইনা পাস তৌবা ঙম্মী হায়না খন্নে। অসিয়ৌনা মাঙথরক্লিবা খুনাইসিগী অশোয়বা কয়া অসি লমদমসিগী লৈঙাক থৌপুবশিংনসু শেমদোকপা ঙমদ্রি। চমোৎনরবা চৎনবী অসিদগী থিংনবগীদমক নহারোলশিংনা তৌবা য়াবা মাগী অকোয়বদা লৈরিবা মহৈ তম্ফমশঙসিদা চাং নাইনা চঙদুনা ওজানা ক্লাস নীংথিনা লৌরিব্রা? তম্বী-তাকপীরিবা ওজাশিং, লৈরিবা ছাত্রশিংগা চান্নরিব্রা হায়বসি সবকাবনা য়েংশিন্নীংদ্রবশু নহারোলশিংনা য়েংশিন্দুনা অৱাৎপশিংদু মরী লৈনবা লোয়শঙশিংদা হায়দুনা লৈহন্নবগী হোৎনবশিসু খুনাই অমা শেমগৎ শাগৎপদা চঙবা মচাক্লি। পরীক্ষা মতমদা নোৎ পীননবগী হোৎনরিবা কয়াবু হকথেংননা থিংননবা হোৎনবদা নহারোলশিংনা পুকচেল শেংনা হোৎনবশু মথৌ তাই। অসিদসু নত্তনা লাইরিক লাইশু হৈরবা মহৈরোইশিংনা মাগী মাগী মরমদমদা মখা তানা মহৈবোইশিংবু স্কুলগী শাংনা ছুটি লৈবা মতমদা কোচিং ক্লাস হাংদুনা হৌগৎলক্লিবা ছাত্রশিংবু ইদুকেসনগা লাপথোকহনখিদনবা হোৎনবসি শোৎথবিবা খুনাই অমগী অৱাৎপা মেনখৎপনি হায়না লৌবা য়াই।

খুনাইগী অহোংবা পুন্সিরোনদা লান্না থাংখ্রবা খোঙথাং অমনা পুন্সিবু লৈখা তাহন্নবা মচাক ওইরিবা দ্রগতা লাইচুখ্রবা মীওই কয়াবু খোমজিন্দুনা মখোয়বু লায়েংবিবা চাউখৎপা পুন্সি ঈচেলদা চংলক্লবা অফবা লমচৎ শাজৎপু তাকপী তম্বীদুনা নহারোলশিংনা হোৎনরিবা অসিসু খুনাইশিগী চাউখৎ লমজেলদা শরুক য়াবনি। অসিগুম্বা খুনাই অমনা লৈখা তাখ্রগদবদগী কন্নবা হোৎনরিবা নহারোলশিংগী অপুনবা কাঙলুপ কয়াদা সরকারগী ওইবা মতেঙ মতাং মতম চানা পীবিবসু তঙাইফদে।

লাইরিক লাইশু হৈরবা মীওই কয়ানা সরকারগী থবক্তা ঙাইববুদি তোঙান-তোঙানবা হীরম কয়াদা সরকারগী মতেঙনা লনাই থবক থৌরম কয়া লৌখৎপসু খুনাইশিগী শেল-থুমগী ফীভমদা অচৌবা মেনখৎপা অমসু ওইগনি অমদি সরকারনসু অচৌবা শেলফম কয়া থাদদুনা মখোয়শিংসি য়োকখৎপীবা হায়বসি খুনাই অসিগী চাওখৎলক্লিবা থবক থৌওংশিংনি হায়না লৌবা য়াই। খুনাই অমগী লৈঙাক থৌপুরিবশিংগী থবক থৌওংদা অশোয়বা লাকপা হায়বসি তঙাইফদে। অসিগুম্বা অশোযবা কয়া লাকপদা খুনাই অসিগী নহারোলশিংনা চঙশিন্দুনা চুমথোকপা অমদি হেন্না ফবা ৱাখল্লোল কয়াসু পুথোক্লুনা চঙশিনমীন্ননবা হোৎনবশু হেন্না ফৈ। খুনাই অমা চাওখৎপা হায়বশি ঐখোয় মশেল মরকশিদা থকশি খাশি নাইনা চৎমীন্নবা লিংজেল মান্নমীন্নবা, শুমীন্নবা অমদি খাঙবা কনবগীশু দরকার ওই। চাউরকপা হীরম খরসিদা লমসিগী নহারোলশিংনা পুকচেল শেংনা মায় ওনশিল্লবতদা খুনাই অমগী শেমগৎ-শাগৎপদা নহারোলগী থৌদাংবু নীংশিংনহৌগনি। ❑

# ফেষ্টিবেল ওফ মণিপুর ২০০৩

অপীকপা লমদম অমা ওইজরবশু মণিপুর মশাগী ওইবা তোপ-তোপ্পা নাৎ শক্তম লোল অমদি ময়েক লৈজবা লমনি। মসিগী মথক্তা লমদমসিগী শাগোন্নজদুনা লৈজরক্লবা ঈশৈ জগোই কয়ামুক্লা লমদমশিবু পৃথিবীগী মেপ্তা মফম অমদি কলহনবা ঙম্লি। হন্দক্তা চৎলিবা চহি ইং ২০০৩ গী হৌগৎলকপা জনুৱারী ১৪ দগী ৯ ফাওবা মণিপুর সরকারগী আর্ট এণ্ড কলচরগী লোয়শংনা শীন্দুনা মণিপুরগী লৈজরিবা নাৎকী ওইবা ঈশৈ জগোই কয়ামুক্কী ওইবা থৌরম অমা ভারতকী অচৌবা সিটি অমা ওইরিবা কোলকটাগী স্বভুমিদা উত্তুনা অচৌবা থৌরম অমা মাইপাক্লা শীনখিবসিমক মণিপুরগী ওইনা চাওথোকচনিংঙাইনি। ফেষ্টিবেল অসিগী নুংগী ওইবা ৱাফমদি শান্তিগী শক্রোন পুবা ঙম্বা জগোই ঈশৈগী শক্তম অমা শাগত্তুনা মখল মখা কয়াগী জগোই ঈশৈ উৎলুবদুনি। মসিদি ইথক ইরাংগী ওইবা ফেষ্টিবেলদু নৎখিদে। কলচরনা শান্তি পুরক্লবগী খুৎলায় ওইগদবনি হায়বসিনি।

অসিগুম্বা কোলকটাগী স্বভুমিদা পাঙথোকখিবা ফেষ্টিবেল অসিগী মনুং চন্না উৎখিবা মণিপুরী ফিল্ম ফেষ্টিবেলগী থৌরমদা শরুক য়ান্নবগীদম মণিপুর ফিল্ম ডিভলপমেন্ট কোরপোরেসন (এম. এফ. ডি. সি) না ঐহাক ইশামকতশু খংহনবিরকপদগী জনুৱারী ৮ দা কোলকটাগীদমক ইম্ফাল থাদোক্লে। মৈঙালতনা থল্লবা কোলকটা সিটিগী মণিপুর ভবনদা ঐখোয় নুমিদাং পুং ১১.৩০ মুক তাবদা য়ৌরে। ফেষ্টিবেল ওফ মণিপুর ২০০৩ না জনুৱারী ১৪দগী১৯ ফাওবা পাঙথোকখ্রবশু মণিপুরী ফিল্ম ফেষ্টিবেলদি জনুৱারী ১১ দগী হৌবনা তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা জনুৱারী তাং ২২ ফাওবা উৎখি। জনুৱারী ১১ নি, নুমিদাং ৱাইরম পুং ৬.৩০ মুক হেল্লকপগী অদুৱাইদা মণিপুরী ফিল্ম ফেষ্টিবেল অহল ওইরবা পেনাগী ওজা মঙ্গি অমদি মহাক্কী কাঙবুগী পেনাগী শৈহৌ-ঈশৈ মরক্তা শক্লাইরবা ভারতকী ফিল্ম মেকর মৃনাল সেননা মৈরা চৃখৎক্তুনা কোলকটাগী

গোর্কিসদনদা হৌদোকখি। হৌদোকপগী থৌরমদা রসিয়ান কলচরেল সেন্টরগী ডিরেক্তর য়ুরি জুজুলিয়া, জ্ঞানপিদ এবার্দি শক্লাইরবী অইবী মহেশ্বটা, মণিপুরগী শক্লাইরবা ফিল্ম মেকর অরিবম শ্যাম শর্ম্মা, শক্লাইরবী অইবী পদ্মশ্রী এম. কে. বিনোদিনী শক্লাইরবা ফিল্ম ক্রিটিক, স্কোলর সমিক বন্দোপধ্যায়নচিংবনা ডাইজদা ফমখি। থৌরম অদুদা মণিপুর ফিল্ম ডিভলপমেন্ট কোরপোরেসন্না পুথোকপা অমদি ঐহাক ইশা এ. সি. নেত্রজিৎনা ইদিট তৌবা মণিপুরী সিনিমা এ-রেস্ত্রোসপেক্তিব কৌবা লাইরিক অমশু মৃনাল সেননা ফোংদোক্রদুনা হায় মণিপুরগী আত্মানা দান্স, ম্যুজিক, ফিল্ম পার্ফোমিং আর্ট, রিচুএল, লিটরেচর, আর্ট এন্দ ক্রাফট অমসুং অতৈ মখল কয়াগী কলচরগী মচল কয়াগী শক্রোন লৌদুনা ঐখোয়গী ইরক্তা থুংলরে অসিগুম্বা অচৌবা থৌরম অমা ওইরিবা ফেষ্টিবেল ওফ মণিপুর ২০০৩ কোলকটা অসিবু কোলকটাগী মীওই পুম্বনা নাম্থোকখিহল্লোইদবনি হায়না ফোংদোকখি। মণিপুরগী দোন ক্যুইন লিলাবতি চনম্বম, টি. ভি. নিউজ রিদর বিজয়া পেবম অমদি ফিল্ম আর্টিষ্ট সঙ্গিতানা থৌরমদুগী ফমফম লাংদা ফল্লিবা শক্লাইরবা শক্লাইরবীশিংদা লৈ লাংখি। মণিপুরগী ফিল্ম ষ্টার কাঙবম তোম্বা (লমজা তোম্বা), য়েংখোম রোমা, পদ্মশ্রী এম. কে. বিনোদিনী অমসুং অরিবম শ্যাম শর্ম্মনা মথংশিৎনা য়ুরি জুজুলিয়া, মৃনাল সেন, মহেশ্বটা, সমিক বন্দোপধ্যায় অমদি গোর্কিসদনগী প্রোগ্রাম ওফিসার গৌতম ঘোসতা মণিপুরীশিংনা শাবা ফিশিং খুদোল পোৎ ওইনা তমখি। ফেষ্টিবেল অদু হৌদোকপা ওইনা উৎখিবা অরিবম শ্যাম শর্ম্মনা ডিরেক্সন পীবা নন ফিচর ফিল্ম য়েলহৌ জগোই অমসুং ফিচর ফিল্ম ইশানৌ-না মশীং য়ামল্লবা ভাবক কয়াবু শুমহৎখি। ইশানৌদা মরু ওইবা শক্তম লাংখিবা ফিলম ষ্টার কাঙবম তোম্বদি বেঙ্গলগী ভাবোকশিংগী ওটোগ্রাফ ইবদা অৱাবা অমা ওইখি। গোর্কিসদনদা পাঙথোক্লিবা ফেষ্টিবেল অসি জনুৱারী ১৫ ফাওবা চৎথদুনা মণিপুরী ফিল্মশিং সনা কৈথেল, সম্বল ৱাংমা, খোঙ্থাং অমদি নন ফিচর ফিল্ম ওর্কিদ ওফ মণিপুরনচিংবা ফিল্ম কয়ামুক উৎখি। গোর্কিসদনগী ফেষ্টিবেল অদু ভারত সরকারগী মিনিষ্টরি ওফ কলচর, ইষ্টর্ন জোনেল কলচরেল সেন্টর কোলকটা, কলচরেল ডিপার্টমেন্ট ওফ দি রসিয়ান ফেদরেসন কন্সলেত জেনেরেল ইন কোলকটাগা মণিপুর সরকারগা পুন্না খুৎশন্নরগা শীনবনি।

জনুৱারী ১৪ কোলকটাগী স্বভুমিদা ফেষ্টিবেল ওফ মণিপুর হৌদোকপা নুমিৎনি। সোল্ট লেক ষ্টেদিয়মগী মায়োক্লবদা লৈরিবা স্বভুমি অঙকপা মফম অমনি হায়বা য়াই। খুৎশেমগী ফজবনা ঙাওহনবা অদুক্কী মতীক ফজরবা মফম অমা ওইরম্মী, ইম্ফালগী ময়োলদগী তেমখাইখ্রবা শিংজমৈগী চীংঙা চীং ঙসি উরিবা শুপর মার্কেট তেমখাইদনা স্বভুমিগুম শেমলম্বা য়ারম্বনি। হৌজিকশু য়ারি আসাম রাইফলনা লৈশিনখ্রবা ইম্ফালগী লৈহৌরিবা চীংঙা চীং ঐখোয়গী লুচিংবশিং মসিবু অমুক খনবা শংলিগদ্রা। ঐনা তারকই স্বভুমি অসি মতম অমদা কোলকটা সহরগী অমোং-অকায় কয়াগী হুন্দোকফম পৈশিনফম্নি। অমোং অকায় ময়াম অমা পৈশিনখিবনা ঙসিদি মণিপুরগী চীংঙা চীংগুম ঋাংদুনা মতম অমদা নমথিবা মফম অমা ওইবম্বদু ঙসিনা মফমদু য়েংনবা চংবদা মী অমগী লুপা ২০ লৌরে। মফম অসিদা মমল য়ামলবা ফীরোল, লীক-লৈ অমদি লাইবিকশিং য়াওনা যোনবা দুকান কয়ামুক লৈবতা নত্তুনা তোঙান-তোঙানবা চাফম থকফমশিং কয়ামুক লৈরি। মসিগী মথক্তা থৌরম কয়ামুক পাঙথোকপা য়াবা অচৌবা হোল, এক্সিবীসন হোল, ফিল্ম কাপফম হোলনচিংবা কয়ামুকশু মফম চানা চানা লৈরি। হৌজিক্তি স্বভুমি সহরগী নিল খোংবদগী লাপথোক্লা ইংনা-চিক্লা লৈজবা পামজবা মীওইশিংগী ওইরে।

ফেষ্টিবেল হৌদোকপগী মাংওইন্ননা মীওই লীশীং অমগী ময়াগী খোংচৎ অমা ইষ্টর্ন জোনেল কলচরেল সেন্টর কোলকটা (ই. জেৎ. সি. সি ) গী কেম্পসতগী মশা মশাগী নাৎকী ওইবা ফিজেৎ ফিরোলশিং কয়ামুক শেৎ ইন্দুনা লাকখিবা খোংচৎ অদু য়াম্না পুক্লিং নুংশিনিংঙাইনি। হৌদোকপগী পুংফম চপ চানা য়ৌরকখিবা মণিপুরগী গভর্নর বেদ মর্ৱা, নাগালেন্দগী গভর্নর শ্যামল দত্ত অমদি স্বভুমিগী চিয়ারমেন শ্রী হর্ষবর্দ্ধন নিয়োতিয়ানা স্বভুমিগী থোংজিন্দা থুংলবগা পেনা অমদি মৈরা চুখৎক্তুনা য়াইফ মঙ্গোল পীদুনা ওকখি। মসিগী মথংদা মোইবুং অমদি ধোলনা থৌগল তৌদুনা পুশিলক্লবা মতুংদা তোঙান-তোঙানবা চীংমী কাঙলুপশিংনা ঈশৈ শক্তুনা তরাম্না ওক্লবা মতুংদা স্বভুমিগী রঙ্গমঞ্চদা চঙলক্তুনা লমদমশিগী চৎনবী অরাঙফমনা লৈ চন্দোল লৌহন্দুনা ঐখোয়গী লমদমশিগী মীশিংনা শাজবা ফিশিং খুদোল তৌখি মতুংদা পেনানা য়াকাইরোল শক্তুনা অমদি গেষ্ট ওফ ওনর ওইরিবা নাগালেন্দগী গভর্নর শ্যামল দত্তনা ফেষ্টিবেলগী মপুং ফাববা সোভিনিয়র মীয়ামদা ফোঙদোকখি।

মণিপুরগী গভর্নর বেদ মর্বানা মহাক্কী ওইবা ৱাফম ফোঙদোক্লদুনা হায়, হন্দক্কী ফেষ্টিবেল অসিদি জগোই অমদি ঈশৈ খক্তগী নত্তে, মসিদি শান্তি অমদি মরুপ মপাং ওইবগী পাওজেল পুবা মণিপুরগী মীয়ামগী মিসন অমনি। ঙসি কোলকটাদা ফেষ্টিবেল পাঙথোক্লিবা অসিনা বেঙ্গল অমদি মণিপুরগী মীয়াম অনীগী মরক্তা হেন্না নকশীন্নবা হেনগনি হায়না মহাক্না মখা তানা ফোঙদোকখি। থৌরম মখা তারকপা ওইনা গভর্নমেন্ট ডান্স কলেজগী লাই হরাওবা জগোই, মংলেম অমসুং মহাকী কাংবুগী পুঙ চোলোম, ছয়েল লাম্লোংগী থাং-তা অমদি কবুই জগোই অমসুং মাও জগোই উত্তুনা থৌরম লোইশিনখি। ফনা ফজে ইম্ফালদদি ঐখোয়গী নহারোলশিং মশাগী নাৎ অমদি কলচর ওইজরবশু হায়রিবা থৌরমশিং অসিদা কয়া পুক্লিং চংনদবা ঙাক্তনি। অদুবু মফম অসিদদি খুবাক খুবগী লোইবা খম্বা নাইখিদে। বেঙ্গলগী মেডিয়াগী কাংবুশিংনা কেমেরাগা লোয়ননা থৌরমদু লোইদ্রিফাওবা কোভরেজ তৌহৌনবা হোৎনৈ। ইম্ফালদদি প্রেস মেডিয়াগী মীওইশিং অসিদি ভি. আই. পিশিংনা ঙাংবা লোইখ্রবদি অদুমক হন্নখ্রে। মসি লম চৎথোলক্লবা কান্দদা ইশাগী মশক খঙজরকপা হায়বদুনি।

জনুৱারী ১৫ দি ইমোইনু নুমিৎশু তাই, মণিপুর ভবন্দা ইমোইনুগী মৈ থান্দুনা পুমঙাল ঙালহনলি। ঙসিদি কোলকটাগী অনমোল মহল য়াওনা স্বভূমিগী তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা তোঙানবা পুংফমশিংদা থৌরম কয়ামুক পাঙথোকই।

অনমোল মহলদা মণিপুরীশিংগী অরিবা আর্ট ফোর্ম অমা ওইরিবা শুমাং লীলা, সনা লৈবাক নাচোম আর্টিষ্টশিংনা দেবদাস শান্নে। হায়রিবা লীলা অসি স্বভূমিগী রঙ্গমঞ্চদা উত্তুনা নুমিৎশিগী থৌরম লোইশিলি। হেন্না নুংঙাইরিবদি নুমিৎসিগী লীলা উৎপগী থৌরম অসিদা মশাগী চহি ৮০ গী ময়া য়ৌরক্লবা বেঙ্গলি ফিল্ম ষ্টার দেবদাস (বেঙ্গলী) দা পারু শাখিবী যমুনা বরুৱানা লেংলক্তুনা লীলা য়েংখি। লমদমশিগী শক্লাইরবী অইবী এম. কে. বিনোদিনী না ইকাইখুম্নবা উত্তুনা মৈতৈ নুপীশিংনা শাবা ফী খুদোল পোৎ ওইনা লাল্লি, লীলা উৎত্রিঙৈগী মাঙওইননা শ্রীমতি যসোদানা লুচিংবী নুপী খুৎপু অমদি নট সংকীর্ত্তন ঈশৈ, চিনদ্রেন অর্ষ্টিস সেন্টরগী অঙাংশিং অমদি চহি নৌরিবা নুপামচা হেনি কেনাওগী তবলানা মীয়াম্বু পেলহনখি। অতোপ্পা স্বভূমিগী থৌরম অমনা বাইওস্কোপ্তা মণিপুরী পোইট মীৎ পাঙথোকই। থৌরমসি সাহিত্য একাদমী রিজনেল সেন্টর

কোলকটা অমদি মণিপুর সরকারগী আর্ট এন্দ কলচর ডিপার্টমেনা শীনবনি। মণিপুরগী কবি ময়াম অমা লাক্লগা শৈরেং থিরবনি ওনথোকপা হায়বদুনি লমদমশিগী শক্লাইরবা অইবা ওজা অনীদি শৈরেং থীগদবা লাক্লিবা কবিশিং অদু উবদা মপুক্লিং ৱারৌনা শোল্লকই। য়ারে ঐখোয়দি ফম্নরোই কবি ময়ামশি উবদা করম্বা মতমদগী কবি ওইখিবনো খংহৌদবা কবিশিং য়াম্না য়াওরি। হায়বগুমদনা ঐ ইশানা কবি ওইরুদ্রবশু হেক উবদা লমদমশিগী ওইবা কবি সম্মেলন কয়াদা মশক নাইবা শৈরেং থীগনবা কবিশিংদি উদে। শৈরেং থীগনি হায়দুনা লাক্লিবা মখোয়শিংদুদি অনম্বনা রেডিওগী ড্রামা ইবা, ৱারী মচা ইবা ওইনা ঙাক্তা তৌই। মণিপুরগী আর্ট এন্দ কলচরগী মিনিষ্টর ডা. এম. নরনা নীংথিজরবা শৈরেং অমা থীরগা কবিশিং শৈরেং পানবা অদু হৌদোকই, ইফদা ফজে, থাজদে ঐখোয়গী ইকাই খুম্নজরিবা মিনিষ্টর অসিগুম্বা শৈরেং ইদুনা থীরকনি থাজরুদে, ইতোমতা পুক্লিংদা চাওথোকচৈ। শৈরেং থীদ্রিঙৈগী মাংওইননা প্রো. এন. কুঞ্জমোহন অমদি প্রো. এল. সদানন্দনা মণিপুরী সাহিত্যগী ঙসিগী ওইরিবা থাককী মতাঙদা ৱা ঙাংখি। থৌরমদুদা সাহিত্য একাদমি ইষ্টর্ন রিজনেল সেন্টর কোলকটাগী সেক্রেটরি রামকুমার মুখপধ্যায় অমদি বিদ্যাসাগর ইউনিভর্সিটিগী ফোমর ভাইচ চান্সেলর প্রো. আমিয়া দেব অমদি মণিপুরগী জে. এন. মণিপুর ডান্স একাদমিগী ডাইরেক্তর এল. জয়চন্দ্রশু শরুক য়াখি। অতোপ্পা স্বভুমিগী থৌরম অমদা এক্সিবিসন হোলদা ৱেষ্ট বেঙ্গলগী গভনর শ্রী বিরেন্দ্র সাহনা মণিপুর ষ্টেট ম্যুজিয়মনা মরুওইবা থৌদাং লৌবা কন্টেম্পরোরি আর্ট এক্সিবিসন ওফ মণিপুর হৌদোকখি। উগী মরাদগী হক্তুনা শাবশিং য়াওরগা অয়েকপা লাইশিং পুন্না ২৩ মুক পুথোক্তুনা মীয়ামদা য়েংহনখি।

জনুৱারী ১৬ স্বভুমি অমদি গোর্কিসদনদা তোঙাল-তোঙলবা থৌরম কয়ামুক পাঙথোকই গোর্কি সদনদা তবলাগী হেনি কেন্নাও য়াওনা চিলড্রেন আর্ষ্টিস সেন্টর অমদি রিদম ওফ মণিপুরগী ঈশৈ নোংমাইগী থৌরমশিং পাঙথোকখি। স্বভুমিগী বাইওস্কোপ্তা ভিদিও ফোর্মেটকী ওইবা মণিপুরী ফিল্ম ফেষ্টিভেল লেফটনেল জেনরেল জে. এস. বরমা জি. ওসি ইষ্টর্ন কামান্দনা অথোইবা অতিথি ওইদুনা হৌদোকখি। ফেষ্টিবেল অসিদা মণিপুরগী ওর্কিদ ওফ মণিপুর, দি মরাম, হিয়াং অথৌবা (বেলে) কনাগা হিংহৌনি হায়রিবা ফিল্মশিং উৎখি। বাইওস্কোপ্তা জনুৱারী ১৮ ফাওবা ফিল্মশিং উৎপগী থৌরম চৎথখি। নুমিৎশিগী স্বভুমিগী

রঙ্গমঞ্চদা উৎখিবা থৌরমশিংগী মনুংদা রিদম ওফ মণিপুরগী মিউজিকেল ফিচর, পেনা ঈশৈ, নুপীহোলি অমদি জে. এন. মণিপুর ডান্স একাদমিনা শান্নবা বেলে ৱাইনু পরেং উৎখি। হোলিদা য়ান্না নুংঙাইরিবদি মণিপুর সরকারগী সেরিকলচরগী ডাইরেক্তর দের্ববত্ত শর্ম্মনা লুচিংবা ধুলোক অমদি মণিপুরগী খুল্লং ঈশৈ শকপী শক্লাইরবী লোইতাম ইবেতোম্বীনা লুচিংবী নুপী হোলিনা স্বভুমি ইথক হৌহনখি।

জনুৱারী ১৭ নুমীৎসিদা কোলকটাগী মেক্সমুলর ভবন য়াওনা গোর্কিসদন অমদি স্বভুমিদা তোঙান-তোঙানবা থৌরমশিং পাংথোকখি। স্বভুমিদা ফিল্মশিং উৎপা অমদি জে. এন. মণিপুর ডান্স একাদমিগী মহারাস উৎখি। গোর্কিসদনদনা ডান্স একাদমিগী ৱাইনু পরেং উৎখি। নাকল অমরোমদা মেক্সমুলর ভবন্দা ১৬ এম. এম. দা নম্বা ফিল্মশিংগী ফেষ্টিবেল হৌদোকই, থৌরমশিদা মণিপুর ফিল্ম র্জনেলিষ্ট এন্দ ক্রিটিক্স এসোসিয়েসনগী প্রসিদেন্ট আর. কে. বিদুরনা মণিপুরী দোকুমেন্টরি ফিল্মগী মতাংদা ৱা ঙাংখি। নুমিৎসিদা দি মরাম, দি দিয়ার ওন দি লেক, ইন্দিজিনিয়স গেমস ওফ মণিপুর অমদি লা উৎখি। জনুৱারী ২১ ফাওবা চৎথখিবা মেক্সমুলর ভবন্দগী ফেষ্টিবেল অসিদা পাওখুম অমা কোরোকোশি, এনভায়রনমেন্ট ইন মণিপুর অমদি শীংনবা ফিল্মশিংশু উৎখি।

জনুৱারী ১৮ স্বভুমিগী অহানবা থৌরমদা জি. লোকেন অমদি এম. রনধোপকী পুঙ অমদি তবলাগী জুগোল বন্দি, অরিবম বীদ্যা দেবীগী মণিপুরী ক্লাসিকেল ডান্স ফনা নীংথিজনা উৎখি। ঙসিগী মরু ওইবা থৌরমশিংদি মণিপুরগী ৱাংমদা লৈবা কোলকটাদা বেজ তৌবা মণিপুরী জগোইগী কাঙলুপশিং অমদি বাংলাদেশতগী লাকপশিংগী ওইবা নীংথিজরবা থৌরমনি। পনবা য়াই সিলচর ডান্স কলেজ (অসাম); অঞ্জিকা মণিপুরী নর্ত্তলয়, নন্দিকা, মীতৈ জগোই পার্ফোমিং গ্রুপ (কোলকটা), মণিপুরী নর্ত্তলয় (মুম্বাই) গী আর্ষ্টিসশিংনা মণিপুরী জগোই নীংথিনা উৎখি। বঙ্গলাদেশতগী লাকপী মুসলিম চনু তমন্না রহমননা মণিপুরী জগোইগী নীংথিবা ফিজোল শেক্তুনা উৎখিবা জগোই খুৎথেক অদুনা মীয়ামবু মপুং ফাহনখি। স্বভুমি য়েংবা অমদি মণিপুরগী ফেষ্টিবেল য়েংবা লাকপা মীশিং হান্নদগী মশীং হেনগৎলকখি। কোলকটাগী লৈমায়দা মণিপুরগী জগোই ঈশৈগী ইনিল চাওবা হেনগৎলকখি।

জনুৱারী ১৯ ফেষ্টিবেল লোইশিনবা নুমিৎনি। মরু ওইবা থৌরম স্বভুমিগী আরবান কোর্টয়াদতা পাঙথোকই। ৱেষ্ট বেঙ্গলগী চিফ মিনিষ্টর বুধদেব ভট্টর্চায্যনা লোইশিনবগী থৌরমদা চিফ গেষ্ট ওইখি। ঙসি লোইশ্রগনি য়েংহৌররোই মতাগুম মাইকৈ কয়াদগী বেঙ্গলগী মীওইশিং অমদি ফোরেনরশিং কয়ামুক্লা চংশিন্নরকখি। স্বভুমি ঙসি মীয়ামগী ইনিলনা পীক থম্লে। ঙসিশু লাই হরাওবা জগোই, থাং-তা, ধুলোক-চোলোম, হোলি কয়ামুক উৎতুনা লাক্লিবা বেঙ্গলগী মীয়াম্বু পেলহনখি। হান্না লৈখ্রিবা প্রোগ্রামগী মতুং ইন্না লোইশিনবা নুমিৎ অসিদা থাবল চোংবগী থৌরম লৈবনি অদুবু মণিপুরগী ঙমখৈ কায়রকপা য়াবগী মীপুম খুদিংগী থম্মোয়দা চিংনবা অমদি অকিবা লৈনখিবদগী থাবল চোংবগী থৌরমদি পাংথোকখিদ্রে।

জনুৱারী ২০ মরুওইবা অচৌবা ফেষ্টিবেল লোইশিনখ্রে অদুবু মণিপুর ফিল্মদি লোইবা নাইদে। মখা-তানা অদুমক তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা উৎখি। মসিগী মনুং চন্না মণিপুর ফিল্ম ডিভলপমেন্ট কোরপোরেসনগা খুৎশম্নদুনা ফেষ্টিবেল ওফ মণিপুর ২০০৩ কোলকটাগী মনুং চন্না জনুৱারী ২২ ফাওবা চৎথগদবা অরিবম শ্যাম শর্ম্মগী ফিল্মশিংগী ফেষ্টিবেল অমা মমীং লৈরবা ফিল্ম ক্রিটিক শ্রী সমিক বন্দোপধ্যায়না অথোইবা অতিথি ওইদুনা কোলকটাগী নন্দনদা হৌদোকখি। থৌরমসিদা সমিকনা ফোংদোক্লদুনা হায় ঙসি ফাওবদা মহাক্না উরকখিবা জগোইগী দোকুমেন্টরী ফিল্মশিংগী মনুংদা শ্যাম শর্ম্মগী জগোইগী দোকুমেন্টরী ফিল্মশিং অসিনা অথোইবনি। মহাক্না শ্যাম শর্ম্মবু অথোইবা দান্স দোকুমেন্টরি ফিল্ম মেকর অমনি হায়না শীংথাখি। হৌদোকপা নুমিত্তা ফ্রান্সকী নান্টসতা পাঙথোকখিবা মহাদেশ অহুমগী ফিল্ম ফেষ্টিবেলদা গ্রান্দ প্রীক ফংলকখিবা ইমাগী নিংথেম উৎখি। ফেষ্টিবেল অসিদা য়েলহৌ জগোই, ইশানৌ, ওর্কিদ ওফ মণিপুর অমদি সনাবী ফিল্মশিং উৎখি।

নুমিৎসিদা ফেষ্টিবেলগা মরি লৈননা মণিপুরী ফিল্ম ডিভলপমেন্ট কোরপোরেসন অমসুং কোলকটাগী সিগল আর্ট এন্দ মেদিয়া রির্সাস সেন্টরনা শীন্দুনা ফিল্ম ক্রিটিক সমিক বন্দোপধ্যায়না মোদেরেটর ওইদুনা ফিল্ম মেকর শ্যাম শর্ম্ম অমদি স্ক্রিন প্লেরাইট এম. কে বিনোদিনী দেবী অনিগী ফেস টু ফেস ইন্টরেক্সন অমা পাংথোকখি। লোইননা ওর্কিদ ওফ মণিপুর অমসুং পাওখুম অমা উৎখি। থৌরমদুদা বেঙ্গলগী ফিল্ম মেকর, ক্রিটিক স্কোলর কয়ামুক্লা শরুক য়াখি।

ফেষ্টিবল ওফ মণিপুরবু হেন্না মপুং ফাহন্দুনা অনৌবা মশক মঙাল অমা পীবা ফেষ্টিবেল অমা ওইহনবা ঙমখিবদি মণিপুর সরকারগী সেরিকলচর ডাইরেক্তরগী লমজিং মখাদা হেন্দলুম অমদি হেন্দিক্রাপকী পোৎশিং উৎপা ফি-রোল অমদি লী, ব্রা. ই. উ. শীজিন্নদুনা ট্রেডিসনেল ষ্টাইলদা মৈতৈগী য়ুম মচা শাদুনা ফী, লী-ব্রা অমদি কৌনাদগী আইটেমশিং পুথোক্তুনা য়োনখিবদুনি। রানী ফি হায়রগা খংনবী অহল ওইরবী রানি মহাক্কী ষ্টোলদা ফমদুনা ফি য়োনখি। কেবা-নানবা, পামজবা বেঙ্গলগী মীয়াম্না পোৎ কয়ামুক লৈনখি।

অসিদশু নত্তে মণিপুর ফেষ্টিবেলদা ইন্দিজিনিস ফুদ আইটেমশিং থমদুনা লৈজবশিং পুথোক্তুনা উৎখি। পনবা য়াই মণিপুরগী টুরিজম ডিপার্টমেন্টনা শীন্দুনা নীংথিনা শেম্নবা মেরামিস অমদি ঙাগী আইতেমশিং য়াওবা চাকলুকশিং, ঐনা থেংনবদা জপানিজ মচা অমদি য়াম্না পাম্না চাখি। থোইদোক হেন্দোকপা অমনা ভিলেজ হোটেল হায়না মিংথোনবা মণিপুরগী থম্বৌ-শিংজু, কৌখা বোরা, কাংঙৌ য়োনবা হোটেল, কৌখা বোরা মপানগী মীয়াম্না পাম্না চানখি। অহিংবা কৌখা, অহিংবা থম্বৌ ফনা লৈনখি। হেন্না নুংশিবা অমদি অহল ওইরবী ইমা অমদি লুকমায় পান্দুনা থোইদিং, কবোক অমদি লৈবাক হব্রাই, হৈঙাল, লদু কয়ামুক য়োনখি। মসিশু অদুমক লৈনখি, চানখি। নোংমা মপানগী ভি. আই. পিশিংনা য়াম্না থব্রাই য়াওনা মহাও তংদুনা চাবা থেংনখি। পুন্নমকশিং অসিনা ঐখোয়গী থম্মোয়দা অপেনবা ওইনখি। অসুম্না কোলকটাদা নুমিৎ হুমনি চুপ্পা মণিপুরগী জগোই-ঈশৈ কয়ামুক উৎলুদুনা মীগ-মীগগী মরক্তা য়েংথিনবা অনেম অব্রাংগী খেন্নবা লৈহন্দবা ইংনা চিক্লা তংদু-লৈতানা লৈবা সমাজ অমা লৈমীন্নশি মীগ-মীগগী মরক্তা নুংশিনবা পুরক্লবা হোৎনবদা কলচরনা অচৌবা থৌদাং লৌরশি হায়বদা য়ুম্ফম ওইদুনা পাংথোকখিবা ফেষ্টিবেল ওফ মণিপুর লোইশিল্লবা মতুংদা কোলকটাবু মণিপুরগী মীয়াম্না বিদাই পীরমখি। ❑

# মীৎয়েং অমা ওদিও কেসেত লৈকায় পল্লানবী

জুন ১৫, ১৯৯২ ইং দা জি. এম. হোলদা পাংথোকখিবা বি. এ. নাইট তা কোরানা খুদোল তৌবা "লৈকাই পল্লানবী" হায়বা কেসেত অমা মীয়ামদা ফোঙদোক্নুনা নুমিত্তুগী ঈশৈ তাবা লাক্লিবা মীশিংদা কেসেত অম্মম খুদোল তমখি। কেসেতশিগী কলাকারশিংদি নহা ওইরিবা বি. এ., সংজুক্তা, সনাতোন শর্ম্মা, খুন জয়কুমার অমদি নবা ভোলকেনোনি। ঐ ইশাগী ওইনদি বি. এ. গী ওইনা ঈশৈ খরা তাখ্রে হান্ননা ক্লবকী ফংসন্দা অমদি করিগুম্বা চাক চানবগী ঈশৈ তৌফমদা কেসেত্তদি য়াওদ্রবা বি. এ. গী ঈশৈ অমা ইতাও নুপী থিরুনু, নুপী থিরগা ৱাবনি, পৈশা পায়বা ঙমদবনি।" অমদি ইরিলগী ঙাতোল হাওবনি, লমাংদোংগী লাই থরোই নীংশিংই অঙাং ওইনা শকতোরকপা ময়েকশিংগা চানরবা শুরশিংদু অতাবশিংদা য়াম্না নুঙাইহনখি। কেসেতসিদা বি. এ মশানা শকপা ঈশৈ অহুম, অমদি নুপী-নুপা শৰ্কমিন্নবা অমগা পুন্না মরীনি। মাগী ঈশৈশিংগী মনুংদা 'চৎলোকো শিঙেল ওইবীও ঙরাংতা পোমশাৎলম্বী লীপুল ওইবা কনাগী নাপগী, নাচোম ওইরুরো (শৈরেংবা চনম কুনজো) ঈশৈসিমদি ঐখোয়না হন্না হন্না তাখ্রে এ. আই. আর. ইম্ফালদা অহৈবম বোরমনিগী খোঞ্জেলদা। মতৌ তম্বদা অসিমদি মালিহে হায়নবদুদি য়ৌদে। ঈশৈশিগী ওরিজনেলগী ফজবদু বি. এ. না শকপদা খর মাঙবগুম তৌই। মসিমদি হৌনবিনী। অদুবু বি. এ. গী খোঞ্জেল ঈশৈশিদা চাননা চৎপদুনি। বোরমনিগী থেকপা নৌবা কাচিন য়ৌনা হেকপা, বি. এ.না য়ৌবা ঙমদ্রে ইচম চম্না ইতিং তিংনা চৎখিবগুম তৌই। ম্যুজিক ফজহন্নবা হোৎনবদা হান্নগী ফজবা মাঙই। অনীশুবা বী এগী ঈশৈ "নিঙোল মবা ওইরুরে' (শৈরেংবা ৱাই, কোরা) কেসেতশিদা তাদ্রিঙৈদগী ঐদি হান্না তাখ্রবা অতাবশিংদা নুংঙাইখিবা ঈশৈনি ময়েক্লনি। ময়েক্ক চান্নবা ঈশৈগী শুরনি কেসেতশি তাববুদি মীয়াম তিনবা মফমদা শকপদনা হেন্না তাবা নুংঙাইবা ঈশৈনি, ঈশৈগী হৌরকপদা পেনাগী খোঞ্জেল অমদি মৈতৈ ফোঙ্ক ঈশৈগী শুরদা ম্যুজিক পিখিবদুনা তাবদা হেন্না নুংঙাইহনবা পোকই।

হান্না শকখিবদা ফজখিবা ঈশৈ ওইদুনশু বী. এ. গী হান্নগী খোঞ্জেলদু কেসেতশিদা য়ৌবা ঙমদে। অদুবু খোল নিকপা হাইবা মানবা অদুমক ঈশৈশিদা য়াওরবশু অতাবশিংদা নুংঙাইতবা খরা পোক্লবশু ঈশৈগী ময়েক্তুনা অদুমক নমহৎতুনা নুংঙাইবা ঈচেলদা পুথখিবা অদুমক ঙম্মী। অহুমশুবা ঈশৈ "ব্বারে কৌবতা হায়দবা, থম্মোয়শে, নুংশি মৈশা লাংহৌরে। (শৈরেংবা পুরনান্দা) ঈশৈগী শুরদি থব্বাই য়াওনা চঙখোন্না পাল্লী, অদুবু শক্লিবনা হোৎনবা খরা ব্বাৎপগুম তৌই, ময়েক্কি ওইনশু নীংথিজনা ফজৈ হায়নিংই। অসি নত্তবদা য়াওরি অতাবশিংনা অদুম ঙংনিংলগদবা নুংশি খংমন্দে মালংবা নংশে পুঙমদ্রবা থম্মোয়শিদা করিগী লৈনমনো। অব্বাবা খঙমন্দে থাজ-নংশু; করিগী মৈশানো লাংতক্লরবা পুন্সিদা।' কলাকারনা কন্না হোৎনদুনা থব্বাই য়াওশিন্না চেকশিন্না শক্লবদি মীয়াম্না পান্নরকপা ঈশৈ হায়বদো ওইরকনী খল্লি।

সনাতোন শর্ম্ম মশাগী ওইনা কেসেতসিদা ঈশৈ অনী য়াওই। 'মনীং তমলে ঙশিদি, ঐগী মীৎলু পীরাংশে' (শৈরেংবী. শন্তিবালা) ময়েক্তি কায়নবগী, পিরাংগী ব্বাহৈশিংনি। শুরদি নুংঙাইনা অদুম চৎখিবগুম তৌই, মোনদ্রং অমদা ইতাও তাওনা। তৌবগীবুদি কেসেত কয়াদা ঈশৈ মশীং থীঙমদনা শকখ্রবা সনাতোন শর্ম্ম মাগী শুর হান্নগী হান্নগুমই। ইমান মান্নশিনবা অদুমক থেংনৈ। অনিশুবা ঈশৈ 'তোর্ব্বান ব্বাংমদা লেপ্লিবী" (শৈরেংবা- কমলাকান্তা লাইশ্রম) শুরদি মথক্তা পনজখ্রিবা অসিদগী থোইনা করিগুম্বা অহোংবা লৈতে মাগী ঈশৈদি ইমান ইমানবগুম্বনি অদুবু ঈশৈগী ময়েক্কী মনুংদা য়াওরি, 'খুনাই চৎন ব্বায়েল পথাপনা; ঙল্লোই থিংবা নুংশিগী ঈচেল লাইনিং ইনাৎকী থাংশাংনা ককপা ঙমলোই চেৎলবা থম্মোয়গী লিপুল। সনাতোনগী শুর ইমান ম্নান্নবা ঈশৈ ওইদুনসু ঈশৈশিদদি ময়েকশিনা কেসেতশিদা তোমথিল ঙানবগুম থোক্লি।

খুন জয়কুমার মশাগী ঈশৈ অনী অপুনবা অমা থারগা অহুম নি। মহাক্কী কেসেতশিদা অহানবা ঈশৈ 'নুংশিবগী মমীংদি মৈচাক কৌই, ইরন্নগে পিরাংনা মীৎলুগী লৈনাদা' (শৈরেংবা- কে. সি. প্রদিপ) হৌরকপগী শুরশি হিন্দি ফীল্ম আগর তুম্না হোটে' গী ঈশৈ অমগী শুরশিং পুশিনবা মাল্লী, নুংশিবা কায়নবগী ঈশৈনি। কায়নবনবু কয়াম নুংঙাইনি। অদুবু জয়কুমার ঈশৈ শুরদি ওনথোক্লা মোনদা নুংঙাইনা শকখ্রে। ঈশৈ ময়েক্কা শুরগা খরা চানবা ব্বাৎপরা খল্লী। শুর

খুৎপান্দা কেসেত কয়াগী ঈশৈ শকখ্রবা জয়কুমার মশাগী হান্নগী শুর মান্নরপ তৌবা শুরদগী হোংদোকপা ওমদে। কলাকার অসিগী ২ শুবা ঈশৈ 'ওইজনিংইদা ওইজনিংইদা' কেসেতশিগী ওইনা জয়কুমার মশাগী খ্বাইদগী পামজবা নুংঙাইবা ঈশৈ ওইনা তৌই। য়াম্না থবাই য়াওনা শকই। অতাবশিংদসু নুংঙাইবা পোকহল্লী অমদি হেন্না তাহনিংবা পোকই। ম্যুজিকশু ঈশৈগা চাননা নীংথিনা হাপই।

নবা ভোলকেনো মশাগী ওইনা তাঙনা ঈশৈ অমখক্তমক য়াওই। "অহিং লিশিং কয়া লাক্কুনশু' (শৈরেংবা- আর. কে. বোবা) ঈশৈ ফজে। ম্যুজিক কেসেতশিগী ঈশৈশিংগী মনুংদা মশিনা ফজবা হেল্লি হায়নিংই। ময়েক্কা চান্নন শুর পাল্লবোই। অইবগী থম্মোয়দা তাখিবদু অশকপনা মশক খঙনা শকই অমদি অতাবশিং তাহন্নবা কন্না হোৎনৈ। মায় পাকই হায়জনিংই, ঈশৈশি মীয়াম্না পান্নবা অমা ওইরক্লি খল্লি। লৈনম্না লৈকাই পল্লানবী চিনি চম্প্রা (শৈরেংবা আর কে জিতেন) কেসেতশিংগী মীং ওইরিবা হেন্না ঈশৈ ফজরমগদ্রা খল্লম্বনি অদুবু ঈশৈগী শুবশিনা অতাবশিংদা ব্লানা থোকহল্লী। জয়কুমার অমদি সংজুক্তা অনি পুন্না শকমীন্নবনি। শৈশক্লিবী সংজুক্তা নৌদি নৌরি হাযববু খোঞ্জেল খজিক ব্লাংখৎলকপদা খোনশি মানবা য়াওরকই।

ঈশৈ শুর রেকোর্দিং নংন্নবা পংপান পানশিনবা মাল্লি মথক্কী ঈশৈ অসিগুম্নদি তৌদে বি এ. অমদি সংজুতানা শক্লপদদী 'থাবল ঈপোমলক্তা শাৎচবী লৈরাং থাবল লৈরা' (শৈরেংবা আর. কে. জিতেন) থব্রাই য়াওনা কন্না হোৎননা শকই। ঈশৈ অহানবদগীদি হেন্না ফজে, তাবদা নুংঙাইনা চৎলি। সংজুতা ঈশৈ অসিদদি মশাগী খোঞ্জেল খরা চেকশিন্না হোৎনব্রা খল্লি, অপুনবগী ঈশৈদা মসিমদি মায পাকলে হায়নিংই। ❑

# রুপ রাগগী চহী ৪৩ শুরকপগী খুদোল

## মীয়ামগী লুচিংবা ইরাবত

কুইরে রেডিওদা ঈশৈ শক্তম হায়বদো তাখিদবা। ঐনা চহি খরসি রেডিও পাউ নত্তনা অতৈ থৌরমশিংদা থবাই লুপশিল্লুদবনরা কৈনো খঙদে তশেংনা তাখিদরে। চহি খরগী মমাঙদদি ফজ ফজবা নুংশি নুংশিবা ঈশৈশিং খক্তা নত্তনা ঈশৈ শক্তমশিংসি য়াম্না তোয়না তাখিবনি হায়বা য়াই। নীংশিংলকই রেডিওদা তাখিবা রুপ রাগগী ঈশৈ শক্তমশিং ঙাংবিতোন, উমংগী পুন্সি, য়াইরিপোক থম্বালনু, সন্দ্রেম্বী চৈশ্রা অসিদা নত্তনা পুন্সি খোঙচৎ, কৈন্যা, য়াওশং, নিংথমথা অমদি সতি খোংনাংনচিংবা ঈশৈ শক্তম কয়ানা অতাবশিংগী থম্মোয়বু পেলহনখি। ফনা কুইরক্লে হায়রিবা ঈশৈ শক্তমশিং অসি নত্তনা থোইদোক্লা অনৌবা ঈশৈ শক্তমশিং তাখিদরে। করিগীনো খঙদে ঐখোয়গী রেডিওনা লম অসোমদা পুক্লিং চংশিনদ্রবরা থবক চিনমনখিবদগী ওইরম্বশু য়াই।

হন্দক্তা রুপ রাগনা চহি নিফু হুমদোই শুরকপগী খুদোল ওইনা মীয়ামগী লুচিংবা ইরাবত হায়না মীংথোনবা ঈশৈ শক্তম অমা ওদিও কেসেত ওইনা খুদোল তম্লকই। মসি রুপ রাগগী মমল য়াম্লবা দাননি হায়নিংই। কেসেত অসিগী থোইদোক হেন্দোকপা অমনা হায়রিবা ঈশৈ শক্তম অসিগী ম্যুজিক ডাইরেক্সন শক্লাইরবা ফিল্ম মেকর অরিবম শ্যাম শর্ম্মনা ওইরি। লোয়নননা ঈশৈগী মরক মরক্তা য়ারী লীরিবনা শক্লাইরবা ফিল্ম ষ্টার অনি কাঙবম তোম্বা (লমজা তোম্বা), য়েঙ্খোম রোমা শক্লাইরবা শৈরেংবা বি. জয়েন্তকুমার শর্ম্মনি। শ্রী শর্ম্মদি শক্তম অসিগী য়ারী ইবশুনি, শৈরেংবশুনি। অতৈ শৈরেংবনা শ্রী সোরারেন, কোন্সবা ইবোচৌ, কিরন নোংমাইথেম লোয়নননা ইরাবতকী ঈশৈ অনিশু য়াওরি। কেসেত্সিদা য়াওরিবা ঈশৈ তরানিথোইমক নীংথিবা মীয়াম হুপ্লা তামিন্নবদা হেন্না পুক্লিং থৌগৎনফম থোকপা ঈশৈ ঙাক্তনি হায়নিংই।

ঐখোয়না হান্না খঙনদুনা লৈরবা মীয়ামগী লুচিংবা ইরাবতকী পুন্সি ৱারী অমদি মাগী ৱাখল্লোন, মগুণ শৈথাবা ঈশৈশিং ওইরবশু তারুবদা পুক্নিং নুংশিবা ফাওহনবা অমদি থৌনা লিংজেন পোকহনবা ঈশৈগী শুরশিং কয়া য়াওবদা নত্তনা ঈশৈগী মরক মরক্তা নীংথিরবা অরুম অয়াংগী তোন শীজিন্নদুনা ইরাবতকী পুন্সি শক্তমবু শৈথারিবা তোম্বা, রোমা অমদি জয়েন্তকুমার শর্ম্মনা ঐখোয়গী থম্মোয়বু নুংহিক্লহল্লি, থৌনা হাপহল্লি।

কেসেত অসিগী অহৌবমক্তদা রুপ রাগগী কলাকারশিংনা ইরাবতপু শৈথাদুনা শক্লকই নংবু কৌজরি, নংবু ঙাইজরি, জননেতা ইরাবত, নুংশিবা খঙবা, থম্মোয় চাওবা অৱা অনা খাংবা হৈবা। অশুম্না শৈথাদুনা লাইওইখ্রবা ইবাবতপু অমুক হল্লকখো হায়দুনা শৈথাই। মনীংতম্না পানজরম্বা মণিপুরনা বৃটিশকী লৈঙাক ৱায়েল মখাদা লৈখ্রবা মতমদুগী লৈঙাক ৱায়েলশিংদা মীচম প্রজাশিংনা কয়াদা ৱাখিবশিং অদু শৈথাদুনা হায়রকই-অৱাবনি মতম অদো, অমম লাংনা কুপ্লম্মী, হা-হা কার লাওরদুনা প্রজানা ৱানা লেল্লম্মী। মতমদুগী মণিপুরগী প্রজাশিংনা চন্দোল শেনখাই, অমাং-অশেং, শেংদোক শেংজিন্দা চহি কয়া ৱানা লেল্লকখিবদু শৈথারকই। অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা ইরাবতনা থোরক্তুনা মীয়াম্বু পুন্সিন্নবা হোৎনবা, লোল সাহিত্য অমদি শান্ন-খোৎনবা কয়াবু চাওখৎনবা হোৎনবা কয়াবু শৈথাদুনা অমুকশু শক্লকই হে লমজিংবা লময়ানবা, হে জননেতা ইরাবত, নংদি শেমগৎ শাগৎপগী শায়োলনি, লমজিং লমতাকপনি। অমুকশু ইরাবতনা নিখিল মণিপুরী মহাসভা লিংখৎতুনা মণিপুরগী ৱাংমদা লৈখ্রবা মণিপুরীশিং পুন্সিন্নবা হোৎনদুনা লৌখিবা থৌদাংবু অশুম্না শৈথারকই - পুন্সিল্লো অপুনবনা শক্তিনি, অপুনবনা পাঙ্গলনি, মচেৎ তারগা, লিংজেন মান্নদ্রগা করম্না ওইগনি চাওখৎপা লৈপাক, করম্না লিংনি প্রজাগী লৈঙাক।

ইরাবত মীয়ামগীদমক হোৎনবা লেপ্পা লৈতে। মীগা মীগগী মরক্তা অমাং অশেং মীবু মীনা ইন্থোক্লবা কয়াগী মায়োক্তা চংশিল্লকই, মহাক পঞ্চায়েৎ মেম্বর অউন লৌফম থাদোক্তুনা মীয়ামগী হোৎনখিবা শৈথারদুনা শক্লকই তাইবং মীদা করিগী খায়রি, অমাং-অশেং চৈখলসিনা, থম্মোয় থম্মোয় ঈচেল ফাওরি, অসিদবু করিগীনা শেংই মাংই ইন্থোক্লরিবা। অশুম্না নোংম-নোংমগী বৃটিশ লোইলম লৈঙাক মখাদা নিংথৌ শাসনবু শীংনরকখি। চেং লৈনা লৈনা ফংলক্তে, চাক তাঙলে। নুপী লানগী থৌদোকপু শৈথাদুনা থম্মোয়দা অকনবা শাফু অমা পীরদুনা শৈশক্লকই

চাক তাঙলে, চেং তাঙলে, চাবা ফংদরে। মণিপুরদা থোকপা মণিপুরগী চেং, খুৎশেমগী চাক তাঙলে, ৱাৎত পাদবি মণিপুর খুদাং পিফম তৈরে।

ইরাবত মণিপুরগী শোকচিল্লক্লিবা ফীভম অসিদা তুমিন্না লৈবা ঙম্লক্তরে, বৃটিশকী মখাদা লৈরিবা শাসনগী মায়োক্তা চংশিনবা হৌরে। মসিগীদমক ইরাবতপু ফাদুনা জেলদা থমজিনলি, ইরাবত তুমিন্না লৈতে, জেল মনুংদা তুহৎ নৈহৎপীরবা কয়াবু মীৎ পাঙহন্নবা ঈশৈ শৈরেং কয়া ইথোরকই। মহাক্কী শৈরেং অমা রুপ রাগনা থৱায় হাপ্তুনা শক্লকই হৌগৎলো ঙসি নহারোল পুম্বা, পুম্নসি মুক্তিগী লানফমদা থারসি থৱায় পাম্মুদনা, ইমা লৈপাক্কীদমক্তা হৌগৎলো। মসিদ নত্তে, ইরাবতনা লৌমী শিন্মী কয়াগী হোৎনখিবা থৌনা লিংজেন কয়া শৈথারকই শেৎচিল্লু খ্বাংচেৎ শেৎচিল্লু কোকশেৎ হনফদ্রবা খোংজং, নিংতম লানহৌনি, অনৌবা যুগকী নীংতম লানহৌনি, ঐখোয়নি শিন্মী, লৌমী ঐখোয়নি। ইরাবত মরমদম মণিপুরগী ফজবা উবদা ঙাওদবা ঙমদে। মহাক মশামক্লা ইবা শৈবেং অমদা থৱাই হাপ্লকই মণিপুর কৌবী, পলেম শকহেনবী, অশংবনা লৈতেংবী, লোইবীনা কোকয়েৎনখিবী, অকনবা পোকপীনি, অথৌবা য়োকলিবী, অকনবা খিবিক্কী মমানি।

অশুম্না ইরাবতপু শৈথাবা ঈশৈ কয়াগা লোয়ননা ইরাবতনা আন্দব গ্রাউন্দ তাখিদুনা বর্মাগী তাংবো খুলদা লৈখিদ্রবদা তান্না থোক্লম্বা নুমিৎ তাখরে, অরোইবা য়াহিপ, নুংশিদা লুচিংবা, পাম্মুইদা লময়ানবা হায়না তেংথা ঈশৈ অমগা লোয়ননা খুত্তা মৈনম কোক্তা কোকথোং, লিরি নংগী মার খোঙ্গুল, লৌমীগী মরুপ শিন্মীগী খোঙলোয়, লীখিনি ৱারী লময়ানবা নংগী, লুচিংবা নংগী হায়বা ঈশৈ অসিনা অরোইবা ওই।

হৌজিক্কী মতমদা ফোঙনরক্লিবা অকন অকনবা ঈশৈগী শুর কয়াগী মবক্তা তোপ তোপ্লা মশক অমা কেসেত অসিদা থেংনৈ। ঈশৈশিংসিগী শৈশক শৈদাশিংদা লমদমসিগী লৈহাওগা চুশিন্নবা ঐখোয়গী হান্না লৈজরম্বা শৈশকশিংগী মমি তাহনবা অমদি মতম ঈশৈগী ফজরবা অনৌবা শৈহেক কয়াগা পুন্না শেমদুনা নীংথিরবা শুরগী মথেল অমা ওইহল্লি। রুপ রাগগী থোইদোক হেন্দোকপা শৈশক শৈদা অসিনা অতাবশিংগী পুক্লিংদা তুজুংবা ফাওহনবা, থৌনা লিংজেন পোকহনবা ঈশৈশিংনা কেসেতসিগী তোপ তোপ্লা মশক অমা ওইরি। অসিগুম্লবা মচু তাবা, মগুণ লৈবা কেসেতশিং অসি মখা তানা পুথোরকপা ওইসনু। ❑

# নীংতম্বগী লালসে নত্তেনে নরন্নাই

"পোক্লফম ইমা" মচা লৈমনা শজিবুগী নোংমা পানবা চহি হৌবা নুমিত্তা জি. এম হোলদা শীনখিবা অচৌবা ঈশৈগী থৌরম অমনি। "লৈমরোল শিঙ্খা নমদ থোং, খুন্তাক লানসি লানগাইরক্তসু ইরৈবাক্কী পুন্সি শেন্নজ, মহৌশানিদো চৈহৌ মাবু ওকচবা, পুবিরক্লবা অদোমগী য়াইফবা অনৌ য়েন্নিং ইশ্বল্লক্লবা।" অসুন্না কুসুমলৈগী নীংথিরবা শক্তমগা কোন্নবা য়াইফ পাওজেলনা ঐখোয়গী ওইবা চহি হৌবা নুমিৎপু থোইনা ময়েক শেংহল্লি। ঈশৈতনা কুংশিন্নরবা জি এম. হোলগী ফম্বাকসিদদি থৌবমসিনা অনৌবা অমা ওইদ্রবসু ইরৈপাক ইরমদম অসিবু নুংশিজবগী রাখল্লোন্দা য়ুম্ফম ওইদুনা পাঙথোকপা ঈশৈগী থৌরমদি অতাঙবনি।

হিন্দুশিংগী লাইনিং লিচৎনা শুমহৎপিদুনা অনম অহা চুরবা লমদমসিগী মীয়ামশিংদা পাথাং পুথাং কয়াদগী চৎনরক্লিবা লমদমসিগী ওইবা চৎন লোনচৎ লাইনিং লাইশোল কযা খোঙ্গোইনদুনা মথক মখা ওম্বোক্লবীরবা লমশিগী মীয়ামশিংসিদা হেন্না মিৎ মাই শিংহন্নবা শজিবুগী নোংমা পানবা চৈরাওবা চহি হৌবা নুমিৎসিগী লৈবাকনিংবা ডাক্তগী ওইবা ঈশৈ থৌরম অসিনসু লমদমসিগী হৌগৎলক্লিবা মীরোল কয়া কযাগী শিংলি নাওরিদা অমদি লু-তোংদা পকশিনদুনা লৈহৌনবগীদমক অচৌবা খোম্বাং অমনি হায়না লৌবসু য়ারি। নাকল অমরোমদা অমুকসু থৌরমসিনা ইবৈপাক ইবমদম অসিবু শৈথাদুনা শকপা ঈশৈ কয়াবু থোইনা হেন্না লমদমসিগী মীযামসিগী মরকশিদা খংহন্নবগী অমদি মীয়ামশিদা লৈবাক নীংবা ঈশৈনা (মবক্ত' মতমগী ঈশৈ খরা য়াওরগশু) মপুং ওইবা থৌরম অমা পাংথোকলম্বা ওইবম্বশু যাই হাযবদা হায়মনবশু ওইবোই।

নীংশিংবা য়াই মতম অমদা মীখা পোল্লবা, নৈহৎপরবা, মীয়ামশিদা ইথিল কয়া পীহনখিবা, অমদি লৌমীগী পুন্সি অমসুং খুনাইসিগী ওইবা অচৌবা অহোংবা

ঝাখল্লোন্দা শাগৎতুনা ইখিবা ঈশৈশিং অদুনসু নিংতম্বগী খোজং কয়াদসু খোল্লাও ওইনা শীজিন্নখিবা হিজম ইরাবতকী ঈশৈশিং "নিংথিবী ইমা মণিপুর, নীংশিংজরী ইমাবু, হৌরো অৱাবা অহিংগী অমম্বা কোক্তুনা, হাইগৎসি ৱাংনা, ফিরালসি ঙাংলবা লাইরবশিংগী ঈনা," হৌজিক্কী মতমসিদদি পঙতা তাবা ফংনদ্রবা ঈশৈশিং অসিনা ঙসি নৌহৌননা মীয়ামশিংনা অমুক তাবসিদা নীংতম্বগী ঝাখল্লোন্দা অনৌবা থৌনা কয়া পীরমগদবশিং কয়া থম্মোয়দা ফাওহল্লী।

লোইশিল্লকপদা অমুক্সু মীখা পোল্লি ঐখোয় হায়বগী ঝাখল্লোন্দা নীংতম্বগী লম্বী তাল্লিবা মীয়ামসিদা "শকউ শকউ জয় জয়, অপুনবগী জয় ..... নীংতম্বগী লালসে নত্তেনে নরন্নাই" মেমচা, সুরেন্দ্র অমদি দীনমনিনা অপুনবা খোঞ্জেলনা লাওরকপা অমদি রুপ রাগগী ঈশৈ ওইদুনা লৈরবা অরাম্বম সমরেন্দ্রগী "চাইখ্রে ঙসি নংগী লবুক্তা, নচাশিংগী ঈখেংনা অতাবশিংগী থম্মোয়দা ফাওনখিবা, অমদি তাখিবা মমি অদুনা করিগুম্বা শাফোংলকপা মতমদুতবুসু ঙাইরম্বা য়ারি পোক্নফম ইমানা মতমদু ফাওবদি চহি খুদিং শজিবুগী নোংমা পানবা চহি হৌবা নুমিৎশিদা মচা লৈমগী 'পোক্নফম ইমা' কয়া কয়াগী মথৌ তারি। ❑

## ৩১ শুবা শুমাং লীলা ফেষ্টিবেলদা মীৎয়েং অমা

রাজনীতি দলগুম এম. এল. এ. ফানদুনা পার্টি অমদগী অমদা চোংথোক চোংশিন তৌনবগুম শুমাং লীলাগী পার্টিশিংদসু অদুমক থোক্লকই। মসিগী মমি চৎলিবা চহি ২০০৩ ইং, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী অমদি মণিপুর ষ্টেট শুমাং লীলা কাউন্সিল অনি খুৎশম্নরগা শীনখিবা ৩১ শুবা মণিপুর ষ্টেট শুমাং লীলা ফেষ্টিবেল অসিদা তাখি। মসিনা মরম ওইদুনা হৌখিবা চহি ২০০২ দা নুপা লীলাগী কাওলুপ্তা বেষ্ট প্রদক্সন তাখিবা পাখংবা আর্টিষ্ট ইউনিয়ন্না চহিসিগী লীলা ফেষ্টিবেলদা লীলা থোকপা য়াদবদগী লীলা থোকখিদে। অসিদসু নত্তনা মীয়াম্না চাকথেকপী পার্টি হায়না খঙনবা নহারোল খোঙথাং আর্টিষ্ট এসোসিয়েসনসু লীলা থোকখিদ্রে। শুমাং লীলাশিংগী মরক্তসু পার্টি অনি অহমদগী আর্টিষ্ট অমা অনি চোংথোক্লরক্লগা চাওপোক পোকখিবা 'পিস মেকর' শুমাং লীলা কাঙবু অসিসু হন্দক্কী ফেষ্টিবেল অসিদা য়াওবা য়াহন্দবদগী য়াওখিদ্রে। লীলাগী আর্টিষ্টশিংনা পার্টি অমদগী অমদা হোংদোক হোংজিন তৌদুনা য়াওবা য়াবগী মতমদি লৈ হায় অদুবু হায়রিবা পার্টিশিংগী লৈনরিবা নিয়মশিং কায়না থবক তৌরবদি ফেষ্টিবেল যাওহন্দবা হায়রিবা ৱাফম অমা শুমাং লীলা কাউন্সিলগী লৈবনা ওইবসু য়াই হন্দক লীলা পার্টি খরনা ফেষ্টিবেল থোক্লখিদ্রিবা অসি। মসি পুন্নমক নত্তবদা লীলা পার্টি মশা মশাগী খুদোং চাদবা লৈবদগী লীলা থোক্লরমদবসু য়াই, অনিমক খন্নবা য়াবা ৱাফম্নি।

চহি অমদা অমুক্তং থোক্লিবা শুমাং লীলা ফেষ্টিবেলদা য়াওবা হায়বসি শুমাং লীলা তৌজরিবা কাঙবুশিংগীদি য়াম্না ঈজ্জৎ লৈবা অমা ওইনা লৌনৈ। শরুক য়ারিবা শুমাং লীলা কাঙবুশিংদা বেষ্ট প্রদক্সন তাবদগীনা য়াওরিবা খুদিংমক শেল-থুম অমত্তা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী অসিনা পীবিদ্রফাওবা ফেষ্টিবেল য়াওরুবা অমদি ফেষ্টিবেলদা ফাষ্ট তাখিবা লীলানি হায়রগদি ঈজ্জৎ লৈবা লীলানি অমদি মীয়াম্না হেন্না য়েংনিংবা শুমাং লীলা কাঙবু হায়বদু ওইনৈ। শীনলিবা

মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী মায়কৈদগীসু অসি য়ৌনা থাক ৱাংনা খন্দুনা ফেষ্টিবেল শরুক য়াবগী প্রদক্সন গ্রান্ট খরা নীংথিনা পীফম থোকই অমদি বেষ্ট প্রদক্সন তাবা লীলাদগী হৌনা পোজিসন ফংলবা লীলা খুদিংমক্কী মফম চপ চানা পীফম থোকই মসি ঙসি ফাওবদি পীদ্রি। সার্টিফিকেট অমমখক অদুনদি লীলা কাঙবুশিংনা খক পেনফম থোক্তে। মরমদি শুমাং লীলা ফেষ্টিবেল অমদা ষ্টেট কলা একাদেমীনা খোমজিল্লিবা শেলশি লাক্ক কয়াগী মথক্তনি।

শুমাং লীলা কাঙবুশিংগী মরক্তা চোংথোক চোংশিন তৌনবা নুপী শাবী নুপা ফাদোক ফাজিন তৌনবগী থবকশিং অসি নুপীগী লীলা কাংবুশিংদদি কয়া তৌনদে। অদুবু মখোয়দা পার্টি হোংদোক হোংজিন তৌনবা লৈতে হায়বদি য়াদ্রি, লৈবাক ৱাথোক্তি ওইনদ্রি হায়বতনি।

চহি খুদিং লীলাগী জর্জ্জশিংগী মতাঙদা ফেষ্টিবেল লোইখ্রবা মতুংদা নিংফুং নিংফুং নিংদোন পোন্নবা কয়া য়াওখিদবা নত্তে, মরমসিনা একাদেমীনা শুমাং লীলাগী জর্জ্জ ওইবীয়ু হায়বসি কনাসু থোইনা হরাওনদবগুম তৌই। অদুবু চহিসিগী জর্জ্জশিংগী মরক্তা নুপী লীলা অমদি নুপা লীলা অনি থোক্না জর্জ্জ থমখিবসি থাগৎনিংঙাইনি। নুপীগী লীলাগীদা জর্জ্জ ওইখিবীশিং শক্লাইরবী ইদুকেসনেলিষ্ট প্রো. ক্ষেত্রি বিমোলা, শক্লাইরবী ফিল্ম এক্ট্রেস য়েংখোম রোমা অমদি শক্লাইরবী শৈশকপী অসেম বিমোলানা ওইখি। অদুগা নুপা লীলাগী কাংলুপ্তা শক্লাইরবা ইদুকেসনেলিষ্ট ডা. আই. এস. কাংজম, শক্লাইববা কবি বী. জয়েন্তকুমার শর্ম্মা অমদি মণিপুর ষ্টেট শুমাং লীলা কাউন্সিলগী প্রসিদেন্ট এম. বীনোদনা ওইখিবসি ঙসি ফাওবদি মীয়াম্না পেনবা পেন্দবা কয়া ফোঙদোক্লরক্তে।

কুম্ছামাথোইশুবা লীলা ফেষ্টিবেল অসিদা নুপা লীলাগী কাঙলুপ্তা নোর্থ ইম্ফাল মণিপুর যাত্রা মন্দলগী 'তৈথোকপিরমদ্রবা পীরাং'না বেষ্ট প্রদক্সন, লীলাসিদা ডাইরেক্সন পীখিবা টি. ঐচ. প্রফুল্লোনা বেষ্ট ডাইরেক্সন, লীলাসিদা ডা. গৌতম শাখিবা টি. ঐচ. ওকেন্দ্রোনা বেষ্ট এক্টর, লীলাসিবু ইরিবা ডা. চোঙ্গোন নিংঙোম্বনা বেষ্ট স্ক্রপ্ট , লীলাসিদা ঈশৈ ময়েক ইখিবা রামেশ্বর নিংথৌজানা বেষ্ট লিরিসিষ্ট তাদুনা চহিসিগী খ্বাইদগী ফজবা লীলা হায়বদু ওইখি। ডেদিকেটেদ ৱার্ল্ড আর্টিষ্ট ইউনিয়নগী 'বদনামগী মৈশালক্ত' হায়বা লীলানা সেকেন্দ বেষ্ট প্রদক্সন লীলাসিবু ডাইরেক্সন পীরিবা এল. ইবোতোম্বী শর্ম্মানা সেকেন্দ বেষ্ট

ডাইরেক্সন, লীলাসিদা মণিলৈমা শাখিবী থিয়াম ধনেশ্বরনা সেকেন্দ বেষ্ট এক্ট্রেস, লীলাসিদা কেথবী শাখিবী কে. ওকেশ্বরনা বেষ্ট সপোর্টিং এক্ট্রেস, লীলাসিবু ইরিবা ইমো হৈসনাম্বনা সেকেন্দ বেষ্ট স্কৃপ্ট তাখি। মৈতৈলৈমা যাত্রা কম ড্রামা এসোসিয়েসনগী 'কর্ফিউ' লীলাদা মেরি শাখিবী এম. সনায়াইমনা বেষ্ট এক্ট্রেস, লীলাসিগী হজি য়াইমা শাখিবা গুণ ময়াং ইম্ফালনা বেষ্ট কমেডিয়ন, কবুই চাওবা শাখিবা মৈতৈ তোম্বনা বেষ্ট সপোটিং এক্টর, লীলাসিদা নুপীগী শৈশক্তা ঈশৈ শকখিবা সাইখোম রোমেন্না বেষ্ট সিঙ্গর (ফিমেল ভোইজ) ফংখি। সনালৈবাক নাচোম আর্টিষ্টকী লীলা 'সনালৈবাক্কী ইঙালৈদা ম্যুজিক ডাইরেক্সন পীখিবা নোংমাইথেম ইবোমচা সিংহনা বেষ্ট ম্যুজিক ডাইরেক্সন অমদি বেষ্ট মেল সিঙ্গর তাখি।

তৈথোকপিরমদ্রবা পীরাং নুংগী ওইবা ঋারীদি অপীকপা ইমুং অমদা শাগৎপা নুংশি নুংওলগী ওইবা লীলানি। মশাগী হোসপিতাল অমা লিংখৎতুনা মীয়ামগী সেবা তৌরিবা ডা. গৌতম ফিল্ম এক্ট্রেস সন্ধ্যাগা নৌনা য়ুম্বাল লম্বীদা খোংদামিন্নে। অদুবু ডা. গৌতম মীয়ামগী সেবাদা পুক্নিং লুপলিঙৈদা সন্ধ্যাগা নোংমত্তসু পুন্না চৎমিন্নদুনা মপুরোইবা অমা লৈজে হায়বগী মীয়াম মমাংদা লেন্নজবদু ফংজরমদে। মসিমক্না করিগুম্বা মতমদা মপুরোইবনা মহাক মশাবু মীরাইবিরব্রা হায়না লান্না খনখিবসু য়াওদবা নত্তে।

নাকল অমরোমদা সন্ধ্যাগী পুন্সিবু মিহৌজব সন্ধ্যাগী মায়থোংতবু কল্লকচবা ৱেষ্টর্ন সিবিলাইজেসন্দা ঙাওজবা ফিল্ম প্রদ্যুসর রামেসনা য়ুম্নাক শাগৈ ওনখ্রবী সন্ধ্যাগী অচেংবা তাঞ্জা য়েংদুনা মাগী ওইনবা হোৎনদবশু নত্তে। অসিগুম্বা মরম ময়াম অসিদা ডা. গৌতম কেন্সরগী লাইনা অমদগী লৈখিদ্রে। সন্ধ্যানা মপুরোইবনা পামজরম্বা মীয়ামগী সেবাদা পুক্নিং লুপখিবদা লীলা লোইশিলি।

লীলাগী ফিল্ম এক্ট্রেস সন্ধ্যাগী তৈথোকপীরমদ্রবা মীৎলুগী পীরাংদু সন্ধ্যাখক্তগী ওইরমদ্রে লীলা য়েংলিবা মীয়ামগীশু ওইরমলে। লীলা য়েংলিবা মীয়ামবু মীৎকী পি তানখিদবা য়াওনখিদ্রে। অইবনা লীলাগী ময়ায় চনশিলকপা অদুবাইদগী তপ্না তপ্না লীলাগী ক্লাইমেক্স পুখৎলকই, মসিনা লীলা লোইবা ফাওবা পুদুনা মীৎ-না চোইথোকহন্দবমখৈ কদাইদা করি শীজিন্নরগদি মীৎকী পি শিন্থহনগদগে হায়বসি থিদুনা লৈবগুম তৌই. পনবা য়াই নংগী জিপ, কারদুদা

ঐনা কুন্দো পরেং হুকখিবা নত্তে। ঐদি নংগী ওকশমদা হুকখিবনি, নংদি ঐগী ইপুরোইবনি। ফিল্ম এক্ট্রেস সন্ধ্যা (গুনিন্দ্রো) গী এক্টিং অমদি ডাইলোগ ইচং থৌই। মহাক্কী মপুরোইবা লৈরবী য়ুমপাল্লবী নিংঙোল অমদা লমলানবা কনানা মীৎয়েং কারন চনলক্লবদা মহাক্না চৈখিবা অমদি অদুদগী হুৎ লৈথোকখিবদা মপুরোইবা অমদা ওইনজবা, শাওজবা কেজবা নৌজবা ইপক্তা পকচৈ। ডা. গৌতম শাখিবা (ওকেন্দ্রা) থোইদোক্না মহাক্কী কেরেক্তরশু মপুং ফাই ইং তপ্না শাওবা হৈতবা চীং লেম্বা ব্বাহৈ কয়ানা মীপুম খুদিংগী থম্মোয়বু জয় তৌনবা হোৎনবা অমদি মাগী ডাইরিগী ব্বাহৈ পরেংশিং খরনা ভাবোকশিংবু কপহনখি।

লীলাগী চংশিল্লকলিবা ব্বারীদা থোইনা হেন্না মথৌ তাদবা কলাগী ইন্টরপ্রিটেসন শাংনা ডা. গৌতম অমদি সন্ধ্যা পীহনবনা অয়েংবশিংদা ঙৈহাক নাথৈহনবা হোৎনবগুম তৌই, মসিদি য়াওদ্র ফাওবদা লীলাগী ষ্টোরিদা কায়দে হায়নিংই। লীলাগী বেকগ্রাওন্দ ম্যুজিক তাঙনা পী। মতাং মতাংগী বেক গ্রাউন্দ ম্যুজিক শীজিন্নে। মরী ঈরৈ লৈতবদা দাইলোগপু নমহৎনবা পীবা বেকগ্রাউন্দ ম্যুজিক্কী খোঞ্জেলদু তাবা ফংদে। মসিদি লাইবক ফবনি হায়নিংই। মরিল চুম্বা অফবা মখলগী লীলাগী ব্বারী অমদা শাগৎপা নীংথিনা শান্নখিবা লীলানি হায়নিংই।

নুপী লীলা কাংলুপকী ওইনা হৈরাঙ্গোইথোং রেষ্ট য়াঙম লৈরক নুপী এসোসিয়েসনগী 'তৎফদ্রবা লীপুন'না বেষ্ট প্রদক্সন, লীলাসিদা খুল্লাকপা শাখিবী এস. বীমোলা দেবীনা বেষ্ট সপোর্টিং এক্টর, লীলাসিদা সনারেম্বী শখিবী এম পূর্ণিমাশি লৈমনা বেষ্ট সপোর্টিং এক্ট্রেস, লীলাসিবু ইরিবা নবদ্বিপ নিংথৌজানা বেষ্ট স্ক্রিপ্ট তাখি। শগোলবন্দ মোইরাং লৈরক মৈতৈ লৈমা যাত্রা কম ড্রামা এসোসিয়েসনগী লীলা 'নুমিৎ কাপ্পা'দা চখানু শাখিবী নাওরেম সোবীতা দেবীনা বেষ্ট এক্ট্রেস, লীলাসিবু ডাইরেক্সন পীখিবা নরেন্দ্র নিঙোম্বনা বেষ্ট ডাইরেক্সন, বুমেন্স ফোর কলচর সেন্টর, ইরোম মৈম্ভ্রাওগী 'হরিশ্চন্দ্র' লীলাদা হরিশ্চন্দ্র শাখিবী তম্ফামণি দেবীনা বেষ্ট এক্টর, ওল মণিপুর বুমেন্স আর্টিষ্ট এসোসিয়েসনগী 'লোইকাবা লীলাদা শৌরা শাখিবা ব্বাই. কোম্বীরৈনা বেষ্ট কোমেদিয়ান তাখি।

তৎফদ্রবা লীপুন অয়েংবা ভাবোকশিংবু হুমদুনা পুবা, পি তাহনবা ঙম্বা লীলা ওইখি। লীলাগী ওইবা নুংগী ঈচেলদি য়েলহৌঙৈগী চীংমী-তম্মী অনীগী নুংশিননা লৈমিন্নরকপগী মরি অদু হন্না নীংশিংহল্লি। চিংশোং নিংথৌ খল্লাংবনা

মৈতৈ নিংথৌদা কাফম থোকপা চহিগী লোইপোৎ কারক্তবদা মৈতৈ নিংথৌ তবুংনা মনাই মশলশিংগা লোয়ননা চিংশোং নিংথৌ খল্লাংবগী মফমদা লোইপোৎ থৌবা চৎপদা মৈদিংঙু তবুংগী লুরেল কত্তুনা হাৎখি। মৈদিংঙুগী লুরেল অদু চিংশোং খুনগী খুল্লাকপী লারলাশংনু (মতম অমদা মৈদিংঙু তবুংনা চীংদা লাঞ্জেলিঙৈদা নুংশিনরকখিবী) না মৈতৈ কোনুংদা পুরকখি। তবুংগী মপারি লাইরেনবনা মপাগী লমন খুমনবগীদমক লারলাশংনুবু লুরেল লৌনবা তেমশিংনখি। মমৈদা চিংশোং খুলাকপী লারলাশংনু মশা মতোমতা পুখাওগী হিদেন্দা কুমথবগা লাইজ ঈরোলনুংদা লুপ্তুনা য়াইবী থবাই থাখি।

লীলা হৌবদগী হৌনা অকনবা শাফু অমগা লোয়ননা চঙশিলকই। মসিনা লোইবা ফাওবা অদুমক চৎথবা ঙমই। শুমাংলীলা হায়বসি অপুনবগী খুৎপুনি পুন্না থোং মান্নমিনবা অমা মথৌ তাই। ব্লাফমসিমক তৎফদ্রবা লীপুন্দা চপ চানা থোকই। মৈদিংঙু তবুং শাখিবা এন সান্তি অমদি লারলাশংনু শাখিবী ফুলকা দেবী অনিগী নুপা নুপীগী থম্মোয়গী ওইবা ব্লাফম ফোঙদোক্লবদা অফবা নুপানা শান্নবা শুমাং লীলা অমনা খক হেন্দে। এন. সান্তিদা নুংশিবদা থোৎচবা শাফম লানফমদা নোংশাগুম থৌবা থেংনৈ। চিংশোং নীংথৌ খল্লাংবা শাখিবা (থাগোই) থৌনা ফৈ, মী-ফত্ত ফত্তবা কেরেক্তর অমা শাগৎপদু নিংথিনা মাইপাকখি।

লীলাসিদা অয়েংবশিংবু পি-তানা কপহন্দুনা অকনবা শাফু অমা পীবা ঙমহনখিবদি লমফেল ঙস্বী শাখিবী ওইনাম সরিতানা মপুরোইবা মৈদিংঙু তবুংবগী অককপা লুরেল উবদা মহাক্লা কপখিবা অমদি চিংশোং খুল্লাকপা লারলাশংনু (ফুলকা দেবী) না মতম অমগী মথংলেন মাঞ্জগী লুরেল লৌখিবদা কনবা ঙমহৌদবগী অনিগী অপুনবা এক্তিংনা অয়েংবশিংবু পি তাহনখি। মসিনা লীলাসিগী মায় পাকপনি হায়বা তাই।

হন্দক্কী ফেষ্টিবেল অসিদা নুপী লীলাশিংদগী হৌরগা নুপা লীলাশিং ফাওবা শুমাং লীলাগী মচৎ চুন্না শান্নবা ইয়াও য়াওখিদে। শন্না হায়রবদা মমাংঙৈগী মতমদা 'মৈতৈ লৈমা ইমাগী মীংখৈ শোল্লসি শোল্লসি' হায়দুনা ধুল্লোক অমদি কর্তান পায়দুনা ঈশৈ শক্লগা লীলা হৌবগী চৎনবী লীলা কয়াদা উশিল্লকত্রে। ফোক্ককী লীলা ফাওবদা পেনাগী মহুত্তা ভাইওলিন, ওর্গান, ড্রামনা মহুৎ শিনজিলক্লে। মাইক্রফোন য়াওদ্রিঙৈগী মীয়াম্না, তাননবা হায়দুনা শং শংদুনা কন্না

কন্না ঙাংবা ঙসিগী নুপী অমসুং নুপাগী লীলাশিংদসু অদুমক চৎনরক্নি। নুপী লীলা অয়াম্বনা মৈতৈগী ঐতিহাসিক ওইবা ৱারী কয়াদা য়ুম্ফম ওইবা, মোইরাং কংলৈরোলদা শান্নবা ঙাক্তনি। হন্দক্কী ফেষ্টিবেল অসিদা মণিপুরগী ইতিহাসতা য়ুম্ফম ওইবা লীলা 'মণিপুরগী মুনবিখ্রবা লৈঙাক' অমদি 'খোংজোম লাল' য়াওই। করিগুম্বা মতমদা লীলাগী ৱারীশিংদা মীয়াম্না তাবদা নুংঙাইনবনি হায়দুনা 'তাংখুলমখৈ পুনশিল্লগা নুংঙাইবা চীংলৈপাক অমা শেমশি হায়বগী চীংগী সুল্লাকপমখৈ উন্নবা চৎখি' (তৎফদ্রবা লীপুন), ভারত সরকারগী মথক্তা লাল হৌরিবা এন. এস. সি. এন. হায়বা ৱাফম অফববু ওইরে ফত্তববু ওইরে য়াম্না তোইনা পনবা (কর্ফিয়ু), লীলাদা অঙাং আর্টিষ্টশিং পুথোকপদা নুংশি-নুংওনগী মমি তাহনবা (মোংফমসু উন্নফম্নী) অমদি ঙাংনিং ঙাংনিংবা পেন্না পেন্না মীয়াম্না খুবাক খুন্নরক্নবা হায়দুনা নীংতম্না ঙাংনখিবা লীলা কয়া ফেষ্টিভেল অসিদা থেংনৈ। অসিগুম্বা কয়া অসি ফেষ্টিবেল অসিবু শীন-লাংলিবা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা লীলাসিগী স্ক্রিপ্ট মতম চানা য়েংশিনবীদুনা য়াওবা য়াবা য়াদবা হায়বা অকনবা নিয়ম অমা শেম্বীদ্রগদি তৌনিংবা ঙাংনিংবতা ঙাংবা য়াবা মপু পান্দ্রবা ফেষ্টিবেল তারক্কনি। ❑

# কৈশামথোং থোইবী

মণিপুরী শুমাং লীলা শান্নরিবশিংগী মরক্তা নহারোল খোঙথাং আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন চৎলিবা চহি ১৯৯৯ হৌরকপা অসি ফাওবদা শুমাং লীলা ৫০ গী ময়াদা শান্নরকখ্রে। লীলা কোয়না চৎতুনা শান্নদুনা শেল তানবগী ৱা ঙাক থাপ্না থমখ্রগা হন্দক্তা এসোসিয়েসন অসিনা শুমাং লীলাগী লময়ানবশিংবু নীংশিংবগী থৌরম অমা পাঙথোক্তুনা মখোয়বু ইকায়খুম্নবা উৎখিবসি য়াম্না লৈবাকমচা তাবা লাই-গুরু মশক খঙবা হায়বদুনি হায়বা য়াই। ঐখোয়না ঐখোয়গী শুমাং লীলাগী পুন্সিরোল অমা শাগৎচনবা হোৎনবদা কন্না কনানো, ঐখোয় কদায়দগী হৌরকই, ঐ করি তৌরি, হায়বসি খঙবা মথৌ তাই। মসিগী ভেল্যু মুন্না খঙলুবনা এসোসিয়েসন অসিনা শেল তিংথোকপা পাম্মুদনা মতম অমদা কামিনিসনা শাবী হায়না শকখঙনরম্বী কাংঙুজম অচৌ, সাবিত্রি শাবী হায়না শকখঙনরম্বী য়ুরেম্বম রাবৈ, মোইরাং পর্ব্বগী তোরো শাবী টি. ঐচ তোমচা, মোইরাং পর্ব্বগী খমনু শাবী হরিধোন, ইতুখোম্বী হায়না ফাওখিবা এম মধুমঙ্গল লোয়ননা ইমোইনু শাবী টি. মনিকচান্দ অহল ওইরবা মীওই তরুকপু ইকাই খুম্নখিবনি খল্লি। মসিনসু লোয়রমলোই, শকখঙবিদ্রবা কাওথোকপিরবা, কয়া অমসু লৈরমখিবা য়ারি, থি-থিদুনা চিংথোক্তুনা পুথোকপা তাই মসিনা শুমাং লীলাদা থৱায় লুপচরম্বা লাইওইখ্রবা কয়া অমদি লমসিদগী পোথারবা কয়ানা পেলহৌগনি খল্লি। নুমীৎসিদা নুংঙাইবা অমনা নহারোল খোঙথাং আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন অসিগী শুমাংলীলা কৈশামথোং থোইবীনা লীলা ৩৫০ রক শান্নরকখিবগী অখন্নবা থৌরম অমা ওইনা মীয়ামদা লীলাসিমক য়েংহনখিবা অসিনি।

কৈশামথোং থোইবী মণিপুর চীংমী তম্মীগী অপুনবা শক্তম অমা শাগৎলিবা শুমাং লীলানি। মণিপুরীশিংগী শিংলি-নাওরিদা ১৮ অমদি ১৯ শুবা চহি চাদা হুমজিল্লকখিবা রামান্দি ধর্ম্মগী অকনবা শাফুনা মণিপুরীশিংগী তুখোংশিংদা

চংশিনখিদুনা ঙসি ফাওবদা হনদোকপদা ৱারবা চৈথেং অমা থেংনরি। চৈথেং অসিগী চৈনানা য়েলহৌঙেদগী নুংশিননা লৈমিন্নরক্লবা চীংমী তম্মী অনিগী মরক্তা কাঙলুপকী ওইবা চংনবা য়াবা য়াদবা, মাংবা-শেংবগী শিংচেপ অমা থাজিল্লকপদুনা ঙসি ফাওবদা নিংদোল পোম্নরি। অশুম্না চহি চা কয়া চৈথেংশিনা নৈহৎপীরবা কাঙলুপকী মীওইশিংগী মরক্তা অসিগুম্বা অখুবা অপীকপা মীৎয়েং অসি লৈবনা নুংশিনদবগী মরু হুনফম ওইরকই হায়বা খঙনরকপদগী ২০ শুবা চহি চাগী ময়ায় ওইশিলকপদা কাঙলুপ কাঙলুপকী ওইবা অপীকপা ৱাখল্লোন অমদগী নমখায়দুনা অচৌবা অপুনবা শক্তম অমা শাগৎনবা হোৎনরক্রি। বিরজিৎ ঙাঙোম্বনা ডাইরেক্সন পীবা নহারোল খোঙথাং আর্টিষ্ট এসোসিয়েসনগী "কৈশামথোং থোইবী" শুমাং লীলা অসিদসু হায়রিবা অপুনবগী শক্তম অমা শাগৎনবগী মমি তারি। লীলাসিদা হরি সেবা চৎলিবা ব্রাহ্মন ইমুংগী মচানুপা অমনা কৈশামথোংদগী কবুই নিংঙোল থোইবী লৌরুবদগী ধর্ম্ম অমদি ঈশ্বরগী মিংদা মাংই হায়না ইহ্লোক্লুনা অমসুং মখুৎ চাখিদে। ইমুং অনি থোকখি। মমৈদা অমুক লৌশিনখি। ঈশ্বর হায়বসিদি অমখক্তনি, ধর্ম্ম হায়বসিদি মীচং মীখায় নাইদে। ধর্ম্মদা অচৌ-পিশক, মাংবা শেংবগী ৱাফম লৈতে। ঐখোয় মশেল নুংশি চান্ননা লৈমিন্নবা মথৌ তাই। কাঙলুপ অমনা অমবু উশিৎনদবদগী নুংশিনদবগী মরু হুল্লকই, য়ুম মৈ থানরকই, হাৎতোক্লরকই। মসি ধর্ম্ম অমত্তদা য়াওদে। নুংশি চান্নবগী পাওজেল য়াওদবা ধর্ম্মদি অশিবা ধর্ম্মনি। ধর্ম্ম হায়বসিদি নুংশিনবদুনি হায়না কৈশামথোং থোইবীগী লীলাদা মীগা মীগগী মরক্তা থাজবা লৈরক্তবা, নুংশিনবা য়াওরক্তবা, য়ুম মৈ থানরক্লবা, মীনা মীবু হাৎনবদা করিসু থৌশানরক্তবা তমথিরবা খুনাই অসিদা ঐখোয় মশেল নুংশি চাননা লৈমিন্নসি হাও, পাঙল, মৈতৈ, মাংবা শেংবা, ঐগী হায়বা পল অমা খায়দনা ঐখোয় মশেল নুংশিনবনা অথোইবা ধর্ম্মনি হায়না মীয়ামদা পাউজেল অমা পীদুনা শান্নরকখিবা লীলানি।

লীলা কাঙবুগী মায়কৈদা য়েংলুরবদি নহারোল খোঙথাং আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন হায়বসি মীয়াম্না কয়া খঙনদে "চাকথেকপী পার্টি' হায়রগা অদুমক খঙনৈ, মসি মীয়াম্না থোনবীবা মিংনি। মায় পাক্লবা লীলাসি ইরিবা চনা লুখোইনা হায়, মানা থোনজবা মিংদি "কৈশামপাৎতা পোমজবী থম্বাল" কৌই। অদুবু য়াদে মীয়াম্না "কৈশামথোং থোইবী" হায়না অদুমক খঙনখ্রে। মসি লীলা শান্নরিবা কাঙবুগী অচৌবা মায় পাকপনি, অদুনসু ইং ১৯৯৭ কী লোইরকপা অদুৱাইদগী

লীলাসি শান্নরকপা হৌরকপনা লীলা ৩৫০ হৌজিক ফাওবদা শান্নবা ওল্লিবনি। লীলাসিমক কাওলুপ অমনা অমগী মথক্তা করিগুম্বা ঙাওনহনবা অমত্তা য়াওদনা ইরকখিবা খুৎইনা ঐখোয় পুনশিনগদবনি হায়বা পাওজেল অমা নীংথিনা পীহনবা ওমহনবা হায়বসি থাগৎনিংঙাইনি। ❑

# অহোংবা খুনাইদা থিয়েটরনা লৌরিবা থৌদাং

ঙল্লিঙে মতমগী মণিপুরগী ঈ-পাউ ফাওননবা অমদি খুন অমগী মীশিংনা অতোপ্পা খুন অমগী খুঞ্জাশিংদা করিগুম্বা পাউ অমা য়ৌহন্নবা হোৎনরম্বগী থৌওংসি য়াম্না নুংশিনিংঙাইনি। লমদমসিদসু লাইরিক-লাইশুগী মঙাল খরা থেংথনা য়ৌরকখিবনা পাউ-চে ফোঙবগী থবকশিংদসু অদুম থেংথনা থোক্লকখি। পাউ-চে থোক্লক্লিঙৈদদি মীওই অমনা অমদা পাউ পীনবসি খুখাংদা য়ৌহন্নবা হোৎনরম্মী। নিংথৌ পাল্লিঙৈদা নিংথৌগী ৱারেপ নৎত্রগা হুকুমশিং শগোল তোংবনা কোয়না চত্তুনা মীয়ামদা খঙহল্লম্মী। অসিদসু নত্তনা পুংজাও থিন্দুনা "মৈহুম মোরোক" চৎনদুনা শা-লানগী নৎত্রগা অথু-অকায়গী ৱা কয়া খন্নে নৎত্রগা য়ুমথোং পাউ পীনদুনা য়াম্না ৱানা ঈ-পাউ য়ৌহন্নরম্মী। (হায়রিবসি লমদমসিদা পাউ-চেগী মমি তাদ্রিঙৈগী ৱানি)। অসিগুম্বা ঈ-পাউ চখোক-চৎশিন অমদি করিগুম্বা খরা মীয়ামদা খঙহন্নবা তৌনরল্লিবা মওংসিবু "ট্রেডিসনেল মেডিয়া" হায়না খঙনৈ।

চাওখৎলকপগী মতুংইন্না প্রিন্ট তৌদুনা মীয়ামদা ঈ-পাউ কয়া য়ৌহল্লম্বদগী রেডিও, টেলিভিজন অমদি ফিল্মনচিংবশিং য়ৌরক্তুনা মীয়াম্না থুনা য়াঙনা খুদক্কী ওইবা থৌদোক-ৱাথোক্কী পাউ কয়া তাহনবা অমদি উহন-খঙহনবা ঙম্লে। ঙসিদি ইলেকট্রোনিক মেডিয়ানা পৃথিবিসি পীকখ্রবা ইমুং অমগুমহল্লে, চাওখ্রবা পৃথিবিসিগী কাচিন অমদা থোক্লিবা অৱা-নুংঙাই থৌদোক পুম্বা তামখ্রবা কাচিন অমদা লৈবা ইমুংগী মীওইশিংনা মীৎকুপ খরতগী মনুংদা মাগী কাদা লৈন-লৈনা তশেং-তশেংনা তাবা, উবা অমদি খঙবা ঙম্লে। চাওখৎ-লমজেলদা শরুক য়ারিবা লৈবাকশিং অমদি অঙম তান্নরিবা মীওই কয়াগী লৌশিং কয়া মেডিয়ানা পুথোক্লক্তুনা মীয়ামদা খঙহল্লক্লি। পূন্নমক অসি ওইদুনসু, বিজ্ঞান্না ফনা চাওখৎলবসু লম-লমগী মশাগী ওইবা ট্রেডিসনেল কলচরদা শাগৎচদুনা ঈ-পাউ অমদি থৌদোক কয়াবু পাউদমদুনা খঙহন্দুনা লাকপা মওংসু লৈরক্লি। লমদমসিগী ওইনদি

মৈতৈশিংনা হৌরকঙৈদগী শাগোন্নজরক্লবা লাই-হরাওবা, খুল্লং ঈশৈ, খোংজোম পর্ব্ব, শুমাং লীলা অমদি থিয়েটর হায়বসিনা ওইরক্রি। হায়রিবশিংসিনা মতম-মতমগী খুনাইচাশিংগী শক্তম অমদি পুন্সি মহিং কয়াগী মমি তাহন্দুনা পাথাং-পুথাং নাইনা লীশাং-শিংনা ৱারী লীরক্রি। খুদম ওইনা, লাই হরাওবদা মৈতৈ খুনাইনা করম্না লৈশেন্নকখিবা অমদি তাইবং-মী কয়া পোক্লক্কুনা য়ুমশা-কৈশা তৌরকপা য়ুম্লিং-খুম্লিংলকপগী মওং নীংথিনা য়াওরি।

খোংজোম পর্ব্বদা মতম অমদা বৃটিশকী মায়োক্তা নিংতম্বা ঙাক্লবা হোৎনখিবা অথৌবা ইপা-ইপু কয়াগী ৱারীশিং ধুলোক থিনদুনা ঈশৈ ওইনা শক্লুনা মীয়ামদা ৱারী লীদুনা খঙহল্লি। শুম্মাং-লীলা অমদি থিয়েটরদা মতম-মতমগী ওইবা খুনাই অদুগী শক্তম অমদি লৈঙাক থৌপুরিবশিংগী অশোয়বা, ইমুং-মনুংগী ৱাথোক কয়া লীলা ওইনা শানদুনা মীয়াম্বু নোকহন্দুনা নৎত্রগা কপহন্দুনা ৱাখল খন্থহল্লি। অসুম্না শুম্মাং-লীলা অমদি থিয়েটর হায়বসি মীয়ামদা করিগুম্বা ৱাফম খবা যৌহন্নবা হোৎনবদা অচৌবা পাম্বৈ অমা ঙসি ফাওবদা ওইরক্রি।

থিয়েটরগী চপ-চাবা মওংদা লীলা শান্নবা ইহান-হান্না মণিপুরদা হৌদোক্লম্বসি সার চুরাচান্দ মহারাজগী মতমদনি। পুরানা রাজবাড়ী, হৌজিক্লা রাজা ডুম্বরসিংহগী ঈখোল হায়না খঙনরিবা মফমসিদা রাজা উপাধীগা লোয়ননা মণিপুরগী নিংথৌ ওইদুনা লেঙশিল্লবা মতুংদা শ্রীশ্রী গোবিন্দজীগী মান্দপ্তা ষ্টেজ শেমদুনা "প্রভাস মিলন" ড্রামা ইং ১৯০২ শান্নখি। মতুংদা শ্রী এল ইবুংঙোহন্না ইবা নরসিংহ কৌবা মণিপুরগী ঐতিহাসিক ওইবা ড্রামা শ্রীশ্রী গোবিন্দজীগী মাগুপ্তা ষ্টেজ শেমদুনা মণিপুর ষ্টেট পুলিসনা শান্নরকখি। মৈতৈগী ওইজবা লীলা, মৈতৈগী অশেংবা আর্ট, খোম্থোক শাথেক-শাওংদা ড্রামা উৎপসি হায়রিবা নরসিংহ প্লে অসিনা ইহান হানবনি। লীলাসিমক রুপমহল থিয়েটরনা ইং ১৯৫৩ দগী শান্নবা অমুক হৌখি। লীলা অসিদা মৈতৈশিংনা অৱাগী মখুত্তা মায়থীদুনা চহী তরেৎ খুম্তাকখিবা, অৱাবা কয়া নংখিবা, নুপী-অঙাং কয়া খুবাক য়াইরি লেংদুনা মোরোক থাদুনা হাৎখিবা অমদি মীখা পোল্লবা ঈরৈপাক ঈরমদম্বু কনগদবনি হায়দুনা নরসিংহ মহারাজনা কন্না হোৎনদুনা অৱাগী মথক্তা লাল হৌদুনা অৱাশিংবু তাম্থোক্লবা হোৎনখিবগী অকি-তুজুংলবা ৱারীশিং মচা খাইনা য়াওরি। লীলা অসিনা মণিপুরগী হৌখ্রবা ইতিহাসকী তাঙ্কক অমবু নৌহৌননা শান্নবা ৱারীসু অহানবনি।

মসিগী মতুংদা রুপমহল থিয়েটরগী মৈত্রম বীরনা ইবা বীর টিকেন্দ্রজিৎ (১৯৫১) অমদি এরিয়ান থিয়েটরগী প্রো. লোকেন্দ্র অরাম্বমনা ইবা ইং ১৯৭৫ দা শান্নখিবা ড্রামা '১৮৯১' অমদি রুপমহল থিয়েটর অসিমক্কী এম. বীরমঙ্গলনা ইবা নুপী লাল (১৯৭৪) নীংশিংবা য়াই। হায়রিবা ড্রামা খুদিংমক বৃটিশকী মখুত্তা মনীংতম্বা মাঙলবা মণিপুরীশিংনা মরৈবাক্কী নিংতম্বা অমুক হন্না ফংন্নবগীদমক হৌখিবা লাল অদুবু মীয়ামদা মরীক-চুম্না উৎলি। নুপী লালনা বৃটিশকী কা হেনবা ৱায়েল-থৌদাগী মায়োক্তা হৌবা নুপীশিংগী ওইবা অচৌবা ঈহৌ অমনি। মখোয়শিং অসি নত্তবদা এরিয়ান থিয়েটরনা শ্রী ময়াংলম্বম বীরমঙ্গলনা ইবা ড্রামা সনামহি কোলু য়ৈখায়বা (১৯৬৫) শান্নখি। লীলা অসি খরা লৈরগা চীংউ খোংনাং থাবা হায়না মমীং ওনখি। হিন্দু ধর্ম্মনা লমদম অসিদা চণ্ডশিল্লক্তুনা সনামহি লাইনীংনা মুখরকখিবগী থৌওংশিং লীলা অসিদা নীংথিনা উৎলকই। মতুংদা থিয়েটর অসিমক্কা প্রো. লোকেন্দ্রা অরাম্বমনা ইবা ইং ১৯৪৯ দগী ইং ১৯৫১ ফাওবদা থোকখিবা লমদমসিগী অচৌবা লুচিংবা শ্রী হিজম ইরাবতকী পোলিটিকেল মুভমেন্টপু দোকুমেন্টরি থিয়েটর ওইনা ইরাবত (১৯৭৬) পুথোক্তুনা উৎলকখি। লীলা অসিমক্কা মণিপুরগী ইতিহাসতা ইরাবত কনানো হায়বা অমা মীয়ামদা শক তাকপদা লায়না থোক্লখি। অসুম্না মণিপুরী থিয়েটরগী পাম্বৈনা মণিপুরগী ইতিহাসকী তাঙ্কক কয়াগী ৱারী কয়া খঙহনবগুম মতমগী ওল্লক্লিবা খুনাই অমগী শক্তমদা য়ুম্ফম ওইদুনা ড্রামা কয়া' মসু পুথোক্লরকই। হায়রিবশিংসিগী মনুংদা মণিপুরগী মমীং লৈরবা থিয়েটর কাঙলুপ রুপমহল থিয়েটর, এরিয়ান থিয়েটর, পাম্থোইবী নাইত্য মন্দিরগী মখোয়না শান্নখিবা লীলা খরা মীয়ামদা পীখিবা পাউজেলদু করিনো হায়বদু য়েংবা য়াই; লোয়ননা ডাইরেক্টোরেট ওফ ইনফোর্মেসন এণ্ড পব্লিক রিলেসন্সগী ডিপার্টমেন্টেল ড্রামা য়ুনিটনা ঙসি ফাওবদা শান্নখিবা লীলাশিংগী মনুংদগী খরশু লৌখৎলগা খরদং থমজরি।

রুপমহল থিয়েটরনা শান্নখিবা লীলাশিংগী মনুংদা ইচাশা ইপা লম্বোইরগে (১৯৮০) খুন্দোংবম ব্রোজেন্দ্রনাগী পনবা য়াই। মসিনা ওল্লক্লিবা রাজনিতিগী ফিভম অমদি মী অমগা অমগা থাজনরক্তদুনা মশা-মশানা চৎলিবা তৌরিবা থবকশিংদুনা হেন্না ফৈ হায়না খন্নরকপগী মমি লীলাসিদা ফজনা তাই। মথংদা শ্রী অরাম্বম সমরেন্দ্রনা ইবা তঙাং মহাজন্না তুবদা (১৯৮৫) দা পুথোরকই। লীলাসিনা খুনাইসিদা হিংলিবা, শুরগা চাজবা চম্লবা পুন্সিগী মশক অমা য়েকপগা

লোয়ননা ইনাকখুনবা শেঙ্গাও পায়বশিংনা শেলবু মিকাবদগী থোক্লকপা অমোংপা কয়া উৎলি। মতুংদা জি. সি. তোংব্রাগী সনাখৈ হুখ্রে লৈবাক্তে (১৯৯০) দা লমদমসিগী মমল য়াম্নবা লল-থুম, সনা-লুপাদা নত্তনা ঐখোয়গী লৈজবা চৎনবী, লমচৎ-শাজৎ, ফিজেৎ-চাকচেৎনচিংবসু সনাগুম্বনি হায়না লৌরদুনা হায়রিবশিং অসি মুৎশিল্লকপা, মীয়াম চৎনবী কয়ানা অসুম্মক লাকশিল্লকপা উরুবদা থম্মোয় শোকপা শক্তম অমা লীলাসিদা পুশিল্লকই। চহী ৭০ শুরবা অহল ওইরবা পুপুনা লাওরি, "সনাখৈ হুখ্রে লৈবাক্তে"। কনাননো? করম্ননো? কমদৌননো...? সনা খঙদে, শাজৎ-লীচৎ খঙদে, জগোয় খঙদে, লীক্লি অহাঙবা খঙদে, হুখ্রে মাঙখ্রে; ঐখোয়গী সমাজসিগী শক্তম অসুক য়াম্না নীংবা কায়নীংঙাই ওইরে হায়বসিবু ঐখোয়না খঙনির্ংদ্রিবা করিগীনো নৎত্রগা খঙজিন্নদ্রিবা করিগীনো?" অহল ওইরবা খুনাই অসিবু মশক মুন্না খঙনা হিংলক্লবা পুপুগী থবায়না ওল্লক্লিবা খুনাইসিগী চৎনবী কয়াবু উরুবদা তুংগী ওইরক্কদবা মমি অমগীদমক মিপাইবদু উৎলি। অমুকসু খুন্দোংবম ব্রোজেন্দ্রগী ইচাগী মরাল নত্তে ঐগীনি (১৯৯২) দা লুহোংদুনা ময়ুম পাল্লক্রবী মচানুপীশিংদা নুপী ময়ুমগী অহল লমনশিংনা খুৎ থিংজিল্লুবা চুমদে, য়ুম কায়নবা মচাক ওই হায়বসিনা লীলাগী মপুং ওইবা ৱারীনি। ওফিসতা থবক তৌবা মচানুপীবু য়ুমগী কুপ্নোমসু শুবদুদা অপোকপী মমানা মচানুপীদা মীনাই থন্নগা য়ুমগী থবক-ইনখাং তৌহন্নবা পাউতাক পী। মমাগী ৱাদু ইল্লুবদগী মপুরোইবগা অনীগী মরক্তা খেন্নবা অমা লাক্তুনা মপুরোইবনা য়ুম থাদোক্তুনা মপামদা চৎখিবা য়াগনি হায়বগী ৱাফম ফাওবা লাকখি। ইমুংগী ওইবা অচৌবা ৱাথোক অসিগী তাইশিন্নবা পুরক্লবগী থৌদাংশিং নুপা ময়ুমগীনা মপানা অদুগা নুপী ময়ুমগীনা মবুং রাজেন্না লৌই। রাজেন্না মমাদা - "ময়ুম পানখ্রবী নচানুপীদা ইমানা খুৎ অসুক থিংজিল্লুরিবা কৈদৌবগীনো" হায়বা ৱাহৈশিংনা মীৎ-না শিংহল্লকই। অসুন্না সমাজ অমগী ইমুং অমদা থোক্লিবা থৌদোক ৱাথোক কয়াবুসু পুথোক্তুনা নোকহল্লি, খঙহল্লি অমদি লাল্লিবা অমদি অচুম্বদু উৎলি। মৌ ইন্টর্ভিয়ু (১৯৯৪) হায়বা লীলা অসিসু খুন্দোংবম ব্রোজেন্দ্রনা ইবনি। খুনাইসিগী চৎনবী ওইরবা থবক হাপ্তোক-হাপচিনগী ইন্টর্ভিয়ু তৌবদা য়াইতোং-খমদোংলিবশিংনা মাগী মাগী হান্না কনশিন্দুনা মমীংতগী ওইনা ইন্টর্ভিয়ু তৌনবা, অচুম্বা অশেংবা লৈরক্তবা লীচৎপু করেম্নদুনা শান্নরকপা লীলানি। নীয়ম লান্না ইন্টর্ভিয়ু তৌই, কম্মিসন শেমদুনা ইনকারী তৌগদবনি হায়দুনা মায়থিহৌরবা লৈশাবী অমগী

মপানা শিদ্রিবফাও' চরা হেনবা হৌই। পুন্নমক অসি লৈদুনসু অরানবা থিজিন্নবা শেমখিবা করম্বা কমিসন্না ঙসি ফাওবদা অচুম্বা তৌবা য়াওখ্রবগে? লমসিদদি মতীক চাদবা হায়বা অমমুক লৈতে, শেল পায়রগা লোইরে। শেল পায়ববুনি মতীক চাবা হায়বসি হায়দুনা চমোৎনরবা সমাজসিবু করেন্নদুনা উৎলকই।

এরিয়ান থিয়েটরনা শান্নখিবা ড্রামাশিংগী মনুংদা জর্জ্জ সাহেবকী ইমুং পনবা য়াই। অইবনা অরাম্বম সমরেন্দ্রনি। লীলা অসিনা ইনাক খুনবশিংনা শেঙ্গাও পায়বা নোংচুপ্লোমগী চৎনবী পামজবা মীতৌ তম্বনা ঐখোয়গী অশেংবা শক্তমনি হায়না লৌরিবা মশাগী চৎনবী অমদি কলচরবু হম্বনা য়েংলিবা কাঙবুশিংসিনা খুনাই অসিগী মশাগী আইদেন্টিতি মশক তাক্নুনা চাওখৎপগী থাক অমদা পুরক্নবা য়োকখৎনবা হোৎনরিবা কাঙবুগা অনীগী মুক্নবগী মশক অমা উৎপনি। হায়রিবা মুক্নবা অসিদগী মণিপুরদা লৈরিবা ময়ায় ওইবা থাকী মীওইশিংগী তৌশিন্নবা, ওইদবা নমথাক ময়াম অমা পুথোরকই। তীর্থ যাত্রা হায়বা লীলা অসিমসু অরাম্বম সমরেন্দ্রনা ইবনি। লাল মতুংদা হৌগৎলকপা মণিপুরগী নহারোলশিংনা নোংচুপলোমগী মহৈ মশিং তম্নুবা অমদি মখোয়গী খঙলু উরুবশিং অদুদগী পুক্নিংদা অহোংবা কয়া লাকই হায়রিবা মীওইশিং অসিগী বাখল্লোন্দা লাই থাজরক্নবা, ওল্ড ভেল্যুজ থৌশারক্নবা, ইরাংদা তাওরকপা, কলেজদা, স্কুলদা ইরাং তৌরকপা, থকশি-খাশি লৈরক্নবা কয়া অসি ওইরকই। হায়রিবশিং অসিদগী লাইবু থাজবা ধর্ম্মবু লুনা খঙ্গবা অহলশিং কয়াগা মত খেন্নরকপা-মুক্নরকপশিং পুথোক্নুনা উৎলকই।

পাহোইবী নাট্য মন্দিরনা শান্নবা ডা. লিশম খোমদোন্না ইবা চহি চা-তরেৎ খুন্তাকপা হায়বা ড্রামা অসিদনা এইদস হায়বা খুনাই অমা তুন্না মাঙহনগদবা আইচ. আই. ভি. গী মহিক অসি শন্দোকপা থিংনবা উৎলি। হৌজিক-হৌজিক মণিপুরগী নহারোলশিংগী মরক্তা থোক্লিবা ড্রগ কাপ্পা, ওক্তবীগা লোয়নবা অসিনা তুংগী খুনাই অমদা অমাঙবা ওইরকপা হায়বদু ময়েক শেংনা উৎলি। অচম্বা প্রজা অমনা সিরিঞ্জ তিন্নদুনা হীদাক কাপ্পা মদুদগী থোক্লকপা ফত্তবা ফল, মহিক শন্দোক্তনবা করি থৌরাং লৌখৎফম থোকই অমদি সমাজ সেবা তৌরিবশিংগী থৌদাং করিনো হায়বসু য়াওরি। অরোইবদা সরকার অমদি প্রজা অনিমক্না চপ-চাবা থৌদাং লৌদুনা মণিপুরদা ড্রগ চাবা অমদি এইদস শন্দোকপা থিংনবগী পাওজেল পীদুনা ড্রামা লোয়শিল্লি।

মথক্তা পনথ্রিবা থিয়েটর কাঙলুপশিং অসি নত্তবদা ডাইরেক্তরেট ওফ ইনফোর্মেসন এন্দ পব্লিক রিলেসন্সগী ডিপার্টমেন্টেল ড্রামা য়ুনিট (ডি. ডি. ইউ.) নসু মতম মতমগী ওইবা সরকারগী শেমগৎপা অমদি মখোয়গী পায়খৎপা থবক থৌরম কয়াদা য়ুম্ফম ওইবা ড্রামা কয়া অমসু শান্নরকই। হায়রিবা ড্রামাশিং অসিগী মনুংদা জি. সি. তোংব্রানা ইবা মতমগী নহারোল হায়রিবা লীলা অসিদা হৌজিক্কী মতমগী নহারোলশিংনা থবক শুনিংদবা, শুদনা নুংঙাইনিংবা, শেল থোক্লবা হোৎননিংদবা, কয়া উৎলি। শুবা-নোম্বা তনবা য়াদে, শুদ্রবদি-নোমদ্রবদি নুংঙাইবা ঙমদে, বি. এ., এম. এ. ওইরবসু লৌ ঈথোল ইমুং-মনুংগী মতেং ওইনবা থবক খুদিংমক খঙজিনগদবনি, সরকারনা থবক শুবা নোম্বা কয়াগী মতেং কয়াসু পীথরী হায়না ড্রামাসিদা উৎলকই। লীলা অসি ইং ১৯৭৮-৭৯ অদুবাইদগী ডিপার্টমেন্টেল ড্রামা য়ুনিটনা শান্নরকপা অদুনা ঙসি ফাওবদসু মীয়ান্না পান্নবা খ্বাইদগী হেন্না মশীং য়ান্না শান্নবা ড্রামা ওইরকই। মাইবম রামচরন্না ইবা লীলা মঙাল হায়বসিসু মীপুম খুদিংমক লাইরিক ময়েক খঙহনগদবনি হায়বা অমদি মহৈ তম্বদা থেংবা ঙনবা লৈতে, অহল-নহা খাক্তনা মহৈ তম্বা য়াই হায়দুনা উৎলকই। লাইরিক ময়েক খঙহৌদ্রবা কয়াগীদমক সরকারনা খুঙ্গং-খুঙ্গং খুদিংদা লাইরিক তম্বিনবা অচৌবা থবক কয়া পায়খৎলি। লাইরিক তম্বা হৈহনবা হায়বসি লৈবাক অমা চাওখৎনবগীদমক্তনি হায়দুনা নীংথিনা উৎলি। লৈরাংদো খোইমুদো হায়বা লীলাদা জি. সি. তোংব্রানা ইমুং অমদা কা হেন্না অঙাং মশীং য়ান্না পোক্লবনা লাইরবা হায়বদো ওইরকই অদুনা ঐখোয় খুদিংমক্লা অঙাং মশীং য়ামদনবা হোৎনবনা অঙাংশিংবু অফবা মী অম্মম ওইবা হোৎনবিগদবনি হায়না উৎলি। অঙাং মশীং হ্স্থহন্নবগীদমক সরকারগী য়াইফ-য়ুম্বাল লোইশঙনা থবক কয়া পাইখৎলিবসিদা মীপুম খুদিংমক্লা ডাক্তরশিংগা তানদুনা তুংগী অফবা পুন্সি অমা ওইনবগীদমক হোৎনগদবনি হায়বদা য়ুম্ফম ওইবা লীলা কয়া মণিপুর সরকারগী মায়কৈদগী খুঙ্গং-খুঙ্গং কয়াদা চত্তুনা উৎলগা অফবা খুনাই অমা ওইরক্লবা হোৎনবদা থিয়েটর অসিনা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা লাক্লি।

অশুন্না মণিপুরী থিয়েটরনা মণিপুরী খুনাইদা থোক্লিবা থৌদোক-ৱাথোক কয়াগী ৱারীদা য়ুম্ফম ওইদুনা শান্নবা ড্রামা কয়ানা খুনাই অদুদা থোক্লিবা, ওইরক্কদবা কয়াগী মমায় চুমদুনা লাকই। চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না পৃথিবীগী মফম অমদা থোক্লিবা থৌদোক-ৱাথোক কয়া হৌজিক-হৌজিকমক অপীকপা কা অমগী মনুংদা

ফম্ন-ফম্না উবা অমদি তাহ্নবা ঙমহ্লকপগুম লৈখা তারকদৌরিবা সমাজ অমবু অফবা মায়কৈদা মমায় চুম্নবা হোৎনবদা হেন্না মতেঙ ওইবদি লীলা, ড্রামানি। হায়রিবশিং অসিনা লমদমসিগী মীয়ামগী হৌরকঙৈদগী শাগোন্নরক্রবা মশাতগী ওইজবা পোৎচাক কয়া য়াওবা মরম্না মীয়াম্না পাম্নবা ওইরকই। অসিগুম্বা মীয়াম্না হেন্না পাম্নবা লীলা, ড্রামাগী মতেঙ লৌদুনা মীয়াম্বু ভাব তাহন্নবা হোৎনবদা হেন্না চংশিল্লকই। মতম অমদা লীলা, ড্রামা, হায়বসি ঙৈহাক্কী নুংঙাইনবা পোখানবা ওইনা লৌনরম্বদগী লাপথোক্লে। ঙশিগী খুনাইসিগী ইমুং অমদা থোকপা থৌদোক-ৱাথোক কয়া লমদমসিগী রাজনীতিগী ওইবা ৱাফম কয়াদা য়ুম্ফম ওইবা ড্রামাশিং শান্নরক্লুনা সমাজগী অমোৎপা কয়া শেংদোক্লবা হোৎনরিবশিং মথক্তা থল্লিবা ড্রামা খরসিখক্তংনা সমাজ অমবু অচুম্বা মায়কৈদা পুনবা হোৎনবদা য়ুম্ফম ওইদুনা শান্নবা ড্রমানি হায়না লৌরুবগী ৱাফমদি নত্তে। মসি নত্তবা তোঙানবা থিযেটর কাঙলুপ কয়ামুকসু লৈরি। পূম্নমকসিগী মনুংদা খরতমক লৌখৎগা ড্রামাশিং অদুনা পীরিবা পাউজেল অদুতবু পুথোকপনি। ❑

## রূপমহল থিয়েটরগী কনানা হায়রিনো ঐদি খঙদে

রূপমহল থিয়েটরগী 'কনানা হায়রিনো ঐদি খঙদে' কে. ঐচ. তোলহল সিংহগী লীলাসিদা ও. বীরমঙ্গোলসিংনা ডাইরেক্সন পীদুনা পুথোকপনি। ঙসিগী মণিপুরী খুনাইদা অইবনা উরুরিবা খরদা লীলা ওইনা শাগত্তুনা শেম্বনি। অচৌ পিশক, অনেম অৱাং, শেনজা থুমজা, কয়াতনা থল্লবা মরকসিদা শকখঙদবা কয়াগী শেনখায় অমদি লুহোংবদা অউনপোৎকী লমজেল তান্নরিবা অসিগুম্বা কয়ানা থল্লবা খুনাই ওইরে হায়বসিনা লীলাগী মনুংগী ওইবা ঈচেলনি। মপুং ওইবা লীলাগী ৱারীদগী মশা-মরেংনা হেন্না ফনবা পুং অনিমুক শান্নবা লীলানি।

লীলা অসিগী ৱারীগী মতাঙ অমদা ঙসিগী ওল্লকলিবা খুনাইগী চৎনবী কয়া পুশিল্লকই। খুনাইসিদা মমা মপা ওইবশিংনা মচা-মমৌ থিনবদা অউনপোৎ তবু হেন্না পাম্নরকপা কয়া, অমরোমদা নুপী অমদি মমা মপাশিংনসু কা হেন্না অউনপোৎ পীনবা, পুন্নবা হোৎনরকপা, অউনপোৎনা নুপীগী মমল লেপ্পরকপগী চৎনবী অমা থিকাদার অমুজাও (তেজকুমার) গী মচানুপী লুহোংবগী অউনপোৎ লাঙবদা উৎলকই। শেঞ্জাও পায়বা অঙম্বশিংনা অচুম্বা শকপা তুশোন মানশোন্নবা শুজ-নোমজরগা হিংজবা পুন্সি কয়াবু থওই উশিৎপিদবা কয়া লমদমসিদসু লৈরি হায়বসি থিকাদার অমুজাওগীদা মশাগী খুৎশুমন লৌবা লাকপা নোংয়াই (বিশ্বনাত) পু শেল লৌবা লাকপনি হায়জিন্দুনা ফুগাইরগা পুলিসতা থমজিল্লি। ঐখোয়গী খুনাইদা পুলিস হায়বসি কী, তুকচন্নে, ঐখোয়না মখোয়বু ফনা খক লৌনদে, মখোয়শি ঐখোয়গী ঙাকপী শেনবিনবা লৈবা নত্তে, শিকি অনাদা চোপ্পী হায়না খন্নে, হায়বসি পুলিসশিংনসু অদুমফ খঙজে। পুলিস ডিপার্টমেন্টতা মচল নুপী থবাতোন (ধনমনজুরি) না মবুং নোংয়াই থিবা লাকপা, মবুং মচল পুলিস ও. সি. (ইমোবী) গী মতাং লাকপদা লীলাগী অৱাংবা ক্লাইমেক্স অমা পুখৎলকই. অয়েংবশিংগী থম্মোয়বু ফাজিনবা ঙমদবমখৈ কপনিংহনখি। ঙসিগী খুনাইশি

মকোক্তগীনা মখাফাও লোইনমক মোৎলে অসিগুম্বা কয়াগী মরকসিদা পুলিস ওইরিবা ঐখোয়বু অমুক্তংদি থবক শেংনা তৌজগে হায়বসি ঙমহনবিয়ু, ইথক থোংবা কয়াগী য়াথং ইনবদা পুলিস ওইরিবা ঐখোয়সু অচুম অরাল খঙজিল্লক্তে পুলিস মনুংদসু অমোৎপা ফত্তবা খরা লৈবনা পুলিসশিংগী ফজরবা মীংচৎ থীহল্লবসু ঐখোয় খরদি শেংনা থবক তৌবা পামই, তৌসু তৌখিগনি হায়দুনা মীয়ামগী সেবা তৌরিবা পুলিসনি হায়না লীলাসিদা ফজনা উৎলকই।

ঐখোয়দি ঈরৈপাক্কীদমক কৎথোক্লবনি হায়বা শকখঙদবা নহারোলগী শেনখাই কয়ানা মীওইবগী পুন্সিদা কাঙকদা লিল চংবগুম নুংঙাইবা পুন্সি মহিং অমা ফংদনা লেনবা কয়ামসু লৈরমই হায়বসি থিকাদার অমুজাও অমদি ইঞ্জিনিয়ার শান্তিকুমার (বিশ্বমিত্র) গীদা লুপা লাক্ষ কয়াগী দিমান্দ লেটর লাকহন্দুনা উৎলকই। শান্তিকুমারগী নুপী মেমথোইনা অতোপ্পা নুপাগা লম কোয়বা চৎমিন্নবা অমরোমদা মমানা পামজনা থিজবা মমৌনি হায়দুনা শান্তিকুমারনা য়ুম্বালবী নুপী অমনা চৎকদবা লীচৎকি ৱাংমদা চৎলফাও মাগী নুপীদা ৱাহৈ অমত্তফাও হায়দবা, পুন্না লৈমীন্নদবা কয়া, অসিগুম্বা মতাঙদা মৈতৈ ইমুং অমদা ওইরকপা য়াবা ফীভমগী ৱাংমদা অইবনা শাগৎতুনা পুথোক্লিবা অসিদি রিয়েলিষ্টীক ওইদে। ফনা নোংচুপলোমগী ফেসনদা ঙাওজবী মৈতৈ নুপী ওইদুনসু মৈতৈ নুপী অমনা য়ুম্বালবা মতুংদা শীজিন্নরিবা ফিজেৎ, য়েক্লিবা লমচৎ ডাইরেক্তর অমদি অইবনা ঙসিগী মৈতৈ খুনাইশিগা কদাইফাওবা চাশিন্নরিবগে হায়বসি নৎত্রগা মসিমক তৌনরক্লব্রা হায়বসি খরগা খনথবা চংই।

য়ুম্বাল্লবী মেমথোইদা কা হেন্না লমদমশিগা চুশীন্নদবা কেরেক্তর কয়ানা য়োমদুনা শাগৎলুবনা অরোইবদা উৎলকপদা রিয়েলিষ্টিক্তগী লাপথোকখি। শান্তিকুমারগী ৱাহৈ কয়াদা মেমথোইনা খুমখিবা ৱা কয়া কদাইফাওবা ওইথোকপা য়াবগে হায়বশি খনথবা চংই। য়ুম্বাল্লবী নুপা নুপী কায়নবা গুদ বাই হায়না নোকফেৎ তৌরগা লোইশিল্লি। নুপা নুপীগী লৈনরম্বা মরী, মাগী মাগী অপাম্বা করিদগী কায়নগদৌরিবনো হায়বশিগু ফিলোসোফিকেল ওইনা খনবশু চংই। চৎলনি, কায়নরনি হায়বসি ঙৈহাক্কী নত্তে পুন্সিগীনি।

অটিষ্টশিংগী চেকশিন্না হোৎনবনা লীলা মশানদা নুংঙাইবা কয়া য়াওই। ইঞ্জিনিয়ার সান্তিকুমারগী মমা থোথোই ইং-তপনা ফজবা ৱাহৈনা মীবু করেম্নরকপা অমদি থিকাদার অমুজাওগী নুপী মীনাকুমারীনা পোংলপ ৱাজাও ঙাংনবা থিকাদার অমুজাওগী শেল পায়বগী কিদবা, শেলনা লোইনা শীজিন্নবা য়ানি খনবা ৱাঙাং কয়ানা লীলাগী মীৎকী নুংঙাইবা কুম্মৈদি ওইহল্লি। ❑

## রুপমহলগী মৌ ইন্টরভিউ অমদি মৈতৈ খুনাই

রুপমহল থিয়েটরগী "মৌ ইন্টরভিউ" খুন্দোংবম ব্রোজেন্দ্রগী অনৌবা লীলানি। মমীংসি তাবদা লমসিগী লৈহাওগা ইচু-চুশিন্নদবা চাশিন্নদবা অমা পোক্লগশু নোক্লিংবা অমদি পোকহল্লি। লীলা হৌবদগী, অদুমক নোকহন্দুনা লোইশিল্লি।

মপুং ওইবা ব্বারীদি ইঞ্জিনিয়ার নিল্লমনিগী মচানুপা এম. সি. এস. বিমোলগীদমক মৌ থিবদা ইন্টরভিউ তৌদুনা খন্নবা হোৎনবগী ব্বারীনি। লীলাগী মনুংদা চেল্লিবা ঈচেলদি খুনাইসিদা চৎনবী ওইরবা থবক হাপ্তোক হাপচিনগী ইন্টরভিউ, তৌবদা য়াইতোং খমদোনবশিংনা মাগী মাগী হান্না কনশিন্নদুনা মমীংতগী ওইনা ইন্টরভিউ তৌনবা, অচুম্বা অশেংবা লৈরক্তবা লীচৎপু করেম্নদুনা নোক্কবা লীলানি। মীওইবগী পুন্সিদা অহোংবা অওনবা হায়বসি য়াম্না তঙাইফদে অমদি অদুবু থবক ওইনা অমুক হৌদোকপা, মাংজিল থাবা হায়বসিশু হেন্না ফৈ, ব্বাফমসিদনি নিলমনিগী ইমুংনা মৌ থিবদা ইন্টরভিউ তৌবা করিসু কাইদে হায়দুনা খবরদা য়ুমগী মৌ অমা, মশক ফজবী, লাইরিক হৈবী, য়ুমগী মৌ ওইবদা মতিক চপ চাবী অমা পামই। অদুগীদমক অনম্বা ফোর্ম লুপা ১০০/১০০ দা ফংগনি হায়দুনা খবরদা হাপই। লমদমসিগী লৈশাবী কয়া ফোর্ম লৌদুনা মৌগী ইন্টরভিউদা য়াওজগে হায়দুনা ফোর্ম থাগৎনবতা নত্তনা মশানা লাক্তুনা য়ুমগী মৌ ওইনবগীদমক ব্বানোম্নরৈ, অহল লমন কয়া লাক্তুনা ব্বানোম্নরবা কয়াসু উৎতুনা লমদমসিদা থবক অমা তৌবদা ব্বানোম খোৎনোম্বগী হৈনবী চৎনবী অমা মরা তানা লৈরে হায়বসে লীলা অসিদা উৎখি।

ইন্টরভিউগী ওইবা চাংয়েংদগী হৌনা মাগী মাগী ওইবশিংদনা হেন্না মার্ক চাওনা পীশিন্দুনা অমদি মায়োক্নবা ইন্টরভিউদসু অমুক চপ মান্ননা তৌনরক্তুনা অউনপোৎ উল্লকদবী মন্ত্রি ওইরম্বা অমগী মচানুপী অমবু এম. সি. এস. বিমোলনা মার্ক হেন্না পিশিন্দুনা মৌগী ইন্টরভিউদা মাই পাকপা হায়বদো ওইহল্লি। মৌ

ওইবদা মতিক চাদবীনি, মেত্রিক ফেলনি, ইমুং মনুং লৈমিন্নবদা নুংঙাইরকওই অমুক্তং রিভিউ তৌহৌসি হায়বগী ৱাফম লাক্লফাও মীওইবগী পুন্সিদা মতীক চাদবা হায়ববু করিনো, মীওইবনা পান্নরিবসি শেল পায়বা অসিখক্তবু নত্তব্রা, মন্ত্রি ওইরম্বা অসিগী মচানুপী অসিনা য়ুমগী মৌ ওইনা লাক্লবদি লৌ পরি ১০ স্না কিলো অমা পুন্নমকসি য়াওরক্লগদবনি। অদুদগীদি ঐখোয় শেল পায়বা ইনাক খুনবা হায়বদো ওইরনি, শেল পায়রবদি মীনসু বেব্যহার তৌনরনি, মসিবু নত্তবরনে ঐখোয় মীওইবনা পান্নবিবসে, অসিদগী হেন্না মতিক চাবা অমমুক কদায়দগী থিরুগদগে হায়দুনা অরং-অরাক্কী তাইবংনা নমহৎপিরক্লবা অচুম্বা নুংশিবা মাঙলক্লবা সমাজ অমবু উৎলকই।

অমরোমদা লমদমসিদা মৌ থিবদা খবরদা হাপতুনা ফোর্ম থানবা হায়বসি লমদমসিগী ঈশিং নুংশিংকা শুকচা-চানদবা মতুংদসু চানরোইদবা থৌওংনি, লমসিদা করম্বা নুপীনা মানা পামজবা নুপাবু ইফোং-ফোংনা থিবা চৎনবগে। মসিমক্লা ইকাইথিবী মপোক্তা পোকলুরবী মৈতে নুপীশিংগী মায়থোংদা অমকপা মমি অমা তাবগুম থোকই। অদুবু পুন্নমক অসি অইবনা লীলা অসি শাগৎনবা হোৎনবদা পুশিল্লকখিবা তোঙান তোঙানবা মচাক কয়া ওইরকপসু য়ারি। অসিমক্লসু ওইগনি ইন্টরভিউ যাওবা লাক্লিবী মৈতে নুপীশিংনা শেৎলকপা শারি, সলৱার অমদি জীন খোংগ্রাউ শেৎপী নুপীশিংবু মশাগী মনাৎ অমদি শক্তম্বু ঙাক্তুনা থম্লিংদবীশিংনি হায়দুনা করেম্নদুনা নোক্লরুবদা ইন্টরভিউ য়াওরিবী নুপী মনা ইফোং ফোংনা মমীৎ ঈ কানা ওনশিন্দুনা হংলম্মী মৌ থিববু ইন্টরভিউ তৌবসি মৈতে ঐখোয়গী ইনাৎলা মসিবু মৈতে ঐখোয়গী চৎনবীরা" ৱাহংসিগী পাওখুম অইবনা তুমিন লৈহলহৌবা নত্তনা পাওখুম অমত্তা পীরমদে। মসিমক্লা অসুক ইকায়থীগনবী মৈতে নুপীশিংগী মায়থোংদা তাখিবা মকশিল্লবা মমি অমদি চামথোক্লে হায়না লৌই।

পেন্দবগী খোল্লাওনা থল্লবা লমসিদা ইন্টরভিউদা অচুম্বা তৌখিদে খনফম থোক্তবা মীবু শেল চারগা খল্লি, ইন্টরভিউ অমুক হনগদবনি হায়দুনা কম্মিসন শেমদুনা ইনক্কারী তৌগদবনি হায়দুনা মায়থীহৌরবী লৈশাবী অমগী মপা (নিলমনিগী মরুপ বীরেন) না শিদ্রিফাও চারা হেল্লনি হায়দুনা হেনবা হৌই। অসিগুম্বা থৌদৌ কয়াশিদি নাচুংনদ্রবা লমদমসিগী লৈবাক-লৈহাউদা চুদুনা লৈখ্রবা

চৎনবী লীচৎ অসি কৈদৌঙৈদসু শেমদোকপা য়াররোই, অরানবা থীজিন্নবা শেমখিবা কম্মিসন্না ঙসি ফাওবদা অচুম্বা তৌবা য়াওখ্রবগে? লমসিদদি মতীক চাদবা হায়বা অমমুক লৈতে। শেল পায়রগা লোইরে। শেলবু পায়বদুনি মতীক চাবা হায়বসি হায়দুনা চমোৎনরবা সমাজ অসিবু করেন্নদুনা অইবনা অয়েংবশিংদা নোকহল্লি।

নোক্তুনতা চৎহনবা লীলাগী ৱাবীসিদা রুপমহলগী কলাকারশিংগী হৈথোই শিংথোইবা কয়াগী ফজবা মমি তাই। অইবনা অপীকপা ইমুং অমগী ৱারীদা পুশিন্দুনা সমাজ অসিগী অমোৎপা কযা পুথোক্লবা হোৎনরিবা লীলাসে অদুমক মীয়াম্না পাম্না যেংলবা মায় পাক্লবা লীলানি হায়নিংই। চমোৎনরবা লমসিগী লুজদ্রবা লীচৎ কয়াবু লীলা ওইনা পুথোক্তুনা মীযাম্বু নোক্লা নোক্লা ৱাখল খলহন্দুনা মীৎ মায় পাংহন্নবা হোৎনবা খুৎইসি ব্রোজেন্দ্রোগীদি অনৌবা অমা নত্তে। ❑

# নুপীগী ফিদমগীদমক বানিয়ানগী 'ফৌওইবী'

*"মালেম্না শুম্বলনে, কোবৌ নোংমদোলনা শুকনে, কংলৈখোং তরেৎতা ইফুৎ নানা শান্নসে, শুক্না শুম্বলগা লোনশিন্নসে"*

মণিপুরীশিংগী থাজনবীদা ফৌওইবীবু ফৌগী লাইরেম্বী ওইনা খঙনৈ। কুম অমগী লৌবোক পন্থাদা কোত্তা ফৌ হৈদুনা ফৌওইবীবু ঈবাৎ-পুজা তৌনদুনা ফৌতাং-চেংতাং থোক্তনবা থৌনিরম্মী। বানিয়ান রেপরটরী থিয়েটরগী 'ফৌওইবী' লীলা ওইনা উৎলকপদা চাকহোঙ ঙাহোঙবী লাইরেম্বীনি হায়বদগী হেন্দোক্তুনা খুনাই অমগী হোংলক্লিবা পুক্নিরোলদা নুপীশিংনা লৌগদবা থৌদাং কযামুকশু শাগৎলকই। নুপীশিং অসি নুপাশিংগা লৈনবা সেক্সচুয়েল ওবজেক্টশিং ঙাক্তগী নত্তবদা লৈবাক্কী, লৈঙাকলোলগী লুর-লুরবা তানফম কয়াদা অচৌবা থৌদাং য়াহনদুনা ২১ শুবা চহি চাসিদা নুপীগী অনৌবা মশক অমা পুথোক্লবা হোৎনরক্লি। বানিয়ানগী 'ফৌওইবী' মণিপুরীশিংনা চেৎনা থাজনরিবা ফৌওইবী লাইরেম্বী অদুখক্তা নত্তে। খুনাই অমদা নুপীশিংগী ভেল্যু অমদি ইম্পোরটেন্সপু উৎনবা হোৎনবরোমদা হেন্না চংশিল্লি। লীলাগী মনুংদা য়াওরিবা মচাক খরা লৌখৎলগা য়েংবা য়াই। 'য়াঙ্কোক লৌগেরা, অঙাং লৌগেরা/অঙাং লৌজগে/অৱাবা লৌগেরা, নুংঙাইবা লৌগেরা/নুংঙাইবা লৌজগে/ মীখা পোনগেরা, নীংখা তমগেরা/নীংখা তমজগে/ শারমচৎ চৎকেরা, মীরমচৎ চৎকেরা/মীরমচৎ চৎচগে/অঙাংসু লৌজরো, নুংঙাইবসু লৌজরো, নীংখা তম্বসু লৌজরো।" নুপী ওইবীশিংগী পীবুক্নুংদগী থা তরা নাউপুদুনা তাইবঙ মীওইনা মালেমদা মঙফাওনবকপদগী নুপীশিংগী থৌদাংশি হেন্না চাউখৎলকই। চায়োক-নাউযোকপদগী হেন্দোক্তুনা মরূ চঙবা অফবা খুনাই অমা শাগৎনবা হোৎনবদা অফবা মচা, ৱাৎত পাদবা, নুংঙাইনা হিংবা, মীখা পোনদবা, নীংতম্বা খুনাই অমা ওইহনবা হায়বসি নুপাশিংদগী নুপীশিংনা লীশাং শীৎনা হোৎনরকপা উইহল্লি। মীগা মীগা থাজনবক্তবা হৌজিক্কী চমোৎনববা খুনাই অসিদা লাই থাজবদগীদি

তাইবঙ মীবু থাজনবনা হেন্না মরু ওইনা খন্নরকপগী মমি লীলাশিদা তাই। "মালেম অসিদি নীংখা তম্বা লমনি, ঐখোয় লোইনমক চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নে" ৱাফমসিমক্লসু হৌজিক্কী খুনাইগী য়াওলসিদা য়েংথীনবা য়াওদবা মান্নবা খুনাই নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নবা মথৌ তাই হায়দুনা নুপীশিংনা লমদমসিগী কাঙলুপ মশেল য়েংথীনরিবা খুনাইসিদা অপিল অমা তৌরি। অফবা মান্নবা খুনাই অমা পুরক্লবা হোৎনবা হায়বসিসু নুপীখক্তগী থৌদাং নত্তবদা নুপাশিংগী থৌদাংসু যাওরি, হায়বসি বানিয়ানগী ফৌওইবীনা পুশিল্লক্লি। "ইয়ুম লৈবাক চাকতাঙ-মৈতাঙলে, মীগী মীখা পোল্লে, অনা-অৱা কোক্লবা শাবু তানবা লাকপনি।" হায়দুনা শা ফাব্বু নীংতম ঈহৌগী য়াওল্লোয় অমগী সিম্বোল ওইনা পুথোক্লি। ঙসিমক লাল হৌরি করিগীদমক "শারমচৎ চৎপা নমু তাইবঙমী তাঙ্গোক্লবা" অফবা মান্নবা খুনাই অমগীদমক চঙশিল্লি লীলাসিদা অদুবু মাযথীখি লালদা, লাল অমা মায়থীবসিনা মায়থীবা শক্কদৌরিববা নীংতম্বগী লালবু লোইবা লৈববা লীলাসিদা ৱাহং অমমুক হংদুনা থনম্মী।

লীলা অসি ডা। লোকেন্দ্র অরাম্বমগী 'ফৌওইবী লাংওন' লীলাদগী এম সি. থোইবনা রিএদাপতেসন তৌথোক্লগা মশামক্লা ডাইবেক্সন পীদুনা উৎখিবনি। বানিয়ানগী লীলা মপুথোক মণিপুরী প্রোসিনিয়ম থিযেটরদগী খরা থৈদোক্লগা উৎলকই। লমদমসিগী অহল-লমনশিংনা থম্বীরম্বা ইনাৎকী ওইবা মচাক মরল কয়া শীজিন্নরি। লীলাসিনা চকপা হরাওবগী রিচুয়েল ওইবা কয়া মনীংতম্না শীজিন্নবা থেংনৈ। মরু ওইবা শক্তম লাংলিবা হিদাম দেবান, উশম মেমতোম্বী, ক্ষেত্রিময়ুম ফজতোনগী হনবা নাইদবা থৌনা উখি। অদুবু দেবান রোমান্টিক ওইবা মতাঙ খরদা মহাক্কী নুপা ওইবগী থৌনাদু হঞ্জানবগুম্বা থোকখিবসু য়াওদবা নত্তে। মসিমক্লা লীলাবু শোঙ্গহনবদি ওইখিদে। লীলা মপুংদা কোরসকী খুৎপু চারবা থৌনা লৈরবা বানিয়ানগী আর্টিষ্টশিংনা অদুমক পুদুনা লৈবা ঙমহল্লি। মসি অচৌবা মায় পাকপনি, অদুবু লীলাসি ৱারীদগী ফোর্ম ঙম্না চৎখি। ফোর্মদা ঙাওজবা ডাইরেক্তর ওইরুবনরা। মসি ৱাহং অমা ওইনা চোংথোরকই। ❑

# রুপমহলগী হোম সেক্রেটরি

রুপমহল থিয়েটরগী 'হোম সেক্রেটরি' কৃষ্ণচন্দ্র থিয়ামগী খুৎইদা শ্রীচান্দম গোপালনা লমজিং লমতাক্লুনা পুথোকপনি। অপীকপা ইমুং অমগী ৱারীদা য়ুমফম ওইরগা শাগৎপা ৱারীনি। য়ু অমদি জুৱারদা হৈনরবা মখুরা (জয়) অমগী ইমুংদগী নন্দিনি (নিবমলা) চাওরকখি। লৈশাবী মপুং ফাদুনা থাজ য়োনজবা য়ারবা মতমদুদা মখুরানা ঙানবা (লক্ষ্মিকান্তা) কৌবা শেল পায়বা নুপী লৈরবা অমদা শেল লৌথোক্লুনা থাজনবা হোৎনরই। নন্দিনি অমদি মদোমচা (থোইথোই) না নুপীবু শান্নপোৎকুম খন্দুনা লৈবা য়োনবগী ফীভমদা চৎথরিবা থৌওং অসিদগী নানথোক্লবা হোৎনখি। নানশু নানথোকখি। পব্লিক সার্ভিসকী পরিক্ষাদা এম. পি. এস খন্দুনা ডি. এস. পি ওইনা সার্ভিসতা লৈখি। মদোমচা অমদি মখুরা খঙখিদে। উখ্রুলদগী তাংখুল মচা মণিপুর সরকারগী হোম সেক্রেটরি (লখি) ওইবা অমগী মমা নাবগী হাক্তক্তা নন্দিনিদগী ঈ লৌখি, মদুদগী মচাগুম্না লুনা তৌখি। হোম সেক্রেটবিনসু লৈখিদ্রবী মচলগী মশক মাল্লি হায়দুনা মচলদা মচলগুম লুনা তৌবি। নন্দিনি কৌবগী মহুত্তা লৈখিদ্রবী মচলগী মমীং (অমংলা) লৌদুনা মিংগৌখি।

চীংমী তম্মী অনিগী নুংশিনবগী অপুনবা মশক অমা শাগৎপদা অকনবা থৌদাং লৌবা ড্রামানি। হৌজিক হৌজিকমক ফোঙ ফোঙ শান্নরিবা চীংমী-তম্মী অমদি তোঙান তোঙানবা চীংমী কাঙলুপ মশেল অনি হাৎন-শুনরিবা নুংশিনদ্রিবা পুন্নমক্কী মায়োক্তা লেপ্তুনা পুথোরকই। ঐখোয় মশেল অমত্তনি। ঐখোয় ইমা অমত্তনা পোকপনি ঐখোয় মণিপুরীনি হায়বসি নীংথিনা উৎলি। অরোইবদা হোম সেক্রেটরিনা নন্দিনি লুহোংবগী অচৌবা দাইত্য লৌদুনা ড্রামা লোইশিল্লি।

থিয়েটর অসিনা হৌখিবা চহি খরদা শান্নখিবা ড্রামাশিংদগী খরা ঈচেল থৈরকপগুম তৌই। তাঙ্কক খুদিংগী নোকহন্দুনা সমাজবু করেম্নবা ড্রামা উৎলম্বা থিয়েটর অসিনা ট্রেজিদিরোমদা চংশিলকপা মায় পাকই হায়নিংই। থোইথোই

অমদি নিরমলাগী ফজবা ডাইলোগ অমদি এক্টিংনা অয়েংবশিংগী থম্মোয়বু ফাজিনবা ঙমখিদবা মতাং য়াওখিদবা নত্তে। লক্ষ্মিকান্তা লেমই ঙাংথোরকপদা সরকারগী অচৌবা থৌপুবা মী মাল্লি ইংনা তপ্না ড্রামাগী ফজবা কয়া পুখৎলকই।

দ্রামাগী মতাং খরদা অইবনা নন্দিনিগী মপুং ফাবা মশক উৎনবা হোৎনবদা থৌদোক অমদগী চহি অমমুক মাঙহনবা, ডি. এস. পি. ওইনা উখ্রুলগী খুল অমদা পোসটিং লৈহলম্বা নন্দিনিগী মমান্নবী কেবী (ধনমনজুরি) ফাওবা পুলিস ওইনা লৈরম্বা খরদা রিয়েলিষ্টিক ওইদবা পংশা শাজিনবা, ৱারীসি তাহন্নবা হোৎনবদা পংতৌ তৌশিনবা হেক মানবগুমবা য়াওরকই। লৈশাবী অমনা মাঙখিবা অমদি পোসটিং লৈখিবদা মখুরা অমদি মদোমচানা করিমক্তা খঙহন্দবমখৈ লৈরম্বা, কদায় ফাওবা ওইথোকপা য়াব্রা হায়বসি অইবনা খরা য়েংখিবসু য়ারি। উখ্রুলগী জিংশোম খুলগী মশক উৎনবা হোৎনবদা চীংমীশিংগী অপুনবা জগোই অমা উৎপদু য়াওদ্রবদা ড্রামাগী ৱারী কায়গদবা লৈতে। চীংমীশিংগী অপুনবা খুলগী মীটিংদা ডা. সরত (বিরেন) মৈতৈ অমা ওইনা য়াওরগা চীংমী অমদি তম্মীগী নুংশিনবগী মরী থম্নবা ঙাংনরকপদা চীংমী মশেল ঙাক্তা মরৈ য়েৎনহনবা, ডা. সরতপুদি নুংগুন্না ফমহন্দুনা লৈহনবা, চীংমী মরক্তা মৈতৈ অমা ওইনা ৱাফম অমা ফোঙদোক্লবা অইবা অমদি ডাইরেক্টরনা পীরমদবসি খরা কুপ্না খনথহন্নিংলি। ডাইরেক্টরগী চেকশিনবা, ফজবা, আর্টিষ্টশিংগী থৱায় য়াওবা কন্না হোৎনবগী মমি তাই। অদুবু পনজরিবা মতাঙ খরসিদা খরগা মুন্না খনথহনিংলি। ❑

# মীৎয়েং অমা, নোংমা ইঙেন্দা

ইন্সটিট্যুট ওফ পারফোমিং আর্ট ইম্ফাল, এল. কিশ্বরজিৎ অমদি ক্ষেত্রি জুগিদ্রো অনিনা লমজিংদুনা নেসনেল স্কুল ওফ ড্রামা নিয়ু দিল্লিগী মখাদা লিংখৎখিবনি। ইন্সটিট্যুট অসিগী ইং ১৯৯৪-৯৫ গী অরোইবা ছাত্রশিংনা পেরেদাইজ থিয়েটর ৱাংখৈগী ষ্টুডিওদা উৎখিবা লীলানি "নোংমা ইঙেন্দা"। লীলা অসি মোহন বাকেশকী "আশার কা এক দিন" হায়বসিদগী ডা. এলাংবম দিনমনিনা মণিপুরী লোলদা হন্দোকপনি। মপুং ওইবা লীলাগী ৱারীদি উজ্জৈন কোনুংদগী তাম্না লৈখ্রবা খুঙ্গং অমদা লৈবা মালিকা (এল. সনচারানি) অমবীকা (এন. সনাহল দেবী) গী অমত্তা ঙাইরবা লুহোংবা য়ারবা মচানুপীনি। মালিকা খুঙ্গংদুদা লৈবা শৈরেং ইবা কালিদাস (সি. আইচ. জয়েন্ত্র) কা য়াম্না নুংশিননা থম্মোয়গী ওইবা মরী লৈনৈ। মতমদুদা ভিলোম (কে. এস. আইচ. গোজেন) কৌবা কালিদাসকী মমান্নবা অমনসু মালিকাবু নুংশিরম্মী। কালিদাস উজ্জৈন কোনুংদা নিংথৌনা অচৌবা কবি ওইনা শকখঙবিদুনা নোংমা কৌখৎলে। কালিদাস মশানদি খুঙ্গংগী চিক্রুবা চীংয়া তময়া লবুক লমহাং অমদি মরুওইনা মালিকাবু থাদোক্তুনা চৎকনি খল্লুবদা কোনুংদা চৎনিংখিদে, অদুবু মালিকানা পুক্নিং থৌগৎতুনা চৎননবা কন্না তকশিনবদগী কালিদাস উজ্জৈন কোনুংদা চৎখি। কাইনরমদাইগী মতমদা মালিকানা চেৎনা থাজখি কালিদাস অমুক হন্না মাগী নাক্তা লাক্কনি, অমদি কালিদাসনসু থাজখি, মালিকা অদুমক মালিকা ওইনা লৈরমখিগনি মাগী পুক্নিং, ৱাখল, পুন্সি হোংলমলোই।

চহি খরগী মতুংদা উজ্জৈন নিংথৌগী মচানুপী প্রিয়ঙ্গমঞ্জুরি (কে. আইচ. হোমেশ্বরী) গা লুহোংলে হায়বসি মালিকানা তাবদা য়াম্না নুংঙাইখিদে। নোংমা কালিদাস খুঙ্গংদুদা মহারানী প্রিয়ঙ্গমঞ্জুরিগা লোয়ননা লাকখি। কালিদাস শোয়দনা মালিকাগী নাক্তা চংলক্কনি খল্লম্বনি অদুবু চংলকখিদ্রে। মহারানী প্রিয়ঙ্গমঞ্জুরি চংলক্তুনা মালিকাবু উজ্জৈনদ চৎথ্রসি নিংথৌ মনাই অফবা অমদা য়ুম পান্নবা তৌরসি হায়রকখি মসিমক্তা মালিকাগী থম্মোয় মচেৎ কয়া থোক্না কায়খি

কালিদাস কাশ্মিরগী নিংথৌ ওইরবা মতুংদা নোংমা কাশ্মির থাদোক্তুনা লম্বোইদুনা চৎখ্রে হায়বা মালিকানা তারম্মী, অদুবু মালিকাদি থাজবা ঙমলমদে। নোংমা ইঙেন থাগী নোংনা জম জম চুবা নুমিৎ অমদা ইথা থাজদনা কালিদাস নোংনা পুমচোৎ চোৎনা য়াম্না চোকথনা মালিকাগী নাক্তা লাক্রম্মী। মালিকাগী হোংলম্লিবা য়ুমলৈ-কৈরৈ হিংলম্লিবা পুন্সি মহিং উবদা কালিদাস থাজবা ঙমলমদে। হৌখ্রবা পুন্সিগী নিংঙমহৌদ্রবা ৱারী কয়া লিনদুনা ৱারী কয়া শান্নরিঙৈ মালিকানা পোকচবা মচানুপীনা ইমুংদা কপ্লকপদা কালিদাসকী খনলম্বা কায়খি। মালিকা মতমদুদা ভিলোমদা য়ুম পান্দুনা মচা নুপী অমা লৈরে। ভিলোম য়ু ঙাওদুনা নোংনা পুমচোৎ চোৎতুনা হল্লকই, কালিদাস য়ুমসিগী অতিথি ওইররে হায়না করেম্নরকখি। কালিদাস খাঙফম খঙদ্রবা মৈচাক কয়াগা লোইননা মালিকাগী নাক্তগী তাম্না চৎখ্রি পুন্সিগী ওইনা অমুক লাক্লরোদবা খোঙচৎ অমদা, অকনবা দাইলোগ ঙাক্তনা য়াংলেন শরু ওইবা লীলানি।

লীলাসিবু মৈতৈলোন্দা হন্দোকলিবা ডা. এলাংবম দিনমনিনা লমদমশিংগা চুংশিন্নবা ৱাহৈ কয়া নান্না শীজিন্নৈ। লীলা শান্নরিবা আর্টিষ্টশিং য়াম্না থৌনা লৈনা তিং ফুদোক্তুনা উৎনবা হোৎনৈ। করিগুম্বা মতাঙদা অফাবা দাইলোগ কাওথোক্তনবা হোৎনবা অমদি ঙাংগদবা দাইলোগশিংদু হায়দোকহৌনবা হোৎনবদা এক্তিংদা কাওথোকপা মানবা খরা থেংনৈ। ট্রেদিসনেল প্লেগী অকনবা লীলা মউৎশিদা রিয়েলিষ্টীক ওইহন্নবা কন্না হোৎনৈ। অশেংবা শজি মচা পুথোক্তুনা শীজিন্নবা আর্টিষ্ট নুপা মখৈ লু কোকথোকপা নোংনা চোৎলবা হকচাং উৎপদা শেৎলিবা ফিরোল চোৎহন্দুনা শীজিন্নবা কয়ানা লীলাসি রিয়েল প্লে অমা ওইহন্নবা হোৎনবা অসিমক থাগৎনিংঙাইনি। মালিকাগী মচানুপী অঙাং অপীকপদু ফিনা শেমলগা পুথোকপদুদি নোকনিংবা অমা পোকই। ❑

# মণিপুরী এন্সেম্বলগী "মথংগী য়েনিংথাদা"

মথংগী য়েনিংথা হায়বদু কয়াম ৱাৎলিগবা, করম্বা মতমদা য়েনিংথা লাক্কদৌরিবা, মথংগী য়েনিংথাদা করিবু লাক্কদৌরিবা, য়েনিংথা লাকপদা হরাওগদ্রা নৎত্রগা লাঞ্জদ্রবা থম্মোয়সিবু ওৎলগদৌরিব্রা? লীলাসি খুন্দ্রাকপম ব্রজচান্দগী লীলানি। য়ুম পাল্লুরগা মপামদা হল্লক্কুনা লৈরিবী উরিরৈ (বি. সোবিতা দেবী) মপুরোইবা তোম্বা (এম. ডি. অব্দুল কাদির শাহ) না হনজিন্নবা লৌবা লাকই, উরিরৈ চৎনিংখি য়াম্না চৎনিংখি অদুবু মবুং অহলনা থিংখি চৎহনখিদে। তোম্বা শেল থোক্তে, য়ু থকই, জুৱার শান্নে, শুনিংদে মচল নুপীবু হয়েং চরা হেলহনগনি নীংথি নুংঙাইনা তৌবিরোই, হয়েং মতীক চারবা শেল থোক্লবা কান্দা লৌবা লাকউ হায়না চৎহনখিদে। মপুরোইবা তোম্বা মবাইনা হায়রিবদু অচুম্বনি খনখি শেল তান্নবা মীরমদা চৎলুখিগে খনখি মহাক লাক্রিবফাওবা য়ুমসিদা লেংদনা লৈরম্মু মথংগী য়েনিংথাদা মহাক শোয়দনা লাক্কনি অদুগা উরিরৈবু মহাক্কী ময়ুমদা পুগনি হায়না পুকমেন পাওমেন্নরম্মী। মথংগী য়েনিংথা, য়েনিংথাদুবু করম্বা মতমদা লাক্কদবা য়েন্নিংথা হায়বদু কয়াম ৱাৎলিবগে অউ অউবদা হংই। হৈনৌ মপাল, হৈখা মপাল মপুং ফানা শাৎলকপদুবু য়েনিংথা হায়বদুরা, য়েনিংথাতবু খৌরাংনা ঙাইজৈ। অদুবু উরিরৈগী থম্মোয়দি য়েনিংথা হায়বশি চেদা য়েকপা মনা কংলবা উপাল অমগুমলে। মপামদা লৈরিঙৈদা মবুং অহলগী মমান্নবা শাজৌসনা (এল বেনুধর) না উরিরৈবু নমজা নমথেক্লদুনা মাগী নুপী ওইখি। শাজৌসনা য়াওং ইনখি। শেল তানবা চৎলুবা মপুরোইবা তোম্বা হনলক্লে। মাগী ময়ুমদা চৎনবা উরিরৈবু লৌবা লাকই। অদুবু উরিরৈ হান্নগুম নুপা ময়ুমদা চৎনিংদ্রে। চৎনিংবগী মহুত্তা মপুরোইবা তোম্বা উবদা থম্মোয় তনিক তনিকই। অশুক কুইনা মাবু কাউবা ঙমদবমখৈ ঙাইরকপা উনিংই হায়বদুনা লাক্রবসিদা উরিরৈগী থম্মোয়দা মফম খঙদবমখৈ চোংলিবা, মদুগী পাউখুম তোম্বনা খঙখিদে। অদুবু খঙখি, উরিরৈগী তাতোনগী মমান্নবা অমা ওইনা উরিরৈনা খনখিবদু, হিংনা হিংনা অশিবা মীনি

লৌজরবা উরিরৈ পুঙমদ্রবা মৈচাক্কা লোইননা মপুরোইবা তোম্ববু মখুৎমক্কা থাংনা থিন্দুনা হাৎলি। মসিবুরা উরিরৈগী মথংগী য়েনিংথাদা হায়রিবসে।

মণিপুরী এন্সেম্বল লিংখৎখিবগী ১৩ শুবা মপোক কুমওনগা মরী লৈননা উৎখিবা লীলা অসিগী ডিজাইন অমদি ডাইরেক্সন ক্ষেত্রি জুগিন্দ্রোনি। লীলাগী ক্লাইমেক্স পুখৎলক্লিবা তোম্বনা শেল তাল্লুরগা হল্লক্কুনা উরিরৈবু লৌবা লাকপা মতাঙদা লীলাসি লোইগদ্রা খল্লুবনি, উরিরৈনা মহাক্কী তাতোনগী মমান্নবা ওইনা শকতাকখিবা মতাঙ অসিবুনি অয়েংবশিংনা মথংগী য়েনিংথাগী মহাও ফংখিবদি, অদুবু লীলাসিদা উরিরৈ, তোম্বা শাজৌসনাগী কেরেক্টরশিং চেঞ্জ তৌহন্দুনা লীলাশি লোইশিলহন্দে। মসিনা লীলাগী ক্লাইমেক্স অমুক পুখৎপা ঙমহন্দ্রে; মসি অশোনবনি। লীলাশিদা মশানা য়াদবা নুপী উরিরৈবু ঈজ্জৎ মাঙহল্লি, অদুগা য়ুম পানমিন্নদুনা সাজৌসনাগা লৈমিন্নে। উরিরৈ শাজৌসনাদা লমল খুন্নিংবগী ৱাখল লৈতে, লুনা নুংশিনা খঞ্জবা উদ্রগা লৈঙমদবা পোক্লিবা, কাউবা ঙমদ্রিবা অহানবা মপুরোইবা তোম্বদা নুপী ওইবগী ঈজ্জৎ ঙাক্লবগীদমক নৎত্রগা পুবা থাংবা ঙম্নরোইদবা থম্মোইগী মৈচাক অমা কোক্লবগীরা থাংনা থিন্দুনা হাৎহল্লি। হাৎকে তুপকে তৌগেদা ঙম্বা শাজৌসনা মাগী নুপীনা অতোপ্পা নিপাগা চিংননিংঙাই ওইবা লিচৎ চৎলে চিংনরফাও শাজৌসনা মোং হাদনা লৈবা মতাঙ খরসি কদাই ফাওবা রিয়েলিটিগা নকশিনবগে হায়বসি য়েংবা মথৌ তাই। উরিরৈ অমদি তোম্বগী রোমান্টিক ওইবা দাইলোগশিং য়াম্না চুশিন্নে পকচৈ অদুবু উরিরৈনা তোম্বদা থাংনা থিনবগী মতাঙদা লৈগদবা ইমোসন অমদি ফিলিং নীংথিনা পীবা ঙমখিদে মতাঙশিদা অৱাংবা ক্লাইমেক্স অমা লাক্কদবদু লাকহনবা ঙমখিদে। মসি লাইবক থীবনি। মতম পুম্বগী ওইনা উরিরৈগী লাক্লরোইদবা য়েনিংথা অমা উৎনবা হোৎনবদা মনা পুমকং কংলবা হৈখা পাম্বীবু সিম্বোল ওইনা শীজিন্নবা, ফিদা য়েক্লিবা থৱাই য়াওদ্রবা উপাল ফাওবদা অশংবা মনা পানশিন্দুনা য়েনিংথাবু খৌরাংনা ঙাইজবা মপুম ওইনা য়েংবদা লীলা ফজদবা লীলানি হায়বদি য়াদে। মীয়ামগী ক্লাইমেক্স লৈগদবা মতাঙ মতমদুখক খেন্নহনবদু অয়েংবশিংদা ৱাহং অমা থোরকপগী ৱানি। ❑

# কুনমাথোইশুবা ড্রামা ফেষ্টিবেলদা মীৎয়েং অমা

চহি খুদিংগী ফেষ্টিবেল ওফ ক্রিয়েটিব ডাইরেক্তরস অমসুং কন্তেমপররি ত্রেন্দ অসি নৈনবগী পান্দমদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমিনা শীন্দুনা ওল মণিপুর ড্রামা ফেষ্টিবেল হেক হেক পাঙথোকই। চৎলিবা চহি ১৯৯৭ অসিগীশু সেপ্তেম্বর ৮ দগী হৌরগা ২৪ ফাওবা পাঙথোকখ্রে। হন্দক্কী থোইদোকপা শক্তম অমনা শান্নখিবা লীলা খুদিংমক লৈখিদ্রবা পদ্মশ্রী জি সি. তোংব্রানা ইবম্বা লীলা ঙাক্তো ওইখিবা অসিনি। ফেষ্টিবেল অসিদা লীলা অনি অমদি এক্সিবিসন ওইনা উৎলি। মখোয়শিং অদুদি সোসাইটি থিয়েটরগী জি. সি. তোংব্রানা ইরম্বা ঙবোংখাও অমদি বানিয়ান রেপরটরি থিয়েটবগী মনুং মতম চাদনা লৈখিদ্রবা ডাইবেক্তর মাইবম শুরসেনগী ভীষ্ম অসিনি। ফেষ্টিবেল অসিদা শরুক য়াখিবা অতৈ লীলাশিংদি, কোস্মোপোলিতান ড্রামাটিক ইউনিয়নগী তাজমহল, মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়নগী ককখ্রবা কোকয়াম, সঙ্গীত কলা সঙ্গমগী শিকারী, রুপমহল থিয়েটরগী সনাখৈ হুখ্রে লৈবাক্তে, ইলিত গ্রুপ ওফ পার্ফোমিং অর্টিকী নংমল্লে গুরু খুরুম্মুশে, থিয়েটর মিররগী হয়িনানা নোকপা, মার্জিংকোল কলচরেল কম ড্রামা এসোসিয়েসনগী মণি থিবা মণিপুরী এন্সেম্বলগী এক্সপিরিমেন্টেল হসবেন্দ (চাংয়েং মাঞ্জ) অপুনবা শক্তম আর্টিষ্ট এসোসিয়েসনগী হিংবা তাই করিগুম্বা পাম্বৈ, দিল রেপরটরি থিয়েটরগী নুপীগী অধিকার, পাম্বোইবী নাট্য মন্দিরগী চুরুপ মচৈ অহুম, পেরেদাইজ থিয়েটরগী আইস ক্রিম, অসিনচিংবনি। চহি খুদিংগী ওইনা পাঙথোক্লিবা ষ্টেট কলা একাদেমিগী ড্রামা ফেষ্টিবেল অসিনা মণিপুরী থিয়েটরগী মরেপ অমদি হেক হেক ফংবা ঙম্মী হায়বা য়াই।

## মণিপুরী এন্সেম্বলগী এক্সপিরিমেন্টেল হসবেন্দ

লীলা তৌবা লীলা কাঙবু অমনা লীলাগীদমক নুপী দরকার ওইরকই। লীলা য়াওবীয়ু য়াবা নুপী থিরকপদা লাকপা অমদি লাকপীগী অমত্তা পোকচবী

লীলাবতি থেংনরুই। মমা মপানদি পাখং মরক্তা মচানুপী লৈশাবী লীলা য়াওবা চৎহন্নিংদে, য়াওহন্নিংদে। হৌজিক কালগী লীলা য়াওবা য়াওবীশিংগী মীৎয়েং নায়েং চুমদে হায়দুনা চৎহনখিদে। লীলাবতিদি লীলা পামজৈ অদুনা লীলা য়াওবা লোন্না চেনখি, লীলা য়াওবশিংগী মতুং ইন্নখি। লীলা য়াওমীন্নরিবশিংগী মরক্তা পুন্দুনা ওন ওন্দুনা নুপাশিংগী য়ুমদা লৈদুনা লীলাদগী অশেংবা পুন্সিগী মরুপ অমা থিননবা চায়েং তৌনবা হোৎনরুই। লীলা য়াওমিন্নরিবা কাংবুশিংদগীসু লীলাগী পুন্সিগী সংসারদগী লাম্থোরক্তুনা লীলাবতিবু তশেংবা পুন্সিগী মরুপ অমা ওইননবা অমনসু অমনসু তান্নরকই। লীলাবতিগী মফমদদি পুন্নমক চাংয়েংনি। থাজদবগী পল অমা অসুম অসুম শাগৎলকই। লীলাবতিগী ঝাঙাংদা, শঙাংদা, মীৎয়েংদা নায়েংদা, মথৱাই শোক্লুরবা কাওবীদি লীলাবতি মীগী ওইখিদোই শরুক ঐগী ওইবা ফংলোইদৌ ওইরবদি হাৎতোকহৌবনা ফৈ খন্দুনা হাৎনবা হোৎনরুই। অদুবু ঙমখিদে হিংহৌই অনৌবা চাংয়েং অমা চঙশিন্নবা হোৎনরুই জি. সি. তোংব্রাগী খুৎইনি মণিপুরী এন্সেম্বলগী "এক্সপিরিমেন্টেল হসবেন্দ"। তোংব্রাদি মীবু কপহনবা নত্তে, নোকহনবনি। ঝাখল খলহন্দুনা নোকহন্দুনা পি তাহন্বনি। মসিনি মহাক্না লীলা য়েংলিবা মীশিংদগী পামলিবা। লীলাবু থৱাই হাপ্তুনা ফম্পাক্তা পুথোরক্লিবা থৌনা লৈনা উৎলক্লিবা মণিপুরী এন্সেম্বলনি। লীলাসিদা কাওবী (এস. ইনাওমচা মীতৈ), লীলাবতি (বি. সোবীতা দেবী) লীলাগী থৱাইনি; লাকপা (এম. ডি. অব্দুল কাদির শাহ) মণিপুরী থিয়েটরদা খোঙদারক্লিবা মুসলিম অমা ওইনা অতাঙবনি, ইচং থৌবা আর্টিষ্টনি। ডাইরেক্টর ক্ষেত্রি জুগিন্দ্রগীদি চাংয়েংনি হায়না লৌরম্বা য়াই। লীলাসি মণিপুরী মশাগী ট্রেদিশনেল কলচরগী য়াংলেন মনুংদা চঙশিন্দুনা লীলা ওইনা পুথোকপনি। মসিগীদমক থাগৎনিংঙাইনি।

## রুপমহলগী সনাখৈ হুখ্রে লৈবাক্তে

চহি ৭০ শুরবা পুপুগী মঙলান্দনি। ইরমদম অসিগী লৈজরম্লীবা সনা লুপাদা নত্তনা ফজরবা লোনচৎ-শাজৎ, ফিজেৎ-চাকচেৎ, জগোই-ঈশৈ অসুম অসুম মাঙশিল্লক্লি। মীরৈপাক্কী মীরমদমগী চৎনবী কয়ানা লানগোই চনশিনখিদুনা ঐখোয়গী হায়বা পোৎশক অমত্তা লৈশিলক্তবদা থম্মোয় শোক্না লাওখি পুপুনা সনাখৈ হুখ্রে লৈবাক্তে। খুনাই অসিবু মশক মুন্না খঙলবা অহল ওইরবা পুপুনা খল্লি। লৈবাক মীয়ামগী অপুন্বা শক্তি অমনা থম্মোয় শেংনা লম অসোমদা মীৎয়েং

চঙশিল্লবদি মীয়ামগী মীহুৎনা মপুক শেংলক্তবসি শেংলক্কনি হায়বসি পুপুগী মঙনি। লমসিগী মমীংশিং হল্লপুর, মণিপুর, স্বর্নপুর থোন্দুনা চয়েৎনরবা লমদমসিবু করেমনৈ। খুনাই অসিগী তৌশিন্নরিবা তাৎ-পাৎ নুপী-নুপাগী থোক্লিবা থৌদোক ব্বাথোক কয়া লীলাসিদা মতাঙ চানা অইবনা উৎলকই। সনাখৈ হুখ্রে লৈবাক্তে, লনগৈ য়ুরে তিঙ্গাকোক চানিংঙায় লৈত্রে ভিক্ষা নিরুসে চাক লামমে অয়ো য়ো। কনানা য়োনখ্রে? কদায়দা থৈখ্রে, মৈতৈ জগোই, সনাহিং মচু মর্ব্বাক জগোই নীংলৈ থারৈদা শেল্লেপ মাঙন য়োম্বোকখ্রে। নোন্নব অহল-লমল লাইগুরু মমাঙ (কৈনো) ফনেকপু কলাপ্ত মবুকসু থাদোক হুই হৌদোংগি শৈ অকাম্পেৎ জগোই অপুনবা ঈশৈগা লোয়ননা ময়াম পুন্নমক নোংমৈনা কাপ্তুনা লোইনা শিখি অহল ওইরবা পুপুগী মঙলান্দা।

রুপমহল থিয়েটরনা 'তোংব্রাগী' মশক থোক্লা উৎনবা হোৎনবসিমক থাগৎনিংঙাইনি। থিয়েটর অসিগী চৎথরক্লিবা ট্রেদিসনেল ফোমদা তোংব্রাগী লীলা অমবু মায়পাক্লা উৎলকপা হায়বসিমক থিয়েটর তৌরিবশিংগী হোৎনজমন্নি হায়নিংই। চহি থরগী মমাংদা উৎখিবা মতমদুদগী হন্দক্কী লীলানা মায়পাক্লা চঙশিল্লকই। ইতৈঙো (শ্যামবাবু), য়েন্দাইপুবী (হরিপ্রিয়া দেবী) না তোংব্রাগী তোংব্রা ওইনা চোংথোরকই। অপুনবদা রুপমহল থিয়েটরগী লীলা মায়পাক্লা উৎখি, পুন্নমক্কী মহৈদি ডাইরেক্টর এল. ব্রজমোহনগী হোৎনজমলগীনি।

## মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়নগী ককখ্রবা কোকয়াম

অঙকপনি মীওইবা হায়বা কাঙলুপ অসিমসু, মশানা মশাবু অফবনি হায়জদুনা খুভমগীদমক শিবা কীনদে। শক্তি পাম্বগীদমক অমনা অমবু হাৎতোক্লদুনা নিংথৌ খুভম কয়া মথং মথং শিন্নরকই। অদুবু অফবা লৈবাক মীয়ামগী খনবা নিংথৌদি কদায় মচীন্দদি লৈপাক মীয়ামগী সেবা শেংনা তৌবগুম হেক মঙাংই। অদুবু হরাও নুংঙাইবদা পাম্বা ইরাং তৌজবা থবক শুনিংদবা প্রজাশিংদদি মতীক লৈবা অফবা নিংথৌ অমত্তা থোক্লক্তে। শক্তিগীদমক খুভম পাম্বগীদমক হাৎতোক্লরিবা কয়া অইবনা ফজনা উৎলি। শয়েং পাম্বোম ঙান্না, থাংনা, নোংমৈনা, রোবোটনা চাওখৎলকপগী খোঙজেল অইবনা নোক্লা করেম্নদুনা পুথোক্লকই। অসুম্না লোইবা নাইদ্রবা শক্তি মুন্নবগী লাল মরকসিদা লৈবাক প্রজানা হংগী লাইগুম হিংলক্লি। চাক্লি ফিনিবদগী হৌরগা লাইরিক হৈরবা সাইন্টিষ্ট ফাও

শক্তিগী লালদা য়াওরকই। ঙসিসু অদুমঙাই অহোংবা লৈত্রে। ঙসিনা ঙরাংদগী হেনজিল্লকই শক্তি মুন্নবগী লানদি। থবকসু নোমনিংদবা হরাও কুম্মৈ, জগোই, ঈশৈ নুংঙাইবদা পামজবা প্রজাশিং রোবোট থোক্লকপদগী তনবা য়াদে, হরাও কুম্মৈ মতম মাঙহনফদে, ঈশৈ জগোই বন্দ হায়দুনা তনগল্লবা মীয়াম্বু থবক শুহল্লকই লেপ্তবমখৈ অইবগী শাংলবা মঙলাননি অসিগুম্বা লৈবাক অমা ওইরকপসি। এম. ডি. ইউ. গী তোয়না লীলা য়েংলবা ভাবক্তদি খজিক খজিক থয়াইনবগুম থোক্লকই। ট্রেদিসনেল প্লেদা ট্রেজিদিগী লীলাশিং শান্নরম্বা থিয়েটর কাঙলুপ অসিনা এক্সপেরিমে লোমদা মায় লৈশিল্লকপদা অয়েংবশিংদা খজিক নাকোইনবগুম তৌই। লীলা পুথোক্লবা হোৎনবদা ইশাগী ইনাৎকী হরাও কুম্মৈ, ঈশৈ জগোই কয়াগী মতেং লৌই। ফোর্মদা ইমান মান্নবা তৌবা য়াওরকপদা তনথবা নোকহন্নবা হোৎনবদা তৌথোরকপদা চুশিন্নৌ য়াদবা থেংনদবা নত্তে নিংথৌশিং (অথোকপম খোলচন্দ্র, অচোম ফিলিমোন, সি. ঐচ. শান্তিকুমার) নাননা হোৎনৈ। অতৈসু থোইনা নোপ্পদি নত্তে। তোংব্রাগী লীলা শান্নবদা ফজবা চুশিন্নবা আর্টিষ্টশিংদা থোক্লকই। ডাইরেক্তরদী পেল্লমদবসু য়াই। অয়েংবশিংনসু ডাইরেক্সন্দা নিংবা থুংহৌদবা চীৎথরম্বা কয়া পুক্লিংদা পোক্লরমগনি। মদু ওইদুনসু এম ডি ইউগী লীলা 'ককখ্রবা কোকয়াম' চাংয়েং অমনি হায়না লৌবা য়াই। লীলাগী ডিরেক্সন পীবিরিবা লমাবম গোজেন্দ্র থাগৎনিংঙাইনি। শক্লাইরবা তোংব্রাগী লীলা অমা পানখৎনবা হোৎনবদা মশাগী ওইনা অব্রাবসু থেংনরমগনি। লীলা অপুনবদা ইংনা ফজনা শান্নখি।

## সঙ্গীত কলা সঙ্গমগী শিকারী

অপীকপা ইমুং অমগী ৱারীদা মণিপুরী সমাজগী হৌজিক হৌজিক চৎনরিবা উৎ-পাৎ হিংবা ঙম্নবা ঙৈহাক ঙৈহাক্কী তৌশিন্নরিবা উপায় কয়া লীলাসিদা থেংনৈ। হোমিওগী ডাক্তর রাজেন্দ্র মীনা য়েংবিরক্তবগা মচানুপী অমখক য়াওজবদু ইম্ফাল মচানা চিংবীরু মচানুপা অমখক য়াওবদুসু মেত্রিক টেষ্টতা ফেল অসুম অসুম ওইশিল্লক ইম্ফালদা লৈনিংলক্তে। ইম্ফালসি ডাক্তরগী অশাওবী ওইরকই অদুনা মোইরাংদা য়ুম হোংলকই। মচানুপীনা হোটেল ফমহন, মচানুপানা লৌ উহল, মানা মোইরাংদা ডাক্তর ওই লৈরকঙৈ, ইম্ফাল মচা অহুম মোইরাংদা কালেন ছুতি মতমদা কোয়রুই, মচানুপীগা থেংনরুই। হোটেলদা লৈহন শেল য়াম্না লৌথোকহৌগে খল মীৎয়েংও নায়েংও ৱাঙাং-ও শঙাং-ও হোৎনৈ অদুবু মরৌ

লৈরবা ইম্ফালগী কাঙবু চাবমখৈ চাথোক শেল পিরমদা মপা নাবগী পাওদা চৎখি মচানুপীসু হায়হৌবা নংহৌদা শেনদোং হেন্না ফংগদ্রা খল্লুবা শেল্লেপ মাঙদুনা লৈহৌই।

সঙ্গীত কলা সঙ্গমগী নোকহল্লবা লীলানি। লীলা মশাগী ফাগী তৌনা নোকহন্দুনা ৱাখল খলহন্দুনা ইবা জি. সি. তোংব্রাগী লীলাগা মওইরে, চুশিন্নে আর্টিষ্টশিং ফজনা ফজরবা নোক্না ৱাখল খলহনবা দাইলোগ কয়ানা আর্টিষ্টশিং থৱাই হাপ্পকই। ট্রেদিসনেল ফোর্মদা চৎথরকপা লীলাগী মউৎতা ষ্টেজদা মশক ফজনা থোকহল্লকই। লাইরিক তম্বা চৎচবী মীগী মচানুপী মখুদাং পাই শোরো শোবো চিংবা জিপতা লংখৎ ফাঙম্বা ইম্ফাল, লমহেনবা নহারোল মরাল লৈরবা মচানুপীবু ফাঙম্বা নহারোল কয়াবু পুলিশনা, মেজিষ্ট্রেতনা শেল চাথোক মরাল লৈত্রে থাদোক ইম্ফাল ইচানুপা অসুক কুইনা লাইরিক তমহল্লগা মেত্রিক্কী টেষ্টতা হনজিন হনজিন্না ফেল ওইহনবা ইম্ফাল, অসুন্না ইম্ফাল সহরগী মমি শেংদ্রবা চয়েৎনরবা অমা পুথোরকই। ইম্ফালগী ছাত্র অহুম খোইমু (এন. পঞ্চসিলা) তোম্বা (এল. সুভাসন্দ্রা), তোম্পোক (ৱাই. উমাকান্ত) ষ্টেজদা মায় পাক্না শান্নরকই।

অতৈ আর্টিষ্টশিংসু নোপ্পদি নত্তে, অদুবু খোইমুগা পানবদা শকহেন্বী (কুমারী বেমবেম) অদুক্কী মতীক শোল্লি। অফাবা দাইলোগ কাওদনবা হোৎনবদা, ফোর্মদা তাবক্তবা য়াওরক্কে তৌরকই। মাগীদি রিয়ার্শেল তোইবা মথৌ তাই। ষ্টেজদা থোকহন্দুনা নাকল অমদা ঈশৈ শকহন্বদুগী লীলা মউৎথোক ডাইরেক্টরনা চাংয়েং ওইনা তৌরম্বদি য়াই। অদুবু অয়েঙবশিংদা থোইনা ইমপ্রেসন লৈহনদে থোইদোকপা ফিল তৌহনদে। লীলা পুথোরুবা হোৎনবদা অৱাবা কয়া লৈখ্রবসু ডাইরেক্টর শ্রী এন রাজেন মীতৈবুদি থাগৎতবা ঙমদে, লীলাগী নুংঙাইরবা মহাও অমদি অয়েঙবশিংদা পীরম্বগীদমক।

## ইলিত গ্রুপ ওফ পার্ফোমিং আর্টষ্টকী নংমল্লে গুরু খুরুম্মুসে

নোংচুপলোমগী সাহিত্যবু মুন্না শকখঙলবা সনখ্যা পুরেন্দা ইবা পামজবা. মমালোন সাহিত্যবু নুংশিজবা, সাহিত্যগী লম্বীদা ইরগে খন্না লাক্লুবা অমনা ইদুনসু পুরক্লম্মী "নংমল্লে গুরু খুরুম্মুসে" ময়াম পুথোক্লুনা নৈনৈ। লীলা ওইনা পানখৎলি। লীলাগী ৱারীনি মসিনা - ইন্দ্রকুমার সোইবমচাগী লীলা ডাইরেক্সন

মপী মণিপুরী ট্রেদিসনেল থিয়েটর ফোর্মনি। লাইরিক লেংবা (পুখ্রম্বা সনায়াইমা) লীলাসিদা লীলা ইবা শাবা অমা ওইনা হৌজিক্কী চৎনখৎলক্লিবা অইবনা ডাইরেক্সন পীবা মওংশিং উৎলকপদা মপুং ফাহল্লি। নোংয়াই (নেত্রজিৎ লুৱাং), ইরাই লৈমা (অনুরাধা সিনাম) অমদি অতৈ আর্টিষ্টশিংনা শান্নখিবা লীলা শোনথনা লৈতে। মাগী মাগীঅদুমক মপুং ফানা উৎখি। লীলাগী মউৎ ডাইরেক্টরনা পামলুবা, য়েংলুবা মীৎয়েং মীমাংদা থোইনা নোপতে। ফোর্মদগী দাইলোগনা হেনবা লীলানি। তাকপা উৎপা তমবীবা কয়ানা থল্লবা জি. সি. তোংব্রাগী অনৌবা চাংয়েং খুৎইনি নৈর নৈরগা লুরক্কদবা, শায়র শায়রগা মহাও লাক্কদবা লীলানি।

## থিয়েটর মিররগী হয়িনানা নোকপা

লাইওইখ্রবা ববাজিগী থৱাই মীরেলনা মচানুপা রামকুমারগী মঙলান্দা লাকই। লৈহৌরিবা মচন্নুপী অনিবু শেঙ্গা-থুমজা, ৱাচৎ-ৱানোম, অচান-মীরাই নাইদনা 'তৈখল সভা' তৌদুনা বর থল্লগা লুহোংউ তাকপীরম্মী। ববাজিনা মঙলান্দা হায়রম্বদু তশেংনা হোৎনজদুনা মচন্নুপী অনিগী মতিক চাবা কলাকার অনিবু বর ওইনা খল্লি। মচন্নুপী অনিদি য়াজদে পামজদে মখোয় মখোয়গী খঙনজবশিং থোক্লুদ্রবদুদা অদুবু মচিন্না হায়জবদি ঙমজদে, মচলশিং অদু উপাই অমা থিরকখি। খঙহৌদনা থাজদবা মীকুপ অমদা অরানবৈ পাম্বৈনা বর অনি ওনথোকসি লৈপরেং হুক্রমদাই অখাক অরাও শাফোংলকই, লানখিবদুগী লুহোংবা কায়খি। লমদমসিদা করপসনগী মরা তাপ্রবা মরু ফুকৎপা ঙমদ্রবা হাবী-জাবী লৈতবা তাইবংপান অমা উরু তারুবা অসিবু জি. সি. তোংব্রানা পুথোক্নুনা উৎলকপনি। অচম্বা লীলা মউৎনি, ডাইরেক্টরনা মীতৈগী খুবাক ঈশৈ শৈশকশিং লৌশিন্দুনা লীলাগী মথৱাই হাপ্পী। অইবগী নোক্না করেম্নবা লীলাগী মথেল, ডাইরেক্টরগী মীৎয়েং অমদি ৱাখল্লোন্না মচল ওই। লীলাসিদা থৌবা (ঙাঙোম বীহারি), অহৈ-অপা (লাইশ্রম প্রকাস), থেকনৌ (ইরুংবম শামু), নুপী অনি সরমিলা অমদি অশাকিরন ইচঙ থৌনা লীলা থোক্লকই, ফৈ মসিসু, লীলাগী তোপ-তোপ্পা মহাও অমনি "হয়িনানা নোকপা"।

## অপুনবা শক্তম আর্টিষ্ট এসোসিয়েসনগী হিংবা তাই করিগুম্বা পাম্বে

পোক্রবনিনা হিংদবদি য়াদ্রে শিদ্রি ফাওবদি মসিদনি লুরিবা হিংননবগী শেল দরকার ওইরকপগী। শেলগীদমক অমদা নৎত্রগা অমদা থবক থিবা তারকই। থবক্কী ৱাফম লাকপসিদনি হেন্না অমুক লুশিল্লক্লিবসি, থবক্কীদমক থবক লৈনৈ। শেলনা, শেলদা শেলদগী মতুং ইন্না থবক্কী থাক লেপ্পরকপগী চৎনবী অমসু লাক্লি। অচৌ-অশাং, অঙম-অথৌ কয়া থবক থিননবগী করবারদা ফোংনা লল্লোল্লি, ইকাইদে মখোয়। শেলনা অনেম অৱাংগী থাক লেপ্পকই। অসিগুম্বা কয়াশিনা অঙম্বা শক্তি অমা নৎত্রগা অমা শীজিন্নদুনা থবক থিনরকপা য়াওদবা নত্তে।

অসুম্না থবক লৈরগা চঙখ্রিবা মখোয়না অমুক থবক্কী কারবারদা মচা মচা হাবী-জাবী কয়া চোংথোরকই ঙসিগী সমাজদা। কারবারশিদগী মায় পাকখিবা অপীকপদগী অচৌবা ফাওবগী মীওই কাঙলুপ কয়ানা হিংনবা হোৎনবদা তোঙান-তোঙানবা শক্তি কয়া শীজিন্নরকই। শক্তিশিং অদুদগী খুদোংথীবা নংলুবা মীওই কয়ানা কৈশুমশংদা চৈরাক ফংনখি। জি. সি. তোংব্রাগী লীলানি, নোক্লিংই অদুবু খলহল্লি অসুম অসুম অয়েংবশিংদা, পুশিনখি অয়েংবশিংসু অসুম লীলাগী খোঙচৎশিদা অপুনবা শক্তম আর্টিষ্ট এসোসিয়েসনগী "হিংবা তাই করিগুম্বা পাম্বে'। ডাইরেক্টর দব্লিউ কামনি য়াম্না চেকশিন্না হোৎনৈ, তরাই তরাইনা লৌদে। আর্টিষ্টশিংগীদি চেকশিনবা হোৎনবা খরা খজিক ৱাৎখি। অদুবু ডাইরেক্টরগী চেকশিনবা ৱাখলগুম চেকশিল্লবদি অনানবা মপুং ফাবা লীলা ওইগনি। ❑

# মোরেদা অরাম্বম সমরেন্দ্র ড্রামা ফেষ্টিবেল ২০০২

মণিপুরগী ফম্বাক লীলা নৎত্রগা প্রোসিনিয়ম থিয়েটরনা চহী ১০০ শুরকপগী চহি অমা চুপ্পা পাঙথোক্কদবা থৌরম মণিপুর সরকারগী আর্ট এন্দ কলচর ডিপার্টমেন্টনা শীন্দুনা মমাং চহি ইং ২০০২ গী এপ্রিল থাদগী হৌখিবদুনা চৎলিবা চহি ইং ২০০৩ গী এপ্রিল ফাওবদা তোঙান-তোঙানবা থৌরম কয়াগা লোয়ননা পাঙথোক্কদৌরি। মণিপুর সরকারনা শীনবা থৌরম অসিদা নত্তনা লন্নাই থিয়েটর ওর্গেনাইজেসন কয়ামুক্তা শীন্দুনশু পাঙথোক্লুরক্লি। মরকসিদা অবাম্বম সমরেন্দ্র ট্রষ্টনা শিন্দুনা মৈতৈ কাওন্সিল মোরে অমসুং এরিয়ান থিয়েটর ইম্ফালগা পুন্না খুৎশম্নরগা ইন্দিয়াগী বোর্দর এরিয়া অমা ওইরিবা মণিপুরগী মোরেদা অরাম্বম সমরেন্দ্র ড্রামা ফেষ্টিবেল ২০০২ ওক্টোবর ২০ দা হৌদোকখিদুনা ডিসেম্বর ১২ দা লোইশিনখ্রে। মোরেদা পাঙথোকখিবা ফেষ্টিবেল অসিদা এরিয়ান থিয়েটর ইম্ফালগী ড্রামা অনি 'লৈপাকলৈ' অমদি 'মিরাং', অপুনবা শক্তম আর্টিস্ত এসোসিয়েসনগী 'কারবার', রুপমহল থিয়েটরগী 'তঙাং মহাজন্না তুবদা', সোসাইটি থিয়েটরগী 'য়েনিংথাগী ঈশৈ' অমদি মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়নগী 'দসা' পুন্না ড্রামা তরুক উৎখি। ইম্ফালদগী লাপথোক্লা চৎলগা মোরেদা করিগী পাঙথোক্লুরিবনো হায়বগী মতাংদা ইন্টরনেসনেল বোর্ডর অমা ওইরিবা অমদি লল্লোন ঈতিক্তা হেন্না অকম্বা মীৎয়েং থন্নগা শেমগৎখিবা মোরে টাউন অসিদা লমদমসিগী কলচরগী মমি খরগা হেন্না তাহন্নবা অমদি ফেষ্টিবেল অসিদা শরুক য়ারিবা ড্রামাশিং অসিগী নুংদা চেল্লিবা ইস্থল অদু খরমখৈ ফংহনবগী পান্দমদা ফেষ্টিবেল অসি পাঙথোকখিবনি। পান্দম অসি মপুং ফানা মায় পাকখি হায়বা তাই, মোরেগী 'কৃষ্ণ হোল' দা উৎখিবা ড্রামাশিং অদু মীনা মপুং ফানা অদুমক য়েংখি।

অরাম্বম সমরেন্দ্র নৌহৌননা শক অমুক তাক্লুদ্রবশু য়ারে। শক্লাইরবা লীলা ইবনি। ফেষ্টিবেল অসিদা উৎখিবা মহাক্কী লীলাশিং অসিদা ময়ায় ওইবা থাক

অমসুং মীচমশিংগী পুন্সিবু মনুং হঞ্জিন্না কুপশিন্না য়েংদুনা মণিপুরী খুনাইগী থৌদোক কয়া নৈনবদা মহাক্কী অচেৎপা মীৎয়েং থম্বা অইবা অসিগী উৎখিবা লীলাশিং অসিদা মীওইবা অসি নীংতম্না হিংহনফম থোকই, হিংলিবা পুন্সি অসি নুংঙাইনা হিংগদবনি হায়বা অমদি ঙসিগী চৎনরিবা সমাজ অসিগী সিষ্টেম অসিনা মী মশেল মরক্তা অনেম-অবাং খায়দোক্তুনা হিংলিবা পুন্সি মহিং অসিদা মসিগী কান্নবা ফংদুনা মচুম চারিবা মিদল ক্লাসকী মীওইশিং অসিগী মীৎয়েং ৱাখল্লোন অসি চুমথোক্কদবনি হায়বসি উৎলি ফেষ্টিবেল অসিদা এরিয়ান থিয়েটর ইম্ফালনা 'লৈপাকলৈ' উৎতুনা হৌদোকখিবগা লোয়ননা অরোইবা নুমীৎতুনা 'মিরাং' উৎতুনা ফেষ্টিবেল অদু লোইশিনখি। 'লৈপাকলৈ' এরিয়ান থিয়েটরগী হান্না শান্নখ্রবা লীলানি। লীলা অসিদি ইং ১৯৯৫ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা যামিনি সুন্দর গুহ গোল্ড মেদল অমদি চহি অসিমক্তদা সাহিত্য একাদেমী এৱার্ড পীখ্রবা ড্রামাগী লাইরিকনি। য়ুম পাল্লবা মতুংদা মপুরোইবনা লংফৈদা চৎখিবদগী হন্না য়েংলদ্রবা ময়ুমদা হল্লক্তুনা লৈররবী নহা ওইরিবী লমদমসিগী নুপীশিংদা চুমথোকপা ৱারবা লমসিগী নুপাশিংগী মীৎযেংখাদা ৱানা খাঙজরিবা শক্তমদুনি লৈপাকলৈ। মরকসিদা হৌমিন কামিন্নবকপদগী নুংশিনরকপা, হৌজিকসু মাবু নীংজরিবা নিপা অমনা মাবু লৌশিল্লগে হায়না মাঙদা লেপ্লরবদা লমদমসিগী নুপী ওইবীশিংদা য়েংলিবা মীৎয়েং অদুনা মবম ওইদুনা চঙশিনসি কদাই হন্দোকসি ঙমদা অনিগী মরক্তা লৈখিবা লৈবাকলৈগী ফুম্বংনবা পুন্সিবু য়েকপা লীলানি।

'মিবাং' ইং ১৯৬৭ তা ইখিবা লীলানি, ইং ১৯৭০ দগী এরিয়ান থিয়েটরনা শান্নরকখ্রে। লীলা অসিদা ঙাংনরিবা ৱাহৈ-ৱাতাশিং কয়ানা অয়েংবশিংদা নোক্নিংহনবগী মমিসু তাই। হৌজিক্কী মণিপুরী সোসাইটি অসিগী মৈতৈ নুপীশিং অসিগী ৱাখল্লোনশিং অসি অনৌবা মীৎয়েং অমগা লোয়ননা য়েক্তুনা পুথোরকপনি। মসিদা নুপী নুপাগী নুংশিবা অমদি য়ুম পানবা হায়বসি য়াম্না মেটরিয়েলিষ্টিক ওইশিল্লকপা, চাবা থকপা ৱাৎতবা, ফীজেৎ ফীরোল ফজবা শেৎকদবা, নুংঙাইবা য়ুম অমদি জীপ, কার তোংবসোমদা চৎখিদুনা থম্মোয়গী ওইবা নুংশিবদু মাঙশিল্লকপা কয়াগী মমি তাই। অপুনবা শক্তম আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন্না শান্নখিবা 'কারবার' লীলাসিদা পুন্সি হায়বসি কারবারনি, পুন্নমক লৈবা য়োনবগী লম্বীদা চৎথখিদুনা মমাংঙৈগী চৎনবী কয়া মাঙশিলকই। মশা মশাগী হিংনবগী ৱাখলতনা মরম ওইদুনা কারবারগী লমদা তোঙান তোঙাম্বা

পান্থে কয়া পুথোক্লুনা মশাগী অমদি মীগী ঈজ্জৎপু লল্লোলপোৎকুম মনতিক্লরকপা কয়া লীলাসিদা থেংনৈ। রুপমহল থিয়েটরগী 'তাঙাং মহাজন্না তুবদা' ইম্ফালদদি কয়ারক হন্না শান্নখ্রবা লীলানি। হৌজিক্কী মতমগী শেঞ্জাও পায়বা মীওই কাঙলুপশিং অসিনা শূরগা চাজবা, শেম্বোক রাৎচবা, হিংনবা হোৎনজরিবা মীওইশিং অসিদা য়েংলিবা মীৎয়েং লোয়ননা অরাবা তারবা মীগী মতেঙ পাংলুবা মীনুংশি উৎলুবা কয়া মুৎখিবগী মমি তাবা লীলানি।

সোসাইটি থিয়েটরগী 'য়েনিংথাগী ঈশৈ' মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমিনা একাদেমি এৱার্দ পীখ্রবা লীলানি। ময়ায় ওইবা থাক্তা হিংলিবা মীওইশিংনা মীচমশিংগী পুন্সিবু মশক খংবীদবা অমরোমদা ফাজিন পুন্সিন্দুনা লৈরম্বা নুপীশিংগী শক্তম অদুদগী হোংলক্লুনা নুপীশিংসু মশা মতোমতা খনজদুনা মশাগী ওইবা ফিরেপ লেপচবা য়াই হায়বা ঈচেল অমা চেনবা লীলানি। মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়নগী 'দশা' লীলা অসি ইং ১৯৬৭ তা ইখিবা লীলানি। অদুগা ডি এম কলেজ ড্রামা ক্লবনা ইং ১৯৬৮ দা ষ্টেজদা অহান্বা ওইনা শান্নখ্রে। ঙস্নিঙৈ মতমদা নহা ওইরিবা নুপা-নুপী নুংশিনরম্বগী মনুংগী ওইবা ফিদমনিঙাই ওইবা মশক অদু হৌজিক্কী লাইরিক-লাইশু হৈরবনি হায়রিবা মিদল ক্লাস নহারোলশিং অসিদা উরক্তবা, চৎন-লোনচৎ নাৎ-শক্তম লাইনিং লাইশোল কয়া থওইনরক্তবা কয়াগী মমি তাবা লীলানি। ❑

# শিল্লোং ফোল্ক ম্যুজিক অমদি ড্রামা ফেষ্টিবেল

ফোর্ড ফাউন্দেসন্না চহি ৫০ শুরকপগী লৈবাক শীন থুংনা চহি অমা চুপ্পা পাওথোরকপা লোইশিন্বগী থৌরম অৱাং-ন্নোংপোক লমদমগী ওইনা শিল্লোংগী ওল সেন্টস কেথেড্রেল হোলদা অৱাং-নোংপোক লমগী ফোল্ক ম্যুজিকশিংগী নিল খোংবা মরক্তা চহিসিগী মার্চ ৭ অমদি ৮ নুমিৎ নিনি চুপ্পা পাওথোকখি। মমাং চহি ইং ২০০২ গী মার্চ থাদা গুবাহাটিদা পাওথোকপা হৌরকখিবা থৌরম অসিদা অৱাং-নোংপোক লমগী ম্যুজিকেল ইনষ্ট্রমেন্টশিংগী এক্সিবিসন, ডোকুমেন্টরি ফিল্মশিং উৎপা, ফোল্কলোরগী সেমিনার অমদি অৱাং নোংপোক লমগী থিয়েটর ফেষ্টিবেলনচিংবা পাওথোকখি। নোর্থ ইষ্ট নেটৱার্ক শিল্লোং, সেন্টর ফোর কলচরেল রিসার্চ এন্দ ডোকুমেন্টেসন, অরুনাচল প্রদেশ অমদি ফোরম ফোর লেবোরেটরী থিয়েটর ওফ মণিপুরনা পুন্না শীনমিন্নদুনা লোইশিনবগী থৌরম অদু শক্লাইরবা ফোল্ককী মরমদা খণ্ড হৈরবা প্রো. জে হনদোনা ফোল্ক ম্যুজিক্কী ইনষ্ট্রমন্টশিংগী এক্সিবিসন অমা হাংদোক্তুনা হৌদোকখি। ফোল্ক ম্যুজিক্কী ইনষ্ট্রমেন্টশিংগী এক্সিবিসন্দা মণিপুরগী ওইনা পীপল ম্যুজিয়ম ককচীং অমদি চান্দেল জিলাদগী লাকপা খোইবু কাঙলুপকী ফোল্ক ম্যুজিক্কী ইনষ্ট্রমেন্টশিংনা শরুক য়াখি।

নুমিৎ নিনি চুপ্পা চৎথখিবা থৌরম অসিদা অৱাং-নোংপোক লমদমগী ওইবা ভিদিও ফোর্মেতা পুথোকপা ডোকুমেন্টরি ফিল্ম কয়াগী ফেষ্টিবেল অমশু পাওথোকপগা লোয়ননা ফেষ্টিবেল অসিদা মণিপুরগী ওইনা ওদিও ভিজুয়েল রিসার্স সেন্টর (এ. ভি. আর. সি.) মণিপুর য়ুনিভর্সিতিনা পুথোকপা ট্রাইবেল আর্ট এন্দ আর্কিটেকচর, গোসেম, মোইবুং, পেনা অমদি ইন্দিরা গান্ধি নেসনেল ওপন য়ুনিভর্সিতিনা পুথোকপা ফিল্মশিং উৎখি। মেঘালয়া, ত্রিপুরা, অরুনাচল প্রদেশ, মিজোরাম অমদি মণিপুরগী ফোল্ক শৈশকপশিংনা মাগী মাগী ম্যুজিক্কী ইনষ্ট্রমেন্টশিং শক তাকপগা লোয়ননা ফোল্ককী ঈশৈ কয়ামুকশু শরুখি। থোইদোক

হেন্দোক্লা মীয়ামদা হেন্না নুংঙাইবা পীখিবদি মেঘালয়, মিজোরাম অমদি মণিপুরগী আর্টিষ্টশিংনা পুন্না পাঙথোকমিন্নবা ম্যুজিক ফ্যুজন অদুনি।

অবাং নোংপোক লমগী থিয়েটর ফেষ্টিবেলদা ত্রিপুরাগী ফোল্কটেলদা য়ুম্ফম ওইদুনা পুথোকখিবা লীলা প্রোমিজ ওফ জিনজর লীলি' ফোরম ফোর লেবোরেটরি থিয়েটর ওফ মণিপুরগী মীহুৎ অমা ওইনা চোংথাম জয়েন্তনা চহিসিগী জনুৱারী ২৮ দগী ফেব্রুৱারী ১৬ ফাওবা আগরতলাদা চৎথখিবা ৱার্কসোপকী প্রদক্সনি। চোংথাম জয়েন্ত য়াম্না নহা ওইরিবা নেসনেল স্কুল ওফ ড্রামাগী গ্রেজুয়েটনি। মহাক মশামক্কী লীলাশিং 'মীকুপ অমা', 'ডি টাইগ্রেস ষ্টোরি' অমদি এক্সননচিংবা লীলাশিং মমাংদা মীয়াম্না উন্নখ্রে। ত্রিপুরীশিংগী মশাগী লৈজরিবা ট্রেডিসনেল কলচরশিংদা শাদোং ওইদুনা পানখৎপা লীলা অসিদা প্রোফেসনেল আর্টিষ্ট ওইদ্রিবা নহা ওইরিবা আর্টিষ্টশিং অসিনা য়াম্না নুংঙাইনা লীলা শান্নবা থেংনৈ। মণিপুরীশিংগী রিচুয়েল ওইবা থবক-থৌরম কয়া ত্রিপুরীশিংদশু অদুমক মান্নবা কয়া লৈ হায়বসি লীলা অসিদগী উবা ফংই। ধর্মগী ওইবা লাইনিং লাইশোল থাজনবীগী মতুং ইন্না মৈতৈশিংনা তাইরেল পুংফাইনা মীশিংবু ঈশিং খিক্তুনা চাইথোকপা কয়া লীলাশিংদা পুথোরকই। মখোয় মশাগী ট্রেডিসনেল জগোই শারকপদা কয়াদা নীংতম্লা নীংথিনা শাবা উবা ফংই। ঙাংনরিবা লোলশিংদু করি হায়রিবনো হায়বদু খঙবা ঙমদ্রবসু তৌথোরকপা এক্টিং অমদি মায়থোংনা অয়েংবশিংদা লীলা অদুগী মহাও অদুমক নীংথিজনা ফংহনবা ঙমখি।

অরুনাচল প্রদেশগী দি মিলেট বীয়র লীলা অশিমশু ফোল্কটেলদা য়ুম্ফম ওইদুনা শাগৎপা লীলানি। ফোরম ফোর লেবোরেটরি থিয়েটর ওফ মণিপুরগী আর. কে. তোম্বীসনাগী লমজীং মখাদা চহিসিগী ফেব্রুৱারী ১০ দগী ২৮ ফাওবা অরুনাচল প্রদেশতা চৎথখিবা ৱার্কশোপকী প্রদক্সনি। আর. কে. তোম্বীসনা হৌরকপদা থিয়েটরগী ওজা কহ্নায়লালগা পুনলম্লবা মতুংদা হৌজিক্লা ফোরমগী অচঙবা মীওই অমা ওইরি। মহাক মশামক্লা লীলা কয়া ডাইরেক্সন পীখ্রে। মখোয়শিংগী মনুংদা 'শরি', 'তালোয়', 'মৈ ঈশিং নুংশিৎ' পন্বা য়াই। নেসনেল স্কুল ওফ ড্রামা নিয়ু দিল্লিগী মখাদা সৎটয় রাওগী লমজীং লমতাক মখাদা ৱর্কশোপ অমা পাঙথোক্তুনা জাপানগী কুরুশোৱাগী রোসমোন লীলা ওইনা শান্নখ্রে। মসিগী মতুংদা ডি মিলেট বীয়র পুথোক্লিবসিনা অনিশুবনি হায়না আর্টিষ্টশিং খরনা

শেংদোরকই। লীলা অসিদা অরুনাচল প্রদেশকী নাৎকী ওইবা জগোইশিং (ডিয়ার ডান্স) শজি জগোইগী ফজবশিং নীংথিনা মফম চানা শীজিন্নরকই। ডাইরেক্টর তোম্বীসনানা ফোঙদোক্লদুনা হায় অরুনাচল প্রদেশ মশাগী নাৎ অমদি শক্তম নীংথিনা লৈজবা লমদম অমা ওইরগশু মখোয়গী জগোই, মখোয়গী ফোক্ক ম্যুজিক্কী ঈশৈশিং হৌজিক্কী নহারোলশিংনা কাউশিলক্রে। কাউথোক্লুরবা মখোয় মশাগী চৎনবীশিং অসি অমুক নৌহৌননা নীংশিংহন্দুনা লীলাশিং অসিদা শীজিন্নরি। হৌরকপদা আর্টিষ্টশিং অসিদা হৈনদবা নুংঙাইতবা খরা পোক্লবশু, কোন্না মখোয়দা নুংঙাইজবা কয়া ফাওখি।

মিজোরামগী লীলা ফোলোবিং ডি ফুৎষ্টেপ্ ওফ মিজো হিরোইন হায়বা লীলা অসিশু ফোরম ফোর লেবোরেটরি থিয়েটর ওফ মণিপুরগী, নেসনেল স্কুল ওফ ড্রামাগী গ্রেজুয়েট এল. কিশোরজিৎনা চহিসিগী ফেব্রুবারী ২৫ দগী মার্চ ৩ ফাওবা আইজোলদা চৎথখিবা থিয়েটর ৱার্কশোপকী প্রদক্সন্নি। এল. কিশোরজিৎ নহা ওইরিবা থিয়েটরগী ডাইরেক্টরনি। মহাক মশাগী ওইনা 'নিংথেম', অহংবা খুদম', 'আইস ক্রিম', 'লৈতাদ্রবা খোঞ্জেল'নচিংবা লীলা কয়াগী ডাইরেক্সন পীখ্রে। লীলা অসিদা মিজো সোসাইটিনা চাউখৎলিবনি হায়দুনা নোংচুপ লমগী কলচরদা লুপশিনখিদুনা মশাগী হান্না লৈজরম্বা কলচরেল আইদেন্টিটিশিং অদু তপ্না তপ্না মাঙথরক্লিবা অদু উৎলি। মিজোগী নুপীশিংনা ইমুং অমা পুননবা হোৎনরকপদা অচৌবা থৌদাং কয়া লৌবদগী হেন্দোক্কুনা মাঙলক্লিবা শক্তমশিং কন্দবা য়াদে হায়বগী লাকপা ঈহৌশিংদা নুপীশিংনা থৌনা ফন্না খোঙদারকপা লীলাসিদা থেংনৈ। ঙল্লিঙৈগী মতমদা শীংনা মৈ হৌদুনা চাক থোংবা, লৌ উরম্বা, য়াংকোক্তা চেং খপ্লকপা, খুৎকী ওইবা ফীশা-লোনশাগী থবকশিং কয়া তপ্না তপ্না থাদোক্লরক্কুনা নুপীশিংনা কৈথেলদা থোরক্কুনা মপাল লমগী পোৎশিং য়োনবনা মমল লৈনা হেন্না লৌশিন্নরকপা কয়া নীংথিনা উৎলি। লীলাগী আর্টিষ্টশিং খরা নৌবা মায়পুবা ঙমদবা খরা থেংনখিবা অসিমক্তা অয়েংবশিংদা অকন্বা শাফু অমা পীবদি ঙমদে।

মণিপুরগী লীলা ঐখোয়গী লাংলেন, ঐখোয়গী থিয়েটর ডাইরেক্টরশিংগী মরক্তা নুপী ডাইরেক্টরশিংদি তাঙই। অসিগুম্বা তাঙনা থোক্লবা নুপী ডাইরেক্টরশিংগী অৱাৎপা অসি মেনখৎপা ওইনা ফোরম ফোর লেবোরেটরি

থিয়েটর ওফ মণিপুরনা নুপী ডাইরেক্টর অমা পুথোকই। মহাক অদু অতে কনাসু নত্তে ক্ষেত্রিময়ুম ফজতোননি। ক্ষেত্রিময়ুম ফজতোন বানিয়ান রেপরটরী থিয়েটরদা য়াওরকখিবীনি। ফেষ্টিবেল অসিদা উৎখ্রিবা লীলাশিং অসিগী মনুংদা ঐখোয়গী লাংলেন লীলা অসিনা অয়েংবশিংদা হেন্না অকন্বা শাফু পীবা ঙম্বা লীলানি হায়নিংই। প্রো. লোকেন্দ্র অরাম্বমনা ইবা লীলা অসিনা অয়েংবশিংদা ঐখোয়গী খুন্নাই অসি শাথীবা লায়না অমনা নারে হায়বসি নীংথিনা উৎলি। নুপীশিংনা মচা মপুরোইবা থাক্লবা হোৎনবা, নুংঙাইনা হিংনিংবা, অফবা ফিজেৎ ফিরোল শেৎনিংবা, মীরক তিনবা ঙম্নবসু হোৎনবদা, ফনা কন্না নোমলুদুনসু মনীং থুংবা ঙম্লক্তবদগী নুপীশিংনা অতোপ্পা নুপাশিংগা লোয়নদুনা শেল তান্নবা হোৎননিংলকই, তানশু তাল্লকই। শেলগী শেল অমহানি, ব্রানা তানবসু শেল, নুংঙাইনা তানবসু শেল হায়বা দাইলোগশিং শীজিন্নদুনা নুপীশিংনা ওক্তবীগী শিনফমদা ঐখোয়গী কৈথেলদা খোঙ থাংজিল্লকই। অসিগুম্বা নুপীশিংগী সিম্বোল অমা পুথোক্লবা হোৎনবদা অয়ুক অঙনবদগী কৈথেল কারকপী মনা মশীং য়োনলিবী অমদি ফি-রোল য়োনলিবীশিংদা সিম্বোল ওইনা শীজিন্নরী। অসিগুম্বা লমচৎ কামলবী কামলবা কয়াগী কৈথেলসিদা সরকারগী মকোক থোংবা পুলিস ওফিসাবনচিংবশিংসু ঈয়াইসিদা লুপমিন্নে। অপীকপা মহৈরোই অঙাং ফাওবা ঈয়াইসিদা তিলহনখ্রি। মরকসিদা অসিগুম্বা অমোৎপা কয়াশিং অসি শেংদোক্লবা হোৎনরিবা মমাই খুম্বা শকখঙদবা নহারোলশিং কয়া অমসু ঈয়াইসিদা তিনশিনহল্লি।

লীলা অসিদা ইনশাং-নাপী য়োনলিবী, ফি য়োনলিবী নুপীশিংবু অসিগুম্বা লমচৎ কামলবী অমগী সিম্বোল ওইনা শীজিন্নবগী মহুত্তা সিনেমা হোল ময়াগী পোৎফম ফম্বীশিং, সিনেমাগী টিকেট ব্রেক য়োনবীশিং অমদি কৈথেল মনুংদা মমীৎ মমাই পুংজা খুদিংগী য়েক্তুনা পান দুকান ফম্লিবীশিংবু সিম্বোল ওইনা শীজিন্নরম্লবদি অয়েংবশিংদা হেন্না পাল্লমগনি খল্লি। লীলা অসিগী ৱারী অসিনা ঐখোযগী খুন্নাই অসি মশা নারবী পাৎলবা পুম্নবা অমগী মমি তাবগা লোয়ননা করম্না মসিদগী কনগদগে হায়বগী পাওজেল পুবা লীলানি হায়নিংই। ❑

# পাম্বোইবীগী জুলিয়স সিজর অমদি নীংতম লালহৌ

পাম্বোইবী নাট্য মন্দির, মণিপুরগী থিয়েটরগী ইতিহাসতা অনৌবা অমা ওইদ্রে। ইং ১৯৭২ দা লিংখৎখিবা থিয়েটর কাণ্ডলুপ অসিনা লীলা কয়া মণিপুরগী মনুং অমদি মপান লমগী মীয়ামদা উহনবা ঙমখ্রে। থিয়েটর কাণ্ডলুপ অসিগী লীলাশিংনা নেসনেল লেবেলদা বেষ্ট প্লে তারকখিবা লীলা কয়াসু য়াওখ্রে। ঙসি ফাওবদা পুথোকখিবা লীলাশিং খরা পল্লবদা চেৎখাইরবা মালেম (১৯৭১), মতম্বাক্তা (১৯৮০), পুরক্রে পাউজেল (১৯৮০), লাই খুৎশাংবী (১৯৮১), নুঙ-নোংগী তেংথাখোল (১৯৮২), মায়থীরবা লান্মী (১৯৮৩), নোঙদা অপাম থোইবা (১৯৮৬), ভাংবীতোন (১৯৮৭), ধর্ম্ম ক্ষেত্র (১৯৯৫), লৈহাওগী মোম্পাক (১৯৯২), মাঞ্জগী কাঙথোল (১৯৮৮), ঈচেল অচৌবা (১৯৯৬), অওনবা (১৯৮৪), মহা মিলন (১৯৮৮), শানৌগী কাম্বল (১৯৮৮), মুক্তি (২০০০), তেংথাখোল (২০০২), তস চঙ থোকই (২০০২), খুরকী ঈনা লাই শাবা (২০০২), অমদি হন্দক ভারত সরকারগী ডিপার্টমেন্ট ওফ কলচরগী শেন্থুং মখাদা পুথোক্লিবা জুলিয়স সিজর (২০০৩) পনবা য়াই।

হন্দক নৌনা পুথোক্লিবা বুইলিয়ম সেক্সপিয়ারগী জুলিয়স সিজর (হন্দোকপা এল. বিরেন্দ্রকুমার শর্ম্মা) লীলা অসিদা অনৌবা মতমগী বাহল্লোক অমা পীনবা হোৎনৈ। ঙসি ওইরিবা লমদমসিগী পুন্সিরোল অমদি পুন্সি মহিংগী শক্তম অমা য়েক্লবা হোৎনবা লীলাসিদা উই। লীলা অসিগী মতাঙদা নহা ওইরিবা ডাইরেক্তর কে. ঐচ. রতনকুমার সিংহনা ফোঙদোক্রদুনা হায়, নীংতম্বগীদমক থেংনরিবা লাল, মীখা পোনবগীসু লাল, লমন খুন্নবগীসু লাল থেংনরি। ঐখোয়না, লৌতুনবা, চিরোল অমদি নিংথৌ শেম্বগী লাল্লোংদি য়েলহৌঙেদগী ঙসি ফাওবা চখনরক্লি। ঙসিগী খুন্নাইসিগী পুন্সিরোল অসিদা লীলা অসিমক চাংযেং অমা ওইনা হোৎনবনি হায়। লীলাগী নুংগী ওইবা বাফমদি জুলিয়স সিজরবু রোমানশিংগী মনীং-মখা তম্নবগী নামাদা মার্কস ব্রুটস অমদি কেসিয়স লোয়ননা অঙম অথৌশিংগা

লৌতুনদুনা হাৎখি। মার্কস ব্রুটসকী মথক্তা অমুক মার্কস এন্থোনিয়সনা লুচিংদুনা লমন খুন্বা অমদি অচুম্বগীদমক রোমান মচাশিংগা লোয়ননা লাল হৌই, য়েক্লবগী মখুত্তা মায়থীবগী মহুত্তা ব্রুটস, কেসিয়স মথন্তা শিজখি।

অশুন্না নীংতম্বগী নমাদা হাৎনবা, লমল খুন্নবনা য়ুম্ফম ওইদুনা লীলা লোই। অনৌবা মীৎয়েং অমদা অনৌবা ৱাহন্থোক পীনবা হোৎনদুনা পুথোক্লিবা লীলা অসিনা নীংতম লালহৌগা কয়া নকশিন্নবগে হায়বসি নৈনবা য়াই। ঙসিগী ঐখোয়গী পুন্সিরোল অসিদা শক্তি মুন্নবগী, নীংতম লালহৌগী নামাদা অমগা অমগা লৌতুনদুনা অমনা অমবু হাৎতোক্লবা অমনা অমগী মথক্তা তোঙান-তোঙানবা মরাল কয়া থঙজিন্নদুনা লমন খুন্নবগী মচৎ অমা থেংনরি। মসিমক জুলিয়স সিজরনা ময়েক শেংনা উৎলক্লি। তশেংনা হায়রবদা লীলা অসিদা উৎলিবা জুলিয়স সিজরবু অতোপ্পা রোমবু নুংশিজবা মরৈবাকসু নুংশিজবা, নীংতম্বা পাম্বা কাংলুপ অমনা হাৎনবা হোৎনৈ। মহাক হাৎখ্রবা মতুংদা রোম নীংতম্বা ফংগনি, শান্তি লৈরগনি খল্লম্মী। অদুবু মদুগী ওন্ন-তৈন্নবদা জুলিয়স সিজর হাৎখ্রবা মতুংদা লমন খুন্নবগী নীংতম্নবগী লাল অমমুক হৌরকই। অসিগুম্বা কয়াগী মহৈনা মপুবোইবা কায়নরবী, নুপী কায়নখ্রবা অমদি মচা কায়নরবা মমা মপা কায়নখ্রবা কয়াগী মীকপ অমদি শান্তি লৈতবা লমদম অমা হাযবদু ওইরকই হায়না নহা ওইরিবা ডাইরেক্তরনা জুলিয়স সিজরদা পুশিন্দুনা পুথোরকই। ডাইরেক্তরনা লমসিগী হৌজিক ওইরিবা মশক অমা লীলা অসিদা পুশিন্দুনা য়েক্লক্লিবা অসিদা থল্লিবা মীৎয়েং ঐখোয়না থাগৎফম থোকই হায়নিংই।

থিয়েটর অসিগী লীলা মপুথোক হান্নগী মচৎ অদুদগী খরা নাথৈরকপগুম তৌই। থিয়েটর অসিগী লীলা কয়াদা শরুক য়ারকখ্রবা নহা ওইরিবা, সেনিয়র আর্টিষ্ট, ডাইরেক্তর অসিনা মতমসিগী ঈচেল অমা ওইনা চেষ্টরক্লিবা চাংয়েং লীলাগী লম্বী অশোমদা খরা নকশিনবা লীলা খুৎপুথোক্লি। মশানা হায়, চাংয়েং লীলা অমা ওইনা মীয়ামগা পাউ ফাওননবা হোৎনবনি।

ডাইরেক্তরনা লীলাগী শাফু কল্লবা দাইলোগশিং কয়া লমদমসিগী লৈজরিবা থাং-তা, পুঙ-ঈশৈ, জগোইগী শাথেক, খোঙচৎ-খোঙথাং কয়াগা শেমজিন্দুনা ফজরবা মুভমেন্ট অমদি দাইলোগ তৌরকই। মসিনা জুলিয়স সিজর শাখিবা এ. দেবব্রত শর্ম্মগী বোডি মুভমেন্ট অমদি দাইলোগ, চপ চাবা থৌনা ফবা মীশক

অমা হায়বদু থোকই। মাকসি এনথোনিয়স শাখিবা জি. বোনি শর্ম্মা, পোর্সিয়া শাখিবী জি. কল্পনা দেবীগী এক্টিং মতীং লৈনা থৌনা লৈনা উৎপা ঙমখি। হেন্না কনবা শাফু পীবা ঙমখিবদী কোরসকী আর্টিষ্টশিংগী মুভমেন্ট অমদি দাইলোগশিংদুনি হায়বা য়াই।

লীলা অসিদা হেন্না নুংঙাইরিবা অমনা থিয়েটর অসিগী ডাইরেক্তর অনি যুম্নাম রাজেন অমদি ঋাই খোগেননা মতম কুইনা ষ্টেজদা লীলা থোকপা উরুদ্রবসু হন্দক উবা ফংহনবা অসিনি। অদুবু লীলাসিদা কিথুম পুবা শাখিবা যুম্নাম রাজেনগী লমতা থাগী থাখায় য়ৌরক্কদৌরে হায়বা ঋাহৈসিনা করিগুম্বা মতমদা হঞ্জিন হঞ্জিন হায়মন্দুনা তৌবা এক্টিংদু অয়েংবশিংদা হেন্না শাফু পীবা ঙমহন্দে। মদুনা তম্থহনবা অমা অমদি লীলাগী পুখৎলক্লিবা ক্লাইমেক্স অদু হন্থরপগুম থোকপা য়াওখি। মার্কস ব্রুটস শাখিবা ঋাই খোগেনসু করিগুম্বা মতাঙদা দাইলোগ য়াম্না শোম্থখিবা, খবা থৌনা লৈহন্নিংখিবা মতাঙ য়াওখিদবা নত্তে হায়নিংই। অনৌবা আর্টিষ্ট অমশু ওইবিবী কালপুর্নিয়া শাখিবী এস গুনিবলাগী দাইলোগশিং শোম্থনা চৎখিবগুম থোকই, মতুংদা হেন্না ফগৎলক্কনি খল্লি। লীলাসিগী ফিজেৎ ফিবোলশিং অদুমক লমচৎমশিংগী ফিজেৎ ফিরোলশিংগী মথক্তা ময়েক কযা থোকহন্দুনা শেম শাবকপা অসিমক পাঙ্খোইবীগী হৈখোই শিংথোইবনি হায়নিংই। সেট দিজাইন লমদমসিগী নাৎকী ওইনা লৈজবিবা পোৎচাকশিংবু নীংথিনা অমদি হৈনা শেম শাদুনা বোমগী কোনুংবু লমদমসিগী লৈহাওদা পুশিল্লকপা, ম্যুজিক্তা পেনা অমদি শেনবুং কয়া শীজিন্নদুনা তোপ তোপ্পা লীলাগী থবায় হাপ্তুনা মহাও অমা পীহনবা ঙম্বা অসি থাগৎনিংঙাইনি। ফাওরবা সেক্সপিয়ারগী জুলিয়স সিজরবু লমদমসিগী লৈহাওগা চুশিন্ননা তোৎলগা মীয়াম মমাংদা পুথোরক্নুনা লমদমসিগী ওইবা ঋাঙাং শঙাং শাজৎ লীচৎ শীজিন্নদুনা উৎখিবসিমক ডাইরেক্তরগী মায় পাকপনি হায়নিংই। ❑

## ক্ষুদিত পাসান অমদি নুপীগী নীংতম্বা

হৌজিক হৌজিক লমদমসিগী থিয়েটর তৌরিবা লীলা কাংলুপ খরা খুৎ থেক্তুনা পারকপদা থিয়েটর মিররসি কাওথোক্লম্বা য়ারোই। মণিপুরী থিয়েটরগী ইতিহাস অমা য়েংলকপদা ইং ১৯৬৫ অদুবাইদগী থিয়েটর অসিগী লীলাশিং মীয়াম্না য়েংবা ফংনরক্রে। হৌজিক ফাওবদা লীলা ৬০ গী মথক্তা শান্নরকখ্রে। থিয়েটর কাংলুপ অসি লীলা পুথোকপদা নত্তনা তোঙান তোঙানবা আর্ট ফোর্মশিংগী অতেনবা মতমগী ট্রেনিং কোর্স কয়ামুকশু পাঙথোকপদা নত্তনা কলচরেল ফেষ্টিবেলনচিংবা কয়ামুকশু পাঙথোকই। হৌজিক শক্লাইরবা থিয়েটরগী ডাইরেক্টর বারেপ্পা নবগী লমজিং লমতাক মখাদা লীলা কয়া মখা তানা পুথোক্লবা হোৎনরি। হৌজিক ফাওবদা শান্নখ্রবা লীলা খরা পনবা তারবদি তরেৎ লৈমা (১৯৬৫), মহাক্কী থম্মোয় (১৯৬৮), অতোনবী (১৯৭২) ঐ অমদি ঈ (১৯৮০), অনম্বা শম্বু (১৯৮১), কনাদা তাই (১৯৮২), চরান্নরবা থৌদু নুঙ (১৯৮৮), শ্রী তোম্বা অমসুং কৈ (১৯৯০), কনানা হায়জিল্লিবনো (১৯৯১), হয়িনানা নোকপা (১৯৯৭), ঘাসিরাম কতবাল (২০০০), চা গ্লাস অমা (২০০০), নোংদি তারকখিদ্রে (২০০১), ক্ষুধিত পাসান (২০০৩), পনবা য়াই।

চৎলিবা চহিসিদা পুথোরক্লিবা ক্ষুদিত পাসান লীলা অসিমক শক্লাইরবা কবি রবীন্দ্রনাঠ টেগোরগী বারী মচা ক্ষুদিত পাসানদা য়ুম্ফম ওইরগা মণিপুরগী শক্লাইরবী অইবী এম. কে. বিনোদিনিনা ড্রামাতাইজ তৌবনি, অদুগা বারেপ্পা নবনা এদাপটেসন দিজাইন অমদি ডাইরেক্সন পীদুনা লীলা ওইনা পুথোরকপনি। লীলাগী নুংগী ওইবা বাফমদি মতম অমগী লৌয়াম চাবা, জামিন্দার, নিংথৌ পাল্লিঙে নৎত্রগা অঙম অথৌশিংনা লাইরবা-অশোন অনা কয়াবু তুহৎ-নৈহৎপীরম্বা অমদি লীচৎ অসিগী মায়োক্তা মীচম কয়ানা করিসু হায়জবা ঙমদবমখৈ বানা খাঙখিবা, থবায় ফাওবা থাখিবা খুনাই অমগী পুন্সিরোল অদু লমদমসিগী লৈহাওদা চাংয়েং অমা ওইনা উৎপনি হায়না লৌবা য়াই। ক্ষুদিত পাসান লীলা অসি ব্যমেন্স

ইমান্সিপেসনদা য়ুম্ফম ওইদুনা শান্নবা লীলানি হায়। অদুবু লীলা অসি কদায় ফাওবা য়ুম্ফম অসিদা মায় পাক্লবগে নৎত্রগা উৎলিবা লীলা অসিনা ঙসিগী মীয়ামদা ইমান্সিপেসনগী ৱাহয়োক অসি কদায় ফাওবা ময়েক শেংহনবা ঙম্নবগে হায়বসিমদি নৈনবদা য়াম্না নুংঙাইগনি হায়না খল্লি।

লীলা অসিদা অঙম্বা (টি. ঐচ. প্রেমজিৎ) না লোইপোৎ থৌবা চৎপদা অমনবা কোনুং অমদা ৱাইথুংলুই। হায়রিবা কোনুং অসিদি মীওৎ মীনৈনা থল্লবা অমদি নুপী ওইবীশিংবু ওৎপী নৈবীদুনা শানৈ য়ুনৈফম ওইরবা মী কয়াগী মীকপ মীরাওখোল তেংথা নাওইবতনা থল্লবা মফম অমা ওইরম্মী। অসিগুম্বা মফমশিং অসিদগী নুপী ওইবিশিংবু কনবিদুনা নীংতম্বা ফংহনবিয়ু হায়। মফম অসিদা অঙম্বনা শকহেনবী (য়ুম্নাম বলা) থেংনদুনা সনা তাঙ্গা লিশিং তরাদা লৈদুনা য়ুমদা পুরকই। লম্বীদা লৈঙাকপা (পিটর) থেংনদুনা নমদুনা শকহেনবীবু মুনখি, অঙম্ববু হাৎলি শকহেনবীনা কপচ-লাওজবা তাবিখিদে লৈঙাকপগী তালোয়শিংদা চনখি। মতাং অসিদা বুমেন্স ইমান্সিপেসন নুপীগী নীংতম্বা হায়বসি করিনো কদাইবু কৌবগে হায়বা নৈননিংঙাই ওইবা অমা লাকই। লীলা অসিদা অমনবা কোনুং অসি নুপী ওইবিশিংবু ওৎপী নৈবিবা শানৈ য়ুনৈফম ওইবা মফম অমনি হায়বসি মপুং ফানা মীয়ামদা উৎহনবা ঙমদবগুম তৌই। ৱাহৈনা পংফোঙ ফোঙদোক্লবসু লীলা ওইনা উৎলকপদদি অদুক্কী মতিক হরাও নুংঙাইনা নুংশি চান্ননা কামগী ইথক্কা লোয়নবা হকচাংগী মুভমেন্টশিং উবা ফংই। মসিনা নীংতম্বা ফংদ্রবী থৱাইশিংনা হন্না হন্না লাওরি মখোয়বু থাদোকপিয়ু হায়বা ৱাফম লাক্লবা ফাওবদা নুপীশিংদা ওৎপি-নৈবিরে হায়বগী বোদি মুভমেন্টশিংদি মীয়াম্না অদুমক উবা ঙমখিদে। শকহেনবীখক লৈঙাকপনা মুন্দুনা লৌহৌবদুনা নুপীবু ফাজিন-পুনশিনবিরে নৎত্রগা নীংতম্বা মাঙহবীরে হায়বগী শিম্বোল ওইরগদি লীলা অসি বুমেন্স ইমান্সিপেসনগী ৱাফমসি খরা নৌই হায়নিংই।

লীলা খুৎপুথোক্তি থিয়েটর মিররগী ট্রেন্দ অদুদা অদুমক চৎথরি হায়না থমনিংই। থাং-তাগী শাথেক শাথুপ খোঙচৎ কয়ামুক লৌদুনা খঙহন উহন্দনা পুথোক্লিবা লীলা অসিগী মথক্তা পুং-ঈশৈ সংকীর্ত্তন অমদি নাৎকী ওইবা শৈশক শৈদা কয়া শাথেক কয়া শীজিন্নদুনা মপাঙ্গল লৈবা লীলা অমা ওইহন্নবদি হোৎনরকই। মসিমক কোরসকী খুৎপুগী চাং মাম্নবা লিংজেল মান্নমিন্নবগী

মপালননি হায়নিংই। মাইকৈ শোমদগী য়েংলবদি লীলা অসি মায়পাক্লবা লীলানি হায়না থম্বদা থোইনা লাগ্লোই। চপ চানা লীলাগী থবাই হাপ্লিবদি ম্যুজিক অসিসু অমনি হায়নিংই। কষ্টিউমদা লমদমসিগী ওইবা ফিজেৎ-লৈতেং শীজিন্নদুনা লমদমসিগী লৈহাওগা চুশিন্ননবা হোৎনবসিমক থাগৎফম থোকই অদুবু নুপী ওইবীশিংগী ফিজোলগী মচু অঙৌবা ঙাক্তা শীজিন্নবসি, অঙৌবা হায়বসি ইংবা তপ্পা শান্তিগী সিম্বোলনি হায়নিংই, মসিমদি ওৎপী-নৈবিরবা নুপীশিং নত্তনা ইরাং কৈথেল অমদি শানৈ-য়ুনৈফমগী শিম্বোল অমা লাকপদদি মচু অমা শীজিন্নবনা হেন্না চুশিন্নগদ্রা হায়বসিসু খল্লহন্নিংই। ❑

# বরাক তম্পাক্তা রোয়েল থিয়েত্রিকেল ক্লবকী নুংশিথেল

মণিপুরী থিয়েটরগী শক্লাইরবা প্লেরাইট অরাম্বম সমরেন্দ্রগী মীংদা চহি খুদিংগী পাঙথোক্লকপা অরাম্বম সমরেন্দ্র ফেষ্টিবেল ওফ প্লেজ চহিসিগী ওইনসু অহানবা তাক্কক্কী ওইনা পাঙথোকপা হৌখ্রে। চহি অসিগী ওইনা তোপ তোপ্না শক্তম অমদি লমদমসিগী লৈহাওদা পোকচখিবা অমদি লৈশাদা তিনজখিবা শক্লাইরবা অইবা অসিগী লীলাশিংগী ফেষ্টিবেল অসি লমদমসিদতা নত্তনা মালেমগী ইপা-ইচাশিংনা খুন্দারিবা মফমশিংদশু অইবা অসিগী ৱাখল্লোন অমদি ফিরেপ-ফিদম অদু য়ৌহনখিনবগী পান্দমদা বরাক তোর্ব্বানগী তম্পাক্তা খুন্দারিবা কছারগী মৈতৈ খুলশিংদশু পাঙথোক্লমখি। ফেষ্টিবেল অসিগী অহানবা তাক্কক্কী ওইনা পাঙথোকখিবা মফমশিংদি *সণ্ডাই সোসিও কলচরেল ডেভলপমেন্ট সোসাইটি*না শীন্দুনা জনুৱারী ৭ তা শিলচরদা, *পর্লবোন মণিপুরী মৈরা পায়বীশিং* না শিন্দুনা জনুৱারী ৯ দা পর্লবোন্দা, অমদি *পান্থোইবী মণিপুরী হেন্দলুম ডেভলপমেন্ট সোসাইটি* না শীন্দুনা জনুৱারী ১০ দা সোনাইগী ঝোরাগুন্দা, ইম্ফালদগী চৎখিবা *রোয়েল থিয়েত্রিকেল ক্লব* কী অরাম্বম সমরেন্দ্রনা ইরম্বা লীলা নুংশিথেল,*ময়েংবম অক্ষয়কুমার* না ডিরেক্সন পীদুনা তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা উৎলমখি। হেন্না পুক্লিং নুংশিনিংঙাই ওইরিবদি জনুৱারী ৯ দা পর্লবোন্দা মণিপুরী মৈরা পায়বী ইমা ইবেনশিংনা শীন্দুনা পাঙথোকখিবা লীলা উৎপগী মাংওইননা চহি তরেৎ খুন্তাকখিবগী নীংশিং থৌরম পাঙথোকমিন্নদুনা মণিপুরী ইপা-ইচা, ইচিন ইনাও পুন্না পুক্লিংগী ওইবা ৱাফম কয়া ফোঙদোক্লদুনা অপুনবগী ওইবা শক্তম অমা শাগৎমিন্নবগী ৱাশক অমা লৌমিন্নখিবদুনি। পাঙথোকখিবা ফেষ্টিবেল অসি অরাম্বম সমরেন্দ্র ট্রষ্টনা মপান্দা লৈরিবা মৈতৈ ইপা-ইচাশিংগী ক্লব ওর্গনাইজেসনশিংগা খুৎশম্নরগা শীনখিবনি। ফেষ্টিবেল অসিগী অরোইবা তাক্কক চহিসিগী ফেব্রুৱারী থাগী অরোইবা চয়োলদা শিলচরদা পাঙথোক্লদৌরি। ফেষ্টিবেল অসি অরাম্বম সমরেন্দ্র ট্রষ্ট অমদি মণিপুরী লিটরেরী ফোরম, কছার

অসামগা পুন্না শীনমিন্নবগী মথক্তা মণিপুর সরকারগী আর্ট এন্দ কলচর ডিপার্টমেন্ট অমদি ইষ্টর্ন জোনেল কলচরেল সেন্টর, কোলকতা অনিনা স্পোন্সর তৌগদৌরি।

নীংশিংবা য়াই *অরাম্বম সমরেন্দ্র ফেষ্টিবেল ওফ প্লেজ* হৌখিবা চহিগী ওইনা ইন্দিয়াগী বোর্দর এরিয়া ওইরিবা মণিপুরগী মোরেদা মৈতৈ কাউন্সিল মোরেগা পুন্না শীনমিন্নদুনা পাঙথোকমিন্নখি। ইং ২০০২ গী ওক্তোবর ২০ দগী ডিসেম্বর ১২ ফাওবা মোরেদা পাঙথোকখিবা ফেষ্টিবেল অসিদা অইবা অসিনা ইরম্বা লীলাশিংগী মনুংদগী এরিয়ান থিয়েটরনা *লৈপাকলৈ* অমশুং *মিরাং,* অপুনবা শক্তম আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন্না *কারবার,* রুপমহল থিয়েটরনা *তাঙাং মহাজন্না তুবদা,* সোসাইটি থিয়েটরনা, *য়েন্নিংথাগী ঈশৈ* অমদি মনিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়না *দসা,* নচিংবা লীলাশিং উৎখি। মোরেদা ফেষ্টিবেল অসি পাঙথোক্লুবগী পান্দমদি ইন্টরনেসনেল বোর্দর অমা ওইবখক্তা নত্তনা লম্লোন ঈতিক্কী অকনবা মফম অমসু ওইরিবা মফমসিদা কলচরগী মমি অমা মশক থোক্না তাহনবা লোয়ননা অইবা অসিগী ৱাখল্লোন, ফিরেপ-ফিদমশিং অদু খরমখৈ খঙহন্নবগী পান্দমদা শীনখিবনি। চহি অসিদসু অদুমঙাই অইবা অসিগী ফিরেপ-ফিদমশিং অদু মপাল লমদা খুন্দারিবা মৈতৈ ইপা-ইচাশিংদা পাউদমদুনা ঙাইহাক পুকমেন পাউমেন্নরুবনি। ফেষ্টিবেল লোইশিনবগী থৌরম অসি বরাক তম্পাক্তা খুন্দারিবা মৈতৈ ইপা ইচাশিংগী লীলাগী কাঙলুপশিং হায়বদি *রুপ রঙ্গা, শিলচর, অসাম, হায়লাকান্দি থিয়েটর ড্রামা অসাম, জিরী ড্রামাটিক ইউনিয়ন, মণিপুর* অমদি ইম্ফালদগী *রোয়েল থিয়েত্রিকেল ক্লব* নচিংবনা পুন্না শরুক য়ামিন্নবগী পান্দম থল্লি।

মণিপুরী থিয়েটরগী ঈচেলদা রোয়েল থিয়েত্রিকেল ক্লব অহল ওইশিলক্রে। রোয়েল থিয়েটর ওইনা মীয়াম্না থোইনা শকখঙনবা ৱাৎলবশু ফিল্ম শুটিং, মৈকিবী সিতা হায়রগদি রোয়েল থিয়েত্রিকেল ক্লব হেন্না ময়েক শেংলক্কনি। মতম অমগী ঘনশ্যাম ক্ষেত্রিগী *ফিল্ম শুটিং* না মণিপুরী মীয়ামদা পীরম্বা ড্রামা য়েংলুবগী মহাওদু ঙসিফাওবদা নীংশিংলুরগা হেন্না নুংঙাইবা পোক্করি। পনবা য়াবদি থিয়েটর অসিগী অহানবা ওইখিবা *ফিল্ম শুটিং* মনিপুর খক্তা নত্তনা অসামগী মৈতৈ তারিবা লমদমসিং শিলচর, শোনাই, লক্ষ্মিপুর অমদি রুপ নগর নচিংবদশু ড্রামা অসিমক শো ৩৮৭ উৎপা ঙমখিবা হায়বসি মণিপুরী থিয়েটরগী ইতিহাসতা অতাঙবা অমনি হায়নিংই। হৌজিক ফাওবদা থিয়েটর কাংলুপ অসিনা তোঙান-তোঙানবা

ডাইরেক্তরশিংগী মখাদা লীলা কয়া শান্নরকখ্রে। পনবা য়াবা খরদি ঘনশ্যাম ক্ষেত্রি না ডাইরেক্সন পীবা *ফিল্ম শুটিং, মৈকিবী সিতা, ইলেক্সন,* রতন থিয়াম্না ডাইরেক্সন পিবা *শরেন চনবা,* কহ্নাইলালনা ডাইরেক্সন পীবা *মণ্ডাল য়াওদ্রবা নুমিৎ* অমদি *নুঙগী পি,* আর কে তোম্বীসনা ডাইরেক্সন পীবা *সনাগী সিতা,* ক্ষেত্রি জুগিন্দ্রোনা ডাইরেক্সন পীবা *প্রোটেষ্ট* অমদি *শিরোই চিংশাং,* ঐচ জয়কুমারনা ডাইরেক্সন পীবা *থাবলগী মৈশা* অমদি *লানফমদুগী ৱাংমদা,* রতননা ডাইরেক্সন পিবা *হষ্টিনাপুর,* শুরেসনা ডাইরেক্সন পীবা *হুইস্কি বটল অমা* অমদি ময়েংবম অক্ষ্যয়কুমারনা ডাইরেক্সন পীবা *মোনা লিশা* অমদি *নুংশিথেল* পনবা য়াই। মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী অমদি থিয়েটর সেন্টর মনিপুরনা শীনবা ফেষ্টিবেলশিংদা শরুক য়ারকখিবগা লোয়ননা এলাহবাদ, ওরিষ্যা, পাটনানচিংবা মপাল লমদা পাঙথোকখিবা, নেসনেল ফেষ্টিবেলশিংদা শরুক য়ারুদুনা এৱার্দ কয়াশু ফঙলকখ্রে।

থিয়েটর কাঙলুপ অসিনা বরাক তোবর্বান্দা মৈতৈগী খুলশিংদা উৎলুরিবা নুংশিথেল গী নুংগী ওইবা ঈচেলদি ইং ১৯৯০ গী অঙনবা মতমদা লমদম অসিদা কাঙলুপ মশেল হাৎন-শুনবা য়ুম-মৈ থাদুনা অমগা অমগা খুৎ থোক্লদুনা হাৎতোক্লবগী নোংলৈ অমা কন্না হুমলর্কখিবদুগী নুংনাংবা অমা পুক্লিংদা ফাওরকখিবদগী অইবগী খুৎইদগী শেমখিবা লীলানি নুংশিথেল। লীলাগী ৱারী অচম্বা ৱারীনি। *নুংশিথেল* মৈতৈ, পাঙল, নাগা, কুকি পুন্না খুন্দামীন্নরিবা খুল অমনি। ইখঙ-খঙহৌদনা খুন্দামিন্নরিবশিংগী মরক্তা নাগা অমদি কুকি অনিগী মরক্তা অঙকপা য়েংথীনবা অমগা লোয়ননা হাৎন-শুনবা, খুল মৈ থানবগী থৌদোক্তুদগী নুংশিথেলদা মচানুপা অনিগা লৈরিবী মৈতৈ হনুবী অমগী য়ুমদা লৈরুরগদি খৎন-চৈনবা, লৈররোই খন্না চীংমী নাগা অমসুং চীংমী কুকী অমা লাকই। হায়রিবা নুংশিথেলদা লৈরিবা হনুবীশিগী য়ুমদা নাগা কুকি, মৈতৈ পাঙন পুন্না লৈমিন্নবা য়াবা য়ুম অমা শাদুনা লৈমিন্নবদা লীলা লোইশিল্লি। মৈতৈশিংনা য়ুম্ফম অমত্তদা হিংমীন্নখিবা তোঙান-তোঙানবা কাঙলুপশিংগী ময়াই লেপ্তুনা অমগা অমগা নুংশি-চান্ননা হিংমীন্নবা, খৎন-চৈনবা থোক্তনবগী শংদাইশিন্নবগী থৌদাং লৌরিবা মতমসিগা চুশিন্নরবা লীলা অমনি।

লীলা অসিদা ডাইরেক্তর এম. অক্ষয়কুমারনা য়াম্না হৈ-শিংনা থৌনা লৈবী মীচং-মীখায় নাইদবী, পুন্নমকপু নাওয়োক-নাওকোনবিগদবী মৈতৈ নুপী অমা

ময়েক শেংনা পুথোরকই। অইবনা থনন্নিবা দাইলোগশিংদু মশক মুন্না খঙনা থবায় হাপ্তুনা অয়েংবশিংদা উৎথোক্লবা হোৎনবদা ডাইরেক্তর অমদি আর্টিষ্টশিংগী খুৎপুগা থোং মান্নবা হায়বদু হেক থোকই। ট্রেদিসনেল ওইবা ষ্টাইল অমদি ঈংনা নীংথিবা সেটশিং শীজিন্নদুনা পুথোরকখিবা লীলা অসিদা করিগুম্বদা চিৎথ-নাম্বহৌবা অহোবা য়াওখিদবসু নত্তে। চিৎথ-নাম্বহৌবা খরশিং অসিদি খরমখৈ পলহৌবা চুমই হায়নিংই, লীলাশিংগী থবাই হাপ্তুনা মরক মরক্তা পীরক্লিবা ম্যুজিকসি নৌনা থোক্লি। মতম অমদি তাঞ্জাগী য়েংনা ম্যুজিক পীরগদি অয়েংবশিংগী পুক্লিংদা য়ৈহনবা ঙমগনি অমদি সিচুয়েসনসিগা চান্নগদবা ম্যুজিকসি করিনো হায়বসিদা ইচেক চেকশিন্দবগুম লীলাসিদা উই। মেকঅপকী মায়কৈদসু অতৈ নত্ত্রবসু য়ুম মৈ থানদুনা অহিং লানজেন্নরবা লানজেন্নরক্লবীশিংগী মায়থোংগী মেকঅপ তরু-তনাননা জগোই শাবগী মান্না মেকঅপ তৌরকপা হায়বসি চেকশিনবা ৱাৎপনি হায়নিংই। মৈতৈ হনুবীগী মেকঅপ অমদি পাঙল অব্দুলাগী মেকঅপ্তা চেকশিনবগুম চীংমীশিংনা থোরক্লিবা লীলাগী তাঙ্কক তাঞ্জাশিং অসি য়েংনা মেকপতা হোংদোক হোংজিন নৎত্রগা খর শেমদোক শেমজিন তৌবদা যাম্না চুশিনগনি হায়নিংই। কষ্টুমগী মাইকৈদসু অদু মঙাই, কবিগুম্বা কাঙলুপ অমগী মশক তাক্লবা হোৎনবদা ফীজেৎ হায়বসি মথৌ তাই। অদুবু মসিনা অমুক অয়ুক-নুংথিলগী চীংগী পুন্সি মহিংদা মনাৎকী ফিজেৎ ওইরসু অদুমক হোংদনা লৈবা হায়বসি ওইথোক্তে। তোঙান-তোঙানবা চীংমী অনিগী মশক তাক্লবা হোৎনবদা ফি অমা য়ান অমা কোক্তা য়েৎতুনা তাক্লবসু মদুনা য়ুম-কৈ থাদোক্তুনা লালক্তগী চেল্লক্লবী চীংমী নুপীশিং অদুগী ফিরোল অদুদি কদাই ফাওবদা মানা শেৎহন-লীৎহনলিবদু অয়ুক নুংথিল নুমিদাংদা শীজিন্নরমগদগে হায়বসি নৈনহন্নিংই। লাঞ্জেল্লক্লবী নুপী অমনা কবুই জগোই শাবগী ফিজেৎ শেৎ-ইনবা অমদি লিক লৈ শীজিন্দুনা কেখৎলক্লবদি ইচু-চুশিন্নবা ৱাৎপদৌনা লীলাসিদা থেংনরি। মাইকৈ অশোমদা অপুনবগী ওইবা ডাইরেক্তরগী মীৎয়েংসি খরা ৱাৎপগুম্বা অমা থোক্লি।

আর্টিষ্টশিং লোইনমক নৎত্রবসু খরা শোল্লপ তৌবা য়াওরকপসু করিগুম্বদা থেংনৈ। মসিনা লীলা অসি শোম্বহল্লি হায়বমক্তি নত্তে। অব্দুলা (সুরেস), মৈতৈ হনুবী (লিম্বোইঙম্বী), অনজুমান (শান্তিকুমারী), খুজাইপু (রোবীন্দ্রা), গৌজাদৌ (গোগো), অবোথোই (ওমানন্দা) গী দাইলোগ অমদি এক্টিংদা মতিং থোক্না

তৌখিবা কয়া থেংনৈ। তোম্বা (বোয়াই) গী দাইলোগ এক্টিং করিগুম্বদা ইরাই লায়থোকপা অমদি ষ্টেজদা মমায় পুবা ঙমদবা মানবা করিগুম্বদা থেংনৈ, লীলাগী নুংঙাইবগী মহাওদি মহাক্না ফংহনগদবনি অদুবু মানা দাইলোগ ফারবশিবু হায়বগুম্বা ইলায় লায়থোকপগুম্বা অমা তৌবশিনা অয়েংবশিংদা নুংনাংবা পোক্লকই। ষ্টেজদা য়ুমগী সেট অমা শারিবদু ফন্না নীংথিজে অদুবু য়ুমগী সেটতা য়াওরিবা লৈরং, অমদি চা থকখিবগী কপতু লৈরংগা নকশিন্ননা থমজিনবসিদি লীলাসিদা খরা চেকশিনবা ৱাৎলি হায়নিংই। মৈতৈ ইমুংদা থোইনা তৌনদে চা থক্তুনা ফল্লিবা ফানগী মখাদা অহাঙবা কপ থম্বনা হেন্না পক্লগনি হায়নিংই। ❑

# মীৎয়েং অমা ঃ এরিয়ান থিয়েটরগী নুংশিথেল

লমদমসিগী লীলা তৌরিবা চহি য়াম্লক্লবা থিয়েটর কাঙলুপশিংগী মনুংদা এরিয়ান থিয়েটর অসিশু অমনি। লাইবক থীবা থৌদোক অমদগী, মশাগী ইম্ফাল ময়োলমক্তদা লৈজরিবা হোল অসিনা মৈ চাকখিদুনা চাং নাইনা লীলা পুথোক্তুনা মশাগী হোলসিদা লীলা শান্নজবা ঙমজদ্রবসু চহিগী ওইনা অমদি অদুমক লেপ্তুনা পুথোক্তুনা এরিয়ানগী শক্তম অমদি ঙাক্তুনা থম্লক্লি। চৎলিবা চহিসিগী ওইনা শক্লাইরবা প্লে রাইট অরাম্বম সমরেন্দ্রনা ইবা *নুংশিথেল* ফেব্রুৱারী ৮ দা ইম্ফালগী জে এন মনিপুর ডান্স একাদেমী হোলদা প্রেমিযর শো ওইনা উৎখ্রে। মতীং লৈবা লীলা কয়া পুথোকখ্রবা থিয়েটর অসিগী লীলা কয়া লমদমশিগী মীয়াম্না পামনদুনা লাক্লি। নুংশিথেল এস. বাজেননা এসিষ্টন্টে ডাইরেক্তর ওইনা তেংবাংলগা মপুং ওইনা ডা. এন. প্রেমচান্দনা ডিজাইন অমদি ডাইরেক্সন পীবনি। লীলাবু নুংশিজবা পামজবা মীযাম অসিনা থাজবা থম্লিবা থিয়েটরগী স্কোলব ডাইরেক্তর ডা. এন প্রেমচান্দগী লীলা কয়া য়েংনখ্রে। নুংশিথেল অইবনা শাগৎচবা অপীকপা খুল অমনি, খুল অসিগী অকোয়বদা মৈতৈ, মুসলিম, নাগা কুকিনা পুন্না খুন্দামিন্নৈ। নুংশি চান্ননা লৈমীন্নরম্বা অপীকপা খুল অসিদা অঙকপা ফংনা নাগা কুকি, অনিগী হাৎন-শুনবা থোরকপা কয়াদা মৈতৈ অহল ওইরবী ইমানা পুন্নমকপু কোনশিনবীদুনা নুংশি চান্ননা লৈমীন্নবী অপুনবগী ওইবা শক্তম অমা শাগৎত্তুনা হিংমীন্নবদা য়ুম্ফম ওইবা লীলানি।

লীলা অসিদা ডাইরেক্তরনা ইচম চম্বা অপীকপা খুল অমা ওইনা প্রোজেক্ট তৌবদগী লাম্থোক্তুনা নুংশিথেল অপীকপা চীংনা কোয়শিনবা মণিপুর ওইনা পুথোক্লকই। নুংশি চান্ননা লৈমীন্নরম্বা মীওইশিংগী মরক্তা নুংশিনদনবগী হু কামশিন্দুনা য়েংথিহন্নবা হোৎনরিবা কয়াশিংদগী থৈদোক্তুনা ঐখোয় মশেল নুংশিনদ্রবদি নোংমদি মীগী মীথা পোল্লকখিনি মরমশিনা ঐখোয় অমত্তা ওইনা পুন্না নুংশি চান্ননা লৈমীন্নগদবনি হায়বা মীৎয়েং অমদা অইবগী মীৎয়েং পান্দম অদু হেন্না ময়েক শেংহল্লকই।

ডা. প্রেমচান্দগী লীলা প্রদর্শন তোঙানলী, মহাক্কী লীলা খরা *এন্টিগোনি, নোং তারক্রে, মীথিঙ্গাই অমগী মীশি* ইশাগী ওইনা য়েংবা ফংখ্রে। মসিদসু নত্তনা মহাক্কী লীলা কয়া মীয়াম অসিনা য়েংনবা ফংনখ্রে। মমাঙদা উন্নখ্রিবা য়েংনখ্রিবা লীলাশিংদা থাজবা থমখিবা অমদি প্রদর্শন্দা চেকশিনখিবা কয়া হন্দক্কী নুংশিথেল অসিদদি ইরাৎ রাৎপগুম থোকখি। ডাইরেক্তরগী প্রদর্শন্দা নেরেতর (এল. চা. নোরেন) হাপচিন্দুনা লীলাগী রারী লীদুনা ক্লাইমেক্স অমা শাগৎনবা হোৎনৈ। নোরেনগী মীৎকুপ খরগী এক্টিং অমদি ডাইলোগনা মীৎকুপ খরদি অয়েংবশিংবু পিগী ইরা চেলহনবা ঙম্বশু য়াওখি। লীলাগী কন্টিন্যুটিদা খরা তয়াং তশোয়খিবা খরসু থেংনখি, লীলাগী ক্লাইমেক্স শাগৎলক্রিবা গৌজাদৌনা মচানুপী নেংজালিংবু মখুলদগী লাঞ্জেলক্তুনা নুংশিথেলদা লৈরিবা মৈতৈ ইমাগী য়ুমদা থম্লম্মী। অদুবু গৌজাদৌনা মখুলদা চৎখিদুনা য়ুম য়েংশিন্নবগী থোকখিবগা লাঞ্জেল্লকপগী রাখল কাওথোক্তুনা নেংজালিং অমদি অবোথোই চরু ইপুল মরক্তা ফমদুনা রোমান্স তৌহল্লি। অবদুলা অনজুমন অমদি তোম্বা পুশিল্লক্তুনা লীলাগী কন্টিন্যুটি অমা ইমাঙ মাঙবগুম থোকহল্লী। লীলাগী ক্লাইমেক্স অসি কদায়রাই এরিয়াদা থমগদগে হায়বসি লৈতবগুম তয়াং তশোইন লীলা চৎখিবসি লাইবক থীবনি হায়নিংই, লীলা হায়বসি অপুনবগী খুৎপুনি। থোং মানমিন্নবা অমা মথৌ তাই। আর্টিষ্টশিংগী মরক্তা ডাইলোগ ঙাইনদুনা ঙাঙনবা অমদি আর্টিষ্টশিংগী এক্টিংদা ইতিং তিংবা কয়া থেংনৈ। শম্না হায়রবদা রিয়েসেল রাৎপা অমদি ডাইরেক্তরনা চেকশিন্না মোঙ্থোক মোনশিন তৌবা মথৌ তাবদু ইরাৎ রাৎপগুম থোকখি।

লীলা অসিদা মৈতৈ ইমা (সোরোখাইবম সুশিলা দেবী), অনজুমন (সোইবম হোমেশ্বরী দেবী), গৌজাদৌ (সরাংথেম রাজেন) খুজাইপু (বোরোপাও কামসোন) গী পার্ফোমেন্সশিং মায় পাকই হায়নিংই। অদুবু অতৈ আর্টিষ্টশিংগী পার্ফোমেন্টসতি মায় পাক্তে হায়না লৌরুবগী রাফমদি নত্তে, খরা শোন্না থোকই হায়না ঐনা লৌরুবগী রাফমনি। চীংমী নাগা শাখিবা বোরোপাও কামসোনগী এক্টিং অমদি ডাইলোগ তৌবদা য়াম্না নুংঙাইবা ফাওহনখি, ডাইরেক্তরনা চীংমী অমা লীলা আর্টিষ্ট ওইনা চিংশিনবসি থাগৎনিংই। লীলাসিদা পীরিবা ম্যুজিক অদুক হাক্লা পাঙ্গল থোকপা ওইদে হায়নিংই। চীংদা মৈ থানবা, হাৎনবা, মৈতৈ ইমাগী মীৎতা উরকপদা অমদি রাখলনা লাম্লকপদা পীরিবা ম্যুজিক য়াম্না শোল্লি। মতাঙসিদা পীখিবা ম্যুজিক ইফেক্ট অসিনা হাৎন শুনবা, মৈ থানবগী অকনবা ক্লাইমেক্স অদু শাগৎপা ঙমহন্দে।

হন্দক্কী নুংশিথেল লীলা অসিদা ডাইরেক্তরনা অচৌবা সেট অমদি প্রোপর্টি কয়া শীজিন্নরি। চীংগী থেল অমদা শারিবা খাংপোক অদু য়াওশঙগী শঙ মানবা অমা চংলি, অমদি চাগী কেটলি অদু ইচম চম্না টেবল অমগী মথক্তা কপ অমা অনিগা থম্বসি ইচেক চেকশিনদবগী মমি অমা তাই। অদুবু ডাইরেক্তরনা চীংগী খাঙপোক শঙ অমদা ফী তিংদুনা পীক্লিবা অঙাং অমা শুন্নীবা অমদি পৌরাংখোক্তা য়াল্লিবা মৈতৈ, মুসলিম, নাগা কুকিশিংগী ফিশিং অপুনবগী শক্তম অমা শাগৎপদা সিম্বোল ওইনা শীজিন্নরকপা অসিগুম্বা মীৎয়েং থাগৎনিংই। অঙম্বা চীং কারকপা কয়া অর্মাদি মনা কংলবা উপাম্বীশিং উয়ুংগুম্না য়ুংলিবশিং অসিনা মৈনা চাকথেকহনখ্রবা খুল অমগী মশক লাকশিনবসি ফম্না নীংথি হায়নিংই। ❑

# নেসনেল থিয়েটর ফেষ্টিবেলদা মণিপুরী লীলাশিং

নেসনেল স্কুল ওফ ড্রামা (এন. এস. ডি.) ন্যু দিল্লিনা শীনবা তরুকশুবা নেসনেল থিয়েটর ফেষ্টিবেল ভারত রঙ্গ মহোটসব ২০০৪ চহিসিগী মার্চ ২০ দগী ন্যু দিল্লিগী কামানি ওদিটোরিয়মদা হৌদোকখিদুনা এপ্রিল ৮ ফাওবা চৎথরবা মতুংদা লোইশিনখ্রে। হৌদোকপগী থৌরমদা ভারতকী শক্লাইরবা ফিল্ম ডাইরেক্টর মৃনাল সেন অমদি শক্লাইরবা প্লেরাইট এক্টর গিরিস কর্নাডনচিংবনা অথোইবা মীথুংলেনচিংবা ওইখি। চয়োল অহুমলোম চৎথখিবা শাংলবা ফেষ্টিবেল অসিদা থোইদোক হেন্দোক্না চাওথোকচনিংঙাই ওইরিবদি কোরস রেপরটরি থিয়েটর, ইম্ফালগী রতন থিয়াম্না ডাইরেক্সন পিবা *হে নুংশিবী পৃথিবী* উৎতুনা ফেষ্টিবেল অসি হৌদোকখিবা অসিনি। হন্দকী ফেষ্টিবেল অসিদা নেসনেল স্কুল ওফ ড্রামা (এন. এস. ডি.) না চহি খুদিংগী পীগদবা এবার্দ অনি হৌদোকখি। হায়রিবা লুপা লিশিং ৫০ গা কোন্নবা এন. এস. ডি. গী ডাইরেক্তর ওইরম্বা লৈখিদ্রবা বি. ভি. করন্টকী মীংদা পীবা অহানবা এবার্দ অসি কোরস রিপরেটোরি থিয়েটরগী ফাওন্দর লমদমসিগী শৈবেংবা, লীলা ইবা, অমদি ডাইরেক্তর রতন থিয়ামদা ফেষ্টিবেল অসি হৌদোকপা নুমিৎতা খুৎশিন্নখি। অতোপ্পা এক্টর মনোহর সিংহগী মীংদা পীবা এবার্দ অসিনা চহি ৫০ ফাওবগী মনুংদা লৈবা এন. এস. ডিগী গ্রেজুয়েট মহারাষ্ট্রগী বামান কেন্দ্রিদা পীখি। ফেষ্টিবেল অসিদা শরুক য়ারিবা লীলাশিং অসি ফেষ্টিবেল কমিতি অমনা লাইফ পার্ফোমেন্স অমদি ভি. ঐচ. এস./সি. ডি. (VHS/CDs) ৩০০ লোম য়েংলবা তুংদা ইন্দিয়াগী লোল ১৭, ইংলিস অমদি ফোরেন লেঙ্গোইজ অহুম য়াওনা শান্নবা থিয়েটর কাঙলুপ ৭৩ খনগৎখি। মসিগী মনুংদা ভারতকী ব্রাংমদগী জর্মনি, ইরান, থাইলেন্দ, শ্রীলঙ্কা, নেপাল, পাকিস্থান অমদি বাংলাদেশকী লীলা কাঙলুপশিংসু য়াওরি। মসিগুম্বা থোইদোক হেন্দোক্না লেমজনিংঙাই ওইরবা ফেষ্টিবেলসিদা ইম্ফালদগী কলাক্ষেত্র মণিপুরগী হৈসনাম কন্থাইলালনা ডাইরেক্সন পীবা *নাওগুম,* মণিপুরী এন্সেম্বল ইম্ফালগী ক্ষেত্রি

জুগিন্দ্রোনা ডাইরেক্সন পীবা *এন্টিগোনি*, পেরেদাইজ থিয়েটর ইম্ফালগী এল. কিশ্বরজিৎনা ডাইরেক্সন পীবা *দি কোইসন*, কোসমোপোলিটান ড্রামাটিক য়ুনিয়ন, ইম্ফালগী এস. থানিল লৈমনা ডাইরেক্সন পীবা *ঐ অঙাওবা নত্তে*, বানিয়ান রেপরটরি থিয়েটর ইম্ফালগী এম. সি. থোইবনা ডাইরেক্সন পীবা *ময়োন হুন্দ্রবা য়েন্নিং*, পাম্বোইবী নাট্যা মন্দির ইম্ফালগী ৱাই. রাজেন্দ্রনা ডাইরেক্সন পীবা *মুক্তি*, অমদি থিয়েটর মিরর ইম্ফালগী নব ৱারেপ্পনা ডাইরেক্সন পীবা *ক্ষুদিট পসান*, নচিংবা লীলাশিংসু শরুক য়াখি। থৌরমশিং অসি ন্যু দিল্লিগী তোঙান-তোঙানবা ওদিটোরিয়ম হায়বদি কামানি, শ্রীরাম সেন্টর, অভিমঞ্চ, সামুক অমদি ভাৱালপুর হাওসকী ওপন লোনসনচিংবদা পাঙথোকখি। লমদমসিদগী চৎতুনা মপাল লমদা পুল্লুদুনা তোঙান-তোঙানবা নুমিৎশিংদা মাগী মাগী লীলা উৎনবা অদু ঐখোয় মশেলগী ওইবগী থোইনা য়েংনরুদ্রবসু লমদমসিগী নহা ওইরিবা ডাইরেক্তর অমা অনিগী লীলাশিংদি মপাল লমগী মশক নাইবা স্কোলর অমদি মেদিয়া পার্সনশিংনা য়াম্না কন্না পেনবা ফোঙদোক্লবা অমদি ইন্টবভিউনচিংবা তৌহৌনবা হোৎনবা থেংনরকখি। নোংমদা লীলা ৪/৪ উৎখিবসিদা মণিপুরগী লীলাশিংদা মণিপুরীশিংদগী মপাল লমগী মীনা হেন্না যেংনবা লীলা অমা অনিদি থেংনখি।

ফেষ্টিবেল অসিগী মনুং চন্না নেসনেল স্কুল ওফ ড্রামাগী এক্সটেন্সন প্রোগ্রাম ৱার্কসোপকী সিলভর জুব্লিগী থৌরমসু পাঙথোকখি। প্রোগ্রামশিং অসিদা শীজিন্নখিবা পোৎচৈশিং এক্সিবিসন অমশু এন এস ডি গী যোগ রুমদা এপ্রিল ৮ ফাওবা মীয়াম্না য়েংবা ফংনখি। ইং ১৯৭৮ দা হাংদোকখিবা এন. এস. ডি.গী এক্সটেনসন দিপার্টমেন্ট অসিনা হৌখিবা ২০০৩ ফাওবদা ৱার্ক্সোপ, ট্রেনিং প্রোগ্রাম, চিলড্রেন থিয়েটর ৱার্ক্সোপ অমদি ইন্টেনসিভ থিয়েটর ৱার্ক্সোপনচিংবা ১৫০ মুক পাঙথোকখ্রে। পনবা য়াবা অমনা সঙ্গিত নাটক একাদেমিগী মখাদা দি নেসনেল স্কুল ওফ ড্রামা এন্দ এসিয়ান থিয়েটর ইনষ্টিট্যুট ইং ১৯৬০ দা লিংখৎখি। ইং ১৯৭৫ দা মিনিষ্ট্রি ওফ হ্যুমেন্স রিসোর্স দেবলপমেন্ট দিপার্টমেন্ট ওফ কলচর গভর্নমেন্ট ওফ ইন্দিয়াগী শেন্থং মখাদা ওটোনোমস ইনষ্টিট্যুট অমা ওইনা *নেসনেল স্কুল ওফ ড্রামা* মপুং ফাবা রেজিষ্টার বোদি অমা ওইখি।

ফেষ্টিবেল অসিদা হেন্না নুংঙাইরিবদি মিট দি ডাইরেক্তর হায়বা ইন্টরেক্সন প্রোগ্রামশিং নুমিৎ খুদিংগী থমদুনা ডাইরেক্তরশিংগা থিয়েটর স্কোলরশিং অমদি

এন. এস. ডি.গী ছাত্রশিংগা উন্নবগী থৌরমশিং থেংনরকখিবা অসিনি। ফেষ্টিবেল অসিগী লোইশিনবগী থৌরম কেরলাগী শক্লাইরবা থিয়েটর ডাইরেক্তর শ্রী কে. এন. পানিকরনা ডাইরেক্সন পীবা সোপানমগী *কালিভিসম* উৎলবা মতুংদা মীয়ামগা পুন্না ইন্টরেক্সনগী থৌরম পাংথোকখি। নীংশিংবা য়াবদি হৌখিবা চহিশিংদা অসিগুম্বা লোইশিনবগী থৌরমশিংদা শ্রীহবিব তনভির (২০০৮), শ্রী বি. ভি. করন্ট (২০০১) শ্রী রতন থিয়াম (২০০২) অমদি শ্রীমতি ভিজয় মেহতা (২০০৩) নচিংবা শক্লাইরবা থিয়েটরগী দিরেক্তরশিংগী লীলাশিং লোইশিনবগী থৌরমদা শরুক য়াদুনা মীয়াম পুন্না খন্ন-নৈন্নবগী থৌরমশিং পাঙথোকখি।

## পেরেদাইজ থিয়েটর ইম্ফালগী-দি কেশন

পাঙথোকখিবা ফেষ্টিবেল অসিদা উৎখিবা মণিপুরী লীলাশিংগী মনুংদা পেরেদাইজ খিয়েটর ইম্ফালগী দি কেশন অসিশু অমনি। লীলা অসি নেসনেল স্কুল ওফ ড্রামা, ন্যু দিল্লিগী *সামুক ওদিটোরিয়ম*দা মার্চ ৩০ দা উৎখি। পেরেদাইজ থিয়েটব ইং ১৯৪০ গী অদুবাইদা বাংখৈদা লিংখৎখি। ইং ১৯৮৯ দা এল. কিশ্বরজিৎনা নেসনেল স্কুল ওফ ড্রামা ন্যু দিল্লিদগী গ্রেজুয়েট লোইদুনা থোরক্লবা মতুংদা খিযেটর অসিগী অচৌবা দাইত্য কয়া লৌদুনা কাঙলুপ অসিনা অচৌবা অহোংবা কয়া পুরক্লুনা মাংজিল থানা চঙশিল্লকখি। দি কেশন লীলা অসিগীশু ডাইরেক্তর ওইরিবা এল. কিশ্বরজিৎ ইং ১৯৯১ দা ফোরম ফোর লেবোরেটরী থিয়েটর ওফ মনিপুরগী খুৎথাংদা ফোর্দ ফাউন্দেসনগী শেন্থংগা লোয়নননা *ইথনো মেথোদোলোজি ওফ এক্টর ট্রেনিং* দা রিছার্চ তৌদুনা লীলা কয়া পুথোকখ্রে। থিয়েটর অসিগী লীলাশিং *নিংথেম, হেমলেট, মাইখুম* অমদি *চা গ্লাস অমা* পনবা য়াই। কিশ্বরজিৎ লীলাগী ডাইরেক্সন পীবখক্তা নত্তনা লীলা ইবা মীশক অমশুনি। ফিল্মগী লমদশু খোঙদাদুনা মশামক্না ডাইরেক্সন পীখিবা অমদি কুমখিবা ফিল্মশিং লমদমসিগী মীয়াম্না উনখ্রে। লীলা ১৫ গী ময়াদা ডাইরেক্সনসু পীখ্রে। মশামক ইং ১৯৯৫ দা *UNESCO Aschberg Bursaries for Artists* গী এবার্দ ফংখ্রে। লোয়নননা য়ুনেস্কোগী মখাদা ব্রাজিলগী *Centro-Do-Oprimido, Rio-De Janeiro* দা *Theatre of the Oppressed* কী অইবা *Mr. Augurto Boal* গা লোয়নননা বার্ক তৌমিন্নরক্লবা ডাইরেক্তর অমনি।

ফেষ্টিবেল অসিদা উৎখিবা লীলা অসি ডা. শিদলিঙাইবকী *ব্লান দে আই সো মাই বুমেন্স* অমদি লময়ানবা হিজম ইরাবতকী *ইমাগী পুজা* হায়রিবা শৈরেং অনি অসিদগী ডাইরেক্তর এল. কিশ্বরজিৎনা লীলা ওইনা শেমগৎত্তুনা পুথোক্লপনি। লীলাসিগী নুংগী ওইবা ঈচেলদি মালেমগী লৈমায়সিদা শাফু কন্না হোংলক্লিবা টেক্নোলোজিগী চৈথেং অসিনা মীওইবা জাতিগী নুংদা লৈরিবা অনীংবা অদুদি কোকহনবা ঙমদ্রি, অহোইনদুম থোইনা হেন্না অনিগী মরক্তা চয়েৎনবা লাক্লি। মসিনা মীওইবা সমাজগী মরক্তা অমদি নুংগী ওইবা শান্তিগী ঈচেল অদু কায়থরক্লি। অচম্বা পুকচেল শান্তি পামজবা, অচুম্বা চৎচনিংবনা মাঙথরকখি। মীনা মীবু শেত্তুনা চানরকই, অঙম অঙম্বা হাৎনরকই। ঈগী সংসার অমা উরকই মসিনি লীলাসিগী নুংগী ঈচেল।

লীলা অসিদা মরু ওইবা শক্তম লাংলিবা মীওইশিংদি ব্রজবিধু, মোধুচন্দ্র, দেভিদকুমার, খোগেন্দ্রজিৎ, জিতেন, সোমোরেন্দ্র, মোবি, মিরা, লাইজা অমদি ইমোতোম্বনি। লোয়ননা শান্তিগী সিম্বোল ওইনা থোক্লিবা মমা অমা ওইনা এম মীনাকুমারী দেবীনি। ডাইরেক্তরনা ব্রজবিধু অমদি মীনাকুমারীদা পাদম লৌদুনা ইনখৎলক্লিবা লীলা অসিদা চপ চানা আর্টিষ্ট অনিসিনা মাগী মাগী পার্ফোমেন্স ফজনা পীখি। লীলাসিনা লৈমা জগোইগী শাথেক্লা সিম্বোল ওইনা শীজিন্নদুনা মীনাকুমারীনা হোংলক্লিবা টেক্নোলোজিগী চৈথেংদা মীওইবা অমগী নুংদা ফাওবা চৈথেংশিং কয়া য়াম্না ফজনা উৎখিবা মহাকী এক্টিংদা অয়েংবশিংগী পুক্লিংদা কি তুজ্যংহনবা পোকহনবা ঙম্বা য়ৌনা পীখিবা পার্ফোমেন্স মীনাকুমারীগী চপ চানা মায় পাক্লবনি হায়নিংই। ব্রজবিধুশু অদু মঙাই লীলাসিদা *চিক্লবা অহিংগী থেংলবা তাংলৌগী ঈংলবা থাবলদা মিরবা খোঞ্জেলনা ইমা কৌরিবা কনানো ...*। মাগী নুংহিক্লবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা ফোঙদোরকপা থৌনা ফন্না পাঙথোকখিবা অতৈ আর্টিষ্টশিংগী পার্ফোমেন্স পীরকপদা চাং মান্নখিবগী ফজবা শক্তম উবা ফংই। চপ চানা লীলা অসি মচং ওইবা লীলা অমনি হায়নিংই। ইম্ফালদা অমুক্তংগা মীয়ামদা য়েংবা ফংহলবদি য়াম্না ফগনি হায়নিংই।

## কলাক্ষেত্র মণিপুরগী নাওশুম

চৎথবিবা ফেষ্টিবেল অসিগী মনুংদা চন্না কামানি ওদিটোরিয়মদা কলাক্ষেত্র মণিপুরগী হৈসনাম কান্হাইলালনা ডাইরেক্সন পীবা *নাওশুম* উৎখি। লীলাগী

টেক্স অসি লাইশাংবম ধনজয়গীনি। কলাক্ষেত্র মণিপুর চাংয়েং লীলা তৌবা কাঙবু অমা ওইনা হৈসনাম কহ্নাইলালগী লমজিং লমতাক মখাদা ইং ১৯৬৯ দা লিংখৎখি। থিয়েটর কাঙলুপ অসিনা লীলা কয়া শান্নখ্রে। থোইদোক হেন্দোক্লা পনবা য়াবা খরদি *তম্নলাই, কবুই কৈওইবা, পেবেত, মেমোরিজ ওফ অফ্রিকা, কর্ণ, লাজ্জা দ্রোপটি* অমদি *ঈজ্জৎ* নচিংবা লীলা মীয়াম্না উনখ্রে। হৈসনাম কহ্নাইলাল ইং ১৯৮৫ দা সঙ্গিত নাটক একাদেমী এৱার্দ অমদি ইং ২০০৩ দা পদ্মশ্রী এৱার্দ ফংখ্রবা শক্লাইরবা থিয়েটর ডাইরেক্তর অমনি।

লীলাগী নুংগী ওইবা ঈচেলদি থাবুম ১০ নাউপুদুনা তাইবং মীওইববু মালেমদা খোঙ থাংদোকহল্লিবা ইমা হায়বসিগী পাম্বোমনুংদা পুম্নমকপু কোনশিনবীদুনা নুংশি চান্ননা লৈমিন্নরদুনা য়েক্লবা কয়াদগী ঙাকথোকপা ঙম্লম্মী। অদুবু ঙসিগী মীরোল অসিদদি অসিগুম্নবা ইমাগী পাম্বোমনুংসিদগী নাম্থোকখিদুনা ঐখোয় মশেলগী মরক্তা য়েংথীনবা হাৎন-শুনবা, কয়ানা থল্লবা মরকশিদা তোঙান-তোঙানবা শক্তি কয়ানা লাকশিন্নবা হোৎনরক্লিবা, তোখায়-তোখায়রবা, কায়থরক্লবা মরকশিদা ইমাগী নাওশুম ঈশৈনা কোনশিন্দুনা অপুনবগী মশক অমা শাগৎপা ঙমদ্রবা লমদম অমা ওইবরে হায়বসিনা লীলাগী নুংগী ঈচেলনি।

লীলা অসি উৎপগী মাঙওইননা ডাইরেক্টরনা মীয়ামদা ফোংদোক্লদুনা হায়, নাওশুম ঐখোয়গী আই দিয়া অমদি এক্সপিরিয়েন্সশিং অসি প্রাইভেৎ ইন্দিভিজুয়েলশিংগী তাইবংদা চিংশিনবা পামজবা মীওইশিংগী ওইবা লীলানি। লীলাগী খোংজংদি ইথিনিক টেরিটোরি অমদি চঙশিলক্লিবা প্রাক্তিকেল ওবজেক্টিভ ইস্পেক্ট অদু খঙহন্নবা হোৎনবনি। লীলাগী থৌওংদি আর্টিষ্টশিংগী হকচাংদা পাঙ্গল শক্তি হাপ্তুনা নুংগী ওইবা ৱাফম কয়া খুৎথেক্লা শাথেক্লা পুথোক্লবা হোৎনবনি। লীলা অসিদা মরু ওইনা এক্ট তৌরিবী থিয়েটর অসিগী ভেটরিয়ান এক্ট্রেস হৈস্নাম সাবিত্রিনা ডাইরেক্তরগী মীৎয়েং, নুংগী ওইবা পোৎশক অদু মীয়ামদা উহনবা হোৎনবদা থৌনা ফনা চংশিলকই। মহাক্কী মতেঙ পাংবা ওইনা হৈসনাম তোম্বা, এম. বতন, এ. উখেন্দ্র, জি. কোকেন, এন. জদুমনি, ঐচ. সনজুক্তা, এস. মংলেম্বী, পি সন্ধ্যারাণী অমদি সি. ঐচ. বিজেতানচিংবনা মতেঙ পাংদুনা লীলাদু মপুং ফবা অমা ওইহনখি।

লোল য়াম্না ঙাঙদবা হকচাংগী লেঙ ওৎপা শাথেক্লা পুক্লিংগী নুংগী ওইবা থাফম কয়া মীয়ামদা য়ৌহনবা হোৎনবনা লীলাগী মরু ওইবা মচৎ ওইরি। লমদমসিগী ওইবা শাথেক- শাওংশিং অমদি শৈশক শৈদা কয়া শীজিন্নদুনা লীলাগী থবাই হাপকৎলি। *থা থা থাবুং তোন নচা মোরাম্বী পোবীগে পোবী সনম নম্বীগে হৈবোং চরোং অমত্তা থাদরকউ থাবুংতোন পারী ইমোম অপীখক খোম্লেন তুমখুল তাল্লোনে।* শক্লাইরবী সাবিত্রিগী শৈশক শৈহেক্লা অয়েংবশিংগী পুক্লিংবু হুমদুনা পুখিদুনা পুক্লিং তুজুংবা পোকহল্লি হায়নিংই। অদুবু থিয়েটর কাঙলুপ অসিগী লীলা পেবেত য়েংনখিবশিংনদি ডাইরেক্তরগী মীৎয়েংদা শাগৎলক্লিবা সাবিত্রিগী হকচাংগী শাথেক শাথুপ অনৌবা অমা নত্তে হায়নিংই। ঐখোয়না পেবেতা উখিবা ফিজিকেল মুভমেন্ট অদুদগী থোইদোক হেন্দোকপা মুভমেন্ট থেংনদে, মসিনি লুরিবদি।

ঐখোয়না শক্লাইরবা ওজাসিদগী অনৌবা বোদিগী মুভমেন্টনা অনৌবা খোঙ্হোক থোক্লক্তুনা অনৌবা থাহল্লোক অমা পুথোকপা অদুনি পান্নরিবা অমরোমদা অমুকশু ডাইরেক্তরগী মীৎয়েং পান্দম অসি য়ৌনা লীলা তৌবকখিবসি শক্লাইরবী সাবিত্রিদগী খংলাপ লাপ্না চোংথোক্তুনা ইনখৎলক্লিবা নুপীমচা নুপামচা আর্টিষ্টশিংদা চপ চাবা পান্দম লাক্তুনা মেৎতুনা অনৌবা মীরোন অমা শেমগৎপা মথৌ তারি। থিয়েটর অসিনা অসিগুম্বা আর্টিষ্টশিং শেমগৎত্তে হায়বগী নত্তে। শেমগৎ-শাগৎলী চপ চাবা ডাইরেক্তরগী মীৎয়েং অদুগা আর্টিষ্ট অমগী নুংদগী থোক্লকপা থাখল্লোন মুভমেন্ট অদুগা চানদুনা সাবিত্রিগুম্বী নুপী আর্টিষ্ট খরশু থিয়েটর কাঙলুপ অসিদগী থোরকপা পামই। নাওশুম লীলা অসিদি অতৈ আর্টিষ্টশিং ফিজিকেল এক্সর্সাইজ তৌবা বোদিগী মুভমেন্টশিং খরনা অয়েংবশিংদা উৎখিবদু ইপেন পেনখিদবগুম তৌই। ❑

# মণিপুরী এন্সেম্বলগী কোকেসিয়ান চোক সর্কল

বর্টোল্ট ব্রেষ্ট জর্ম্মনিদা পোকখিবা মমীং লৈবা লীলা ইবা নুপা অমনি। কোকেসিয়ান চোক সর্কল অসিমকশু ব্রেষ্টকী লীলানি। লীলা অসি অইবসিনা জর্ম্মনদা লিংখৎখিবা বলিনর এন্সেম্বলনা শান্নবদা মায় পাকখ্রবা লীলানি। অসিগুম্বা জর্ম্মনদা মমীং লৈখ্রিবা লীলা অসি মণিপুরদা মণিপুরী এন্সেম্বলনা হৌখিবা চহি লোইবা নুমিৎ ১৯৯৫ ডিসেম্বর ৩১ দা ক্ষেত্রি জুগিন্দ্রোনা লমজিং লমতাক্তুনা অমুক পুথোরকখি। মসিনা মণিপুরদা বর্টোল্ট ব্রেষ্টকী লীলাবু চাওরাক্লা মশক তাকপা অমা ওইহনখি। লীলাগী নুংগী ওইবা ৱারোলদি অঙম্বা অমনা লৈঙাক্তুনা পানবা লৈপাক অমদা নিংথেমচাশিংনা লাল হৌরকখি। লাল্লক অদুদা লাম্লোই মচা অমগা নিংথেম নুবী অমগা অপাম নুংশি ৱাইথুংনশি ৱাশক্লে। লালনা লুশিলক্লবদা লাম্লোই মচাদু লাল চৎখি, নিংথেম নুবীনা অঙম্বগী তাম্লোয়দু থৌগনদুনা লৈহৌখি। লালনা কনশিলক্লবদা অঙম্বগী তালোয়দু সনা-লুপা ফিরোল পুদুনা মচাবু হন্দোক্লম লাল চেনখি। য়ুম্বানদ্রিবী নিংথেমনুবী গ্রুসা (এম. জয়শ্রী) গী মখুত্তা অঙাংদু তাহৌখি। গ্রুসানা অঙাং পুদুনা লালজেলক্লবদা তুংদনা লান্মীশিংনা তান্নরক্তুনা অঙাংদুবু থিরক্লি। চীংলোন ৱাংমদা লৈখিবা মবুংগী মনাক্তা লৈদুনা অঙাংদু ৱানা য়োকচরকই। মবুংনা অশিবগী ফমুংদা য়াতাদুনা লৈরবা মীওই অমদা গ্রুসাবু থাজবী। মরকশিদা লাল লোইখিদুনা অপাম নুংশি ৱাইথুংনশি ৱাশরুখিবা লাম্লোইমচা সিমোন চসাভা (এম. ডি. অবদুল কদির) থুংলে। লান্মীশিংনা থিরক্তুনা লাল্লকক্তা হন্দোক্লম্বী অঙম্বগী মচাদু থেংনদুনা পুখ্রি। হৌজিক্তি অঙাংগী মমা অনি শুরক্লে। য়োকচবী গ্রুসা ৱায়েনশং কাবা তারী। ৱায়েন মপুনা মীনা শীংথানবীদ্রবা য়ু ঙাওবা আজদাক (আর. কে. নাওরিয়া) নি। ৱায়েল পীফম খঙলক্তবদা লৈমায়দা চেনবাক্কী লাকোয় য়েকলে। য়েংনরিবা অঙাংদু ময়াইদা থমলে মমানি হায়নরিবা অনিনা লাকোয়গী মপালদা লেপহলগা অঙাংগী খুদাং নাম্মা নাম্মা পাইনহন্দুনা চিংনহন্নবা য়াথং তৌরক্লম্মী। পীশক

পীক্লিঁউদগী নুংশিনা চাওনবা য়োকচরকপী গ্রুসানা অঙাংগী খুদাং পায়না চিংবদু পামলমদে। মমৈথংদা ৱায়েল মপুনা গ্রুসাদা অঙাং শিন্নখ্রি।

লীলা অসিদা ইনাৎকী ওইবা ঈশৈশিং খোংজোম পর্ব, খুল্লং ঈশৈ, অমদি থাবল ঈশৈগী শৈশক কয়া মনীং তন্না আর্টিষ্ট কয়ামুক্না ষ্টেজদা শকহন্দুনা লীলাগী থৱায় হাপলকই। লীলা য়েংনা য়েংনা মসিবু ওইথোকপা য়াব্রনে হায়না নীংজিং মাংজিন খলহন্দুনা চৎহনবদুনা লীলা লোইবফাওবদি হুমদুনা অদুমক পুই। লীলা অসিদা লাল মরক্তা অঙম্বগী তালোয়না মপুকথোক্কী মচাবু কাওথোকপমখৈ সনা-লুপা ফিরোললনা হেনলি খন্দুনা খোমদুনা পুরগা লাল চেনখ্রিবা নিংথেম নুবী গ্রুশাবু কুম লায়নানা নাদুনা শিগদৌরবা নুপা অমদা লুহোংবীবা; অঙাং মুন্নরকপা অমদি য়ু ঙাওবা অমনা ৱায়েল মপু ওইরকপা লীলাগী প্লোটতি মপাঙ্গল কন্না ফনা নীংথিনা শাগৎলকই হায়নিংই। ব্রেষ্টনা পামজখিবা অদুমক কায়হন্দনা ক্ষেত্রি সনাজাওবনা মণিপুরীদা হনদোক্কুনা মণিপুরী এঙ্গেম্বলনা পুথোরকখিবা লীলা অসি খরমখৈ মায় পাক্লে হায়নিংই। লীলাশিবু লমদমশিগী লৈহাওশিগা চুশিন্নহন্না শেম শাদুনা পুথোরক্লিবা ক্ষেত্রি জুগিন্দ্রো, নেসনেল স্কুল ওফ ড্রামা ন্যু দিল্লিগী ছাত্রনি, মহাকপু থাগৎত্তবা ঙমদে। ডাইরেক্তরনা লমদমশিগী লৈজরিবা ইনাৎকী ওইবা মচাক মরলশিং কয়া শীজিন্নদুনা অনৌবা পোৎশক অমা শেম শানবা হোৎনরী। ক্ষেত্রি জুগিন্দ্রোগী লীলা খরসু মমাঙদা পুথোকখিবা লৈখ্রে, পনবা য়াবশিংদি মিনিস্ত্রি ওফ হিউমেন রিসোর্স ডিভলপমেন্ট এন্দ কলচরগী শেম্থং লৌদুনা ত্রাইবেল কলচর অমদি পার্ফোমিং আর্টসপু কুপ্না থিজিন্দুনা মাগী লমজিং মখাদা কৌরৌ নারল চনবদা, ঐখোয়বু হিংহনবিয়ু, হেঞ্জুনহা, ওদিপস রেক, কাটিনি কাজিনি (মাও লোলদা), হুন্দুঙ খুল্লাকপগী মচানুপী (তাম্খুল লোন্দা) অমদি নুমীৎ কাপ্পনচিংবা লীলা কয়া পুথোকখ্রে। অসিগুম্বা নহা ওইরিবা ডাইরেক্তর অসি ঐখোয়না কাওফম থোক্তে। ❑

# মীৎয়েং অমা মণিপুরী ফিল্ম থম্মোয়নদি কৌহৌরি

মণিপুরী ফিল্মবু কনানা য়েংই হায়বগে, করিগুম্বা মতাঙদা ঐখোয় মৈতে মচাশিংনা হেক্তা হায়নবা য়াওরকই। ঝাফমসিদা ঐনা লৌরিবদি মণিপুরী ফিল্মবু হন্থনা য়েংই অসিনি। চুম্মী, নাকল অমরোমদা মণিপুরী ফিল্মবু নীংথিনা য়েংনবসি তাঙলম্মী, মণিপুর মচাশিংগী মরক্তা; অদুবু হন্দক চহি খরা অসিদদি মণিপুরী ফিল্ম য়েংবগী চাং অসি ফজনা হেঙ্গৎলে হায়বা য়ারে। মণিপুরী ফিল্ম উৎপা হোলশিংদা কলাবাজার তৌবী তৌবশিংনা ফনা নীংথিনা টিকেত কলাবাজার তৌবা থেংনরে। চহি খরগী মমাঙদদি মণিপুরী ফিল্ম উৎপা হোলশিংদা সিনেমাগী কলাবাজার তৌবশি কয়া থেংনরমদ্রবনি।

মণিপুরী ফিল্মদবু কনানা হায়বা ঝাফম লাপ্পা থম্নখ্রে, ফিল্ম পুথোক্লবগী চাংদশু মাঙবা তোংবা থিদনা নোংম-নোংমগী ঈশিং ঈচাউগুম হেঙ্গৎলক্লি। অদুগা মণিপুরী ফিল্মগী লাইবকসু নোংম-নেংমগী ফগৎলক্লি হায়বা য়ারি। মণিপুরী ফিল্ম কয়া নেসনেল অমদি ইন্টরনেসনেলগী থাক্তা য়ৌদুনা মপাল লমদা ফিল্ম কয়া উৎলুরে। নৌহৌননা নীংশিংলবদা মণিপুরী সিনেমাগী লময়ানবশিংগী মনুংদা অমা ওইরিবা কে. টি. ফিল্মগী করাম মনমোহন্না দেবকুমার বোসগী ডাইরেক্সন্দা "মতমগী মণিপুর" ২০ শুবা নেসনেল ফিল্ম ফেষ্টিবেলদা প্রসিদেন্ট গোল্ড মেদল (১৯৭২), মতুংদা; শাফবী (১৯৭৫), ওলাংথাগী ঝাংমদসু (১৯৮০), ইমাগী নিংথেম (১৯৮২), সনা কৈথেল (১৯৮৪), পাওখুম অমা (১৯৮৪), ইশানৌ (১৯৯০), খোম্থাং (১৯৯২) শম্বল ঝাংমা (১৯৯৪), মায়োফিগী মচা (১৯৯৪) সনাবী (১৯৯৬) অমসুং চৎলেদো ঐদি (২০০১) হায়রিবা ফিল্ম খরশি লেমজনিংঙাই ওইরবা মনা-মথুম কয়া ফংখ্রবা ফিল্মশিংনি। মসিদনি ডাইরেক্তর, প্রদ্যুসরশিংনা নুংঙাইজরিবা অমদি আর্টিষ্টশিংনা পেঙ্গরিবা। হৌজিক লমদমসিদা শেল মাঙবা তোংবগী খল থোইনা য়েংলুদনা ফিল্ম কয়া মথং মথং নমদুনা পুথোক্লিবা কম্পেনি অমগী মমীং পনবা তারবদি ব্রাইত ফিল্ম মণিপুরনি। ব্রাইত

ফিল্ম মণিপুরদি ফিল্ম কম্পেনি হায়বগী মহুত্তা ফিল্ম ইনষ্টিট্যুটনি হায়বা ফাওবা য়াই। মরমদি কম্পেনি অসিমদি মণিপুরদা ফিল্ম পুথোক্লরিবা ফিল্ম কম্পেনিশিং খরদগী তোপ-তোপ্পা অমনা তোঙানবা এক্টিভিটিশিং কয়া অমা পাঙথোক্তুনা লাক্লি। নীংশিংবা য়াই, মমাঙগী চহিদা দোন ২০০০ অমদি হন্দক্কি চহিদসু দোন ২০০১ পাঙথোক্তুনা ফিল্ম আর্টপু পামজবা মীওই কয়াগী টেলেন্টশিং অদু মৈ ঈক্তুনা মতীং খঙহৌনবা অমদি পুথোক্লবা হোৎনরি। হন্দক্কি চহি অসিদদি য়াম্না তোপ-তোপ্পা মশক অমা ওইনা ফিল্ম আর্টকী মতাঙদা অমদি কেমেরাগী মরমদা লেকচরঙ ৱার্কসোপ কয়াশু পাঙথোকখি। মণিপুরী ফিল্মগী পোলিসি অমফাওবা নীংথিনা শেমদুনা মওং মরিল চুম্না চৎননবা হোৎনজবা ঙমজদ্রিবা মণিপুরগুম্বা লমদমসিদা ফিল্ম প্রোদ্যুসর কয়ানা ফিল্ম পুথোরক্লিবসি হেন্না থাগৎনিংঙাইনি।

ব্রাইত ফিল্ম মণিপুরনা ফিল্ম কয়া পুথোকখ্রে। নিংশিংবা য়াই, সঙ্কর ফিল্ম ইন্দর্ষ্টিজ মণিপুরগা পুন্না পুথোকমিনখিবা ফিচর ফিল্ম কনাগা হিংহৌনি (১৯৯৬), মসিগী মতুংদা ব্রাইত ফিল্ম মণিপুর খক্তনা মায় পাক্লা মথং মথং লেপ্তনা পুথোরকখিবা ফিল্মশিংদি, ইরাল ওইরগে (১৯৯৭), অমম্বশু অঙানবনি (১৯৯৮), অরোইবা নত্তে (১৯৯৯) অমদি হন্দক্তা ইকুই কুইদনা থম্মোয়নদি কৌহৌরি (২০০১) পুথোরক্লি। চৎলিবা চহি অসিগী মার্চ্চ থাদগী কম্পেনি অসিগী তরুকশুবা ওইনা থৱানমিচাক্লা কেনথ্রবদা নম্বা লোইখ্রে। ব্রাইতনা পুথোকখিবা ফিল্ম খুদিংমক তোঙান-তোঙানবা থিম অমদা নৎত্রগা অমদা ফোকস তৌদুনা মেসেজ অম্মম পীনবা লাক্লবা ফিল্মশিংনি। চহিসিগী হৌগৎলকপা শরুক্তা পুথোরকখিবা ফিল্ম থম্মোয়নদি কৌহৌরি হায়বা অসিনা 'ৱার্ক ফোর এনি ৱার্ক' হায়বসিদা মরুওইনা প্রোজেক্ট তৌদুনা পুথোরকপা ফিল্মনি। অদুবু কদায়ফাওবা ফিল্মসিদা থিম অসিগী মমি তাবা ঙল্লিবা ঙমদ্রিবা হায়বা ৱাফম অমা ওইরিবা ফিল্মসি মণিপুরগী মীয়াম্না পাম্না য়েংনরিবা মীওই কয়াগী থম্মোয়বু থুগায়দুনা মীৎকি পি শীঙ্কহনবা ঙম্বা ফিল্ম অমদি ওইখ্রে হায়বসিমদি থোইনা পঙহায় হায়জিনবা ওইররোই।

ব্রাইতনা পুথোরকপ্রবা অমদি পুথোরক্লিবা ফিল্মশিং অসি ঙম্নমক মীবু কপহনবা, মীবু করম্না কপহনসিগে হায়বা খুৎথারোমদা হেন্না পুক্লিং লুপশিনবগুম তৌই। হন্দক্কী থম্মোযনদি কৌহৌরি ফিল্ম অসিদসু হায়রিবা ফোর্মুলা অসিমক থবক ওইনা পাযখৎলকই। মীয়াম্না য়াম্না পাম্না য়েংনখিবা ফিল্ম ওইরগসু ফিল্মসি

য়েংলুরগা তোঙান-তোঙানবা ৱাফম কয়ামুক চোংথোরকই। ঐখোয়গী মণিপুরী খুনাইসিগী লীচৎলোমদগী য়েংলগা পাদম অমা ওনবদা মপান লমগী মরুওইনা হিন্দি ফিল্মগী মমি অমা ফন্না নীংথিনা তারে হায়বদা হায়মনবা থোক্তে। ফিল্মসিগী ৱারীদা ইমুংদুদা পুন্নমক্কী মণি ওইরবী থোইবি (প্রিয়াদর্শিনি) গী বার্দ দে গী থৌরমদা মিদল ক্লাস কী ফেমিলি ওইনা অহল লম্মন থক-খা খংনা যুম্বাল্লিবা ইমুং অমগী মথৌ অনিনা মকুবোক্কি মমাঙদা মশম-মনা থাদোক, ঈশে শক্তুনা জগোই শাবদু লমদমসিগী লৈহাউগা চান্নবা ৱাৎপা সিন অমনি মণিপুরী ফিল্ম কয়াদা ঈশৈশিং হাপচিন্দুনা অয়েংবশিংদা নুংঙাইরবা মহাউ অমা পীনবা হোৎনবদা ঈশৈগী পিকচরাইজেসন তৌবদা লমদমশিগা ইচু-চুশিন্নদবা মওংদা মপান লমগী ফিল্মশিংদা উরুবা থেংনরুবা খরা তাপ তাপ হাপচিন্দুনা হেক্তা তৌশিনবগী চৎনবী ঐখোয়গী মণিপুরী ফিল্মশিংদা হেক্ হেক্ থেংনবদু হন্দক্কী ফিল্ম অসিদসু থেংনরি। ডাইরেক্তরশিংনা ঈশৈগী পিকচরাইজেসন তৌনবা হোৎনবদা লমদমসিগী জগোই, ঈশৈ কয়াবু উশিনবা ঙমহৌদবা কয়াগী মমি ফিল্মসিদা তারি। মসি উশিল্লুবতা নত্তনা লমদমসিগী জগোই, ঈশৈ কয়া লৌখত্তুনা মফম চানা চানা লেংশিনবা ঙম্নবদি ফিল্ম কয়া ইন্টরনেসনেলগী থাক্তা চেনখৎলক্তুনা মণিপুরীশিংগী মশক অমসু উৎপা ঙমদনি। ফিল্মসিদা 'ৱার্ক ফোর এনি ৱার্ক' হায়জরগশু মসিগী মমি ডাইরেক্তরনা নীংথিনা য়ৌশিন্না তাহন্দুনা ৱাহৈ পরেংসিগী অর্থ থোকহনবা ঙমদে। সুধির (অমরজিৎ) না রিক্সো থৌদুনা শেল তানবা অদুখক্না ৱাহৈ পরেংশিগী অর্থ খক থোক্তে। কদায়দগী করি তৌরগা শেল তানগনি, করম্না হিংগনি হায়বসি ভিজুয়েল সোট খরগা হেন্না হাপ্না মথৌ তায়। নোংমা রিক্সো থৌবা লেপ্না নুমিত্তা পৈশা লৈতবগী উংবদুনা ৱাহৈ পরেংশিগী অর্থ ৱাহয়োক লৈহন্দে। মহাক্কী উপাই অমা থিবা তাবনি। ফিল্মসিদা কানন (লিলাবতি) গী মফম চাউনা পুখৎনবা হোৎনবদা ৱারীসিদা মাগী ফিদা পীক্না থম্মী। ইশম শন্না মহাক্কি রোল অসি শুকয়াওমক য়াওদ্রবসু য়াবনি। ফিল্মসিগী ডাইরেক্তরসু ওইরিবা কিশ্বরকুমারনা ফিল্মসিদা কুম্নক্তুনা অমরজিৎপু খৎনবা হৌহনবা, ফীভম অমদা ফুন-চৈনবা য়ৈনবগী সিন্ য়াওদ্রবদি ফিল্ম হায়বা হিন্দি ফিল্মগী ৱাখল্লোন্দুদা মীফত্তা অমগী প্রোজেক্ট তৌরিবসি য়াওদ্রবা ফাওবদা ফিল্মসিগী পরিং করিসু কায়রোই। মরু ওইনা ফিল্মসিগী ৱারীসি ইমুংদুগী মীওইশিংনা ফিল্মসিগী মরুনি। মখোয়না নোকহনবনি, নুংঙাইহনবনি অমদি কপহনবনি।

অরোয়বা ওইনা থন্নিংবা বাফমদি ঈশৈগী পিকচরাইজেসন তৌবদা মপান লমগী হিন্দিগী অপুবা বাখল্লোন্দা শাগত্তুনা পংতৌ তৌশিন্দবা অমদি লমদমসিগী লম্মিৎ-তুমিৎকী মশক কয়া য়েংদুনা মফম চানা হাপচিনবনা ফজবা ফিল্মগী মতৌ লাক্কনি। অপুবা বাখল্লোন ঙাক্তনা শাগৎপা বারীনা ফিল্ম পুথোকপগী চৎনবী লৈরকপা অসিনদি নোংমা পুফম লৌথোকফম লৈরক্তবা মতমদা, অবাৎপা মেনখৎপসু ঙমহৌদা ইরারুবগী ফিভমদা লাকপসু য়াই। মীঙোন্দগী পুবা বাখল্লোন থাদোক্লগা ঐখোয়গী বাখল্লোন অমদি পোথোকশিং মপান লমগীনসু খরা পুখিসনু হায়নিংই। ফিল্মসিদা কুন্নিবা জ্ঞানরঞ্জন, ওকেন, অমরজিৎ, ললিত, হেমাবতি, সিমা মণিপুরী ফিল্মদা অনৌবা নত্তে। মণিপুরী ফিল্মগী তাঙলবা লল্ ঙাক্তনি। মখোয়না ফিল্মগী য়াংলেন শরুনি। অঙাং ওইরিবী আর্টিষ্ট প্রিয়াদর্শিনি পার্ফোমেন্স হেন্না ফগৎহন্নিংই। ফিল্ম অসি চান্দ হৈসনামগী বারীদা লাইময়ুম ধনচন্দ্রনা স্কৃনপ্লে তৌরগা বিশ্বামিত্র অমদি কিশ্বরকুমারনা ডাইরেক্সন তৌবনি। হামোম নবনা ম্যুজিক ডাইরেক্তর অমসুং চান্দ অমদি হেমোলতা হৈসনামনা ফিল্মসিগী প্রদুশরনি। ❑

# মায় পাকপগী লম্বীদা খোঙ থাংজিনলক্লিবা ঐগী পুন্সি

**অবাৎপা লৈত্রবা থম্মোয়দা, নঙতা মন্তায়রে বাথলিবা, হাঙলবা থম্মোয় অতিয়াদা, নঙদি উদ্রে ধ্রুবতারা।**

শৈশকশি মণিপুরগী মীয়ামদা অনৌবা অমা ওইদ্রে। মীৎকুপ খরা ইতাও তাওনা ইনুং নুংঙাইনা চৎলম্বা ফিল্মসিদা ঈশৈশি শক্লকপা মতাঙদগি অয়েংবশিংগী থম্মোয়দা অমদি মায়থোংদা অহোংবা অমা লাকখি। মসিনা মীৎলু অনিদা পিগী ইরা ইহৌহনখি। মণিপুর ড্রামাতিক য়ুনিয়ন (এম. ডি. য়ু.) গী লীলা ফম্পাক্তা কয়ারক হন্না শান্নদুনা অয়েংবশিংগী মীৎলুগী পী তাহনখ্রবা 'লম্বী চৎপা' ড্রামা আর. কে. কৃপাগী 'ঐগী পুন্সি' ওইনা শায়োনলকপদা বারীশি হান্না তারুরবা উরুরবশিংদদি হান্নগী মহাওদুমক য়ৌবা ঙল্লিব্রা নৎত্রগা মসিনা তোপ-তোপ্পা মহাও অমা পীবা ঙম্লব্রা হায়বসি য়েংলুরগতা খঙলকই। ফিল্মসিগী ক্লাইমেক্স ঈশৈশিদগী হৌরকই। মপুং ওইবা বারি খুঙ্গংগী পুন্সিদা চাওরকখিবা ঈশৈবু পামজবা শৈশকপা পুন্সি (দিয়া) গী পুন্সি খোঙচৎ অমদা থৌদোক কয়া থেংনখি। থৌদোকশিংদুগী মনুংদা মমীৎ উবা ঙমদ্রবী কনা অমত্তসু লৈজদ্রবী তম্ফামনি (ভাবানি) গা থেংনখি। পুন্সি তম্ফামনিগীদমক কৎথোক্কে খনখি কৎশু কৎথোকখি। পুন্সিগী হোৎনজবগী মপান্না তম্ফা মমীৎ উবা ঙমজখি। লৈখোম লৈনাং মরক্তা শাৎপী থম্বালনা লাইগী মন্দির য়ৌখিবগুম তম্ফা মাবু লায়েংলিবা ডা. প্রেম (ওকেন অমাকচম) গী পুন্সিগী লোইনবী ওইখি। হৌরকঙৈ অঙাং ওইরিঙৈ পুন্সিদগী মরাইবক থীদুনতা লাক্লবা শৈশকপা পুন্সি মণিপুরগী বাংমা অসামদা ঈশৈ শকপা চৎপদা গাড়ী এক্সিদেন্ট থোক্লুনা ফীভম শোইনাইরবা হায়বদু ওইখি। তম্ফা মহাকপু ঙাকপি শেনবীরক্লিবা পুন্সিবু মহাক্না মমীৎ উরকপা মীৎকুপ্তা উনিংখি। ঙাইখি মাবু লাক্কদ্রা হায়দুনা অদুবু লাকখিদ্রে। নোংমা তম্ফাগী হরাও নুংঙাইজবা মীৎকুপ্তা ফীভম শোইনাইরবা পুন্সিবু উখি, মহাক কনানো খঙখিদে। চাকনিবা অমগুম লৌখি। থম্মোয় মচেৎ মচেৎ কয়া থোক্লা কাইখি। পুন্সি

কৎথোকপতনা মশরুক ওইরক্রবা পুক্নি মহাক কনানো তাক্রমদ্রে। কায়রবা থম্মোয় পুদুনা চৎখি, য়াম্না লাপ্না অঙাওবা ৱাখলনা নাকেন্থাগী নুংশিৎ মরক্তা পম্বুংফম খংদনা নুংশি নুংঙোলতনা য়াংলেন শরু ওইদুনা শাগৎলক্রিবা শ্রী মাইবম রামচরনগী বারীশিদা মাম্মগী শক্তম লৌরিবা (কেশোরাম) হৌরকপা সিন খরদা শুমাং লীলাগী এক্টিং অমদি দাইলোগ মানবা মতাং খরা থেংনখি। অদুবু মমৈদদি নেচর তাবা মতাংশিং থেংনরখিদবসু নত্তে। ফিল্মশিদা য়াওরিবা ভাবানি, হরিপ্রিয়া ফিল্মশিদা ঐখোয়না অহানবা ওইনা থেংনবা ওইরবসু তোপ তোপ্পা মশক থোকপা এক্টিং ফজনা উৎখি। মঙ্গিগী নোকনিংহনবা ৱাঙাং এক্টিং মীয়ামদা নুংঙাইহল্লি হায়বা য়াই। মপুং ওইনা দিয়া অমদি ভাবানি অরোইবসিনগী থেংনবদা অয়েংবশিংদা পি তাহনখি। অদুবু মতাঙশিদা ভাবানিনা চাকনিবা হায়দুনা হঞ্জিন হঞ্জিন ঙাঙহনবদি ফজদবগুম ওইরকই। তম্ফানা পুক্নিগী খোঞ্জেল তারুবা অমদি চিংনবা ফাওখিবা মীৎকুপ্তা চাক্লিবা হায়বা ৱাহৈশি শীজিন্নদবনা হেন্না ফরবনি। তৌথোরক্লিবা এক্টিংগা ৱাহৈগা চাশিন্নদবা থোকই। অশিৱাইশিদা স্ক্রিন প্লে অমদি ডাইরেক্তরগী চুপ্লি পাইরিবা কৃপানা কুপশিন্না য়েংবা অমা চংই, ফিল্মগী অরোইবা ক্লাইমেক্স সিৱাইদা লৈ। হৌবদগী অমুক নোক অমুক কপহল বেলেন্স অমদা অয়েংবশিংবু হুমদুনা পুই। ওকেন অমাকচম য়াম্না চিংলেম্বা মওংদা এক্টিং ফজনা তৌখি অমসুং মরু ওইনা দিয়ানা ফিল্মশি শান্নবনি অমদি পুখৎলকপনি হায়বদা হায়মনবা থোক্তে। ডাইরেক্তর প্রদুসরগী চুপ্লি পায়দুনা মমাই চুন্নিবা আর. কে. কৃপাগী মীৎয়েংদা ফিল্মশিগী অৱাৎপা পেল্লমদবা য়াই অদুবু মীয়াম্না পান্নবা মীয়াম্না য়েংনবা পি তাহনবা ফিল্মদি ওইরগনি হায়বদা হায়মনবা থোক্তে। অসিবুনি মণিপুরী ফিল্ম পুথোক্লরিবশিংনা পান্নরিবশিসু। ❑

# চীংমী তম্মীগী লল্ ওইরিবা শম্বল ৱাংমা

মণিপুরী সমাজদা নুপা নুপী লৌন লৈনরমদাইদা য়েক থোক্লবা, লৌনবা য়াবা য়াদবা হায়বগী অকনবা অথিংবা চৎনবী অমা লৈরক্লি। অসিগুম্বা অকনবা চৎনবী অসি ফনা লৈদুনসু লৌনবা য়াদবা নুপা-নুপী কয়া অরোনবা মরী লৈনরকপদগী য়ুম্বানমিন্নখিবা কয়া অমা চৎনবীগী ৱাংমদা চৎলুবগীদমক সমাজ অসিনা ইনথোক্তুনা তোঙাননা লৈনখিবা কোঙ্গায়নি। অসিমক্লি এক্স-সিনে প্রদক্সনগী "ইমাগী নিংথেম" পুথোকখ্রবা মতুংদা অনিশুবা ফিল্ম ওইনা পুথোকখিবা ফিল্ম "শম্বল ৱাংমা" মচিন মৌপ্মা থোক্লবা নুপা নুপী অনি তোৎনা-তিন্নদুনা লৈমীন্নরকপদগী সমাজনা য়ানদ্রবা লম্বীসিদা খোঙ থাংজিনখিদুনা ময়ুমদগী চেল্লক্তুনা চীংদা অমদি খুঙ্গংদা শৈদাংদুনা লেল্লকপা লোইননা মখোয়না পোক্লকপা মচা নুপানা পাখং ফাবক্তুনা কলেজ তম্লফাও মমা-মপাগী লীচৎ মীনা ৱারীনবা লোইরক্তবা, অমদি মচানুপানা খঙলকপদগী ইকায়দুনা য়ুম থাদোক্তুনা চেনখিবা লোয়ননা য়ুম্বানমিন্নবিবা পুন্সি অনিদু লৈতাদ্রবা কাং-খোং চাইবা য়ুম্বাল ওইরকপা অসিনা "শম্বল বাংমা"গী নুংগী ওইবা ৱারীসিদা অমুকসু নিন্দা তৌজে "মী নত্তবনি, মানি ঐখোয় শানি" মসিবু হেক য়ারগদ্রা?

ফিল্মশিদা অহল লমন্না হায়না শীংনদুনা লুহোংবগী যাত্রা তৌদুনা মাঙ্গোলদা ফল্লিঙৈদা লুহোংগদৌরিবী কৈন্যা চেনখিদুনা লুহোংবা কায়রবদা যাত্রা তৌদুনা ফল্লিবা জয়গী মায়থোংদা তাখিবা মমিনা অয়েংবশিংদসু মদুগী চৈনাদু ফাওহনবা ঙমখি। ইকায়বদগী থৌবী য়ান্দুনা শিজগে তৌরবদা জয়গী মনেগী মচানুপী ইবেনীনা থেংনদুনা থৌদোক্তুদি থোকখিদ্রে অদুবু মীকুপ্তুদগী জয় অমদি ইবেনী য়ুম পানবগী লম্বীদা খোঙ থাংজিনখিবসিদি ৱারীশি তারক্লবা হোৎনবদা নমফুদা পুশিনবা মাল্লি। থৌরি য়ান্দুনা শিগে তৌবা হায়বশি লায়না লৌবা চুমদে, ইবেনি নত্তবা ইমুংগী মীনসু জযগী থৌদোক্তু খঙহনবদা থোইনা কায়রোই অদুবু মতাঙসিমদি পুন্নমকসি নাথৈখ্রে। মীৎকুপশিদা মী খঙনরক্তুনা অহল লমনশিংনা

চৈবা ঙাংবদুদা ইবেনীনা মমীৎত্তগী পি ইরা অমফাও চেনখিদবা অমদি ইবেনিনা রিয়েক্ট অমত্তা তৌখিদবদু অয়েংবশিংদা ৰানা থোকই। য়ুম থাদোক্তুনা লাক্রবা জয় অমদি ইবেনিনা লৈরু লৈরুবা মফমদা মখোয়বু তিনশিৎননা ৰারীনরকপা কয়াগী চৈনাখোল খাঙবদু অয়েংবশিংগী পুক্নিং চিংশিন্দুনা থম্মী। লোইননা মখা করি তৌরক্তোইনো ৰাখলশিদা মীৎ-না চোইথোকহন্দে। খুলং শুরুবা জয়না হৈথা-পোথা চারমদাইদা ইবেনিগী মনাক্তা লাক্তুনা চু খোক্তুনা চাম্মীন্নবদু নুংশিহল্লী। খুঙ্গংগী চন্নবা পুন্সি অমা উৎপদু থাগৎনিংই। পুন্সি হায়বসি অসি ওইরেকো হায়বসি মীৎকুপ্তুদা অমুক নীংশিংলকপগুম তৌই। তমেলোংদা লৈবা চীংমীশিংগী লোল ঙাঙনরকপদু অসি হায়রিবনি খংদ্রগশু মখোয়না ঙাঙলিবা উৎলিবা তৌরিবা পুন্নমক অশেঙবা পুন্সি অমগুমই। ইবেনিনা চীংগী নুপীমচাশিংদা চৎনা চৎনা মাইতোনফীগী ৰারী লীবদুদি শৈরেং থীবা মাল্লি। মখোয়না পোকচবা মচানুপানা মখোয়বু থাদোক্তুনা চৎখ্রবদা ইবেনিনা মচা কায়নবগী কপ্পদুবুদি মচানুপাগা নুংশিনজবী মেম্মীনা উদা ঙাশিন্দু কপ্পদুনা হেল্লি। অৰাবতনা চিংদুনা পুববা ফিল্মশিগী ৰারী তম্পাক লমদা মৈতৈ ওইনা পোকলুবা জয়না চীংগী খুলদা শিবদা লোইশিল্লি। মহাক শিবদা খুলদুগী চৎনবী য়ু হৈদুনা কৎতুনা খুলগী চৎনবীদু পাঙথোকই। মতাঙশিগী বেক গ্রাওন্দ ম্যুজিক পেনা ওইনা শীজিন্নবদু হেন্না পুক্নিং নুংশিনিংঙাই ওই। মৈতৈ ওইনা পোক্রবশু নাৎ-ধর্ম্ম হোংখিবা মতন্না মফমনা হায়বদু য়াম্না ফিলোসোফিকেল ওইনা উৎলি।

ফিল্মশি মীয়াম্না য়াম্না পাম্না য়েংনখিবা য়াম্না কর্ম্মসিয়েল ওইবা ফিল্ম অমদি ওইখিদে। অদুবু চীংমী তম্মীগী অপুনবা শক্তম অমা শাগৎপা মমল য়াম্নবা ফিল্ম অমদি ওইখি। আর্ট ফিল্ম অমা ওইনা অৰাংবা ফিল্মনী হায়বদা চোপতবা ফিল্ম অমদি ওইখ্রে অমুক হন্না মণিপুরগী হোলশিংদা ফিল্মশি উৎলবা থোক্রবদি তপ্না তপ্না শোন্নরক্কনি।

ফিল্মসিদা জয়গী শক্তম লাংলিবা খুন জয়কুমার অনিশুবা মণিপুব ষ্টেট ফিল্ম ফেষ্টিবেলদা ১৯৯৪ দা বেষ্ট এক্টর ফংখি। অমদি ইবেনিগী শক্তম লাংলিবী পারবতি লোইননা ফিল্মসিদা শরুক য়ারিবা মীপুম খুদিংমক মশা মশাগী মথৌ ফজনা পাঙথোকই। ড্রামাগী ষ্টেজদা লীলা তৌরকপা তৌরম্বা ঙাক্ত ওইবনা ষ্টেজদা শান্নবা মানবশু য়াওদবা নত্তে। মসি পুন্নমকশি ওইদুনশু সোবিতা দেবীনা

য়াম্না ফজনা শাগৎলক্লিবা ফিল্মশিগী বারীশিংদা স্ক্রিন প্লে, ডাইরেক্টরগী চুপ্নী পাইরিবা শ্রী ইবোহলনা থবাই হাপ্তুনা এক্স-সিনে প্রদর্শননা পুথোক্লিবা মচু শংলবা মণিপুরী ফিল্ম ফনা ফজনা মায় পাক্লে হায়বা য়ারে। চীংমী তম্মীগী অপুনবা অমত্তা ওইবগী লৈনবা মরী শাগৎতুনা স্ক্রিন প্লে ওইহল্লকখিবা শ্রী কে. ইবোহল শর্ম্মবুসু অনিশুবা মণিপুর ষ্টেট ফিল্ম ফেষ্টিভেলদা বেষ্ট স্ক্রিন প্লেগী মনাসু ফংখি। ❑

# মীৎয়েং অমা মণিপুরী ফিল্ম ইস্থোক্লবী

চহি খরা অসিদা মণিপুরী ফিল্ম পুথোকপগী চাং অসি খংহেন হেঙ্গৎনরক্লি হায়বা য়াই। চৎলিবা চহি অসিগী হৌগৎলকপদা পুথোক্লখ্রিবা ফিল্মশিং খরা পল্লবদা ব্রাইত ফিল্ম মণিপুরগী থম্মোয়নদি কৌহৌরী, শ্রীশ্রীগোবীন্দজী ফিল্ম প্রদক্সনগী লৈই অমা, সলাই ফিল্মগী অমুবা চন্দন, বি এম ফিল্মগী ওপরেসন সঙাই, অমদি সি এম ফিল্মগী ইস্থোক্লবী অসিনচিংবনি হায়বা যাই। অসি নৎতবদা নম্বা লোইশিলক্লবা ফিল্ম খরশু থা অমা অনিসিগী মনুংদা বিলিজ তৌববা য়াবগী থাজবা কয়াসু লৈরি।

ইস্থোক্লবী মণিপুরী ফিল্মগী তাইবংসিদা মফম অমদি কল্লবে। অপোকপী মমা মপা অমদি মপুক্তগী তাবা অমত্তা পোকচবা মচানুপা ফাওবনা অপোকপী মমাবু ইস্থোকখি। ফিল্মসিগী নুংগী ওইবা ৱারীদি অঙৌবী (ললিতাবী) মপুরোইবনা লংফৈদা শেল তানবা চৎখ্রিঙৈ মপুকচেল চুমদবা থিকাদার অমগা চিংননিংঙাই ওইবা মওংদা লৈরমই হায়দুনা লৈকাইগী মৈরা পায়বীনা মখোয অনিবু কৈন্যা কৎতুনা মযুমদগী তানথোকখি। মহাক্না লোয়ননা অমত্তা পোকচবা মচানুপা ফাওবা যাওনা ঙকশম পায়দুনা ইনথোরকখি। অঙৌবী লৈকায়না ইস্থোক্লে, মচে ওইকৃগদৌরিবীনা অঙৌবীবু মরাল লৈতে খঙবদগী মচেগুম লৌদুনা তরাম তরাম লৌশিন্দুনা লৈমীন্নখি। মতুং তারকপদা খুনাই অমগী ওইবা থৌদোক ৱাথোকশিংদা শরুক য়ারকখি, মীরক তিল্লকখি। মশাগী হিংনবগীদমক লুকমাই পান্দুনা ঙা য়োল্লকখি। মপুরোইবনা লংফৈদগী হল্লকপদা থৌদোকশিংদুগী পাও তারুবদা ইকাই নুংশি য়ান্নখিবদগী হিদাক থক্তুনা হল্লকপদা ঈশিংদা তাশিন্দুনা শিখি। মচানুপানা মপাগী সংস্কার য়াওবা চৎখিবদগী অদুমক হল্লকখিদ্রে। খুদোংথীবা থৌদোক অমদগী মচাবু মপুকচেল চাওরবা নুপা অমনা য়োকপীখি। মসিদগী নিংথেম মমাবু কাওখি, কাওথোক্লবসু হোৎনখি।

অসিবুরা ইম্ফোক্রবী হায়রিবসে? ফিল্মসি হৌগৎলকপদা খোঙজেল য়াঙই, মতুং তারকপদা তপথরকই অদুদগী অদুমক তপথরক্লুনা তপ্না তপ্না লোইশিনখি। ফিল্মসিদা ইম্ফোক্রবী হায়বী মীংথোল অসি অঙৌবীদা পীরি। অদুবু কদায় ফাওবা ফিল্মসিদা মমি তাহনবা ঙম্নবগে হায়বসিদি অমদি মসিনা হেক্তা পেল্লগদ্রা হায়বসিদি য়াম্না নৈননিংঙাই ওইরি। ফিল্ম অসি ঙসিগী ঐখোয়গী খুনাইসিদা নুপীবু করম্বা থাক্তা লৈরি অমদি করম্বা মীৎয়েংনা য়েংবীরিবগে হায়বদু নীংথিনা পাউদম্লবা ফিল্ম অমনিদি হায়বা য়াই। ফিল্ম অসিনা মণিপুরগী মীপুম খুদিং য়েংহনবা য়ারবা ফিল্ম ওইরগসু হংবা য়াবা ৱাফম খরদি অদুমক চোংথোরকই। ফিল্মসিগী অহানবা সিন চংশিল্লকপদা নিংথেমগী অঙাং ওইরিঙৈগী রোল লৌরিবা (শুরচন্দ্র) না ময়ুমদা লাকপা মীওই অমদা শাওনিংবা মীৎয়েংনা য়েংহন্দুনা চহি নৌরিবা অঙাং অমদা মহাক্না তৌহন্নিংদবা, য়ানিংদবা থবক অমা মমানা তত্তনা তৌবশুম উহনবা হায়বসিমক মতুঙদা লাকপা সিনশিংগা চুশিন্নবা ৱাৎলি। মপাগী সংস্কার য়াওবা চৎখিবদগী হনলকখিদ্রবা মচাবু থিরকপদা পুকচেল চাওরবা নিমাই (আইসো শর্ম্মা) না লুনা চানা তৌবীরম্বা মওং অমদি তাক্ককশি য়ৌশিল্লকবা হোৎনবদা নমফুদা পুশিল্লকপা মানবা য়াওরি। মরমদি অঙাং ওইরিবা নিংথেম অঙাং ওইজরগসু মপা মশক মুন্না খঙলবা, য়ানিংবা য়ানিংদবা, পাম্বা পামদবা পুন্সিগী থৌদোক ৱাথোক কয়া মশক খঙলবা মহাক্না মীতোপ অমগী য়ুমদা করিমত্তা ইকোই কোইদনা হেক্তা চংশিন্দুনা হরাও হরাও লৈরম্বদু য়াম্না নৈন্ননিংঙাই ওইরি। মপা লৈখিদ্রে, মমা থাদোক্লম্লে হায়বা ৱা নীংশিংহনবা ঙম্বগী থৌনা ফিল্মসিগী অহবা অমদি ডাইরেক্তরনা মতাঙ অমতফাও পীদে, মসি ফিল্মসিগী অচৌবা অহোবা অমনি। মসিদা নিংথেম্না চাওরক্লুনা ইউনিভর্সিটিগী ওঝা ওইরফাওবা অহোবা অসি অদুমক লৈখ্রে। নিংথেমনা মচন্নুপী বৃন্দা (গিতাঞ্জলি) গা চৎমিন্নরিঙৈদা জিপনা থোল্লম্মী, জিপ্না থোম্বদা অতৈ মফমদি শোকহন্দনা মীৎতমক তাঙহম্বা হায়বসি ওইথোকপা য়াবা ফনয়াম লৈরবা ফাওবদা পুক্নিংদা চিংনবা অদুমক লৈহনখি। পুলিস ওফিসার (লক্ষ্মন) অমনা অদুশু এস. দি. পি. ও. রেঙ্ককী ওফিসার অমনা রেষ্টুরেন্ট অমদা চংলগা মী ফানবা হোৎনবদু তৌশিন্নবা লীলাদা লীলা সিনেমাদা সিনেমা তাহল্লী। ফানিংলিবা মীশিংদু অন্দরগ্রাওন্দ নত্তে, মখুৎ চল্লবা মী অমনা রেষ্টুরেন্ট মনুংদা খুৎ থারক্লুনা শোকহনখিবা হায়বসি ওইথোকপা য়াদবা থৌদোক অমা ফিল্মসিদা নমফুদা হাপচিম্বনি। মী ফাবা চংবদা

পুলিস ওফিসারদুগা লোয়নরক্লিবা সেক্যুরিটি পার্সোনেলশিং অদুবু মপান্দা লৈহনবগী অর্থ করিনো, খরা চেকশিল্লম্বসু ফবনি। নোংমৈনা পান্দুনা বেন্দেজ য়েৎনা য়েৎনা নিংথেমনা হোস্পিতালদা লাকই। কনা অমত্তনা খুৎতা বেন্দেজ য়েৎলিবদু কৈদৌরে হায়বা অমত্তা য়াওদে, মপা নিমাইনা ফাওবা নং লাক্লব্রা হায়বদগী হেন্দে। মদুগীসু মথক্তা নোংমৈনা শোকপা হায়বসি অচৌবা থৌদোক অমনি অদুবু ডাক্তরদদি থৌদোক্তু থোকখিদবগুম তৌহনখ্রে, লাইবক থীবনি। নিংথেম্না মমীৎ উরদুনা মমাবু থিরকপদা শিখ্রবা মমানা লৈরম্বা য়ুমনি হায়দুনা য়ুম অমা উৎলকপদু করম্বা য়ুমনো হায়বদু ময়েক শেংনা খঙহন্দে, অদুমক খঙহন্দনা লৈখ্রে। মরমদি য়ুম অদু মমা মচানা অঙাং ওইরিঙৈদা লৈরম্বা য়ুমদুরা, ইম্নোকখ্রবা মতুংদা লৈরুরিবা য়ুমদুরা নৎত্রগা অঙৌবীনা তোঙান্না লৈজদুনা শাজবা য়ুমলা হায়বসি ময়েক শেংনা খঙহন্দে, অদুনা অদুমক চমনহল্লি। অহোবশিং অসি লৈরি হায়বা খঙহন্দনবা হোৎনরম্লবদি হেন্না মপুং ফাবা ফিল্ম হায়বদু ওইরমগদবনি হায়বসি অয়েংবশিংদা হেক খংহল্লি। অদুবু ফিল্মসিদি মীয়াম্না য়াম্নমক পাম্না য়েংনরি, মতম খরদি ইম্ফালদা কুইনা উৎলু হায়রি তীল্লিবা মীয়ামসিনা। ❑

## মুর প্রদক্সন মণিপুরগী ফিল্ম মৈচাক

মণিপুর সরকারনা মণিপুরী ফিল্ম পুথোক্লিবশিংবু শৌগৎপিবা ৱাৎলগসু লমদমসিদা মণিপুরী ফিল্ম পুথোক্লবগী খোংহৌদি নোংম নোংমগী হেনগৎলক্লি। মমাং চহি ২০০০ গী লোইরমদাই ওক্তোবর থাদা ইম্ফালদা মতম কুইনা মীয়াম্না, ঙাইনরক্লবা মুর প্রদক্সনগী মৈচাক মীয়ামদা রিলিজ তৌদুনা ইম্ফালদতা নত্তনা মণিপুরগী তোঙান-তোঙানবা মফম কয়াদসু উৎনখ্রে। মণিপুরী ফিল্মগী খোঙচৎতা মণিপুরী ফিল্ম কয়াগী মহাও লৌনা লৌনা মৈচাক কী ঈশৈশিং তারুবদা মীপুম খুদিংগী থম্মোয়দা অনৌবা মচু অমা শঙহন্দুনা মৈচাকপু খৌরাংনা ঙাইনহনখিবনি। শাংলবা চহি ২০ মুক্কী ময়াদা ঙংলম্বা ঈশৈনা তপ্না তপ্না তামখ্রবা, অনৌবা মীরোল অমগী শক্রোন কয়া লাক্লবা মতমদা খংহৌদনা শাফোংলকপদা মতমদুগী কাওঙমদ্রবা ঈশৈ কয়া নৌহৌনা নিংশিংনরক্লি। '*নুংশিবা মাগী ইথক ইরৈদা..., লম্নানবনি খনখি নংবু উরুবা মীৎকুপ্তা..., কনাগী ৱাখলদা করিবু খন্দুনা..., ঐদি ইররোই পুন্সিগী...*' ঈশৈ কয়ানা মৈচাকপু কাওহনখিদবদু ঙসি মণিপুরী সিনেমাবু পামজবা নুংশিজবশিংনা মদুগী মহাও লৌনরি।

মণিপুরী লোলদা পুথোকপা ফিল্মশিংগীদমক্তদি মার্কেট পীকই হায়বা খঙনরগসু ফিল্ম পুথোকপা অমদি পুথোক্লবা হোৎনবা লেপ্পরকত্রিবসি লমদমসিগী সরকার পায়রিবশিংনা হেন্না পুক্লিং থৌগৎপিফম থোকই। মতাঙ অসিৱাইদনি মণিপুরী সিনেমাবু নুংশিজবা কয়ানা য়াম্নমক পেনদ্রিবশিসু মৈচাক নুংশি নুংওলনা মপুং ওইবা ৱারী পরীংদা শাগৎপা, মখল মথেল কয়াগী পুন্সিগা ঈরোইনদুনতা লৈরগসু থম্মোইনুংদা, নুংশিবা থাজবা অমসুং কৎথোকপগী শেংলবা লীচিংগী, ঈথক ঈপোম্না থল্লবা মণিপুরী ফিল্মনি। হিন্দি-ফিল্মবু পামজবা লমদমসিগী ইনখৎলক্লিবশিংদদি য়াম্না পাম্না য়েংনেগদবা ফিল্মনি। ফিল্মসিগী নুংগী ওইবা ৱারীদি দিজেন ঈশৈ নোংমাইদা থৱাই লুপচবা মীওই অমনি, মপান্দা লাইরিক তন্নিঙৈদা মহাক্কী থম্মোয় শেংনা নুংশিজরবী মোনোরোমা কায়নখি। কায়নবগী মৈচাক্লা

মপাল লমদা চৎতুনা লেনখি। মীপাল তাংনা হিংবা পামজদ্রবী হিংনবগী লানফমদা মায়থীরবী মচল লুখ্রাবী রাধে, অঙাং ওইরিবী মমৌ নিরমলা অমসুং মমাক শিতলগী অবাবা, মহাক্কী মরুপ ডা. শুরেনদি খঙখি। দিজেন মহাক্কী লানলুরবা খোঙথাংবু খঙজরকখি। মশাগী অপাম্বা অমসুং ওইজবা পুন্নমক থাদোক্তুনা মখোয়বু মী ওইনবা শেম্বীরকখি।

শিতল মপুং-মরৈ ফারক্লবা মতুংদা স্বর্নলতাগা নুংশি লম্বীদা খোঙদামীনরকখি। স্বর্নলতাগী মচে অশালতাসু শোয়খিবা মীৎকুপ অমসুং খোঙথাং অমনা মরম ওইদুনা শিতলবু থম্মোয় নুংদা লোন্না নুংশিখি। মোনোরোমা মচলনুপী স্বর্নলতা অমসুং শিতলগী নুংশিনবগী অশেংবা মরী খঙলকপদগী, সমাজগী মীৎয়েংদা অকায়বা অমা লাক্লদ্রা কিজবদগী অথিংবা পীখি। অশানা শিতল অমসুং স্বর্নলতাগী অশেংবা নুংশিনবগী মরী খঙলকপদগী মতেং পাংখি, মাগী মাগী নুংশিববু কৎথোকখি। থম্মোয়গী লায়না চেল্লবী নিরমলা মপুরোইবা শরতকী তুংগী য়াইফনবগীদমক্তা থম্মোয়গী মৈচাক খাঙনা খাঙনা পুন্সি লেনখি।

নুংশিবা অমসুং কৎথোকপগী শেংলবা লীচিংনা দিজেনসু থম্মোয়নুংদা মৈচাক ফুমলগা নোক্লা নোক্লা তাইবং ঈপাক লাম্থোকখি।

ঈশৈ মরাং কায়না য়াওরবা ফিল্মসিগী মতাঙ খরদা অৱাৎপা শেমদোকহনিংবা কয়া অয়েংবশিংদা ফাওখিদবসু নত্তে। ফিল্মসিদা কায়নবা কয়াগী মৈচাক্লা পীরাং শীম্থুদুনসু অয়েংবশিংদদি মসিগী ইমোসন নীংথিনা পীবা ঙমদ্রদুনা নোকনিংহনবা ওইনা থোকই। ফিল্মসিগী ৱারী পরীংদা য়াওরিবা রজনি অমদি নিরমলাগী সিনশিং খরা মখৈ ইদিত তৌথোকখিবদা ফিল্মগী ৱারী পরিংদা অকায়বা ওইরোই। নিরমলা অমদি শান্তিকিশ্বরগী সিনসু খরমখৈ ইদিত তৌথোকপা কায়দে খল্লি। ফিল্মসিগী তাঙ্কক খরদা ক্লাইমেক্স ফনা কন্না শাগৎনবা হোৎনরবসু মদু নীংথিনা অয়েংবশিংদা য়ৌহন্বা ঙমদে। তোঙান তোঙানবা করেক্তরশিং ইম্প্রাব্লিষ্ট তৌনবা হোৎনবদা অয়েংবশিংদা চোং চোংদুনা চৎহন্বা ওইনা থোকই। মসি চেকশিন্না শেন্নবিরম্লবদি য়াম্না ফগনি খল্লি। মণিপুরী ফিল্ম অমদি থিয়েটরগী ফম্পাক্তা মমীং লৈরবশিং কয়ানা মরু ওইনা শক্তম লাংলবনিনা লম অশোমদদি থোইনা অশোনবা লৈতে। জ্ঞানরঞ্জনগী চীংলেম্বা এক্তিং মপুং ফানা ফজখি। অদুবু শাংলবা চহি খরগী ওইরক্লিবা ৱারী পরীং উৎলকপদা জ্ঞানরঞ্জনগী শম ইহোং হোংদবদুদি চেকশিন্বা ৱাৎপা মাল্লি।

কবিতা ফিল্মসিদা থোইনা অশোয়বা লৈখিদে, মাগী অৱাবদা অয়েংবশিং ইনদুনা অদুম পুই। ময়া চৌধুরী ফিল্মসিদা খরা নৌরপ লৈরবসু ফিল্মসিদা পীরিবা রোলগা অদুম চানৈ। ৱারী পরীংনা মপুং ওইনা নুংঙাইহন্বা ঙমদ্রবসু ফিল্মসিগী ঈশৈশিংনদি ফন ফজনা নুংঙাইহন্বা ঙমখি। মসিগীদমক্তদি য়াম্না থাগৎনিংঙাইনি। ফিল্মসিগী ম্যুজিক ডাইরেক্সন পীবিরম্বা লৈখিদ্রবা অঁহেবম শ্যামনা লৈরমদুনা ফিল্মসিমক উবা ফংজরম্লবদি অদুক্কী মতীক নুংঙাইরমগনি খল্লি। মণিপুরী ফিল্মগী ইতিহাসতসু অহানবা ওইরিবা মপাল লমগী শরূাইরবী শৈশকপী লতামঙ্গেশকরনা ফিল্মসিগী শৈশকপী অমসু ওইরি। মসিগা লোয়ননা লাইশ্রম মেম্মা, ব্রজেশ্বরী, সগোলশেম টিজেন্দ্র, নব ভোলকেনো অমদি সোনালি মুখর্জিনচিংবা শৈশকপাশিং য়াওরি। ফিল্ম অসিগী ষ্টোরি, স্কৃন প্লে অমদি আর্ট আর. কে. সনাতোম্বনি, ডাইরেক্সন অমদি শৈরেংবনা বক্কনি অদুগা পুথোকপনা মুর প্রদক্সননা পুথোকপনি। ❑

# ব্রাইত ফিল্ম মণিপুরগী অরোইবা নত্তে

হৌখিবা চহি খরসিদা ব্রাইত ফিল্ম মণিপুরনা মচু শংলবা মণিপুরী ফিল্ম মায়পাক্লা মথং-মথং পুথোরক্লি। নীংশিংবা য়াই, চহি খরা অসিদা ঐখোয়না থেংনখিবসিদা এইডস হায়রিবা লায়না অসিদগী ঙাকথোক্লবা হোৎনবদা য়ুম্ফম ওইবা ফিল্ম কনাগা হিংহৌনি অঙাংশিংবু চেকশিন্না থম্বীবা মথৌ তাই হায়বদা য়ুম্ফম ওইবা ফিল্ম ইরাল ওইরগে মীৎ উদ্রবা নাম্মা শোয়রবশিং তাথি তাওইনা তৌবীবগী মহুত্তা নীংথিনা ঙাকপী শেনবিদুনা অফবা ঝাখল্লোন অমদা থল্লবদি হেন্না ফবা সমাজ অমা ওইরক্কনি হায়বা য়ুম্ফমদা পুথোকপা ফিল্ম অমম্বসু অঙানবনি হায়বা ফিল্মশিং পুথোক্তুনা ঐখোয়গী খুন্নাইসিদা তোঙান-তোঙানবা মেসেজ অমমম পীরক্লি। হন্দক্তা কুনশুবা চহি চানা লোইরমদাই মীকুপসিদা অচৌবা মায়পাক্লবা ফিল্ম অমা পুথোক্লকলিবা অরোইবা নত্তে, ব্রাইত ফিল্মগী মরিশুবা ফিল্মনি। কুনমাথোই শুবা চহিচা য়ৌশিলক্লবা মীকুপসিদা শেঞ্জা থুমজা করপসনগী লায়নানা নারবা মণিপুরী খুন্নাইসিদা খোঙথাং অমা থাঙজিল্লক্লি। শেঞ্জা থুমজা মুথৎনবগী চঙশিল্লকপা খোঙথাংদা খুৎলায় পাইদুনা করপসনগী মায়োক্তা হৌবা লালহৌ অমা ওইনা ময়েক শেংনা য়ৌশিন্না উৎপা ঙমদ্রবসু উৎনিংলিবা পীনিংলিবা খরদি ময়েক শেংনা উৎলি। করপসনগী হৌরকফম, কনানা করপসন তৌরিবা, করিদগী তৌরিবা মসিবু কনানা য়োকখৎলিবা হায়বা অমা ফিল্মসিনা ময়েক-শেংনা পুথোক্তুনা থম্মী। মহৈ হৈরগা থবক ফংনদনা লৈরিবা অমদি থবক তৌনবা, চংনবা হোৎনবদা ঐখোয় মীয়ামদগী হৌরগা ফম্নাইবা লুচিংবা ফাওবগী মনুংদ লৈরিবা শেল পীজনিংলিবা, ঝানোমনিংলিবা, শেল লৌনিংবা অমদি মমীংতগী ওইনা পাঙথোক্লরিবা ইন্টর্ভিয়ু কয়াগী শক্তম অমা পুথোরকই।

অসিগুম্বা খুনাই অমগী চমোৎনরবা চৎনবী অসি শেংদোক্লবা অঙম-অথৌশিংদগী চিংনা কনানা করি তৌবা য়াওখ্রবগে, অদুনা ঐখোয় করিগুম্বা খরা

তৌবা তাই হায়বা অমা পুথোক্লকই, মতাঙ অসিবাইদনি লুরবা তানফম অমা ওইরিবসু। লালহৌবা লৈ হায়নরিবা লমদমসিদা অমোৎপা অসি শেংদোক্লবা হোৎনবদা খুৎলায় পাইদুনা হৌবা লালহৌ অসি নত্তনা লৈতে হায়দুনা অঙম অথৌ অমা-অনি হাৎতোক্লবা মতুংদা করপসনগী হৈনবী মুৎলকপসু য়াই হায়বা ফিল্মসিগী বারীনা য়ান্না হে শিংনা পুথোক্লকপা ফিল্মসিদা থেংনরি। কনাগী মথক্তা হৌবা লালহৌ নত্তে, করপসনগী মায়োক্তা হৌবা লালহৌনি। বাখল্লোন অসিমক করপসনগী ভিক্তিম ওইরবা অমদগী থোরকই। মণিপুরী হায়বা অমত্তা ওইবগী বাখল্লোন্দা চীংমী তম্মী, মৈতৈ পাঙ্‌ল চিৎথবা লৈতনা করপসনগী মায়োক্তা লানজং অমা চংশিনমীন্নরমই। নাকল অমরোমদা শেনজাও পায়বা ফন্নাইবা শেঞ্জা থুমজাগী মহিকশিংনা মশা-পুম্বা য়োল্লবা অঙম-অথৌ খরগী শক্তম অমা য়েক্লক্তুনা আইন ঙাক্লিবনি হায়জবা অমদি অদুগী মরুমদা খুদোংচাবা লৌনবা হোৎনবা কয়াগী শক্তম অমগী মমি তাই। হেন্না ঙক্লিবদি ফিল্মসিদা আইন ঙাক্লিবা পুলিসনা লালহৌবা ফাবা লাকপদা লৈকায়গী মৈরা পাইবীশিংনা চৎলু হায়দুনা ইন-ইন্দুনা তানখিবদা অয়েংবশিংনা খুবাক খুদুনা পেন্নৈ। ফিল্মসিনা অসিফাওবগী থাক শাগৎতুনা অয়েংবশিংদা মহাও অমা লৈহনবা ঙম্লে। অমুকসু মীৎকী পি ইরা ইহৌহন্দুনা লৈহল্লি। অমুক্তা নোকহন্বা ঙম্মী ফিল্মসিগী বারী ইরিবা লাইময়ুম ধনচন্দ্র অমদি শান্তিগী কলম মচিন থৌই। লায়না লৌবা চুমদে। 'চৎনবীসিদা য়াওশিন্দুনা মান্ননা চৎমিন্নবসু পামদ্রবা অমদি চুমথোক্লবা হোৎনবসু তৌদ্রবা মরক্তা লৈবা ঐখোয়দি করমায় তৌদৌরি' হায়বা ডাইলোগশিং হাপচিন্দুনা চুন্না সিনেমা অমা ওইনা য়েংহন্নবা হোৎনবতা হেন্দোক্তুনা খম্বহন্বা অমসু চংশিলক্লি।

শেঞ্জা থুমজা তৌবসি মুথৎনবা হোৎনবদা খুৎলাই পায়বগী লালহৌ অমা মথৌ তাই হায়বা অমা রিভোলুসনরি স্পিরিৎ অমা শাগৎলকই, মায়পাকহল্লি। করপসন তৌবা অমা অনি লোইশিনখিবদা হল্লকই, লৈবাক্কী অচৌবা মন্ত্রী অমদি মচিলনা থোক্লা হায় লৈবাকসি মাঙহনবদা ঐসু য়াওরেকো নোংমৈ পায়দুনা করপসনগী মায়োক্তা হৌরিবা ইহৌ অসিগী দাইত্যা মশাগীনি হায়না লৌই। মসিসু অমনি হায়নিংই অইবনা ফিল্মসিদা পীনিংলিবা পাওজেল। ফিল্মসিনা অসিগুম্বা লুচিংবা ফন্নাইবা অমা ঐখোয়গী লমদমসিদা মথৌ তাই হায়বদু ময়েক শেংহল্লি। মসি ফিল্মসিনা ঐখোয়গী খুন্নাইদা পারা অমা তম্বীবনি। লৈকায়দা মী ওইনা থানদ্রবা মীওই কয়ানা ভোট লেপ্তুনা কাম্ব্রগা মখোয়না লমদমসিগী করিবু

কাল্লগদৌরিবা। নুপী ওইবীশিংগী ইকায় খুম্নবা থম্বিরক্তবা লমদমসিদা য়াম্না থৌনা লৈনা চোংথোক্তুনা ঐবু ঈজ্জৎ মাংহন্বিখ্রিবদু মহাক্কি হায়দুনা থৌনা লৈনা চোংথোকহল্লি। মসিনা ২১ শুবা চহিচা চঙলকপসিদা অনৌবা নুপীগী শক্তম অমা শাগৎনবা হোৎনরকই, মসি মথৌ তাই।

মসিনা লাকদৌরিবা ২১ শুবা চহি চা অসিগী সিম্বোল ওইদুনা ইকায় থীবী মপোক্কি, তাংজবী উরিনি হায়নরিবা কুয়োমনুংসিদগী থোরক্তুনা অনৌবা চহিচা অসিগী নুপী চা কয়া অমা ওইখিসনু। অসিগুম্বা চমোৎনরবা খুনাই অসি শুদোক চামথোক্লবা হোৎনবদা খজিক্তং ওইরবসু ঙমগদ্রা খনবদগী ওইবসু য়াই মণিপুরী ফিল্ম য়েংবীনবা তাঙবা অপীকপা লমসিদা চান হৈসনাম অমদি হেমোলতা হৈসনামনা শেল থাদবা কিরন্দনা ফিল্মশিং পুথোরক্লিবা। ডাইরেক্তরশিং কিশরকুমার অমদি বিশ্বামিত্রনসু অসুম্না হায় 'পিকখ্রবা লমদম সিদা করপসনগী মহিক্না চাশিল্লক্তুনা, লৈখা তাখিবদু ঐখোয় ঙাইদুনা অসুম লৈরদ্রা? তুংগী মীরোলগীদমক ঐখোয় করপসনগী মায়োক্তা করিগুম্বা খরা তৌফম থোক্তবরা উনা-উনা খংনা খংনা অসুম লৈথোকপদি চুমগদ্রা? খাঙবা ঙম্লক্রে। য়েংদুনা তুমিন্না লৈবা চুমদ্রে। চুমথোকলুবা মুথৎলুবা ঙম্লোই হায়রবসু খোঙথাং অমতংদি থাংজিনমীন্নদবা য়াদ্রে করপসনগী মায়োক্তা। করপসনগী মায়োক্তা চঙশিল্লিবা লালহৌ অদুদা থবাই কৎখ্রবা মশুগীদমক মবোক্লা থম্মোয শোক্লা তেংথারি মসিনা অরোয়বরা। অদুবু অরোইবদি নত্তে চাম্মা শিখিনি চাম্মা লাকখিনি, ফিল্মসিনা বাহং অমা হংলি।

মণিপুরী ফিল্ম অমা ওইনা য়েংবা যাবা ইচঙ থৌবা ফিল্মনি। মপান লমগী খুৎশু-খুৎলায় ষ্টুডিও মতীক চানা লৈরবা অচৌবা কম্পনিগী ফিল্মশিংগী চাংদু য়ৌবমক ঙমদ্রবসু অশোনবা ফিল্ম অমদি ওইদে ফিল্মসিগী হৌরকপদা ঈশৈশিংদা য়াওরিবা জগোই লমদমসিগী লৈহাওগা চুশিন্নবা খরা বাৎলি, মপান লমগী ফিল্মশিংগী মতৌ তম্বা মানবা খরা চঙবগুম থোকই। ফিল্মসিদা 'সিমা'বু প্রেসশিংগী মমাঙদা মঙোন্দা থোকখিবা থৌদোকশিং লীথোকহম্বা ওটোরিক্সো অমদা চৎনবা থোরকপদু অশেংবা পুম্সিগা নকশিন্নবা খবা বাৎলি, য়ুম পানদ্রিবা লৈশাবী অনিখক লোম্না তুমিন য়ুম খংহনদবা মানবা মওংদা চৎহনবা লম্বীদা নোংমৈনা কাপহনবা অমদি নোংমৈনা শোক্তুনা য়ুমদা লৈবগী সিনশিং য়েংবদা নুংঙাইবা বাৎলি। মমা-মপা অহন লমন য়াওনা থোকমিন্নগদবদু লোম্না চৎপা মানবা ওইনা থোকই।

পাঙ্গল ফুদোকহন্নিংবা কয়াদা ইচম চন্না ইতাও তাওনা লৈ। মন্ত্রী অমগী ক্কাটরদা মৈরা পায়বীশিংনা নমখাইদুনা চংহন্বা ইয়াং য়াংনা থোকই। ফিল্মদা ফিল্ম মাল্লি, মৈরা পাইবী ময়াম অমগী মথৌ তাই, পুলিস ময়াম অমগী মথৌ তাই। অসিগুম্বা মীয়ামগী ওইবা ইহৌশিং নমথনবা হোৎনবা মতাঙসি খরসু চেকশিনহন্নিংই, লুরিবদি অশেংবা পুন্সিগা নকশিন্ননা চৎমিন্নবদুনি।

হান্না ব্রাইত ফিল্মদা নত্তনা মণিপুরী ফিল্ম কয়াদা তোয়না উখ্রবা মণিপুরগী শক্লাইবা ফিল্ম আর্টিষ্টশিং ঙাক্তনিনা আর্টিষ্টশিং য়াম্না থৌনা ফে। অহন ওইরবী ইমা পিশক্কী পার্ফোমেন অদুক্কী মতীক ফজে তাইবংগী অশেংবা মশক অমা উৎপা ঙম্মী। হায়বা য়াই, ললিত ইচঙ থৌই, নিরাবু উকিল তম্বা লোইরবী অমা ওইনা লৈহল্লগসু মঙোন্দা আইনগী ওইবা মীওইবগী রাইতপু শীংনরিবা চংশিল্লিবা ইহৌসিগা মরি লৈনবা ব্রাফম খরা ফোঙদোক্লবা খুদোংচাবা স্কৃপ্টনা পীবা খরা ব্রাৎলি। মসি লাইবক থীবনি। অসিগুম্বা অহোবা কয়াশিং অসি মেনশিনবিরম্লবদি হেন্না নুংঙাইগনি। অব্রাৎপা অহোবা খরা অসি লৈদুনসু ব্রাইত ফিল্ম মণিপুরগী মরিশুবা ফিল্ম 'অরোইবা নত্তে' মণিপুরগী মীয়াম্না পাম্না য়েংনরিবা ফিল্ম অমদি ওইরে। ❑

# মণিপুরী ফিল্মগী এস এন চান্দবু নীংশিংলকপা

নেসনেল অমদি ইন্টর্নেসনেলগী এরেনাদা মণিপুরগী ফিল্মনা নোংম-নোংমগী খোঙজেল য়াঙনা চংশিল্লকপগা লোয়ননা মতম কুইনা কাওথোক্লুরবমক নৎত্রগসু পুন্না নীংশিংমিন্নবগী থৌদাং অমফাও লৌবা ঙম্লুদ্রবা মণিপুরী ফিল্মগী অহান্বা মীতৈ মচা ডাইরেক্তর ওইরম্বা এস. এন. চান্দগী মপোক নুমিৎতা মাবু নীংশিংবগী থৌরম অমা হন্দক্তা আগষ্ট ৮ দা ইম্ফালগী শঙ্কর সিনেমা হোলদা মণিপুরগী সিনে আর্টিষ্ট এন্দ টেক্নিসিয়ান এসোসিয়েশন (কাটা) না শীন্দুনা পাঙথোকপগা লোয়ননা মহাক্না ডাইরেক্সন পীদুনা পুথোক্লম্বা ডা কমলগী ব্রোজেন্দ্রগী লুহোংবা হায়বা মণিপুরী ফিচর ফিল্ম অসিমসু মীয়ামদা উৎখি। মহাকপু নিংশিংবগী থৌরম অসি মণিপুব সরকারগী আর্ট এন্দ কলচরগী ডাইরেক্তর শ্রী পি. অচৌবা, মণিপুরগী শক্নাইরবা ফিল্ম মেকর অরিবম শ্যাম শর্ম্মা অমদি কাটাগী প্রেসিদেন্ট মেঘচন্দ্র কোংবমনা চিফ গেষ্ট, গেষ্ট ওফ ওনর অমদি প্রসিদেন্ট ওইখি। থৌরমসিগা মবি লৈননা মণিপুর ফিল্ম জর্নেলিষ্ট এন্দ ক্রিটিক্স এসোসিযেসনগী প্রসিদেন্ট শ্রী আব. কে. বিদুর, মণিপুরগী শক্নাইরবা শৈশকপা খুন জয়কুমার অমদি সঙাই ফিল্মগী প্রদুসর-ডাইরেক্তর মখোনমণি মোংশাবনা মক ওইবা চে পাথোকখি। শক্নাইরবশিংনা পাথোকখিবা চেরোলশিং অদুদা এস. এন. চান্দবু নিংশিংদুনা অসুন্না হায় 'এস. এন. চান্দ অসি মণিপুরী ফিল্মগী জগৎতা মশা মরেং যাম্না লোংলবা উপাল অমগী পানখক্লি। প্রদুসর, ডাইরেক্তব, ম্যুজিক ডাইরেক্তর, স্ক্রন প্লে রাইট, লিরিসিষ্ট, শিঙ্গর অমদি এক্তর ওইবতা নত্তনা মণিপুরী ড্রামা কয়াদসু মশামক কুল্লম্বা, ডাইরেক্সন পীরম্বা খুনাই অসিদা মহাক্না তৌজখিবা থবকশিংদা মায়পাকখিবা মীওইনি' হায়না ফোঙদোক্লখি।

এস. এন. চান্দ হায়না খংনবা সাপম নোদিয়াচান্দ অসি ইং ১৯৩৫ গী অগষ্টকী তাং ৮দা ইম্ফালগী শীংজমৈ ময়েংবম লৈকাইদা পোকখি। অপোকপগী মীং সাপম মরৈ, অপোকপীগী মীংনা শ্রীমতি সাপম ওংবী ইবেমচা দেবীনি।

অপোকপা সাপম মরৈ ঈশৈ-নোংমাই, লীলা, ড্রামাদা থবাই য়াওজবা মীওইনি। মসিমক্তা ওইবা তাই এস. এন. চান্দসু ঈশৈ-নোংমাই, লীলা, ড্রামাবু পামজবগী ইনোৎ অসি লোয়নদুনা অদুম লাকই। মহৈ-মশিং তম্নবগীদমক মপাল লমদা লাইরিক তম্বা চৎখ্রগা ভাট খান্দে ম্যুজিক কলেজ, লক্ষনৌদগী সঙ্গীত বিসারত অমদি সঙ্গীত নিপুন পাস তৌরবা মতুংদা পঞ্জাবকী পাটিয়ালা কলেজদা ম্যুজিক্তা মাষ্টর লোইরম্মী, হিন্দী লোলসু নীংথিনা খঙলম্মী, ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফালগী হিন্দী এনাওন্সরসু ওইরম্মী। মসিদসু নত্তনা রেডিওগী ক্লাসিকেল অমদি আধুনিক ঈশৈগী শৈশকপা অমসু ওইরম্মী। এস. এন. চান্দ গভর্ণমেন্ট ম্যুজিক কলেজ লীংখৎনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌরম্মী। মণিপুরী থিয়েটরগী জগৎতসু এস. এন. চান্দগী মফম কল্লম্মী। মানা লীলাদা জয়দেবগী রোল লৌখিবা অসি ঙসি ফাওবদা মীয়াম্না কাওনদ্রি হায়রি। মহাক্না নহা ওইরিঙৈদগী হৌনা মণিপুরী ফিল্ম পুথোকপগী মঙ মঙলকখি। মহাক্কী মণিপুরী ফিল্ম পুথোক্লবা মঙজরকপা অমদি পুথোকপগী মতাঙদা এস. এন. চান্দগা হকথেংনরকপা অখন্নবা চে পুথোকখিবা আর. কে. বিদুরনা মাবু নীংশিংলদুনা হায়- ইং ১৯৭০ গী অহৌবা অদুবাইদা মণিপুরী লোল ঙাংবা মণিপুরী মচা মশক উবা মণিপুরী ফিল্ম পুথোক্তবা য়াদে হায়দুনা ফি তাখৎতুনা, খা চিত্তুনা চোংথোকখিবা মীওই খরগী মনুংদা এস. এন. চান্দসু অমনি। মতমদুদা হোলিউদ, বোলিউদকী ফিল্মশিং খক্তনা মালেমগী ভাবোকশিংবু কন্না হুমদুনা পুরিবা মতমসিদা আর্টিষ্টশিংগী মশক-মতৌ, শাওং-শাবান, ফিল্মগী বারী. বাখল্লোন, ফিল্মগী কৈথেল পুন্নমক অসিদা লমজৈ থাদুনা ওনবদা মণিপুরী ফিল্মনা হিরম অয়াম্বদা ইশোৎতা শোৎথগনি হায়বসি খল্লি। মসি পুন্নমক ওইদুনসু এস. এন. চান্দ মশানা তৌরিবা সরকারগী থবকফাও থাদোক্লগা ডা. কমলগী ব্রোজেন্দ্রগী লুহোংবা মহাক মশানা ডাইরেক্তর, ম্যুজিক ডাইরেক্তর, প্লে বেক সিঙ্গর, স্ক্রন প্লে রাইট, এক্তর অমদি প্রদুসর ওইদুনা পুথোকখি। ব্রোজেন্দ্রগী লুহোংবা ফিল্ম অসি ইং ১৯৭৩ গী জনুবারীগী তাং ২৬ তা ইম্ফালগী উষা সিনেমা হোলদা রিলিজ তৌবগী থৌরম অমদা চান্দ মশামক্তা হায় "মণিপুরদা ফিল্ম পুথোকপা অসি বীজিনেস ওইনা খল্লুবা তারবদি মায় পাকনিঙাই ওইদে। অদুম ওইনমক আর্টিষ্টপু অমসুং কলা বিদ্যাবু নুংশিরুবা. মণিপুরী কলচরবু পৃথিবীগী মাঙদা মকা লামহন্নিংবা হায়বসিনা লমজিং ওইদুনা ঐহাক্না ফিল্ম অসি পুথোকপগী থৌদাং লৈজবা পুন্নমক কৎথোক্তুনা লৌজখিবনি"। তশেংনমকসু মপাঙ্গল মরল

অমদি সরকারগী অচৌবা থবক পুন্নমক লোইনা কৎথোক্লুনা মরল মথুম তাকপা হায়বদু য়ৌখ্রবনি। অমরোমদা সিনেমাগী বিদ্যা তম্বদা এস. এন. চান্দ অসি একলব্য অমনি, ইনষ্টিট্যুট নৎত্রগা অখঙ অহৈ অমদগী খঙলু তমলুবা নত্তে। ইং ১৯৬৬ তা লিংখৎখিবা ফিল্ম সোসাইটি মণিপুর, লিংখৎপদা শরুক য়াখি। মীতৈগী নাতোন বায়োং চাগন্দে, ফিল্মগী নায়ক ওইবদা মনাতোন প্লাষ্টিক সর্জরি ফাওবা তৌথোকখিবা নুপানি। অদুগীসু মথক্তা মণিপুরী ফিল্ম কয়াদা কমর্সিয়েল ভেল্যু হেনগৎন্নবা হায়দুনা মপাল লমগী শৈশকপা কয়া শীজিন্নদুনা মণিপুরী ফিল্মদা ঈশৈ শকহলম্বগী থবক ঙসিদগী চহি ৩০ মুক্কী মমাংদা এস এন. চান্দনা খঙ উদুনা বেঙ্গলগী আর. তি. মুখর্জিগী খোঞ্জেলদা 'অমংবা নোংগী মপৈনা' হায়বা ঈশৈ ব্রোজেন্দ্রোগী লুহোংবা ফিল্মদা হাপ্পী। অসিদসু নত্তনা ফিল্মসিগা শাগোন্ননা মণিপুর হাযনা মীংথোনবা মণিপুরগী জগোই ঈশৈ সংস্কৃতিদা য়ুম্ফম ওইবা মচু শংলবা ফিল্ম অমসু পুথোকখি। পুনম পিকচরগী ঙকইকো নঙসে (১৯৭৪) ফিল্মসু এস এন. চান্দনা ডাইরেক্সন পিরমখি। মহাক্কী ফিল্ম 'ব্রোজেন্দ্রগী লুহোংবা'না অহানবা মণিপুর ষ্টেট ফিল্ম ফেষ্টিভেল ১৯৮৪ দা বেষ্ট স্ক্রন প্লেগী মনা ফংখি। অসিদসু নত্তনা ভারতকী ইনফোর্মেশন অমসুং ব্রোডকাষ্টিং মিনিষ্টর (ষ্টেট) গাদগিলনা মণিপুরগী অহান্বা ফিল্ম ডাইরেক্তরগী অৱাংবা থাক্কী ইকাইখুম্নরবা মনা অমদি সার্টিফিকেট ইং ১৯৮২ গী অগষ্ট তাং ১০দা এস. এন চান্দদা পীবিখি।

এস. এন. চান্দ ফিল্ম নম্বা পুথোকপগী থবক্তা নত্তনা ফিল্ম চাউখৎনবা থবকশিংদসু শরুক য়ারম্মী। সেপ্তেম্বর ১৯৮১ দগী এপ্রিল ১৯৮৭ ফাওবা মণিপুর ফিল্ম দিভলপমেন্ট কাউন্সিলগী মেম্বরনি, মে ১৯৮৭ তগী ১৯৮৮-৮৯ ফাওবা মণিপুব ফিল্ম দিভলপমেন্ট কোরপোবোসনগী বোর্ড ওফ ডাইবেক্তরগী মেম্বর ডাইরেক্তর অমা ওইখি।

ফিল্মগী থবক কয়া পাঙথোকপদা অনৌবা ৱাখল লৌশিং পুথোক্লুনা কান্নবা কয়া পীরম্বা মীওইনি। এস. এন. চান্দ মণিপুরী ফিল্মগী অহানবা মীতৈ মচা ডাইরেক্তরনি। ব্রোজেন্দ্রগী লুহোংবা এস. এন. চান্দনা পুথোকখিবা মওং অসি তৌবা য়াবা হোৎনবা য়াবা লম খমথেংনা মশা মথন্তনা হোৎনজদুনা মীপাল তাংদনা মশাগী মরল, খঙ-হৈজবা থৌনা লিংজেল পুথোকচদুনা অমুকসু মশাগী ঈ হুমাং তাবা মখৈ হোৎনদুনা ফিল্ম অসি পুথোকখিবনি। মণিপুবী সংস্কৃতি কলাবু

সেলুলোইদতা মতম চুপ্পগী লেঙদ্রবা মমি ওইনা থনম্বা হায়বসিনা মহাক্কী অরোইবা পান্দম ওইখি।

ফিল্মগী সংস্থান, লোয়শঙনচিংবা লৈত্রিঙৈ, মণিপুরী ফিল্মগী ঙা ঙাংবিনবা মীওই চোংথোকত্রিঙৈগী অঙনবা মতমদা ফিল্মগী আর্টিষ্টপু পামজদুনা ফিল্মবু চাউখৎনবা হোৎনরমদুনা ফিল্ম পুথোক্লম্বা এস. এন. চান্দ মণিপুরী ফিল্মগী তাইবংদা অথোইবা মীশক্নি। এস. এন. চান্দ ইং ১৯৮৯ গী ডিসেম্বর থাদা পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপ তানখি।

ব্রোজেন্দ্রোগী লুহোংবা ফিল্ম পুথোকপগী চংগদবা মচাক কয়া পুমনৌ নৌরিঙৈ লৈত্রিঙৈদা এস. এন. চান্দনা য়াম্না নীংথিনা হোৎনদুনা ফিল্ম পুথোক্লম্বা অসি থাগৎনিংঙাইনি হায়না কোঙদোক্লবগা লোয়ননা ফিল্মসি চেকশিন্না নমলম্বা, ডা. কমলগী ঋারি পরীংবু কেমেরাগী মতেংনা ভাবোক্তা উহন্দুনা ঋারী লীনবা নীংথিনা হোৎনরম্বা মীওইনি হায়না তিনখিৰা মীয়াম্না থাগৎনখি। ❑

# চাংয়েং অমা ওইনা হয়েংনা কনাগীনো

মতম অমদা মণিপুরী ফিল্ম পুথোকপিনবা তাওলক্ষ্মী, কয়া লৈনরমদে ওল্লবসু পুথোরুবা কিনৈ। মণিপুরী ফিল্মবু কনানা য়েংনরুবনো অসুন্না খঙ্গে। অদুবু ফিল্মবু নুংশিজবা লম অসিদা খোইদাজবা কয়ানা ফিল্ম কয়া পুথোক্লরকই। ইন্টর্নেসনেলগী লেবেলদা মণিপুরী ফিল্মশিং মশক খঙখরে, মসিগীদমক চাওথোকচনিংঙাই ওইরি। হৌজিক্তি অমুক ফিল্ম পুথোরুবসি কিনরকত্রে, ফিল্ম কয়া পুথোক্লরক্লে। ফিল্ম য়েংলিবা ভাবোকসু মমাংঙৈগুম নৎলকত্রে। হৌখিবা চহিগী লোইরমদাই ফিল্ম মথঙ মথঙ পুথোক্লরকপশিংগী মনুংদা নভেম্বর ১০,২০০০ দা ইম্ফালগী আশা সিনেমা হোলদা মীয়ামদা রিলিজ তৌখিবা বি. জি. ফিল্ম মণিপুরনা পুথোকপা হয়েংনা কনাগীনো হায়বসি মমীং পনবা য়াই।

খুনাই অসিদা মশাগীতা খন্দদুনা মীয়ামগী মতেং পাংনিংবা ডাক্তর লৈতে, মশাগী খুদোংচাবা য়েংদবা, মহৈরোইশিংবু নীংথিনা তাকপী তম্বীবা ওঝা তাওই, লৈবাক মীয়ামগী সেবা তৌগনি হায়না চোংথোরক্লিবা খ্বাইদগী দাইত্য লৈরবা মন্ত্রী ফাওবা মশাগী কান্নবা য়েংদুনা চমোৎনরবা শেঙ্গা থুমজাগী মকোল শাগৎহল্লি। অসিগুম্বা কয়া অসিনা ফ্রেম ওইরগা শাগৎপা ফিল্মনি। ফিল্মগী ৱারী ওইনা পল্লবদা শেঙ্গা থুমজাদা লায়চুরবা মিনিষ্টর অমদি মসিগা মান্নবা গেঙ লিদর মিষ্টর কাকা, লোয়ননা পুলিস ইন্সপেক্তরগী খুজিলদগী নোংম নোংমগী ক্রাইম কয়া শাগৎলক্তুনা মীহাৎ মীপুন অমদি শেঙ্গা থুমজাগী থবক কয়া ইচঙ থৌনা চংশিল্লকই।

ফিল্ম অসিদা লমদমসিগী শক-চুগী মমি অমা তাহল্লবা কল্লা হোৎনৈ। খুৎলাই পায়দুনা লালহৌবনা লমদমসিগী অমোৎপা কয়া অসি চুমথোকপা ওমগনি হায়বা, ৱাফমসিদা লাল হৌরিবা, মসিগা লোয়ননা সরকারনা লালহৌবা নমথনবা হোৎনবদা কাওন্টর ইন্সরজেন্সিগী থবক মীচম প্রজা কয়াদা চৎথনবা হোৎনরকপা ফিল্মসি, লালহৌবগী ইরাং লৈবা লমদমসিদদি য়াম্না লায়না লৌবা য়াদ্রি।

মরোমদোম লেপচবতনা লমদমসিগী মশক তাকপা ঙমগনি, ঐখোয় তোখাই তাগদবনি হায়দুনা খুৎলায় পায়দুনা লাল হৌরিবা লমদমসিদা অসিগুম্বা ফিল্ম অমা পুথোরকপদা করিগুম্বা মতাঙদা নাকোইননা চথখিগে তৌবা ফিল্মসিদা থেংনদবা নত্তে। মরমসিনা অসিগুম্বা ফিল্ম নম্বা হায়বসি য়াম্না চেকশিনবগীসু মথৌ তাই।

মণিপুরী ফিল্মগী ইতিহাসতা মপুং ফাবা এক্সনগী ফিল্ম ওইনা মীয়াম্না উন্নখিবসি মৈরিদা ওইনা থোকখি। হয়েংনা কনাগীনো হায়রিবা ফিল্ম অসিসু এক্সন্না মপুং ওইবা ফিল্মনি। বারী পরিংদগী এক্সননা নমহৎতুনা চৎপা ফিল্মনি। খুনাই অসিগী নুপী ওইবীশিংনা মপান লমগী মতৌ তমদুনা অকাম্বা অমদি মতৎ মরাংগী ফি কয়া শীজিন্নরকপা কয়া ফিল্মসিদা মমি তাদুনা মসিদগী কবন্না চুমথোকদগে হায়বা, সরকারনা আইন্না য়াদ্রবনি হায়না লাওথোকখ্রবা কয়া পুলিসনা ফাগদবগী কোইথি থিরিবা খুলায় পায়বশিংনা অহিং লেকতুনা চারম্বা ইমুং অমদা তাহৌবা দষা অসিগুম্বা কয়া অসিনা লমদম অসিগী য়ুমথোং কয়াদা থোক্লরবদা ঙসিনা ঐগীদা হয়েংনা কনাগীনো হাযবা অমা মীয়ামদা পুথোক্তুনা ফিল্মসিনা হংলি।

নোংমৈ কাপ্পদুনা অকনবা এক্সন চৎথবরোমদনা ফিল্মসি হেন্না থৱাই য়াওশিন্বা ওইনা তৌই। লমদমসিগী ঙসি ঙসিমক থোক্লিবা থেংনরিবা থৌদোক ৱাথোক্তা ফিল্ম ওইনা নমলুবা ওইরবসু মপাল লমগী ফিল্মশিংগী মমি অমা কন্না তাই। মসিনা কমর্সিয়েল ভ্যেল্লুদা হেন্না নকশিন্না চঙশিল্লি। মপুং ওইবা মেসেজ অমা ময়েক থোক্না পীরম্লবদি হেন্না মপুং ফাবা ফিল্ম ওইবমগনি। মীৎকী কুম্মেদি মপুং ফানা ফজরে হায়বা য়াই। ইনখৎলক্লিবা নহারোলশিংনা য়েংনিংবা ফিল্ম অমদি ওইগনি, মরু ওইবদি মপুং ওইবা পাওজেনদুনি।

ফিল্মসিগী মরু ওইবা শক্তম লাংলিবশিংদি মণিপুরী ফিল্মদা মীয়াম্না তোয়না উনরবা দিয়া, অমরজিৎ অমদি সিমা য়াওরি। মসিগা লোয়ননা চিংলেন, চাওবা, দেবান, হুইরেম মংলেম, কৃয়োপত্রি অমসুং হরিপিয়ারি, মেম্মা মমীং পনবা য়াই। মণিপুরী থিয়েটর অমদি ফিল্মদা মীয়াম্না হেন্না শকখংলবা ঙাক্তনিনা তৌথোরকপা খুদিংদা চুশিনহনবা ঙমই। থোইনা অশোনবা হায়বদুদি থোক্তে। ফিল্মসিগী

শৈশক্লিবশিংদি আসেম বীমোলা, কুঞ্জবীহারি, শ্যাম কাহ্নাই, সনাতোম্বা, নবকান্তা, চন্দ্রসখি, রুহিনি, ব্রমহরা অমদি হেমোলতানি। ম্যুজিক্লা শ্রীযুম্নাম শুরেন, স্কৃন প্লে, সিনেমাতোগ্রাফি অমদি ডাইরেক্সন সূর্য্যকান্তা, ষ্টোরি অমদি প্রক্সন্না ডব্লিউ গোজেন পুন্নমকপু তাথোক তাশীন তৌনরিবনা লাইময়ুম বীষ্ণু শর্ম্মনি। ❑

# লমদমসিগা চুশিন্নবা ফিল্ম তৎলুরবা ঈচেল

লমদমসিগী লৈহাওগা চুশিন্নবা, মণিপুরী কলচরগী মমি তাবা ফিল্ম অমদি ভি. ডি. ও. এলবমশিং পুথোকপিয়ু। ৰাহৈ পরেং খরসি য়াম্না তোয়না পন্নে হায়নৈ। অদুবু সেলুলোইড ফিল্মদগী হৌরগা ভি. ডি. ও. ফিল্মগী প্রদুসর, ডাইরেক্তর খরনদি য়াম্না শাওনিংবী হায়বদু য়ৌই। ইশামক হায়রিবা হিরমসিগা মরী লৈননা পাঙথোকপা খন্ন-নৈনবগী থৌরম অনিরকুম্বা সিনে আর্টিষ্ট এন্দ টেক্নিসিয়ান এসোসিয়েসন (কাটা) না শীনবা ভি. ডি. ও. এলবমশিং সেন্সর তৌদুনা পুথোক্লবা মতাঙ অমদি মণিপুর ভি. ডি. ও. ফিল্ম মেকরস এন্দ প্রদুসরস এসোসিয়েসননা শীনবা মণিপুরদা ই-সিনেমা হায়বা হিরমসিগী খন্ন নৈনবদা ঐখোয়গী কলচরগী মমি তাবা হায়বা ৰাফম মসিবু করিনো, হৌজিকসু ঐখোয়না খুদৈ খোংদাই শেৎলু হায়ব্রা, চাওখৎলবা যুগসিদা খুদৈ খোংদাই, ফনেক শেৎপা ফিল্মশিংদি ঐখোয়গী মীয়াম অসিনা য়েংনিংদে অদুনদি ঐখোয়দি শেল মাঙবা তারব্রা? ৰাফম অসিমক ফোঙদোক্লবা য়াওই। ওস্থোকপা ডাইরেক্তর, প্রদুসর ঙাক্তনি হায়না অসুম্না খল্লগা হল্লকই। শেল মাঙদনবা ওইরম্বা য়াই মণিপুরী ফিল্মশিংদা অমদি ভি. ডি. ও. এলবমশিংদা মপান লমগী মতৌ তমদুনা ফিজেৎ-চাকচেৎতা, ঈশৈদা করিদা মপাল তাংদুনা লমদমসিগী ফিল্মনি হায়বগী মমি মচেৎ অমা ফাওবা তাহন্দবা হোৎনরিবা অমদি ফিল্ম নম্নরিবা।

অসিগুম্বা য়াম্না ক্রিটিকেল ওইরবা তাল্লক অসিদা হন্দক্তা বোদস মুভিস সোসাইতিনা পুথোকপা মণিপুরী ফিচর ফিল্ম তৎলুরবা ঈচেল অসিমক চেষ্টরক্লিবা ঈচেল অসিদগী খরা নাথৈরগা ভি. দি. ও. ফোর্মেতা নম্লকপা লমদমসিগী লৈহাওগা চুশিন্নবা ফিল্মনি হায়নিংই। হৌজিক ঐখোয়না লমদমসিগী পুন্সিরোলগা নকশিন্নবা ফিল্মশিং য়েংবা ইফং ফংনরক্তবা মতমসিদা অসিগুম্বা ফিল্ম অমা পুথোরকপসি য়াম্না পুক্নিং থৌগৎনিংঙাই ওই। মসি মমল য়াম্বা ফিল্মনি হায়না লৌবা য়াই। ফিল্ম অসি ইমুং মনুং পুন্না য়েংমিন্নবদা নুংঙাইবা অমদি নুংশিবা পোকহনবা ফিল্ম

অমা ওইরবসু মরক মরক্তা চিৎথহৌবা নানথহৌবা অমদি হেক্লিনখিবা অহো অরাক কয়া য়াওদবদি নত্তে। মায়কৈ অসোমদগী য়েংলগা ফিল্মসিগী মশক নৈনবদা নুংঙাইগনি খল্লি।

ফিল্মসিদা কুঞ্জা (অরুন) গী মপা তোলমু (কুলচন্দ্র) না নাদুনা লৈখিদ্রে। কুঞ্জা মচা লৈখিদবগী নুংহংনরবগী থংনবদা ফিল্মসিগী লতা (সোফিয়া) গা উন্নদুনা চৎমিন্নবা অসিনা মপা লৈখিদ্রে হায়বগী নুংনাংবা নুংঙাইতবা নীংস্তমদবা, অরাবগী মমি মচেৎ অমফাও ফিল্মসিগী ক্লাইমেক্স খরা শাগৎপা য়ারমগদবদু হেক হেক মাঙহনখি। কুঞ্জা অমদি লতা য়ুম্বানমিন্নদুনা লৈমিন্নরবা মতুংদা লতাগী ওফিসকী মেনেজিং ডাইরেক্তরগা লতাগা মরি লৈনৈ হায়না কুঞ্জানা চিংনবা ফাওহন্দুনা মখোয় অনি খৎনরকই অমদি লতাবু থাদোক্তুনা কুঞ্জানা মতম খরা মাঙখি। মসিমক ফিল্মগী ক্লাইমেক্স অমা নমফুদা পুশিন্নবা হোৎনবনি হায়নিংই। কুঞ্জানা লতাবু চিংনরিবদু কদাই ফাওবা রিজনেবল ওইবা য়াবগে হায়বসি করিমত্তা খনথহন্দবমখে "ঐ নংগী ঈজ্জৎ য়োল্লগা পুরকপা পৈশা পামদে" হায়রল্লগা কুঞ্জা লোৎখিরম্মী। বাফম অসি বাইদা ডাইরেক্তরনা পুশিলক্লিবা ক্লাইমেক্স অসি য়েৎনবা অনিগী অকনবা মুক্লবা অমা থল্লমগদবদু লতা তুমিল লৈহলহৌই। নংগী ঈজ্জৎ য়োনলগা হায়বা বাহে অসি নুপী ওইবীশিংদা কোক্তা ব্রজ তাবগুম থোক্কদবদু মদুম ইতিং তিংনা লৈহৌই। মরমসিনা অয়েংবশিংদা তয়াং তশোইবা পোকহল্লি। নুপী ওইবিগী শিবা চংবা খঙলরোইদবা, কৈ অমোমগুম ঙংলরগদবদু মতাঙ সিবাইদা অয়েংবশিংদা ইতাও তাওনা থনমই। নাকল অমরোমদা কুঞ্জা ইম্ফাল ম্যুনিসিপালিটিগী চৌকিদারগী য়ুমদা লৈ। কুঞ্জানা য়ুম থাদোক্তুনা লাক্লিবসি অমদি লৈহৌরিবা য়ুমদা পাউ অমফাও চৌকিদার মশানা হায়রুনবগী তাঞ্জা ফিল্মসিদা থনমদে। মসি কদাই ফাওবা ওইথোকপা য়াবগে হায়বসি খন্থদুনা য়েংবা য়াই। চৌকিদার মশামক কুঞ্জাগী ইমুং-মনুংগী মীশিংগা হান্নদগীসু খঙনরবা মীওইনি। ফিল্ম হায়বসিদি মতম লৈবা খিবিক্তা অহিংবা পোৎশক ওইগদবনি। কুঞ্জানা য়ুমদা পাউ তাক্লুনু হায়রগা ফমদুনা লৈথোকহনবা হায়বসি ওইথোকনবা হোৎনবদা অবাবা অমদি ওইগদবনি। কুঞ্জাবু থিবা লতাগী ডাইরেক্তর অমদি নন্দিনি (আনন্দি) না কুঞ্জাগী লৈফমদা লাকই। ডাইরেক্তরদা চিংনবা থল্লিবা বদনাম পীরিবদু লতাসি ইচলগুম্বনি হায়বা বাফম অমা অনিদা হেক লোইশিনবা অমদি কুঞ্জা থবক ফংলে হায়দুনা নুংঙাইবরোমদা মায় ওনশিনখি। মসিনা য়ুমদগী খৎনদুনা শাওনদুনা লাক্লিবা

কুঞ্জাগী অমদি পুন্নমকী কেরেক্তরদু মাঙহল্লি। কুঞ্জা য়ুমদা থিনলকই, আনন্দিনা মসিসু হেক্তা শমজিনবা তৌশিনবা মানবা অমা ওইনা থোকই।

অসুন্না তৎলুরবা ঈচেল ফিল্মসিগী মনুংদা অপীকপা মচা মচা খরদা অহো অরাক চিৎথ নানথহৌবা খরা লৈখ্রবসু ফিল্মসি য়েংবদা য়াদবমখৈ নুংঙাইতবা ফিল্মনি হায়বদি য়াদ্রি। য়ান্না হেন্না নুংঙাইরিবদি ফজনা নীংথিবা নীংশিংনিঙাই ওইবা ডাইলোগ কয়া ফিল্মসিদা থেংনৈ। "গাড়ী ভরা য়াওরব্রা, হৌজিকপু ঐবু কমাই য়ুমদা হল্লুদোইনো" হায়বনচিংবা কয়ামুক্কা নুংঙাইহল্লি নুংশিহল্লি। ঈশৈগী কেরিওগ্রাফতা লমদমসিগী লৈহাও লৈশাগা চুশিন্নবা চপ মান্নবা ফিজেৎ চাকচা অমদি ঐখোয়গী শাথেক জগোই কয়া শাহনবা কয়া অসিনা ইংনা ফিল্মসি নুংশিবা অমসু পোকহল্লি।

ফিল্মসিগী প্রদুসরনা ফোঙদোক্রদুনা হায় ফিল্মসি কম্মন মীয়ামগী য়েংলগা নমখিবদি নত্তে মহাক মশাগী অহানবা ফিল্মনি। মণিপুরী ফিল্মদা মণিপুরী মান্না নম্বা ফিল্ম অমদি মণিপুরীশিংগী ঈশিং নুংশিৎকা চুশিন্নবা ফিল্ম পামদুনা ফিল্ম অসি নমলুবনি মায়কৈ অশোমদদি মায় পাক্রে হায়নিংই। আর্টিষ্টশিং নহা ওইরিবা ইনখৎলক্লিবা ঙাক্তা ওইরবসু শেন্নিংবা মওংদা শেম্বদা পোপ পোপ তাবা হায়বদু ফিল্মসিদা চপ চানা থোকই। সোফিয়া মশাগী ওইনা ইঙাওতা ঙাওজবী লাঙবা পামজবী মায়থোংদা মমি তারবসু ফিল্মসিদা মপুরোইবনা ইম্থোকপিরক্লবা নুপী অমগী শক্তম য়েকলকপদা সেরিঅস আর্টিষ্ট অমনা পংহেন হেন্দে হায়নিংই। আনন্দিসু অদু মঙাই মশা মশাগী কেরেক্তরশিং মতীক চপ চানা উৎথোকপদা মায় পাকই হায়না ফিল্মসিদা নৌবা ওইরবসু অব্বা অনা কায়না অব্বা মাইথোং য়েক্লকপদা মশক থোকই। অতৈ সেনিয়র ওইবা থিয়েটরগী আর্টিষ্টশিংনা ফিল্মগী চপ চাবা মহাও পীবা ঙমহল্লি হায়বদা হায়মনবা থোক্তে। করিগুম্বা মতাঙ খরদা কেমেরাগী হৈথোই-শিংথোইবা উবা ফংই, অদুবু মেকপ খরা খজিক চেকশিনবা বাৎপা মমি অমদি তারি। মসিমদি লাইবক থীবনি হায়নিংই। পুন্নমকসিগী মহৈ ফিল্মসিগী ডাইরেক্তর ওইরিবা অহল ওইরবা কুলচন্দ্র অমদি অহল ওইরবা প্রদুসর রঘুনাথতা শিন্ননিংই, মথা তাবা ফিল্মশিং লাকখিগনি খল্লি। ❑

# শ্যাম শর্ম্মগী অনৌবা চাংয়েং অশংবা নোংজাবী

অশংবা নোংজাবী ড্রামা ওইনা নম্বগা চপ মান্নে, মসিদি ফিল্ম মেকিং নত্তে। ঐগী এটেম্পতি মসিবু রেকোর্দ তৌহৌবগী পান্দমদা পায়খৎখিবনি। বাফম অসি মনিপুরী ফিচর ফিল্ম অশংবা নোংজাবী (ভি. দি ও. ফোর্মেটতা নম্বা) বু মণিপুরী ফিল্ম জর্নেলিষ্ট এন্দ ক্রিটিক্স এসোসিয়েসন্না শীন্দুনা ফেব্রুবারি ২৯,২০০৪ দা অখন্নবা ভাবকশিংদা কাগুনা য়েংহল্লবা মতুংদা ফিল্মসিগী মরমদা খন্ন-নৈনবগী থৌরমদা ফিল্মসিগী ডাইরেক্তর শক্লাইরবা ফিল্ম মেকর অরিবম শ্যাম শর্ম্মনা ফোঙদোকখিবনি। মহাক্লা মখা তানা ফোংদোক্লদুনা অশংবা নোংজাবী মতমসিগী চপ-চাবা ফিল্ম অমা ওইনা নম্বা তারবদি পুং ২ হেন্না শাংগনি। মসি অকক্লবা পুং খরখক্কী ওইবা ফিল্ম ওইনা নমখিবা অমদি ফিল্মসিগী ফজবা ডাইলোগশিং নীংথিনা রেকোর্দ তৌহৌবা হায়বসিনা মাংদা থম্লগা ফিল্মসি পায়খৎখিবনি হায়না ফোংদোককি। ফিল্ম অসি শক্লাইরবী অইবী এম. কে. বিনোদিনীনা ইবনি। অইবী অসিমক শান্তিনিকেতনদগী মতমগী চপ চাবা ইডুকেসন ফংলকখিবী অমদি পেন্টিং অমসুং স্কলপচরগী জ্ঞান মতীক চানা লৈরকখিবী অমা ওইরুবনা অশংবা নোংজাবী ইবা ঙমখিবনি হায়বা য়াই। ফিল্ম অসিদা অইবীগী মপুং ফাবা এক্সপিরিয়েন্সকী শক্তম অমা চোংথোরকই। ফিল্মসিগী নুংগী ওইবা বাফমদি খুনাই অসিগী পুন্সিরোলদা মতম লৈবা খিবীক্তা অরেপ্পা মশক মওং নাইদবা ঙমখৈ লৈতবা পুক্লিংগী অপাম্ববু থিদুনা লৈবা অমদি পুথোক্লবা হোৎনরিবা লাইয়েকপা আর্টিষ্ট গৌতমগুম্বা মীশক অমবু শকখঙবিদবা, মশা মশাগীতা খন্নবা, কান্নবা তোংজবা ঙাক্তা হোৎনরবা খুনাই অসিদা গৌতমগুম্বা আর্টিষ্ট অমগী মফম লৈরমদবদু ফিল্ম অসিদা থেংনৈ। অদুবু অসিগুম্বা অচম্বা মীৎয়েংগী বাংমদা লৈরিবা পুক্লিং হুরবা অতোপ্পা সংসার অমগী মশক খরমখৈদি উরুবা ইন্দুনদি গৌতমগী থম্মোয়বু মশক খরমখৈ খঙজববসু, পুন্সিগী অমাঙ অতোংগী কারবারদা কুপ্পা হিসাব শুরকখিবা ইন্দুগী মামোনদি গৌতমদগী লাপথোক্লবা হোৎনহন্দুনা কনাগুম্বা অমদা

থাজনিংই। মীওইবনা য়ুম-কৈ ফজবা, ফিজেৎ-লৈতেং অমদি পুক্নিংগী পেন্নবা মচাক কয়ানা থাৎত পাদনা লৈরবা, পেনবা ঙম্বা পুন্সি অমদি পুন্নমকশিং অসিনা পেনবা ঙমদবা পুন্সিগী লেঙদবা ভেল্যুবু মতম লৈবা খিবীক্তা থিদুনা লৈবা পুন্সি মওং অনিগী খেন্নবা, মরকসিদা কৈন্যাতোম্বীগী কেরেক্তর অমসু হাপচিন্দুনা গৌতমগী তাইবঙদুদা ঙাওজবা অমা ফিল্মসিদা উবা ফংই।

ফিল্মসি য়েংলুবদা এক্টিংদগী ডাইলোগনা হেন্না লুন্না, মরু ওইনা লৌবা অমা থেংনৈ। মরমদি ডাইলোগকী ফজবশিং হায়দোক্লবা হোৎনবরোমদা মায়পুনখিবদগী ফিল্মগী এক্টিংনচিংবদা তৌফম থোকপশিং কয়া থেংনরক্তবা মায় মায় ওনশিন্নরগা ফম্মীন্নরগা অদুমক লোইশিনবগী মমি অমা উবা ফংই। ফিল্মসিদা গৌতমগী শক্তম লাঙলিবা ভোগেন, ইন্দুগী শক্তম লাঙলিবী লিংজেনথোইবী, কৈন্যাতোম্বীগী শক্তম লাঙলিবা রীনা অমদি মামোগী শক্তম লাঙলীবা লমজা তোম্বা লোয়নমক সেলুলোইদতা ফিল্মশিংদা থেংনখ্রবদা মাই পাকখ্রবা মীওইশিং ঙাক্তনি। গৌতম অমদি ইন্দু অনিগী মতাঙ খরদা ইন্দু য়ান্না শোম্থখিবা, ইতিং তিংথোরক্তুনা ইচম চম্বা মোমেন্ট খরা থেংনখি। মাগী মামোনা মহাকপু অতোপ্পা নুপা অমদা থাজনিংলকপা, গৌতমদগী লাপথোক্লবা হায়রকপদা ইন্দুগী পুক্নিংদা য়ৈরমগদবা চৈনা অমদি মদুনা মায়থোংদা তারমগদবা মায়থোংগী মমি ইশেং শেংদবগুম তৌই। মামো (লমজা তোম্বা) গী সিন পংয়াম যামদ্রবসু থেংনখিবা খরদদি ফজবা পার্ফোমেন্স উবা ফংই। অদুবু মামোনা ইন্দুদা ঙাংলিবা, হায়বিবা তাক্লিবশিংদু ইন্দুগী মায়থোংদা অদুক হাক্না সেরিঅস ওইনা লৌরুবগী মমি তাখিদবা অদুনি। মামোনা হেন্না সেরিঅস ওইখিবা ফিল্মসিদা থেংনৈ। গৌতমগী কেরেক্তর অমা ইষ্টাব্লিষ্ট তৌরকপদা লাইয়েকপা আর্টিষ্ট অমা ওইনা উৎলকই। অদুবু ফিল্মসি মতম লৈবা খিবীক্তা নীংবা কায়বগী চৈথেংতনা য়ৈহৎপীরবা, নৎত্রগা অবা শক্লোনগী শক্তম অমা গৌতমগী মায়থোংদা অশুম লৈহনখিবা হায়বসি গৌতমগী কেরেক্তরসি মচেৎ কয়া থোক্লা থুগাইদুনা নৈনদুনা য়েংহৌবগী মশক অমা ডাইরেক্তরনা চিৎথহৌবা থেংনৈ। কৈন্যাতোম্বীনা লাই খুরুমলুরগা লাই য়েক্লিবা গৌতমগী নাক্তা চংলক্তুনা অমদি কৈন্যাতোম্বীগী শক্তম য়েংদুনা লাই য়েকপা ..... *কৈন্যা, ঐদি নহালমখৈ খংদে নংদি য়ান্না ফজেনা।* মতাং অসিদা কৈন্যাতোম্বীগী পুক্নিংদা ফাওরমগদবা নুপী ওইবীগী থোৎ-নৌজবী ইকায়থিগনবীগী শক্তম অদু ডাইরেক্তরনা কৈন্যাতোম্বীদা হাপ্লমদবনা য়ান্না চাওনা

অহোবা অমা লাকই। অমরোমদা কৈন্যাতোম্বী অয়েংবশিংদা ইকায়খঙদবী মায়কনবী অমগী শক্তম অমা ওইনা উহনখিগে তৌবা অমা থেংনৈ, মসি লাইবক থীবনি। মরমদি মখোয় অনিগী নুংশিনবগী রিলেসন অমা ইষ্টাব্লিষ্ট তৌবফাও নথত্রিবা, তৌরফাওবা ওইরবসু মশক ফজে হায়না খনজবী অশেংবা শক্তম অমনা মাঙদা লেপ্পগা মাগী শক্তম য়েকপা হায়বসিদা মখোয় অনিদা ফাওনরমগদৌবা থম্মোয়নুংগী ওইবা হ্যমেন রিলেসন অদু লৈতবদৌনা তৌই। গৌতম অমদি ইন্দু কায়নবগী অরোইবা মীৎকুপ্তু মীৎকী শিনা ইহৌরকফম থোকপদু অয়েংবশিংদা চৈনাদুয়ৌনা য়ৈহনবা ঙমদে। মসি ফিল্মসিদা ইন্দুগী মফমসি ডাইরেক্তরনা খরা পীক্লা থম্বগুম থোক্লি, মসিনসু ওইবা য়াই হায়নিংই। চপ চানা পার্ফেক্ট ওইবা মী লৈতবগুম ফিল্মসিদা অহো-অরাক খরা চিংথ নাম্বহৌবা খরা লৈখ্রবসু অশংবা নোংজাবী মনিপুরী ফিল্মগী ট্রেন্দ অসিদা অনৌবা মশক অমা অমুক চোংথোকহল্লে। অরোইবদা কৈন্যাতোম্বীনা গৌতমদা থল্লিবা পান্দম মীৎয়েং, গৌতম্না কৈন্যাতোম্বীবু করম্বা মীৎয়েংনা য়েংলিবা হায়বসিমদি ফিল্মসিগী স্ক্রিপ্ট অমদি ডাইরেক্তরনসু ময়েক শেংহল্লমদ্রে। কৈন্যাতোম্বীনা পানদুকান ফম্বা তোকথোক্তুনা ময়ুম হন্নিংলিবা, গৌতম্বু ময়ুমদা চৎমীন্ননিংহল্লিবা অনিগী মীৎয়েংসি করিনো হায়বদুদি লোত্তুনা অদুম থনল্লে। ❑

# মীৎয়েং অমা মণিপুরী ফিল্ম লাইবক থীবী

লমদমসিগী হৌজিক ওইরিবা পুন্সি মহিং অসিদা মণিপুরী সিনেমাগী ওইনদি খ্বাইদগী লাইবক থীবা, কুম কাংবা মতম অমনি হায়নিংই। মণিপুরী সিনেমানা নেসনেল অমদি ইন্টর্নেসনেলগী থাক্তা ফিদা কনখ্রবা মতুংসিদা মখা তানা সেলুলোয়দ ফিল্ম নম্নিংবা, পুথোক্নিংবা ফিল্ম প্রদুসর লৈশিল্লক্রে। সিনেমা হোল অয়াম্বা স্কুল কলেজ অমদি মার্কেট কমপ্লেক্সনচিংবা ওন্থোকপা য়াও, অঙকপা ফিভম অমা হায়বদু ওইরবা মণিপুরী সিনেমাগী লাইবক্নি।

অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা লমদমসিগী নহা ওইরিবা ফিল্ম মেকর মাখোনমনি মোংসাবা না ডাইরেক্সন পীবা মণিপুরী সোর্ট ফিল্ম *লাইবক থীবী* (১৬ এম এম/২০০২) পুথোবকই। ফিল্ম অসি মিনিষ্ট্রি ওফ ইনফোর্মেসন এণ্ড ব্রোদকষ্টিং গভর্নমেন্ট ওফ ইন্দিযাগী মেডিয়া ইউনিট অমা ওইরিবা ফিল্মস ডিবিজননা পুথোকপনি। মমাং চহিদা পুথোকখিবা ফিল্ম ওইরবশু মীয়াম্না য়েংবগী খুদোংচাবদি পাক ফংনখিদে। অদুবু হন্দক মমাং থাগী ৯ দা য়াইস্কুল পুলিস লেন্দা লৈবী শক্লাইরবী অইবী এম. কে. বিনোদিনীগী শঙ্গোয়দা মণিপুর ফিল্ম র্জনেলিষ্ট এন্দ ক্রিটিক্স এসোসিয়েসনা শীন্দুনা ফিল্মশিং মীয়ামদা য়েংহনবা অমদি ফিল্মসিগী মরমদা খন্ন-নৈন্নবগী থৌরম অমা পাঙথোকখি। থৌরম অসি ক্রিটিক্স এসোসিয়েসন অসিগী থা খুদিংগী চখরকপা ফিল্মগা মরী লৈনবা হিরমশিংদা খন্ন-নৈনবগী থৌরমগা মরি লৈননা পাংথোকখিবা থৌরমনি।

মাখোনমনি মোংসাবা নৌহৌনা শক তাক্লুদ্রবশু মীয়াম্না শকখংনরবা ফিল্ম মেকরনি। মহাক মশানা পুথোকখিবা *চৎলেদো ঐদি* মণিপুরী ফিচর ফিল্মনা ৪৮শুবা নেসনেল ফিল্ম এবার্দ ২০০১ গী বেষ্ট এবার্দ ফংলকখ্রবনি। মহাক মশানা ডোকুমেন্টরি, ফিচর অমদি টেলি ফিল্ম য়াওনা ফিল্ম তরাগী মথক্তা পুথোকখ্রে। মহাক্কী ফিল্ম খুৎপুথোক, মহাক্কী ডাইরেক্সন মণিপুরী সিনেমাগী ইতিহাসতা নহা ওইরিবা ডাইরেক্তরশিংগী মনুংদা তোপ-তাপ্না তাই। মঙোন্দা লমদমশিগী লৈহাও,

ঈশিং নুংশিৎকা চাননা, অমদি নাৎ-শক্তম চৎন-লোনচৎ খণ্ডবগী মমি কয়া মহাক্কী ফিল্মশিংদা তাই।

*লাইবক থীবী* ফিল্ম অসিমক শক্লাইরবা ফিল্ম মেকর অরিবম শ্যাম শর্ম্মগী ৱারী মচাদা য়ুম্ফম ওইরগা শক্লাইরবী অইবী এম. কে. বিনোদিনীনা স্ক্রন প্লে ওঙ্হোকপনি। ঐখোয়গী মৈতৈ সমাজদা থাজরোইসি কদাই, থাজসি করম্নো নিফুং-নিফুং লৈকায় অমদা, খুল অমদা চিংনরিবা, থাজনরিবা হিংচাবী চংবা নুংশিৎ চংবা হায়বসিগী ৱারীনা মালিকা কৌবী অহল ওইরবী নুপী অমদা খুলগী মীশিংনা চিংনবা থাজরুবগী মহৈনা অহল ওইরবী নুপী অদু খুল থাদোক্তুনা চৎখিদুনা লাইবক থীবী হায়বদু ওইখি। মসিনা ফিল্মশিংগী নুংদা চেল্লিবা ঈচেলনি। ফিল্মশিগী মতাঙদা ডাইরেক্তরনা অসুম্না হায়, *ঐখোয়গী সোসাইটি অসি কবিগুম্বা শকউদবা পোৎশক খরদা থাজনবী লৈরুবনা মীগা মীগগী মরক্তা লাপথোক্লবা, নুংশিনরক্তনবগী মচাক ওইরকই। অসিগুম্বা মীগা মীগগী লৈনরিবা মরী মাঙশিলকপা মতমসিদা ঐখোয়না অমম্বদা থাজনবগী, চৎনবী অসিদগী থৈদোক্তুনা অশেংবা পুন্সি অমদা চঙশিন্দুনা নুংশিননা লৈমীন্নসি হায়বসিনা ফিল্মসিগী পান্দমনি।*

ফিল্মসি মিনিট ৬০ গী প্রোজেক্তা নম্লুরগা মিনিট ৩০ দা তেনশিলকপদগী মদুগী চিংশিন্নবা হোৎনবদা নুংঙাইতবা খরদি থেংনৈ হাযনা ফোংদোকই। মসিদি পুন্নমকী ওইনা লাইবক থিবনি। পুন্নমকশিং অসি ওইজরবশু ফিল্মসি য়েংলুবদা মণিপুরী খুনাইশিনা নুংতিগী থেংনরিবা পুন্সি মহিং অমগী মমিদি তাই। অহল ওইরবী লুখ্রাবী মালিকা (লৌরেম্বম পিশক) অচৌবা সেল্যুলোইদ ফিল্ম খরদা মায় পাক্লা কুমথ্রবী আর্টিষ্ট অমনি। মহাক্লা নুংতিগী কৈথেল থোক্তুনা পোৎ-য়োনলুরগা ফংলকপা খরনা নোংমগী চরা নোংখন্নরিবী মঙোন্দা নিংথেম (রবীচন্দ্র) না *অবোক নং হিংচাবীনি হায় চুমত্রা* হংবা অমদি মালিকানা কপ্তুনা *নং লৈহৌরো অবোক চৎলগেকো* হায়বা ৱাহৈ খরদা অয়েংবশিংগী থম্মোয়দা তুজুংহনবা ঙম্মী। ফিল্মসিগী ক্লাইমেক্স মতাঙসিদগী পুখৎলকই। নিংথেম অমদি মালিকা অনিগী রিলেসন ইষ্টাব্লিস তৌনবা হোৎনবদা শান্নবুংগী লম্বী ফাওনা কৈথেলদা লাক্লিবী মালিকনা অমদি অঙাং ময়ামগা লোয়ননা শান্নরিবা নিংথেমগা তত্তনা উন্নহল্লি, কবোক পীজৈ নিংথেমদা মালিকানা। অদুবু মতাং অসিৱাইদা নৈননিংঙাই

ওইবা ৱাফম খরা থোরক্লিবদি ৱাফমসি, কৈথেল কাবা, কৈথেল চৎনবা হায়বসি অয়ুক চাকচামাংদা ওইনা অয়াম্বনা তৌনৈ। অয়ুক্কী মতমদা লম্পাক্তা অঙাং ময়াম শান্নবগী মহৎ নুমিদাংৱাইরমদা শান্নবনা হেন্না চুশিন্নগনি। মরমশিনা ডাইরেক্তরনা থম্লিবা মীৎয়েং অসি খরা ক্লিয়ার ওইবা ৱাৎপা ওইনা থোকই। শন্না হায়রবদা মালিকানা কৈথেলদগী কুম্লকপদা নিংথেমগা উন্নদুনা কবোক পিজরম্বনা চুশিন্নগনি। মালিকানা লৈ হেক্লুবী য়ুমগী মৌনহা অমা নুমিদাংদা মরোল মরি ফাইনা চোইরোল লোল্লকই। মৌনহা (ছত্রাবলি) গী এক্টিং অদুক্কী মতিক ফৈ হায়না লৌই। অদুবু লুরিবা ৱাফমদি মৌ নহাদুনা তৌরিবা এক্টিংদু হিংচাবী চংবা নৎত্রগা নুংশিৎ চংবগী সিমতোমলা হায়বসি নৈনবা য়াবা ৱাফমনি। খুনাই অসিনা করিগুম্বা মতমদা থেংনরিবা হিংচাবী চংবা, হায়বসি য়াং চিংথেকপা, মশা শাগৎপা, চোইরোল লোনবা ওইনা থেংনৈ। শন্না হায়রবদা নিংথেমনা মশা ঙমদদুনা লৈরিবা ফিভমদুদা চোয়রোন পারোন লোনবা ওইনা থেংনৈ। অদুনা মৌনহাদুগী ফিজিকেল মুভমেন্ট অদু মাইবী নৎত্রগা ঙাওনা ফৈনা নাকগী সিমতোমলোমদা লাক্কনি খল্লি। ফিল্মশি অহল ওইরবী মালিকা অমদি অঙাং ওইরিবা নিংথেম অনিগী হ্যুমেন রিলেসন অদুদা শাদোংদুনা শাগৎপা ফিল্মনি। অদুনা অমুকশু মশু মবেল উন্নে, *ইশুনা শারিবা ফজবেদা, নহালদৌনা অবোক্কা চাক চামিন্নসি / ইমানা চৈনি/ নং কৈদৌ লাকইনো হা, নংগা ঐগা করি মবি থোকনৈ। চৎলু লাকপিনু। নংনা ঐবু ঙাওহল্লে, অবোকী ইবুংঙো!* মীপুম খুদিংবু কপহল্লি। ফিল্মসিনা পিনিংলিবা মেসেজদি মালিকা হিংচাবী চংবী নত্তে, মা উবদা খুউ পায়গদবী মীশক্তু নত্তে। সাইন্স এন্দ টেক্নোলোজিনা খম থেংনা চাওখৎলবা মতমসিদা অশিগুম্বা থাজনবীসি থাপনা থমখ্রসি হায়বসিনি। মালিকানা হায়জে "*মানি ঐ হিংচাবীনি, ঐনা লোইনা চাবনি*" মালিকা মাগী খুন্নাইদুগা তোৎনা তিন্ননা, কৈথেল থোক্তুনা, লাইগী শেবা চৎতুনা লৈম্মীন্নরম্বদগী তপ্না-তপ্না ইন্থোক্লকখি। মালিকা মাগী সমাজনা নমদুনা ইন্থোকপিরে, মাদি হিংচাবীনি, মীগা উন্নবা য়াদবী, চামীন্নবা য়াদবী অমা ওইনা, মহাক খুঙ্গংদু থাদোক্তুনা চৎখ্রে। নিংথেম মালিকাবু ঙাইদুনা লৈহৌই। নিংথেম, মওং খঙই মাগী চন্নবা অঙাং ওইবৈ থম্মোয়না খুঙ্গংগী অবোক মালিকা নমদুনা লাইবক থীবী ওইহল্লে। ❑

# পুনে ফিল্ম এপ্রিসিয়েসন কোর্স ২০০৩,

ভারতকী তোঙান-তোঙানবা ষ্টেটশিংগী মনুংদা মহারাষ্ট্রা হায়বসি ফিল্মগী ইতিহাসতা অচৌবা মফম অমা কন্দুনা লাক্রি। পৃথিবীগী ওইনা লুমিয়র ব্রদর্স না ইং ১৮৯৫ গী ডিসেম্বর তাং ২৮ দা পেরিসতা ইহান হান্না ফিল্মবু পাক চাওনা স্ক্রন্দা কাপথোকপা হৌখ্রবসু ভারতকী ওইনদি ইহান হান্না ইং ১৮৯৬ গী জুলাই তাং ৭ তা মহারাষ্ট্রাগী কোনুং ওইরিবা মুম্বাইগী ৱেটসন হোটেল দা কাপথোক্লুনা মীয়ামদা য়েংহনবা ঙমখি। অসিদসু নত্তনা ফিল্মবু চাওখৎনবা হোৎনবদা অচৌবা য়ুম্বী মখোং অহুমসু মহারাষ্ট্রাগী তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা লৈরি। মখোয়শিং অদুদি *নেসনেল ফিল্ম ডিভলপমেন্ট কোরপোরেসন* (এন. এফ. ডি. সি.) মুম্বাই, *নেসনেল ফিল্ম আর্কাইবস ওফ ইন্দিয়া* (এন. এফ. এ. আই.) পুনে, অমদি *ফিল্ম এন্দ টেলিভিজন ইনষ্টটিট্যুট ওফ ইন্দিয়া* (এফ. টি. আই. আই.) পুনে অসিনি। মখোয়শিং অসি ইন্দিয়াগী ফিল্ম চাওখৎনবা হোৎনরিবা অচৌবা লোয়শঙশিংনি।

মিনিষ্ট্রি ওফ ইনফোর্মেসন এন্দ ব্রোর্ড কাষ্টিং গভর্নমেন্ট ওফ ইন্দিয়াগী মখাদা লৈরিবা *নেসনেল ফিল্ম আর্কাইবস ওফ ইন্দিয়া* অমদি *ফিল্ম এন্দ টেলিভিজন ইনষ্টিট্যুট ওফ ইন্দিয়া, পুনে* অনিনা চহি খুদিংগী ফিল্ম এপ্রিসিয়েসন কোর্স হেক হেক পাংথোকই। ইং ১৯৭৪ দগী পাঙথোকপা হৌরকখিবা কোর্স অসি হৌজিক ফাওবদা চহি ৩০ গী ময়া হায়রক্লে। মরক্তা চহি অনিমুক কোর্স অসি পাঙথোক্তবা য়াওখ্রে। মনিপুরগী ওইনা *মণিপুর ফিল্ম ডিভলপমেন্ট কোরপোরেসন* (এ. এফ. ডি. সি.) নত্তনা চহি খুদিংগী এপ্রিসিয়েসন কোর্স য়াওনবগীদমক মীওই অনি অনি শেল পুথোক্লুনা থাই। মরক্তা চহি খরা থাবা লেপ্পুরবসু অমদি কো-ওপরেসন অসি লাক্রিঙৈদগী লমদমসিগী ফিল্মবু পামজবা নুংশিজবা কয়া কোর্স অসিদা শরুক য়ারকখিবা থেংনৈ। মণিপুরগী ওইনা হৌজিক-হৌজিমক মণিপুর ফিল্ম জর্নেলিষ্ট এন্দ ক্রিটিক্স এসোসিয়েসনগী প্রসিদেন্ট ওইরিবা আর কে বিদুরশু ইং ১৯৭৭ তা শরুক য়ারুই। মহাক্না মণিপুরগী ওইনা এপ্রিসিয়েসন কোর্স অসিদা

শরুক য়ারুবা মণিপুরগী অহানবা মীশক হায়বদু ওইরে। মসিগী মমাঙদা লমদমসিগী মীহুৎশিংনা শরুক য়ারুবগী ওফিসিয়েল ওইবা চেশিং থোইদোকপা থেংনরক্তে।

অমক্তে লমদমসিগী ওইনা কোর্স অসিদা শরুক য়ারুরবা মীওইশিং অদুদি ও. মঙ্গি অমদি সোয়াম লোকেন্দ্রজিৎ সিংহ (১৯৮২), থৌনাওজম কিশ্বরচান্দ, ডা. মহেন্দ্রকুমার শর্ম্মা অমদি এল. দোরেন্দ্র (১৯৮৩), চোংথাম আর. এস. অমদি বীনাপানী (১৯৮৪), মেঘচন্দ্র কোঙবম অমদি চিত্রেশ্বর শর্ম্মা (১৯৮৫), রাজেন পাওনম অমদি অসিস শর্ম্মা (১৯৮৬), পি. লালমনি সিংহ অমদি এস. ঐচ. সুকদেব (১৯৮৭), সোইবম ইন্দ্রকুমার অমদি লাইময়ুম বলদেব শর্ম্মা (১৯৮৯), ধিরেন অমদি নোরেন (১৯৯২), বি. এম. সনজু, মহেজ লাইশ্রম অমদি নিভা সিংহ (১৯৯৫), নাওরেম ডিনেস অমদি নাওরেম মোহেন (১৯৯৬), এম. সি. অরুন অমদি এ. প্রিয়োবর্ত (১৯৯৮), এল. দোরেন্দ্র অমদি বিজয়া পেবম (১৯৯৯), ৱাহেংবম বোবি, ৱাঙহেংবম টিকেন্দ্র (২০০০), জিৎ, নিংঙোম্বা অমদি রুহিনীকুমার থৌদাম (২০০১), অমসুং ইমোমচা হৈসনাম অমদি এ. সি. নেত্রজিৎ (২০০৩) নি।

হৌজিক ফাওবদা কোর্স অসিদা শরুক য়ারুবা লমদমসিগী মীওই ৩৩ মুক শুরক্লে। অদুবু লম অসিগা মরী লৈননা কোর্স অসি চৎলুবগী ফংলকপা কান্নবশিং অদু পীরুবা লমদমসিদা ময়াম পুন্না ইন্টরেক্সন তৌমিনন্নবা চংশিনমিন্নবদি মীওই খরা খজিক্তনি। হিরম অসিগা মরী লৈননা মণিপুর ফিল্ম ডিভলপমেন্ট কোরপোরেসন হোৎনদুনা ফিল্মগী খন্ন নৈনবা কয়া অমদি শেলসু পুথোক্লুনা কোর্স য়াওহলুবগী মহৈ লোকপগী থৌওং অসি ঙসি ফাওবদা তুমিন্না লৈথোক্লি। মসি লমদমসিগী ফিল্ম পামজবা ফিল্ম নুংশিজবা মীওইশিংগী লাইবক থীবনি। মসি এম. এফ. ডি. সিনা তুমিন্না লৈশিনফম থোক্তে হায়নিংই।

ফিল্ম এপ্রিসিয়েসন কোর্স হায়বসি ফিল্ম ফেষ্টিবেল নত্তে, ফিল্ম মেকিংগী কোর্সশু নত্তে, অদুনা এপ্রিসিয়েসন কোর্স অসিদা ফিল্ম মেকিংগুম্না প্রক্তিকেল এক্সর্সাইজ য়াওদে। এপ্রিসিয়েসন কোর্স হায়বসি ফিল্ম অমগী ক্রিয়েটিব এসপেক্টশিংদু য়েংবনি, মরম অসিনা ফিল্ম অমা ওইরক্লবা হোৎনবদা চংলিবা মচাকশিং হায়বদি স্ক্রিপ্ট, কেমেরা, সাউন্দ, ইডিটিং, এক্টিং অমদি ডাইরেক্সন

য়েংবনি। মীওই অমনা ফিল্ম অমা য়েংলুরবা মতুংদা ফিল্মদুগী ফজবা থীবা নুংঙাইবা নুংঙাইতবা কয়া ফোঙদোকই, মসি ফিল্ম এপ্রিসিয়েসনগী ভাব অমনি হায়না লৌবা য়াই। মীপুম খুদিংমক ফিল্ম অমবু এপ্রিসিয়েসন তৌবগী ভাব লৈন্নবা ঙাক্তনি। অদুবু লমদমসিদা ফিল্মগী টেক্নোলোজি অমদি ফিল্ম এপ্রিসিয়েসনগী নোলেজ অদু চপ হেক চানা য়ৌনা খঙনা ফিল্ম ক্রিটিসিজম, ফিল্ম রিভিয়ু তৌনবদি মীওই খরা নত্তনা পংথেং থেংনদে।

চৎলিবা চহিসিগী ওইনা মে ১৯ দগী জুন ১৪ ফাওবদা পুনেগী এফ টি আই আই অমদি এন. এফ. এ. আইগী কমপ্লেক্সতা পাঙথোকখিবা কোর্স অসিদা ফিল্মগী বেসিক কনসেপ্ট, করম্না ফিল্ম অমা ওইরকপা, ইন্দিয়াগী য়াওনা ইন্টর্নেসনেল সিনেমাগী পুৱারী, ফিল্ম থিওরি অমদি ফিল্মগী মরী লৈনবা আর্টিষ্টশিং, নন ফিক্সন, এনিমেসন, পোপুলর সিনেমাগী লেকচরশিং শক্লাইরবা তোঙান তোঙানবা লমশিংদগী লাকপা স্কোলারশিংনা পীদুনা অমদি ফিল্ম য়েংহন্দুনা খন্ন-নৈনখি। কোর্স অসিদা য়ু. এস. এ. অমদি শ্রীলঙ্কাদগী য়াওনা ভারতকী তোঙান তোঙানবা ষ্টেটশিংদগী মীওই ৭২ না শরুক য়াখি। নোর্ঠ ইষ্ট ষ্টেটকী ওইনা কোলকতাদগী অমা অমদি মণিপুরদগী মীওই অনি য়াওখি। হন্দকী কোর্স অসিদা লেকচর পীখিবা স্কোলার খরা পল্লবদা কোলকতাদগী সমিক বন্দোপধ্যয়া, বেঙ্গলোরদগী অসিস রাজাধায়কসা, পুনেদগী অনিল ঝানকর, বি. সি. নারিয়া, ৱাই. কে. মাথুর, সটিস কুমার, গয়ত্রি চেতর্জি, ভাসকর চন্দভারকর, সুরেস ছাবরিয়া, হেমানতি বেনরজি অমদি কেদরএম. অৱাটি, চেন্নাইদগী কে. হরিহরন, ন্যু দিল্লিদগী রনজনি মজুমদার, মুম্বাইদগী আনন্দ পাটৱার্ধন অমদি রাম মোহোন, টিরুভান্টপুরমদগী পি. কে. নায়র অমদি শক্লাইরবা ফিল্ম মেকরশিং সুমিত্র ভাবে, সুনিল শুথাঙ্কর, অদুর গোপাল কৃষ্ণনন, রাম মধাৱানি অমদি সুমিত্র রনদে নচিংবনা লেকচর পীরবা মতুংদা খন্না নৈনবা কয়া থেংনরকখি।

কোর্স মনুংদা নেসনেল ফিল্ম আর্কাইবস অমদি ফিল্ম এন্দ টেলিভিজন ইষ্টটিট্যুট ওফ ইন্দিয়াগী লাইব্রেরিশিংদা চঙদুনা লাইরিক য়েংহনবা পাহনবগী খুদোংচাবসু পীরকখি। আর্কাইবসতা লৈহৌরিবা লাইরিকশিং উরুবদা মণিপুরগী ওইনা ৱাৎলিবা, হোরিবদু চাওনা উরকই। লমদমসিগী ওইনা ফিল্মগী ওইবা অইবা লাইরিক অমত্তা লৈতে। ফিল্মগী টেক্নিকেল ওইবশিং নৎত্রগা ক্রিটিসিজমগী

ওইবা লাইরিকশিং য়াওদ্রগসু ঐখোয়গী মণিপুরী সিনেমাগী ৱারী অমা ইদুনা ফোঙদোকপা মথৌ তারে। ঙসি ফাওবদা মণিপুরী সিনেমাগী ৱারী অমত্তা অফোঙবা লাইরিক ওইনা থেংনদ্রি। সোবিনিয়র নৎত্রগা মেগাজিন অমদি খবরশিংদা খরা ইদুনা ফোঙনবা অমদি হয়েং তুংদা রিফরেন্স অমদি টেক্স ওইরকপা, কনাগুম্বা লমদমসিগী মীওই নৎত্রগা মপানগী মীওইশিংনা থিজিন খোৎচিনবগী লমদা চংশিল্লকপদা থেংনগদবা অহোবদু ঙসিগী মীরোলনা খম্থদুনা মণিপুরী সিনেমাগী ইতিহাস অমা ইবা চুম্লে হায়নিংই।

মণিপুরী সিনেমানা ইন্টর্নেসনেল থাক য়ৌদুনা ফিদা অমা কল্লবা মতমসিদা মণিপুরী সিনেমাবু ইন্টর্নেসনেলগী থাক্তা পুখৎলক্লিবা শক্লাইরবা ফিল্ম মেকর অরিবম শ্যাম শর্ম্মগী ফিল্মশিংগী মরমদা ইবা লাইরিকশিং লৈতে। *ফিল্ম ডাইরেক্তর অমা ওইনা শ্যাম শর্ম্মা* হীরমসিদা ইবা য়াই, নেসনেল অমদি ইন্টর্নেসনেল লেবেল য়ৌখ্রবা ফিল্মশিংগী স্ক্রিপ্ট ফোঙদোকপা য়াই। ঙসি ফাওবদা শক্লাইরবা অইবী এম. কে. বিনোদিনীনা ইবা ওলাংথাগী ৱাংমদশু অমদি খাইদেম প্রমোদিনিগী লাংলেন থাদোই ফিল্ম অনিখক নত্তনা ফিল্ম স্ক্রিপ্টপু লাইরিক ওইনা ফোঙদোকপা থেংনদ্রি, ঐনা খঙদবনসু ওইরম্বা য়াই। লম অসিদা থিজিনবীরিবা অমদি ফিল্ম ক্রিটিক্স আর. কে. বিদুর অমদি মেঘচন্দ্র কোঙবম (ঐনা খংজবা খরা) নচিংবনা হায়রিবা ৱাৎলিবশিং অসি মেনখৎপিরকনি হায়না খল্লি। মখোয় নত্তবা ফিল্মবু থিজিল্লিবা মীওইশিংনসু হোৎনবীবা য়াই। হিরম অশোমদা মণিপুর ফিল্ম ডিভলমমেন্ট কোরপোরেসন পুক্লিং চংশিনবা মথৌ তাই। অহানবদা মণিপুরী ফিল্মগী ইতিহাস অমা ইন্নবা হোৎনহন্নিংই। লমদমসিগী ফিল্মবু পামজবা, থিজিল্লিবা মরি লৈনবা মীওইদা থিজিলহন্দুনা শক্লাইরবা ফিল্ম ডাইরেক্তর লৈরিবশিংগী মরমদা ইহনবা য়াই। ফোঙখিবা অমদি মণিপুরদা পুথোকখ্রবা ফিল্মশিংগী ওইবা সিনোপসিসশিং খোমজিন্দুনা ফোঙবিন্নবা প্লান তৌবিবা য়াই। মপান লমগী নৎত্রফাওবা নেসনেল ফিল্ম আর্কাইবস ওফ ইন্দিয়া অমদি মিনিষ্ট্রি ওফ ইনফোর্মেসন এণ্ড ব্রোদকাষ্টিংনা ইন্দিয়াগী সিনেমাগী মরমদা ফোঙলিবা লাইরিকশিং থেংনবিরবা ঙাক্তনি। লমদমসিগী অৱাৎপশিং অসিদি মেনশিন্নবা মরী লৈনবা লোইশঙশিংনা শীনবীবা মতম ওইরে।

নেসনেল ফিল্ম আর্কাইবস ওফ ইণ্ডিয়া পুনে, মিনিষ্ট্রি ওফ ইনফোর্মেসন এন্দ ব্রোর্ড কাষ্টিং, গভর্নমেন্ট ওফ ইন্দিয়াগী মেদিয়া য়ুনিট অমা ওইনা ইং ১৯৬৪দা লিংখৎখিবনি। হৌজিক হৌজিক ফিল্ম আর্কাইব অসিগী রিজনেল ওফিস অহুম বেঙ্গলোর, কোলকতা অমদি টিপুভানন্টপুরমদা লৈরি। ইং ১৯৬৯ দগী ইন্টর্নেসনেল ফেদরেসন ওফ ফিল্ম আর্কাইবসগী মেম্বর ওইদুনা ফেদরেসন অসিগী থবক থৌরম খুদিংদা মরু ওইবা থৌদাং লৌরি। আর্কাইবস অসিনা ফিল্ম কলেক্সন, ফিল্ম প্রিজাবেসন, ক্যাটলোগিষ্ট, দোকুমেন্টেসন, লাইব্রেরি রিসার্চ এন্দ ফিল্ম ষ্টদিজনচিংবগী থবক থৌরম কয়া পাঙথোক্লি। হৌজিক ফাওবদা নেসনেল আর্কাইবস অসিগী লাইব্রেরিদা পৃথিবীগী তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদগী র্জনেলশিং য়াওনা ফিল্মগা মরী লৈনবা লাইরিকশিং লীশিং কুনহুমদোইগী ময়াদা লৈরে। আর্কাইবস অসিদা সেন্ট্রেল বোর্ড ওফ ফিল্ম সার্টিফিকেসনদগী খোমজিনবা ফিল্ম স্ক্রিপ্ট লীশিং কুনগী ময়াদা লৈরে।

ফিল্ম কলেক্সনগী পান্দমদা ইন্দিযাগী তোঙান-তোঙানবা লোলশিংগী ফিল্মশিং অমদি ফোরেন ফিল্মশিং কযামুক কলেক্সন তৌবগী মনুংদা মণিপুবদগী অবিবম শ্যাম শর্ম্মনা ডাইরেক্সন পীবা ইমাগী নিংথেম (১৯৮১) সু যাওহৌবি। হৌজিক ফাওদা আর্কাইব অসিদা ইন্দিযাগী ফিল্ম লীশিং কুনমাথোই চহুম অমদি ফোরেন ফিল্ম লীশিং অনি চাতবেৎলোমগী ফিল্ম প্রিন্ট লৈবে। অসিদসু নত্তনা আর্কাইবগী ডোক্যুমেন্টেসন সেক্সন্দা ইন্দিয়ান সিনেমাগী ওইনা ষ্টিল ফোটোগ্রাফ লাক্ষ অমা লীশিং মঙা অমদি ফিল্ম পোষ্টব লীশিংতরেৎকী মথক্তা, ফিল্ম ঈশৈগী লাইরিক, লোবি কার্ডস, প্রেস ক্লিপিংস অমদি অবিবা দিস্ক রেকোর্দশিংসু লৈরি। রিসার্চ এন্দ ফিল্ম ষ্টডিজগী পান্দমদা ইন্দিযান সিনেমাগী ইতিহাসপু থিজিনলিবা অমদি একাদেমিক ওইনা সর্ভে তৌবিবশিংদসু ফিল্ম ভি দি. ও. কলেক্সন, দোক্যুমেন্টেসন তৌবগী খুদোংচাবা কয়া পীবি। ইন্দিয়াগী শক্লাইরবা ফিল্ম মেকরশিং, সেনিয়ার আর্টিষ্টশিং কয়ামুক্কী মরমদা মোনোগ্রাফ কয়ামুক পুথোকপা য়াওরি। হৌজিক ফাওবা মোনোগ্রাফ ১২ মুক মপুং ফানা লোইশিন্দুনা পব্লিস তৌখ্রে।

এপ্রিসিয়েসন কোর্স অসিগী মনুংদা পব্লিকেসন সেক্সনশিং চঙ চঙদুনা য়েংহলকখি। পুন্নমকশিং অসি উরুরগা ঐগী পোরুফমগী অবাৎপা অমসু অদুমক

চোংথোরকখি। অৱাৎপগী অৱাৎপা ঙাক্তনি ঙসি ফাওবদা মণিপুরদা ফিল্মগী আর্কাইব লৈত্রি। ফিল্ম আর্কাইবস তোঙান্না লিংবা ঙমদ্রফাও মণিপুর ফিল্ম দিভলপমেন্ট কোরপোরেসন্দা ফিল্ম আর্কাইববকী সেক্সন অমা থম্বিবা য়াই। মসি নৎত্রগনা মণিপুর ষ্টেট আর্কাইবতা মণিপুরী ফিল্মশিংগী সেক্সন অমা হাংদোকপীবসু য়াই। তৌবগীবুদি শেল থোক্তবা দিপার্টমেন্ট মচানি খন্দুনা মুথৎপনা ফৈ খনবদগী মুথৎনবা থৌরাং তৌরুবদগী আর্ট এন্দ কলচরবু মশক মুন্না খংবা ডা. এম. নরনা মিনিষ্টর ওইরুবদগী মণিপুর ফিল্ম দিভলপমেন্ট কোর্পোরেসন (এম. এফ. দি. সি.) শিরুরগদবদগী কুদগী শৎপনি হায়বা য়াই।

মতাঙ অসিদা থমজনিংলিবা ৱাফমদি এম. এফ. দি. সি হৌজিক লৈরিবা বিল্ডিংসিদা ফিল্ম কলেক্সন তৌশিনবদা খুদোং চারোইদবা লৈরবসু আর্ট এন্দ কলচর দিপার্টমেন্ট অসিগী মনুং চন্না লৈবা ঙাক্তনিনা মণিপুর ষ্টেট আর্কাইব অসিদা অরিবা লাইবিকশিং খোমজিনবা, ফোঙবিবা অসিগী মথক্তা মণিপুরী ফিল্মবুসু খোমজিনদুনা থম্বিবা, ফিল্মগী প্রদুসরশিংনসু কৎথোকপিবগা লোয়ননা ফিল্মশিং পুথোকপিবরুবদি মণিপুরী ফিল্মগী চপ চাবা মশক থোকপা হায়বদু ওইগনি।

হৌজিক হৌজিক এম. এফ. দি. সিনা পুথোকখ্রিবা ফিল্মশিং কবম্বা মওংদা থম্লীবগে হায়বসি লৈবিবা বিল্ডিং অসি য়েংলুরগদি যাম্না খুদোং থীনিংঙাইনি। অসিদসু নওে লনাই প্রদুসবশিংগী ময়ুম ময়ুমদা লৈনবিবা ফিল্মশিং থম্লীবগী মওং মতৌনা কবম তৌরিবজাৎনো হংবা য়াবা ৱাহংনি। চহি খরগী মতুংদদি মণিপুবগী অহানবা ফিল্ম ওইখিবশিং অমদি মতমদুগী ফিল্মশিংগী প্রিন্টকী ফীভম করম তৌরমগদগে হায়বসি হৌজিক য়াম্না মুন্না খন্নহৌবা চুম্লবনি। মরম অসিনা মণিপুরদা য়াম্না তোয়না ফিল্ম ফেষ্টিবেল তৌদবা, ফিল্মগী সবসিদি পিবীনবগী দাবী তাল্লিবা প্রদুসর কয়ামুক্তা ফিল্ম আর্কাইব অমা থম্বীনবসু মরী লৈনবা লোয়শঙদা হৌদোকহন্নিংই। মীয়ামগী থবক হায়বসি হৌদোকপা অমা য়াওদ্রবদি ইয়ামক য়াদে। মসি প্রদুসর এসোসিয়েসন্না ওইহন্নিংই। মসি নৎত্রগদি ইশা হিংলিবমখৈ ঐগী ফিল্ম অদুমক লৈবা ইশা লৈখিদ্রবা মতুংদনা ফিল্মগী মগুণ অমদি মশক খঙদবা কয়ানা চিংথোক্তনা অঙাং শান্নপোৎ ওইনবগী মচাক ওইরকপসু য়াই। মণিপুরী ফিল্মগী পোলিসি অমা থম্নবা কন্না হোৎনরিঙৈ মরকসিদা অসিগুম্বা ৱাফম অমা পুখৎলুবা হায়বসি য়াম্না হরাওনা লৌগনি খল্লি।

ফিল্ম এন্দ টেলিভিজন ইনষ্টিটিয়্যুট ওফ ইন্দিয়া (এফ. টি. আই. আই.) পুনে ভারতকী সিনেমাগী ইতিহাস হৌরকপদা অচৌবা মফম অমা কল্লিবা সন্ট টুকারাম, কুনকু, মানুস, অমদি সিজরি নচিংবা ফিল্ম কয়াগী নম্ফ ম ওইরিবা পুনে ম্যুনিসিপাল কোপোরেসনগী মনুং চনবা য়ান্না চাওথোকচনিংঙাই ওইরবা প্রভাদ ষ্টুদিওদা এফ. টি. আই. আই. ১৯৬০ দা লিংখৎখি। অসিগুম্বা নিংশিংনিঙাই ওইরবা ষ্টুদিও অসি ঙসিসু মখা তানা এফ. টি. আই. আই. গী মহৈরোইশিংগী ফিল্মগী এক্সর্সাইজ তৌফম ওইদুনা লৈরি।

ইং ১৯৭৪দগীদি ইনষ্টিট্যুট অসিদা ন্যু দিল্লিদা লৈরম্বা ডুরদর্সন, টেলিভিজন ট্রেনিং সেন্টর হোংজিলক্লুনা ফিল্ম অমদি টি ভিগী মপুং ফারবা মফম অমা হায়বদু ওইরি। পৃথিবীগী ওইনা ফিল্ম অমদি টেলিভিজনগী স্কুলশিংগী অপুনবা এপেক্স বোদি অমা ওইরিবা *Centre International De Liaison Des Ecoles De Cinema Et De Television* (CILECT) গী মপুং ফাববা মেম্বর অমসু ওইরি। খ্বায়দগী নৌবা ফিল্ম নম্নবা টেলিকাষ্ট ক্বালিটি লৈবা মেছিনশিং লৈবগা লোয়ননা অচৌবা ষ্টুদিও অনিখক অমদি টেলিভিজনগী তোঙানবা ষ্টুদিও অনিখক লৈরি। একাদেমিক প্রোগ্রাম ওইনা ইনষ্টিট্যুট অসিদা ডাইরেক্সন, সিনেমাটোগ্রাফি, ওদিওগ্রাফি, ইদিটিংনচিংবা তম্নবগী খুদোংচাবা লৈরি। নেসনেল ফিল্ম আর্কাইবতা অচৌবা লাইব্রেরি অমা লৈবগুম ইনষ্টিট্যুট অসিদসু লাইরিক, ফিল্ম অমদি ভি. ডি. ও. লাইব্রেরি তোঙান্না চাওনা লৈরি। অতেনবা মতমগী তোঙান-তোঙানবা কোর্স কয়ামুকসু পাঙথোকই, এফ. টি আই. আই. অচৌবা কেম্পস অমনি। কেম্পস মনুংদা নুপাগী অচৌবা হোষ্টেল বিল্ডিংশিং য়াওনা তোঙান-তোঙানবা বিল্ডিংশিং লৈরি। এপ্রিসিয়েসন কোর্স অসিগী মেম্বরশিংবু ইনষ্টিট্যুট অসিগী তোঙান-তোঙানবা সেক্সনশিং চংদুনা য়েংহনবতা নত্তনা অচৌবা ফিল্মগী ষ্টুদিওশিং লাইব্রেরিগী খুদোংচাবা, ইডিটিং অমদি তোঙান-তোঙানবা মখলগী খুৎসু খুৎলায়শিং দেমোনসট্রেসনতৌদুনা য়েংহনলকই।

কোর্স অসি চৎথরিঙৈ মনুংদা ফিল্ম এন্দ টেলিভিজন ইনষ্টিট্যুট ওফ ইন্দিয়া (এফ. টি. আই. আই.) গী তোঙান-তোঙানবা প্রিভিয়্যু থিয়েটরশিং অমদি নেসনেল ফিল্ম আর্কাইবস ওফ ইন্দিয়াগী ওদিটোরিয়মদা তোঙান-তোঙানবা লমশিংগী সাইলেন্ট ফিল্মশিং য়াওনা ক্লাসিক ওইরবা ফিল্ম কয়ামুক স্ক্রিন্নিং তৌদুনা য়েংহলবা

মতুঙদা ফিল্মগী মরমদা নৈনবা, লেকচর তৌবনচিংবা কয়ামুক চৎথরকখি। ফিল্মশিংসিগী মনুংদা অতেনবা ফিল্ম কয়ামুক য়াওখি, অশাংবা ফিল্মশিংনা মরু ওইনা আর্কাইব ওদিটোরিয়মদা স্ক্রিনিং তৌখি। অশাংবা ফিল্মশিং খরা পনবা তারবদা আর্জেন্তিনাগী ফর্নান্দো ই. সোলানাসনা ডাইরেক্সন পীবা *লা হোরাদে লোস হোরনোস*, ক্যুবাগী হম্বেরটো সোলাসনা ডাইরেক্সন পীবা *লুসিয়া*, টোমাস গুটিয়েরেজ এলিয়ানা ডাইরেক্সন পীবা *মেমোরিয়াস দেল সুবদেসারোলো*, জেক্রোসোভাকিয়াগী জিরি মেনজেলনা ডাইরেক্সন পীবা *ক্লোজলি গার্দেদ ট্রেনস*, ভেরা চিটিলোভানা ডাইরেক্সন পীবা *দ্যাইসিজ*, ডেনর্মার্কী লারর্স ভোন ট্রায়রনা ডাইরেক্সন পীবা *ডান্সর ইন ডি ডার্ক*, ফ্রেন্সকী জেন রেনোইরনা ডাইরেক্সন পীবা *দি রুলস ওফ দি গেম*, জেন লুক গোদর্দনা ডাইরেক্সন পীবা *ব্রেথলেস*, ফ্রঁনকোইশুর থ্যুইফাটনা ডাইরেক্সন পীবা *জুলস ঐট জিম*, ইরানগী অব্বাস কিইরোষ্টমিনা ডাইরেক্সন পীবা *ক্লোজ-উপ* অমদি *খানেহ য়ে দষ্ট কোজাষ্ট*, ইটালিগী ফেদেরিকো ফেলিনিনা ডাইরেক্সন পীবা *আইত-এন্দ এ হাপা*, ভিটোরিও দি সিকানা ডাইরেক্সন পীবা *বাইসাইকল থিবস*, মাইকেল এঞ্জেলো এন্টোনিওনিনা ডাইরেক্সন পীবা *দি রেদ ডিসার্ট*, জপানগী অকিরা করুসৱানা ডাইরেক্সন পীবা *দি সেভেন সমুরাই*, যাশুজিরো ওজুনা ডাইরেক্সন পীবা *টোকিও ষ্টোরি*, কেঞ্জি মিজোগুচিনা ডাইরেক্সন পীবা *উগেতশু মোনোগাটারি*, পোলেন্দগী এন্দ্রেজ ৱাজদানা ডাইরেক্সন পীবা *মেন ওফ মারবল*, ত্রিজেসটোফ কিয়েসলোস্কিনা ডাইরেক্সন পীবা ক্রোটকি ফিল্ম ও *মিলোসসি* য়ু. এস. এস. আর. গী সরগৈ ইসেন্সটাইননা ডাইরেক্সন পীবা *ব্রোনেনোসেটস পোটেমকিন*, এন্দ্রে টারকোভস্কিনা ডাইরেক্সন পীবা *এন্দ্রে রৌব্লেভ*, গ্রিগোরি কোজিনসেভনা ডাইরেক্সন পীবা *কারোল লির*, য়ু. এস. এ. গী এফ. দবলিউ. মুরনাওনা ডাইরেক্সন পীবা *সনরাইজ*, জোন ফোর্দনা ডাইরেক্সন পীবা *ষ্টেজকোচ*, ওর্সন ৱেলেসনা ডাইরেক্সন পীবা *সিটিজন কেন*, রোবার্ট ফ্লেহটিনা ডাইরেক্সন পীবা *নানুক ওফ দি নোর্থ*, শুইদেনগী ইগমর বর্গমেননা ডাইরেক্সন পীবা *স্মুলট্রোন্সটালেট*, শুইজরলেন্দ-ফ্রান্সকী জেন লুক গোদর্দনা ডাইরেক্সন পীবা *সাউভ কুই পিউট*, হঙ্গেরিগী মিক্লোস জাঙ্কোনা ডাইরেক্সন পীবা *জেজস ক্রিষ্টোস হোরোসকোপজা*, অমদি ইন্দিয়াগী সৌমিত্রা রানাদিনা ডাইরেক্সন পীবা *জনটরম মামনটরম* (হিন্দি), জি. আর্বিন্দনা ডাইরেক্সন পীবা *কুমাটি* (মলয়ালম), রাম মাধভনিনা ডাইরেক্সন পীবা *লেটস টোক* (ইংলিস), অন্দন পাটৱার্ধন

ডাইরেক্সন পীবা *বার এন্দ পীছ* (ইংসিল), শুমিত্র ভাবে অমদি শুনিল শুথাংক্করনা ডাইরেক্সন পীবা *ভসতুপুরুস* (মারাথি), সত্যজিৎ রাইনা ডাইরেক্সন পীবা *পথের পঞ্চালি* (বেঙ্গলী), রিটৱিক ঘাটকনা ডাইরেক্সন পীবা *মেঘে ডাকা ধক্কা* (বেঙ্গলী), অনুপ সিংহনা ডাইরেক্সন পীবা *একটি নদির নাম* (বেঙ্গলী), ভি দামলে অমশুং এস ফাটেলাইনা ডাইরেক্সন পীবা *সন্ট টাকুরাম* (মারাথি), মনি কোলনা ডাইরেক্সন পীবা *সিদেশ্বোরি* (হিন্দি), গুরু দত্তনা ডাইরেক্সন পীবা *প্যাসা* (হিন্দি) পারোমিটা ভোরানা ডাইরেক্সন পীবা *অনলিমিটেদ গার্লস* (হিন্দি-ইংলিস), বাটুল মুখটিয়ানা ডাইরেক্সন পীবা *১৫০ সেকেন্দ এগো* (গুজারাটি, হিন্দি, ইংলিস), অমদি অদুর গোপালাকৃষ্ণনন্না ডাইরেক্সন পীবা *নিজালকুথু* (মালায়ালম) অসিনচিংবনি।

অতেনবা ফিল্মশিংগী মনুংদা খরা পননিংবা ফিল্মশিংদি *পেরাদাইজ* অমদি *স্পিসিয়েল ডিলিভরি* হায়রিবা ফিল্ম অনিমক নেসনেল ফিল্ম বোর্দ ওফ কানাদানা পুথোকপা এনিমেসন ফিল্মনি। অহানবগী ফিল্মসি মিনিট ৩০ শাংই অমনা মিনিট ৭ শাংই। ফিল্ম অনিমক ম্যুজিক্তনা মপুং ফাবা মোমেন্ট অমা পীহন্দুনা অয়েংবশিংদা ফজবা হায়বদু ওইহল্লি। অসিগুম্বা এনিমেসন ফিল্মসি মনিপুরদদি নম্নবগী থোইদোকপা লৈনদ্রি, হৌজিক্কী ওইনা। সোলো মিনিট ১৫ মুক শাংবা মাইক হোভরনা ডিরেক্সন পীবা, মেরামিদ ফিল্মনি। ফিল্মসি রোক ক্লাইম্বিংনি, ফিল্মগী শোট অয়াম্বা হেলিকোপ্তরদগী নম্বশিংনি ফিল্মসিদা ফজরিবদি কেমেরা অমদি সাওন্দগী হৈথোই শিংথোইবদুনি। *দি রেটএ টেসর* মিনিট ৭ শাংবা পোলেন্দগী দোক্যুমেন্টরি ফিল্মনি। শউন পুথোকফম ফেক্তরি, কয়া অমদি চান-থক্নবা মহৈ মরোংনচিংবা কয়ামরুম উচিনা চীকথৎত্তুনা মাঙহল্লবদা করম্না মীয়াম্না উচিসি হাৎপগে হায়বগী ফিল্মনি। হৌদোংগ ফাও ওনশিন্দুনা খৎনবা ঙম্বা মীঙোন্দা চোংশিন্দুনা চিক্কদমখৈ তৌবা উচি অচৌবশিং অদু নুংতিগী চাং নাইনা য়েনগী র্ফামদা মচিনজাক থাবিদুনা পীজবগুম মচিঞ্জাক পীজরম্মী। উচিংশিংদুগা মচিঞ্জাক থাবিরিবা মীদুগা অদুগী মতিক নকশিন্নরক্লে। মমৈদা মচিঞ্জাক পীজ পীজদুনা খরা লাপ্না পুথোরক্লগা মমৈদা চান্নবা চিঞ্জাক্তা হু হাপচিন্দুনা হাৎলি। মিনিট ৭ মুক শাংবা ফিল্মদু নম্নবা হোৎনবদা চংলমগদবা মতম উচি অমদি মীগা নকশিন্নবা হোৎনবগী ইষ্টাব্লিস শোৎশিং ফজবা ফিল্মনি।

*বিগ সিটি ব্লুজ* মিনিট ১৫ শাংবা ডাইলোগ শীজিন্নদবা ফিল্মনি। ফিল্মসি ডাইলোগকী মহুত্তা ড্রম অমদি সেক্সাফোননা মরু ওইবা ম্যুজিকনি। শাবা লোইদ্রিবা অচৌবা অৱাংবা য়ুম অমদা দ্রগ শীজিন্নবা নহা অমনা চহি নৌরিবী নুপী অমা রেপ তৌনবা হোৎনবদা নুপীদু মতোমতা দলান্দগী চোংথদুনা শিখি। ৱারীদি অসিখক্তনি। অদুবু নুপীমচাসি নুপাসিনা উরকপা, নুপীসিবু ঈজ্জৎ মাঙহনগে খল্লকপা, ফানবা হোৎনবা, চেনবা মখোয় অনি মুক্কবা পুন্নমক ম্যুজিক্না অয়েংবশিংদা অকনবা শাফু অমা পীহনবা ঙমই।

*ইন ডি কিচন* ফিল্ম অসি মিনিট ১০ মুক শাংবা য়ুগ্নোসাভিয়াগী ফিল্মনি। ফিল্মসিদা উৎলিবদি নুমিদাংগী মতমদা ফেমিলি অমদা মমা মপা মচা মখোয় অহুমগী চাবা থকপা তৌবা লোইরগা কোল লিক ফেংবা মমৈদা তুন্নবা হোৎনবা অসিদনি। ফিল্মসিদা ফজবিবদি ফ্রেম অমগী মনুংদা হায়রিবশিংসি উৎলিবা ঙাক্তনি অমদি কিচনদা ফাৎলিবা থোংনাওদগী উবা থংননা লৈবা য়ুম অমগী দলান্দা নুপী অমা নুপা অমগী বোমাঙ্গতু ফজনা উখ্রে। ডাইলোগ শীজিন্নদবা, ম্যুজিক্না সপোর্ট তৌবা অতেনবা ফজবা ফিল্মনি। মসিদা কেমেরা অদুক্কী মতিক হৈনা ফ্রেম অমগী মনুংদা মিনিট ১০ গী সোট লৌবা অমদি কাদুগী ৱাংমদা তৌরিবা কয়া নীংথিনা অয়েংবশিংদা উহন্দনা অঙকপা ফজবা অমা ওইহনবদুনি।

WAHLVERWANDS CHAFTEN মিনিট ৬ শাংবা ফিল্মনি। য়াম্না তেল্লবা মিনিট খবসিদা উৎলির্বদি নুপীমচা অমা সাইকল ইন্দুনা লাকই, লম্বীদা কার থৌদুনা লাকপা অমনা লৈখোম কাপশিলমদুনা নুপীমচাদুগী মফি মরোল লৈখোম তৈহল্লি। কাব ড্রাইভর হল্লকক্তুনা মনাক্তা চংশিল্লকই অদুবু অচৌবা গাড়ী অমা লাক্তুনা ড্রাইভরসু লৈখোম কাপশিলম্মী। ৱারীদি অসিখক্তনি। অদুবু হায়রিবশিং অসি মিনিট ৬ মুকী মনুংদা নীংথিনা মপুং ফানা উৎপা ফজবা ফিল্মনি।

*লা জেৎনি* হায়রিবা ফিল্ম অসি মিনিট ১৫ শাংবা ফ্রেঞ্চ ফিল্মনি। চারিস মারটেনা ডাইরেক্সন পীবা ফিল্ম অসি পৃথিবীগী সিনেমাগী ইতিহাসতা অচৌবা মফম অমা কল্লি। ৱারীদি তোঙান তোঙানবা ফোটো ময়াম অমা খোমজিল্লগা অর্থ থোক্না শমদুনা নম্বা ফিল্মনি। ফিল্মসিগী ডাইরেক্তর ওইরিবা চারিস মারকেটনা কেমেরা শীজিন্নদুনা নম্বা ফিল্মসি অরোইবদা ফমুংদা হীপ্লিবী নুপী অমদা লোইশিল্লি। মসিগু হান্নগুম ফোটো অদুমক মাল্লি। অদুবু নুপীদু মীৎ পাঙলকই

অদুনা ফোটো নত্তে হাযবদু তাকই। খবা পল্লিবা ফিল্মশিং অসি নত্তবা অতোপ্পা ফিল্ম কযামুক স্ক্রিনিং তৌদুনা যেংহলকখি।

মেগী তাং ১৯ দগী চত্থবা হৌবকখিবা এপ্রিসিযেসন কোর্স অদু জুনগী ১৪ দা নেসনেল ফিল্ম আর্কাইবস ওফ ইন্দিযাগী ওদিটোবিযমদা লোইশিনখি। লোযশিনবগী থৌবমদা শরুাইববী ফিল্ম মেকব শ্রী মতি সাইপবনজাযনা চিফ গেষ্ট ওইখি। কোর্স অসিদা শরুক যাখিবশিংদা সার্টিফিকেটশিং চিফ গেষ্টনা যেঙ্গোকখি। থৌবম অসিদা প্রো সতিস বহাদুব, শ্রী পি কে নাযব অমদি প্রো শুবেস চাব্রিযানচিংবদা থোইদোক হেন্দোকপা ইকাই খুম্নবা উৎতুনা খুদোলপোৎ পীববা মতুংদা অপুনবা চাকলেন অমা চামিন্নবগা লোযননা ফ্রেন্স ফিল্ম *সিটিজন লান লোইস* ফিল্ম অমা যেংমিন্নববা তুংদা পুম্নমক কাযনখি। ❑

# ঋথোক ওইরিবা ডোক্যুমেন্টরি ফিল্ম ৱার এন্দ পিছ

মীওইবা খুনাইদা থোক্লিবা উরিবা অমসুং তারিবা থৌদোক-ঋথোক কয়ামুক অসি মীয়ামদা উৎনবা হোৎনবদা ফিল্ম পুথোক্লিবশিংগী থৌদাং য়াম্না চাওই। ঋফম অসি ভারতকী শক্লাইরবা ডোক্যুমেন্টরি ফিল্ম মেকর আনন্দ পাটৱার্ধন না মহাক্কী অনৌবা ফিল্ম *ৱার এন্দ পিছ* (Jung aur Aman/2002/English-Hindi /165 min) নেসনেল ফিল্ম আর্কাইব ওফ ইন্দিয়া পুনেগী ওডিটোরিয়মদা উৎলবা মতুংদা ফিল্ম অদুগী মতাঙদা ইন্টরেক্সন তৌনবগী থৌরম অমদা মহাক্না অসুম্না ফোঙদোকখিবনি। মহাক্না মখা তারদুনা অশুম্না হায়-ঙসিগী মীওইবা খুনাই অসি থৌদোক ঋথোক কয়ানা পীক থল্লবা খুনাই অমা হায়বদু ওইরে। লমদমসিদা থোক্লিবা থৌদোক ঋথোকশিংগী মনুংদা কাঙলুপ মশেল হাৎন-শুনবা অমদি নুপা-নুপীশিংগী মরক্তা খেন্নবা লৈতবগী অরানবা মীৎয়েং অমদি ঋখল্লোন্দগী থোরকপা ঋথোকশিংশু অমনি হায়বসি মহাক্না ময়েক শেংনা ফোঙদোকখি।

মহাক্না মহাক্কী ফিল্মশিংদা লমদমসিগী থৌদোক-ঋথোকশিংগী মমি মীয়ামদা উৎনবা হোৎনবা অমদি উৎলি হায়বসি মাগী ফিল্মশিং অসিবু য়েংলিবা মীশিংতনা খঙই। নীংশিংবা য়াই মহাক্না মমাংদা পুথোকখ্রবা ফিল্ম খরদা লমদম অসিগী থৌদোক ঋথোকশিংদা শাদোং ওইদুনা পুথোকখিবনি। মখোয়শিং অদুদি ইং কুমজা ১৯৭৫ দা ভারত্তা থমখিবা ইমর্জেন্সিদা য়ুম্ফম ওইবা *Prisoner of Conscience 1978*, রিএলিজম ফন্দামেন্টেলিজম নৈনবা *In the Name of God 1992* অমদি নুপা ওইবশিংগী পুক্নিং ঋখলগা কাঙলুপকি ওইবা ঈহৌগা মরী লৈনবা *Father, son and Holy War 1995* হায়রিবশিং অসি পনবা য়াই। ফিল্মশিং অসিদা মীয়ামগী শাওনিংবা, পেন্দবা ঋহৈ কয়া মায়োক্লখিবতা নত্তনা সেন্সর বোর্ডকী মেম্বরশিংগসু অদুক্কী মতীক য়েৎনদুনা লাকখি।

পুনেদা উৎখিবা ফিল্ম *ৱার এন্দ পিছ* হায়বসি ভারত পাকিস্তান লৈবাক অনিনা ইং ১৯৯৮ দা ন্যুক্লিয়ার চাংয়েং তৌখিবগী মতাঙদা মরু ওইনা শাগৎতুনা নম্বা ফিল্মনি। মহাত্মা গান্ধীবু নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎলবা অমদি পোৎলোইবদগী হৌবা ফিল্মসি ইংলিস অমদি হিন্দি লোল অনি শীজিন্নদুনা নমই। ফিল্ম অসিদা পাকিস্তান অমদি ইন্দিয়াগী কম্মন পিপলশিংদগী হৌরগা খ্বাইদগী ৱাংবা হাই ওফিসিয়েল ফাওবগী থাক্তা লৈবা মীওইশিংদা ইন্দিয়া পাকিস্তান অনিনা মুক্করিবা অমদি উংখৎনরিবা অসিদা মখোয়গী থম্মোয়দা ফাওরিবা ৱাখল ইহলশিং অদু থম্বগা লোয়ন্না লৈবাক অনিনা ন্যুক্লিয়ার চাংয়েং তৌনখিবদুগী রিয়েক্সনশিং অদু ফিল্মসিদা য়াম্না নীংথিনা উবা ফংই। ইন্দিয়াগী অচৌবা পোলিটিকেল লিডরশিংগী অরোনবা লীচৎ-শাজৎ, শেঞ্জা-থুমজা কয়াগী ভি. দি. ও. টেপ তৌহৌবা শোতশিং ফিল্মসিদা থেংনৈ। ফিল্মসি ইন্দিয়া পাকিস্তান্নচিংবা লৈবাক অনিসিগী তোঙান-তোঙানবা মফমদা নমলুরবা মতুংদা জাপান অমদি আমেরিকাদশু চৎতুনা নমলুবা শোত কয়া অমশু যাম্না মতাঙ চানা য়াওরি।

*আনন্দ পাটৱার্ধন* মহাক্কী পুন্সিদা হায়নিংঙাই লৈতনা খুদোংথীবা কয়া থেংনরকখি। মহাক ফিল্ম মেকর অমা ওইনা ট্রেন তৌরুবশু লৈখিদে। মহাক য়াম্না তপ্না পোলিটিকেল ৱার্ক তৌরকখি অমদি মমৈদা খুনাই অসিগা মরী লৈনবা থৌদোক ৱাথোক কয়াদা আর্টিকলশিং ইদুনা ফোঙবা অমদি পমপ্লেট য়েনথোক্লুনা মীয়ামগী সেবা তৌবকখিবা মীওইনি। মহাক্কী ফিল্ম *ৱার এন্দ পিছ* হায়বসিদা সেন্সর বোর্ডকী সার্টিফিকেট লৌবগী মতাঙদা করি করি খুদোংচাদবা লৈখিবগে হায়না হংবা ৱাহং অমগী পাউখুম পীরদুনা মহাক্না হায় ফিল্ম অসিমক হৌজিক হৌজিক সেন্সর বোর্ডনা সার্টিফিকেট পীদবগী মতাঙদা হায় কোর্টতা ৱাকৎনবা শেম শাদুনা লৈরে। বোর্ডকী মায়কৈদগী ফিল্মসিদা য়াওরিবা শোত কুনমাথোইমুক লৌথোক্লবা সজেসন তৌরকই। মসিগী মনুংদা পোলিটিসিয়ানশিংগী অশেংবা ভিজুয়েল অমদি ডাইলোগশিং লৌথোকপা, মহাত্মা গান্ধী হাৎখিবা অমদি পোৎলোইবগী শোতশিং লৌথোকপা য়াওই। মানা ফিল্মসিদা য়াওরিবা শোতশিং অমত্তা লৌথোক্তনা সেন্সর বোর্ডকী অয়াবা লৌবা পামই হায়না ফোংদোকখি।

আনন্দ পাটৱার্ধননা মহাক্কী ফিল্ম *ৱার এন্দ পিছ* তা উৎনিংলিবসি ভারত অমসুং পাকিস্তান লৈবাক অনিনা মাগী মাগী মমা লৈবাকপু কা হেন্না নীংবগী চাং

হেঙ্গৎলকপা অসিনি। মহাক্না পীনিংলিবা ব্রাফমশিংগী মরক্তা মহাক ভারতকী লালগী খুৎলাই শাবশিংগী মায়োক্তা লৈবা নত্তে হায়বসিসু অমনি। ন্যুক্লিয়ার খুৎলাইগী শক্তি লৈবা লৈবাক অমা ওইনা আমেরিকানা ন্যুক্লিয়ারগী খুৎলাইশিং থাদোক্কদবনি হায়বা খোল্লাওগা মরী লৈনবা থৌদোক কয়া ফিল্মসিদা উবা ফংই।

চাওখৎলবা জাতি অমগী খ্বাইদগী ফত্তবশিং অদু ভারতকুম্বা লৈবাক অমনা মতৌ তম্নবা হোৎনবা অদু ফিল্মসিদা উবা ফংই। মহাত্মা গান্ধীনা জাতি অসিগীদমক থম্বিরম্লবা মমল য়াম্লবা পোৎশকশিং অদুগীদমক্তা ভারত মচাশিংনা চাওথোকচবা ওমজদে। মহাক্কী ব্রাখলদা ভারতকী লৈরিবা ফীভম কয়ামরুম অসি শান্তি ওইবা মওংদা শন্তাইনদুনা পুরক্লবা হোৎনবা তারবদি ভারত থোইদোক হেন্দোক্না মশক থোকপা জাতি অমা ওইরমগদবনি। মসিগী ওন্ন-তৈনবদা অকনবনা অচুম্বা শকই হায়বা য়াম্না হম্বা থাক্কী ব্রাখস্লোন অদুদা ভারতনা মতৌ তম্ববু মহাক্না য়ানিংদবগী মমি অমশু ফিল্মসিদা থেংনৈ।

ফিল্মসি নম্বা মতমদা পাকিষ্টান অমদি ইন্দিয়াদা কন্না উংখৎনবা মতম ওইবনা পাকিষ্টান্দা চঙদুনা ফিল্মসি নম্বদা করম করম্বা খুদোংচাদবশিং থেংনবগে হায়না হংবা ব্রাহং অমগী পাউখুমদা ফিল্ম মেকর আনন্দ পাটবার্ধননা ফোঙদোক্রদুনা হায় ন্যুক্লিয়ার টেষ্ট তৌরকপদগী উংখৎনবগী ফীভম ব্রাংখৎলক্রম্মী। অদুম ওইনমক পাকিষ্টান্দা ঐগী এক্সপরিয়েন্সশু অমনি হায়না ফোঙদোকখি। ঙমখৈগী নাকল অনিমক্তা পুকচেল পীকপা কাঙবুশিং অদুমক লৈ। অদুবু মখোয়গী মশীংদি অদুক য়ামদে। ঐনা কৈথেলশিংদা অমসুং মীচমশিং লৈবা মফমশিংদা কোয়না চত্তুনা য়েংলুবা অমদি ঐহাক ইন্দিয়াদগীনি খঙবা মতমদা হরাও হরাও তৌবিরকখি। মীচমশিংগী থম্মোয়দা য়েলহৌঙৈগী মরুপ মপাং ওইবগী মরীদু হেন্নদুম থিগৎনবা পান্নহৌখি। মহাক্কী ঙসিফাওবদা পুথোক্লিবা ফিল্মশিংসিদা ফিল্মশিংগী সবজেক্টশিং মতৌ করম্না খনবগে হায়বগী ব্রাফম ফোংদোক্লদুনা হায় মহাক মশানা ফিল্মশিংগীদমক সবজেক্ট খন্দে। মদুগী ওন্ন-তৈন্নবদা সবজেকশিংনা ঐবু থিরকই। ঐনা করিগুম্বা পোৎশক অমগী অহান-অকোন য়েংলগা ফিল্ম নমই। ন্যুক্লিয়ার টেষ্ট তৌবদা মহাক মশানা অতোপ্পা ফিল্মশিং নম্লমই। অদুবু মদু তোকথোক্লগা ন্যু ক্লিয়ার টেষ্টকী মায়কৈদা মায় ওনশিন্দুনা ফিল্ম নমই। অসিগুম্বা মওংসি মহাক মশাদা য়াম্না তোয়না থোকই। ফিল্মশিং অসি উৎপগী থবক্তদি মহাক মশানা

ফিল্মশিং উৎপগী থৌরাং তৌই। মহাক মশানা চৎপা ঙমদবা মতাঙদনা ফোর্মেল ওইবা মওং নত্তবদা এক্তিভিস গ্রুপশিংদা শীলহল্লগা উৎনবা হোৎনৈ হায়না ফোঙদোকখি। মহাক্লা মখা ফোংদোক্রদুনা তানা মথংগী করম্বা ফিল্ম নমগদগে হায়বা থোইদোকপা লৈতে, হৌজিক হৌজিক ফিল্মসি উৎনবা হোৎনববোমদা পুক্লিং চংলি, অদুবু হেন্না লাইবক থীবদি অসিগুম্বা ডোক্যুমেন্টবি ফিল্মশিং অসি উৎনবা কমর্সিয়েল সাক্যুটিতা মফম লৈতে। অসিগুম্বা অৱাৎপা অসি মীয়াম অসিনশু মেনশিন্নবা হোৎনবা মথৌ তাই, মহাক্কী ফিল্মশিং ওাক্তগী নত্তনা হায়না ফোঙদোকখি। বার এন্দ পিছ মতিঙ লৈবা ডোক্যুমেন্টরি ফিল্ম অমনি হায়নিংই। অসিগুম্বা মতীং লৈবা থৌনা ফবা ফিল্ম মেকর থোরক্লবগীদমক অপীকপা লমদমসিদশু যৌরক্তুনা ফিল্মসি উৎলদুনা মীয়ামদা য়েংবা ফংহল্লরবদি হেন্না লাইবক ফগনি খল্লি। ❑

# পৃথিবীগী সিনেমাদা ডেনমার্ক ফিল্ম ডান্সর ইন ডি ডার্ক

পৃথিবীগী সিনেমাদা ডেনমার্ক ফিল্ম ডান্সর ইন ডি ডার্ক অফবা ফিল্ম অমনি হায়না ফিল্ম ক্রিটিক্সশিংনা লৌনে। অসিগুম্বা অফবা ফিল্ম অসি নেসনেল ফিল্ম আর্কাইব পুনেগী ওদিটোরিয়মদা য়েংবা ফংলকখি। ডান্সর ইন ডি ডার্ক (Dancer in the Dark 2000/col/139 mins/35mm) নুংগী ওইবা ৱারীদি আমেরিকাগী খুঙ্গংগী লমদা লৈবা ফেক্তরি অমদা থবক শুজরগা লৈজবী মমীৎ উদ্রবী ঈশৈ জগোই পামজবী নুপীমচা অসিনা অহিং নুংথিল থবক শুরুরগা ফংলকপা শেলনা অশুম তুংশিঞ্জদুনা মদুনা মাগী মীৎকী ওপরেসন তৌগে খনলম্মী। মহাক জগোই ঈশৈ পামজে, জগোইশু শাই ঈশৈশু শকই। মানা তুংশিঞ্জদুনা থমজবা পৈশাশিং য়ুমথংননা লৈবা অমনা হুখিরম্মী। নুপীমচাদুনা য়ুমথংননা লৈমিন্নরীবদুনা হুখিবনি হায়বসি খঙলম্মী। শেলদু পীননবা তক্লরম্মী। অদুবু শেলদু লৌথোক্লুরিবা নুপাদুনা ইকায়বদগী শেলদি পীররোই মাবু নোংমৈনা কাপ্পু হায়দুনা নোংমৈদু পী। নুপীমচাদু মদু য়ারমদে। অদুবু মমৈদা নুপীমচাদু মমীত্তা মপি তানা, হীক-হীক কপ্তুনা নোংমৈনা কাপই অসিদসু নত্তনা মখুৎনা ফংবা পোৎনা থাদুনা ফুরম্মী পৈশাদু ফংলে, মমীৎ ওপরেসন তৌনবা ডাক্তর তান্নরে। অদুবু মহাক মীহাৎপনি হায়দুনা পুলিসনা ফারগা কোর্টতা পুথোক্লম্মী। কোর্টনা মাবু ফাঁসি তৌনবা রাই তাদুনা জেলদা ফাঁসি তৌদুনা হাৎখি।

ফিল্মসিগী নুংশিরবা অমদি ফজরিবদি ফেক্তরিদা নুপীসিনা থবক শুবদগী ফংলকপা শেলশিংদু তুংশিন্দুনা মানা শাগৎচবা আশা অমদি জগোই ঈশৈ পামজবী মানা ঈশৈদা জগোইদা মমীৎ উদ্রবী অমনি হায়বা কাউথোক্লুনা অয়েংবশিংবু হুমদুনা পুরিবা ৱারী অসিনি। জেল মনুংদা ফাঁসিগী থৌরি কোঙ্গোই ওকশমদা হুকচিনবীবদা মানা নো-নো-হায়দুনা মশানা য়ানিংদবা উৎখিবা, অমদি মাবু নমদুনা মীহাৎপা তাহনখিবদু য়ানিংদবা ফোঙদোকখিবা অয়েংবশিংবু পি তাহনখি। মমৈদা মহাক পুম্নমক কাউথোক্লুনা ঈশৈ শকলকখি, ওক্তা থৌরি থুনা থুনা জগোই

শানিংবগী মুদ লাক্নুনা লেঙওৎলকখি খঙহৌদনা মাগী মখোং লেপ্লিবা ফম্পাক্তু শৎতোক্নুনা ফাঁসি তৌখি।

ফিল্ম অসি Lars Von Trier না স্ক্রীন প্লে অমদি ডাইরেক্সন পীবনি Lars Von Trier ইং ১৯৫৬ কী এপ্রিল ৩০ দা Copenhagen দা পোকখি। পীক্লিঙৈদগী হৌনা ফিল্ম নম্বা পামজরকপা মীওইনি। ইং ১৯৮৩ দা Copenhagen' Film School দগী গ্রেজুয়েট পাস তৌরকখি। স্কুল অসিদা তম্লীঙৈদা Nocture/1981 অমশুং Images of a Relief/1982 হায়বা ফিল্ম অনি পুথোকখি হায়রিবা, ফিল্ম অনিমক Munich Film Festival দা চহিশিং অসিমক্তদা বেষ্ট ফিল্ম এবার্দ ফংখি। হৌজিক ফাওবদা পুথোকখ্রবা পনবা য়াবা খবদি Orchidegartneren/1976, Menthe la bienheureuse/1979, Nocture/1980, Den Sidste Detalje/1981, Befreidsesbilleder/ 1982, The Element of Crime/1984, The Kingdom I /1994 Breaking the Waves/1996, The kingdom II/1997, The Idiots/ 1998, অমদি Dancer in the Dark/2000 নি।

মহাক্কী ইং, ১৯৯৬ দা পুথোকখিবা Breaking the Waves অমদি ইং, ২০০০ দা পুথোকখিবা Dancer in the Dark না পৃথিবীগী সিনেমাগী ইতিহাসতা থোইদোক হেন্দোকপা মীশক অমা ওইনা মাবু শকখঙনবকখি। মহাক্কী ইং, ১৯৮৪ দা পুথোকখিবা The Element of Crime লো বজেৎতা নম্বা ক্রাইমশিংগী ৱারীনি। ফিল্ম অসি Cannes, Chicago অমসি Mannheim নচিংবা লমশিংদা পাঙথোকপা ফিল্ম ফেষ্টিবেলনচিংবদা প্রাইজ কযা ফংখি। নীংশিংবা যাবদি Lars Von Trier বু মশক নাইবা ফিল্ম মেকব অমা ওইরক্লবা হোৎনবদা থোইদোক হেন্দোক্লা পুক্লিং থৌগৎখিবদি Swedish ফিল্ম মেকর Ingmar Bergman নি। পৃথিবীগী সিনেমাদা মশক নাইবা ফিল্ম খরদি মণিপুর ফিল্ম দিভলপমেন্ট কোরপোরেসননা হোৎনদুনা ফেষ্টিবেলনচিংবা তৌদুনা য়েংহনবা হায়বসি হৌজিক্কী মতমসিদা যাম্না মথৌ তাববনি। ❑

# মারাঠি ফিল্ম, য়ুম কোল্লিবা লাই ভসতুপুরুস

ফিল্মগী মেদিয়ম অসিনা ঐখোয়গী পুন্সিদা খ্বাইদগী চাওনা অহোংবা পুরকপা ঙম্মী। হ্বাফম অসি মারাঠি ফিল্মগী শক্লাইরবা ডাইরেক্তর শুমিত্র ভাবে না ফিল্ম এন্দ টেলিভিজন ইনষ্টিট্যুট ওফ ইন্দিয়া, পুনেদা পাঙথোকখিবা ফিল্ম এপ্রিসিয়েসন কোর্সতা নেসনেল ফিল্ম ডিভলপমেন্ট কোরপোরেসন ওফ ইন্দিয়ানা পুথোকপা *ভসতুপুরুস* (Vastupurush 2002) হায়বা মারাঠি ফিল্ম অসি য়েংহল্লবা মতুংদা খন্ন-নৈনবগী থৌরমদা ডাইরেক্তর মশামক্লা ফোঙদোকখিবনি। মহাক্লা মখা তানা ফোঙদোক্লদুনা হায় সোসিয়েল ৱার্কর অমা ওইনা হৌরকখিবনা মহাক্লা মীচমশিংগী পুন্সিগা হকথেংননা লোয়নবা ফংলকখি অমদি মসিগী মহৈনা মহাক্কী ফিল্মসিগী স্ক্রিপ্ট ওইরকখি। ভসতুপুরুস ফিল্ম অসিগী ৱারীসি মহাক্কী পুন্সিদা থেংনরকখিবশিংদুনি। ফিল্মসিদা য়াওরিবা গান্ধীয়ান ফ্রিদম ফাইটর অমদি লৌয়াম চাবা মখুরাগী কেরেক্তরশিং অসি অশেংবা পুন্সিগী মশকশিংদগী লৌথোকপনি। খন্ন-নৈনবা অসিদা ফিল্মসিদা কো-ডাইরেক্তর ওইমিন্নরিবা নহা ওইরিবা ডাইরেক্তর শুনিল শুথাঙ্কর সু শরুক য়াখি।

শুমিত্র ভাবে চহি ১০ হেন্না পুনেগী কর্ভি ইন্সটিট্যুট ওফ সোসিয়েল সার্ভিসতা টিচিং প্রোফেসন্দা লৈরুরবী অমা ওইবতা নত্তনা নুপীগী লমদা থিজিন হূমজিল্লিবী অমশুনি। ফিল্মগী মেডিয়ম অসি খক্তনা ভারতকী খুঙ্গংশিংদা লৈরিবী লাইরিক লাইশু হৈহৌদ্রবী নুপীশিংদা পাক চাওনা হৈথোই শিংথোইনা খঙহন-উহনবা ঙমগনি হায়বগী পান্দমদা ফিল্ম মেকিংলোমদা মায় ওনশিল্লকখিবনি। মহাক্কী ইহান হানবা ডোক্যুমেন্টরি ফিল্ম *বাই*, (নুপী) হায়রিবা ফিল্ম অসিদা ইং ১৯৮৫ দা নেসনেল এৱার্দ ফংখি। শুনিল শুথাঙ্কর, ফিল্ম এন্দ টেলিভিজন ইনষ্টিট্যুট ওফ ইন্দিয়া, পুনেদা ফিল্ম মেকিংগী ত্রেন তৌরকখিবা নহা ওইরিবা ঠিয়েটর এক্টিবিষ্ট অমনি। মহাক শৈরেংবা, সিনেমাটোগ্রাফর, কো-ডাইরেক্তর অমদি এডিটর অমা ওইনা শুমিত্র ভাবেগা পুন্না চংশিনমীন্নরকখি। হৌজিক ফাওবদা পুন্না ফিচর ফিল্ম

মরী *ডোকহি* (১৯৯৪) *জিন্দগী জিন্দবাদ* (১৯৯৬), *দহাভি "এফ"* (10th F, ২০০২) অমদি *ভসতুপুরুস* (২০০২) দুরদর্সনগী সেরিয়েল *ভাইনস বরাবর* (১৯৯৮-৯৯) ইপিসোদ ২৬ অমদি ডোক্যুমেন্টরি ফিল্ম ২০ মুক পুথোকখ্রে। মখোয়গী ফিল্মশিং খরসু নেসনেল অমদি ইন্টরনেসনেল এবার্দ ফংখিবদা নত্তনা ইন্টরনেসনেল ফিল্ম ফেষ্টিবেল কয়াদসু শরুক য়াখ্রে।

*ভসতুপুরুস* ফিল্ম অসিগী নুংগী ওইবা ৱারীদি মহারাস্ত্রগী ব্রাহ্মন ইমুং অমদা পোকখিবা ভাস্করনরায়ন দেসপান্দে ডাক্তর অমা ওইনা মায় পাক্লবা মীশক অমনি। মুম্বাই সহরগী মী কুংনা তারবা অমোৎ অকায়গী লমদমশিংদা লৈবা মীওইশিংদা মহাক্না লায়না তিননা কয়াদগী ঙাকথোক্লবা হীদাক লাংথক কয়ামরুম পীবগী থবক পাঙথোকপগীদমক মহাক মেগসেসি এবার্দ (Magsasay Award) ফংখি। মশাগী চহি ১৭ শুরকপদা পুন্সিগী ওইনা ময়ুম থাদোক্লুনা চৎখ্রবা মহাক্না চহি ৪০ গী মতুংদা মশাগী খুঙ্গংদা অমুক হনলকই। ঙাকপী শেনবীবা আত্মা (Guardian Spirit) হায়বা লোন্দা অসিগী অচুম্বা ৱাহহোক মহাক্কী ইমুংগী মীওই অমত্তনা ভাব তাবা ঙমদ্রে হাযবসি মহাক খঙলকখি। গান্ধী নীতিগী নীংতম লান্মী ওইখিবা মহাক্কী মপাবুং অমশুং য়ুম অদুদা মমল য়াম্লবা পোৎশক কয়া পুথোররুবগী আশাদা থিজিন খোৎচিনগদবা লৈবিবা মহাক্কী লৌয়াম চাবা মখুরাগী মরক্তা কনা অমত্তশু য়ুম অদুগীদমক্তা য়েংশিনবিনবা লৈতে। অসিগুম্বা ফীভম অসিদগী ভাস্করবু নাহোকহনখিবসি মহাক্কী মমাননি অমশুং সমাজ সেবা তৌদুনা হিদাক লাংথক মীয়ামদা ফংহনগদবনি হায়না মঙোন্দা তৎতনা হায়খিবনি। ভাস্করগী মমাদি অৱা-পোৎলুম পুবি হিন্দুগী মৌ অমা নত্তে। লৌচা-পথাপ শেমদোকপনা সমাজদা লৈরম্বা থাক হম্বরকপা অমদি মপা মপু কৈরাক থারম্বদগী হম্বা থাক্তা লাকপদা মশামকসু য়াজবগা লোয়ননা মতমগী চৎনবীবু মুন্না খঙবী, অমদি পুকচেল কনবী ভাস্করগী মমানি। লৌয়াম চাবা জমিন্দারগী ব্রাহ্মন ইমুংনা জাৎ হম্বা মীওই কাঙলুপশিংবু অরানবা থবক কয়া তৌবিখ্রে হায়বসি মহাক্কী মমানা ভাস্করদা ভাব তানবা তাক্লুনা খঙহল্লি। লাইর চুদৎনরবা মীওইশিংবু মতেং পাংবা অমশুং য়ুম অমবু কোল্লিবা লাই (Vastupurush) পেলহনবা মখোয়গী মঙ্গল আশীর্ব্বাদ নিবা হায়বসিনা হৌজিক্তি ভাস্করগী মথৌদাং ওইররে।

ফমুংদগী হেন্দোক্রবা মহাক্কী অহল ওইরবী মনেমবোক, জাৎ কুচুগী অকনবা পল'মনা খায়বদগী ভাস্করগী ময়াম্বা অহলদা ময়ুম পানবদা অথিংবা থমখ্রবী মরাঠি নিংঙোল অমশুং দলিৎ কাঙলুপকী বুধি মরৌশিং লৈবা নহা অমা ওইনা ভাস্করগী মরুপ সোপানা হায়রিবা মীওই অহুম অসিদগী থাজদনা ভাস্করগী মমানা মতেঙ ফংলকখি।

ঙসিদি মহাক্কী মপা-মপুনা লৈরম্বা য়ুম অদুদা অনা লায়েংশঙ অমা শানবগী মতাংদা ভাস্করনা ফিরেপ লৌরকপদা মচানুপা অমদি মহাক্কী মমৌনুপী আমেরিকান নিংঙোল অনিনা মখোয়না লৈরিবা আমেরিকাদগী হল্লসি য়ারক্লে। হৌজিক্তি শুগর ফেক্তরি অমগী চেয়ারমেন ওইরবা সোপানা, নহা ওইনা ডাক্তর ওইরবা মারাঠি নিংঙোলগী মশুনুপীনচিংবা কয়ানা মহাক্কী মমাগী মঙলান অদুবু মঙফাওনহনখি।

সম্পতি ফংলবা ব্রাহ্মন, মশাগী অনীংবা ফিরেপ অমদা লৈবা দলিৎ কাঙলুপকী নুপা অমা অমদি অখাং কনবগী গুণ চেনবী নহা ওইরিবী মরাঠি নুপী হায়রিবা মীওইশিং অসিগী অপুনবগী হোৎনজমলনা *ভসতুপুরুস* পু পেলহনখি।

পুং ২.৪০ মিনিট মুক শাংলবা মচু শংলবা মরাঠি ফিল্ম অসিদা ডাইরেক্তরশিনা ফ্লাস বেক শীজিন্নদুনা য়াম্না নীংথিনা অহল ওইরবা ভাস্কর নরায়ন দেসপান্দেনা মহাক্কী হৌখ্রবা অঙাং ওইরিঙৈগী হৌরকপা পুন্সি অমদি মহাক্কী মপা-মপুশিংনা লৈরম্বা য়ুম্ফম কয়া উৎনবা হোৎনৈ। মরাঠিশিংগী পুন্সিরোলদা থাজনরকপা কয়াবু নীংথিনা থমদুনা শেমলকপা ফিল্ম ওইবনা অয়েংবশিংদা শাংনা ফিল্মসি য়েংলকপগী অৱাবদু লৈহন্দে, মসি ওইবা তাই ডাইরেক্তর অনিগী হৈথোই শিংথোইবসি। ❑

# ইন্দিয়ান সিনেমাদা মলয়ালম ফিল্ম *নিজালকুথু*

ইন্দিয়াগী সিনেমাগী ইতিহাসতা মলয়ালম ফিল্মশিং অসিসু মফম চাওনা কলিবা অমনি হায়বা য়াই। *নেসনেল ফিল্ম আর্কইবস ওফ ইন্দিয়া, পুনে* অমদি *ফিল্ম এন্দ টেলিভিজন ইন্সটিট্যুট ওফ ইন্দিয়া, পুনেনা* শিনবা ফিল্ম এপ্রিসিয়েসন কোর্সতা শক্লাইববা ফিল্ম মেকব **অদুর গোপালকৃষ্ণননগী** মলয়ালম ফিল্ম *নিজালকুথু* (সেডো কিল) ২০০২ য়েংবা ফংলকপদা নত্তনা শক্লাইববা ফিল্ম মেকব অসিগা কোর্স অসিদা য়াওরিবা মীওইশিংগা ইন্টবেক্সন তৌনবগী খুদোংচাবসু ফংলকখি। **অদুর গোপালকৃষ্ণনন** ইন্দিয়াগী শক্লাইরবা ফিল্ম মেকবশিংগী মনুংদা মহাকসু অমনি। মহাক্কী মীৎয়েং অমসুং ৱাখল, মহাক্কী পোক্লফম লমদম কেবেলাগী লৈহাওদা থোকচবা, শাৎচবা মপাল মবা কযাদা যুম্ফম ওইদুনা পুথোকপা ফিল্মশিংদনা মহাক্না হেন্না পুক্নিং চিংশিল্লি হাযবসিমক মহাক্কী ফিল্মসি যেংলুবগশু খঙবা ঙম্মী। মহাক্কী ফিল্মসিদা শৈবেংগী ওইবা মহাও লৈবা অমদি উৎথোক্লকপদা ক্রিযেটিব ওইবা মচাক, মগুণ কয়া যাওবসু থেংনৈ। মহাক্কী মশক নাইবা ফিল্ম খবা পল্লবদা *স্বয়ম্বরম* (Swayamvaram) ১৯৭২, *কোদিয়ত্তম* (Kodıyettam) ১৯৭৭, *ইলিপথযম* (Elippathayam) ১৯৮১, *মুখামুখাম* (Mukhamukham) ১৯৮৪, *অনন্টরাম* (Anantaram) ১৯৮৭, *মথিলুকল* (Mathılukal) ১৯৯০, *বিদেয়ন* (Vidheyan) ১৯৯৩, *কথাপুরুসন* (Kathapurushan) ১৯৯৫ অমদি *নিজালকুথু* (Nızhalkkuthu) ২০০২ অসিনচিংবনি।

ঐখোয়না নীংশিংবা য়াই, মহাভারত মহাকাব্যদা কৌববকী নিংথৌ দুর্য্যধোননা পাণ্ডবকী মচিন-মনাওশিংবু মুর্ত্তি শাবগা হাৎপগী ৱাবী মতাঙ অদু মুর্ত্তি নত্তনা মমি শারগা হাৎপগী থবক অসিবু নিংথৌ দুর্য্যধোননা চত্থবকপদগী পাণ্ডব শাগৈগী মচিন-মনাওশিং অমগী মথংদা অমা অমম্মতং শিখি। মুর্ত্তিগা অশেংবা মশাগা হায়বদি অশেংবা পোৎশক অদুগা খেন্নবা অমত্তা লৈবকখিদ্রে।

*নিজালকুথু* হায়রিবা ফিল্মসিগী ৱারী অসি ইন্দিয়ানা নীং-খা তম্বা ফংদ্রিঙৈ হায়বদি ইং ১৯৪০ দগীনা ১৯৫০ ফাওবগী মতমদা য়ুম্ফম ওইদুনা শাগৎলকপা ৱারীনি। মতম অমদা সাউঠ ইন্দিয়াগী ট্রাভানকোর হায়না খণ্ডনরম্বা অদুগা হৌজিক্কী কেরেলা হায়রিবা লমদম অসিদা মীবু ফাঁসি তৌদুনা হাৎপগী থবক্তা শিনফম অমা ওইনা হিংনরম্মী। কেরেলাগী পরম্পরাদগী হৌনা চৎনরকপগী মতুং ইন্না অসিগুম্বা মখলগী শিনফম অসি অখন্নবা ইমুং অমগী খ্বায়গী অহল হায়বদি য়ুচুরেন্দা অদুনা ওইনরম্মী। অসিগুম্বা মীবু ফাঁসি তৌবগী শীনফম ওইনা হিংবা মীওইশিং অদু সমাজগী অতৈ মীওই কাঙলুপ কয়াগা শোক্না শন্নদনা অমদি হকথেংনবা মরী অমত্তা লৈনদনবা, লৈবাক অমগা অতোপ্পা লৈবাক অমগা তাইনবা সিমানাগী ঙমখৈদা খুন্দানবম্মী। মীয়াম্না কি তুক্কৎচনরবা, মীবু ফাঁসি তৌবা মীওই অদুগীদমক লম, লৌ অমদি চহিগী এলাৱেন্স লোয়ননা অকরুবা শেনফমদা নত্তনা খুদোলপোৎ কয়ামরুমগী খুদোংচাবা কয়াশু ফংহনখি।

মতম অদুগী মীয়াম্না মখোয়গী পুক্নিংদা থাজনবদি অদুগুম্বা মীবু ফাঁসি তৌবা মীওই অদু কালি লাইবেম্বীনা শক্তি কযামুক পীনববা শক্তি চেল্লবা মীওইনি হায়বর্সিনি। ফাঁসি তৌবা মীওইনা শীজিন্নবা থৌবি অদু মৈ থাদোক্লগা ফংলকপা উৎ অদু মগুণ লৈবা অমদি লাইনা শেম্বা হিদাক মখল অমনি হায়নসু মীযাম্না অদুকী মতীক থাজনবম্মী। মতমনা অহোংবা পুরকপদা ফাঁসি তৌবগী চাং হন্থবকখি। মতম কুইববগী তুংদা অসিগুম্বা অকিবগী মশক ওইরবা থবক অদু মহাক্না পাঙথোকখ্রে হায়না ফাঁসি তৌবা মীওই অসিনা মপুক্নিংদা ফাওরক্লবদা নৌনা মীবু ফাঁসি তৌনবগী পাওথাং অমা নিংথৌগী পাওপুবা মীওই অমা থুংলখি। লৈবাক অমগী ফাঁসি তৌবা মীওই অদুনা ফাঁসি তৌদনবা হোৎনবদা মসিগী মহৈনা মশামক ফাঁসি তৌখিবদা ফিল্মসি লোইশিল্লি।

ঈশৈ নোংমাই অমসুং জগোইতনা থন্না য়াওরবা ইন্দিয়াগী ফিল্ম কয়াগী মনুংদা **নিজালকুথু** ফিল্মসি পুমতোন তোঙানবা অমদি থোইদোক হেন্দোকপা মহাও অমা পীবা ঙম্বা ফিল্মনি। লৈবাক অমগী ফাঁসি তৌবা মীওই অমগী শক্তম লৌবিবা ওদুভিল উনি কৃষ্ণন (Oduvil Unnikrishan) না অবোইবদা ফাঁসি তৌবগী থবক অদু পাঙথোক্তনবা হোৎনবদা মহাক্না শাগৎলক্লিবা মাগী মায়থোংগী নুংঙাইবা অমদি পুক্নিংদা ফাওরকপা মম্মিশিং উরুবগা অৱাংবা থাক্কী ওইবা ফিল্মনি

হায়নিংই। মীবু ফাঁসি তৌবদা হালেংবা লৈতবা মফমদুনা করিসু খণ্ডজদ্রবা ফাঁসি তৌরগদবা নহা ওইরবা নুপামচা অমগী বারীদুদগী তাদনবা লানথোক্লবা হোৎনবদা ফাঁসি তৌবা মীওই অদুনা বন্দিবু ঙাক্লিবা লান্মী অদুমগা ৱানা অহিং লেনখিবা ফীভম অয়েংবশিংগী পুক্লিংদা অকি-তুজুংহনবা অমদি পি তাহনবা ফাওবা ঙমখি। মসিনা মঙোন্দা ওইরক্লিবদি নহা ওইরবা নুপা মচা (বন্দি) অমদি ফাঁসি তৌবা মীওই অদুগা অসুন্না ফাঁসি তৌনবা চে লাক্তুনা ফাঁসি তৌখি।

ফিল্ম অসিগী ষ্টোরি, স্কৃপ্ট, ডাইলোগ অমদি ডাইরেক্সন অদুর গোপালকৃষ্ণননি পুথোকপনা ইন্দো ফ্রেন্সকা কো-প্রদক্সন ওইমিন্নবনি। ফিল্মসি ভারতকী ওইনা চাওথোকচনিংঙাই ওইরিবদি চহিসিদা পাঙথোকখিবা Rotterdam's Film Festival দা Hubert Vals Fund Section দা ফিল্মসি শরুক য়াখি। ভারতকী ফিল্মবু য়েংবা পামজবা মপান লমগী ক্রিটিকশিংনা ফিল্মসিদা য়াম্না তাঙনা নুংশি নুংওলগী মফম লৈবা অমদি ইন্টেলেকচুয়েলশিংনা পান্না য়েংনবা ফিল্মনি হায়না ফোঙদোক্লখি হায়। ❑



**পুন্সিগী ৱাহন্থোক**

এ. সি. নেত্রজিৎ নুংশিবদা ঙাওচৎনরবা অশৈবনি-কবিনি। কলিদাসকী মেঘদূতকী নায়ক যক্ষগুম্বনি। অঙাংহলগী জহেরাদা কুঞ্জগুম্বনি। অদুবু শরতচন্দ্রগী দেবদাসকুন্না পুন্সিগী ৱাহন্থোক খঙদবদি নত্তে। পুন্সিগী মমল অমদি মশক লেপ্পা ঙমদবা অইবা নত্তে। পুন্সিগী মনুং অমদি মপানগী ৱাহন্থোক থিরিবা অইবনি। পুন্সিদগী খক থাপতোকপা ঙমদবা-পুন্সি মহিং অমদি মরেলবু তরাম্না লৌশিল্লিবা-ওক্লিবা অশাউবা কবি শ্রীবীরেন (১৯৪৫-) গুম নেত্রজিৎসু পুন্সিবু তরাম্না ওক্লি পুন্সিগী ৱাহন্থোক থিরি নৈনরি।

ডা. লোঙ-জোম্ব
নহারোলগী থৌদাং, মার্চ১৮, ২০০৩



অশাংবা কমিউনিকেসন, ইম্ফালনা
ফোঙলবা লাইরিকশিং

**লমদমসিগী ৱারী**
(শৈরেং, ২০০২) *অইবা ঃ এ. সি. নেত্রজিৎ*

**অন্দোলনগী তাঙ্গোই**
(ৱারী মচা, ২০০২) *অইবা ঃ লাই ইমো*

**অশৈবগী নিতাইপোদ** (শৈরেং, ২০০৪)
(সাহিত্য একাদমী এৱার্ড ফংলবা) *অইবা ঃ অশাংবম শ্রীমীনকেতন সিংহ*

**মীথয়েং অমা শক্তম খরা**
(ৱারেং, ২০০৫) *অইবা ঃ এ. সি নেত্রজিৎ*




এ. সি. নেত্রজিৎ ২০ শুবা চহীচাগী অথেঙবা শরুক্তা পোক্লকপা, শৈরেংগী লমদা য়াম্না খোইদানা খোঙদারক্লিবা অইবশিংগী মনুংদা অমনি। হৌখিবা শতাব্দীগী অথেঙবা মমৈ অমসুং ২১ শুবা চহীচা হৌগৎলকপা মতমসিদা মালেম, মীওইবা, সমাজ অমসুং লমদমসিদা চীংলকসিদা থোকখ্রিবা হিংসাগী থৌদোকশিং, তং তাদবা পুন্সি, অকি-অখং কয়া, কাংলুপ মশেলগী পাকতক্কনা হাৎনবা থৌদোকশিং, মীওইবগী পুন্সিদা তেমশিংনরকপা, হক মাঙথরকপা, নুপীশিংগী ঈজ্জৎ খোঙ্গোইনরকপা, মীওইবগী অফবা ভেল্যুশিং থওইনরক্তবা, মীবু মী ওইনা খল্লক্তবা, অসিনচিংবা থৌদোক কয়ানা থম্মোই নৌবা নহা ওইরিবা অইবশিগী আত্মা কায়হল্লি। মখোয়গী পূক্নিং-মতা, সেন্সিবিলিটি য়াম্না থৌই। মখোয়গী থম্মোই তারাদা লেমজনফম ওইদ্রবা থৌদোকশিংসিগী শাফুনা য়েবদা তপথবা য়াদবা সুরশিং থোক্লকই। থোক্লক্লিবা সুর অসি মখোয়গী লুথনা লৈখ্রবা থম্মোইগী কাচিন্দগীনি; অদুনা খোঞ্জেলশিং অসি অশেংবা অমসুং মতীং লৈবা সুরনি। অসিগুম্বা'য়াবা খরা নেত্রজিৎকী শৈরেংশিংদসু থেংনগনি।

**লৈমপোকপম দামোদর,**

**লাইরিক ফোঙবা নুমিৎ ওক্টোবর ৩০,২০০০**

এ. সি. নেত্রজিৎ ২০ শুবা চহীচা অমসুং ২১ শুবা চহীচাগী লোন্নবা শরুক্তা হিংলিবা মণিপুরী অমগী বাখল্লোন্দা পীবা মণিপুরী লৈঙাকলোন, লাইনীংলোন, খুন্নাইলোন অমসুং পুন্সিরোনগী মওং তাদবা কল্লবা শাফুগী চৈনা নংলবা লমদমসিগী মীয়ামগী থম্মোয়গী খোল্লাউ পুবা নহা ওইরিবা অইবনি। ... হরাউ-কুম্মৌ অমসুং অকে-অমৌগী তথক তথকপা কুয়োম্না য়োমলিবা মণিপুরী খুন্নাই ঙসিদি তশেংনমক মনুংদদি হল চঙলে, পুমলে। অদুননি এ. সি. নেত্রজিৎকী থম্মোয় মচেৎ তানা কায়রিবা। অসিগুম্বা মচেৎ তারবা থম্মোয়নুংসিদগী ঙসিদি থোরকলি ঐখোয়গী মাঙদা মাগী অহানবা শৈরেংগী লাইরিক **লমদমসিগী বারী**।

**ডা. লনচেনবা মীতৈ**

**সঙাই এক্সপ্রেস, নবেম্বর ৩, ২০০২**